[illegible]

# কল্কি পুরাণ

এমঃ নন্দকিশোর শর্মা



**শারদা প্রকাশন**

য়াইরিপোক, মণিপুর

# Kalki Puran

*Translated into Manipuri from Veda Vyasa's 'Kalki Puran'*
*by M. Nandakishore Sharma*





অহানবা ফোঙবা ঃ নবেম্বর, ২০০৬ ইং

অফোঙবা ঃ শাবদা প্রকাশন, যাইবিপোক, মণিপুবগীদমক
এমঃ তোম্বী দেবী

কোপী মশীং ঃ ৫৫০ (চামঙা যাঙ্খৈ)

মখুম যেকপা ঃ ভোগিন আর্টস

মমল ঃ লুপা ৯২/ (মবিফুতবা মঙা)

নম্ফম ঃ সিবোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল, মণিপুব।

# প্রস্তাবনা

শ্রীনন্দকিশোর শর্মাগী 'কল্কি পুরাণ' হায়বা লাইরিকসি মকোক্তগী লোইবা ফাওবা পূক্লিং চঙনা পাজরে। লাইরিক অসি মণিপুরী বৈষ্ণব সমাজদা কান্নবা লাইরিক ওইগনি। বৈষ্ণব সমাজ হায়বসি বিষ্ণু নত্রগা বিষ্ণুগী অবতারবু মরুওইবা ইষ্ট দেব ওইনা নিংজবা সমাজনি। মরম অসিনা, মণিপুরী হিন্দুশিংনা বৈষ্ণব সাহিত্য নৈনবা চুম্মি। রামায়ণ, মহাভারত, শ্রীমদ্ভাগবত, চৈতন্য চরিতামৃত, বৈষ্ণব সাহিত্যগী মনুং চল্লি। য়াম্না পাক চাউখ্রবা, তাইবং মীওইবা ঐখোয়দা কান্নবা পীবা ঙম্বা অমদি ইনাক খুনখ্রবা সাহিত্যনি।

মণিপুরনা লমসু পিশক পীক্লগা, মীশিংসু খজিক্তা ওইরগা অমদি অথনীতিগী মিৎয়েংদা ইনাক কৈরাক খুনবসু নত্রগা, ফাওবদি অসুক য়াম্না ফাওরিবসি করি মরমগীনো? বৈষ্ণব ধর্ম্মনা মণিপুরগী সমাজ অমদি সংস্কৃতিবু য়োকখত্তুনা লাকপদগীনি। মণিপুরগী থায়নগী নিংথৌশিংগী মতমদা বৈষ্ণব সাহিত্যদগী লাইরিক ময়াম অমা রূপান্তর তৌরম্মি। খরদং পল্লবদা— কৃত্তিবাসী রামায়ণ, পরীক্ষিৎ, লক্ষ্মীচরিত অসিনচিংবা। বৃটিশ চৎখ্রবা মতুংদসু লাইরিক কয়া অমা মণিপুরীদা অনুবাদ তৌরে। খরদং পল্লবদি— কালাচান্দ শাস্ত্রীনা অনুবাদ তৌবা

সম্পূর্ণ মহাভারত, অতোম্বাপু বিদ্যারত্নগী শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা। মতেক, মতেক ওইনা অনুবাদ তৌবসু লৈ— সনাতন গোস্বামীগী হরি ভক্তি বিলাস, শ্রীজীব গোস্বামীগী উজ্জ্বল নীলমণি, রূপ গোস্বামীগী ভক্তি রসামৃত সিন্ধু অসিনচিংবা। কল্কি পুরাণ হায়রিবসিসু বৈষ্ণব সাহিত্যগী মনুং চনবনি। শ্রী নন্দকিশোর শর্ম্মনা মসিমসু মণিপুরী লোন্দা ফংহনবিরে। মমল য়ামখ্রবা থবক্নি।

মণিপুরী হিন্দুশিং অসি হিন্দুশিংগী মরক্তা থাক য়াম্না ৱাংই। মণিপুরী ক্ষত্রি নুপা মচা অমনা লুগুণ থাংবগী, মমা নত্রগা মমাগী মমান্নবী অমদা ভীক্ষা নিবদা "ভবতি! ভীক্ষাং দেহি" হায়। মসিদি ব্রাহ্মন্না হায়গদবনি। অদুবু মণিপুরী ক্ষত্রিয়নসু হায। করিগীনো? মণিপুরগী নিংথৌশিংনা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগা তান্নরগা মণিপুরী ক্ষত্রিয়শিংবু থাক ৱাংনা থনম্বননি।

হৌজিক ঐখোয়না তৌগদবদি— মণিপুরী হিন্দু খুদিংমক নহা অহন খাক্তনা বৈষ্ণব সাহিত্য পাবা য়ানবা শীনবনি। কল্কি পুরাণ হায়বসি মণিপুরীশিংদা কান্নবা লাইরিক অমা ওইদুনা মঙাল পীবা ওইসনু।

*রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ*
*১৫/০৯/০৬ ইং*

# অইবগী মায়কৈদগী

**ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়।**

ভগবান শ্রীহরিগী চবণদা ভক্তি কচ্চবগা ব্যাসদেবনচিংবা গুরুবর্গ, ভক্তশিং অমদি অদোম খ্বায় খিবিক্কী মফমদা ইকোক নোন্না খুরুমজবি। ভগবানগী থৌজাল অমদি গুরুগী থৌজালনা 'কল্কি পুরাণ' কৌবা লাইরিক মচা অসি মণিপুরী লোন্দা হন্দোকচরগা অদোম খ্বায়গী মাঙদা পুথোকচরি। লাইরিক অসি ইচম চম্বনি হায়না লৌবিগনি। মসিদা সংস্কৃতকী মূল শ্লোক য়াওনা পুথোকচবগী খুদোংচাবা ফংজখিদ্রে। শ্লোক বদ্ধ ওইনা পুথোকচনবগী তুংগী আশা থমজরি। লাইরিক অসিদা 'সুবোধকুমার চক্রবর্তীনা বাংলা লোন্দা অনুবাদ তৌবা কল্কি পুরাণদা য়াওবা ভূমিকাগী মণিপুরীদা হন্দোকপা ৱারোল হাপচরি। লোয়ননা পুরাণশিংগী শক্তাকপা অমসুং উপপুরাণগী মতাং হাপচিঞ্জরি, মসিনা পুরাণশিংগী শন্নপ্পা পরিচয় অমসুং উপপুরাণগী শন্নপ্পা মরম খঙবিগনি। পুরাণ অসি উপপুরাণনি, মসিদা তাঙ্কক অহুম থোক্লা খায়দোকই। অহানবা তাঙ্কক্তা অধ্যায় তরেৎ, অনীশুবা তাঙ্কক্তা অধ্যায় তরেৎ অমসুং অহুমশুবা তাঙ্কক্তা অধ্যায় কুনমাথোইনি। পূন্না অধ্যায় কুন্থ্রা মঙানা শাবা লাইরিক অসিদা কলিগী বিবরণ, কল্কিগী জীবন লীলা, হরিভক্তিগী মরম, চন্দ্রবংশ অমসুং সূর্য্য বংশগী শন্নপ্পা পরিচয়, সত্যযুগকী মতাং,

ধর্মগী ৱা, ভক্তিগী ৱা, রুক্মিনী ব্রত অমদি গঙ্গাস্তবনচিংবা পনবা য়াই। মসিদা হীরম কয়াগী ওইবা কান্নবা খর খরতা ওইরবসু ফংনীংঙাই ওই। লিরবা লোন সংস্কৃতকী লাইরিকশিং থোইদোক্লা কান্নবা ঙাক্তনি, ময়ামদুগী মনুংদা কল্কি পুরাণসু অমনি। ভগবদকৃপা লৈরবা ব্যাসনচিংবা কবিশিংনা ইরম্বা লাইরিকশিং অসি সংসারদা তুংগীদমক থোইদোকপা অবদান ঙাক্তনি। পূম্নমক মাঙফ-তাফদবা মণিনি। ঐখোয়না উদববু খঙদে, খঙদববু থৌওইনা খন্দে। মতমদা শোর হোল্লিবা মীওইবগী মঙ্গলগীদমক থম্বিরল্লিবা পোৎশিং অসি খঙজিন থিজিনবগী কান্নবা লৈ। মসি পুরাণগুম্বগী নাকন্দসুনি। শ্রুতি স্মৃতি অমদি ইতিহাস পুরাণনচিংবা লাইরিকশিংবু অঙম্বা খরমখৈদা ওইরবসু খঙনবা হোৎনবদা কান্নবা শোয়দনা লৈগনি। মসিদগী কলি যুগকী পাপ কোকচনবগী উপায় ওইগনি হায়বা ৱাখন্দা পূক্লিং থমজরগা অদোম খ্বায়গীদমক ফননবা হোৎনজবা ঐহাক্কী অপীকপা থৌরাংনি।

অসিগুম্বা থৌরাং অসি লাওজরকপদা গুরু কৃপা নিজৈ। বঙ্গালী কবি সুবোধ কুমার চক্রবর্তীগী বংলানুবাদনা থোইদোকপা মতেং ওইখি। গুরুজীগী চবনদা মানসিক ভক্তি কচ্চরি। মথংদা লাইরিক অসি নম্বা হৌবকপদা অশোয়বা, অরানবা অমদি মপূং ফাদবনচিংবা কয়া হন্না য়েংশিনবিখিবা ইকাই খুম্নজরবা ওঝা ইবুংঙো বাজকুমাব ঝলজিৎ সিংহনা অকৃপ্পা মিৎয়েং থম্বিখি। গুরুগী মশক লৌবিবা সনাখ্যাগী মফমদা হন্না ভক্তি কচ্চরি। লোয়ননা প্রেসকী নাকন্দা মায়ওন থমজবগা সিবোই ওফসেট প্রিন্টর্সকী মেনেজর ইবুংঙো শরচৎচন্দ্র অমসুং ষ্টাফ মেম্বরশিং অমদি মখুম য়েকপিখিবা ভোগিন আর্টসকী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। পূম্নমক্কী থৌরাং অমসুং মতেংনা পুথোকপা ঙম্বনি হায়না লৌজৈ। লমন তোনশিঞ্জরবনি। অসিগুম্বা মণিপুরী লোন্দা হন্দোকচবা ‘কল্কি পুরাণ’ খ্বায় খিবিক্কী মফমদা শিন্নজবে। পাবিয়ু অমসুং নৈনবিয়ু। কান্নবা মরীক অমত্তং ফংবিরবদি হোৎনজমন্নি খঞ্জগনি। অশোয়-অরান য়াওরবসু হন্না ঙাকপিগনি অমসুং চুমথোকপিরক্কনি খঞ্জে। “শারদা পুস্তকালয়” কৌবা লন্নাই লাইব্রেরীগী পব্লিকেশননা ফোঙবগী খুদোংচাবা লৌজরগা পাঙথোকচবনি।

*বামন দ্বাদশী*

*সেপ্টেম্বর ৫, ২০০৬ ইং*

*নোল্লুকচরিবা*

শ্রী নন্দকিশোর শর্মা

# য়াওফম তাকপা

| করি | কদায়দা |
|---|---|

# ভূমিকা

শ্রীসুবোধকুমার চক্রবর্তীনা বাংলা লোন্দা অনুবাদ তৌবা কল্কি পুরাণদা পীবা ভূমিকা, —

কল্কি অবতারগী ৱারী হায়রগা কল্কি পুরাণ হায়বসি ওইরে। অদুবু কল্কি হায়বা মিংসিগা ঐখোয়গা থোইনা খণ্ডনরুনিঙাই লৈতে হায়দুনা মসিগী মরীদা ঐখোয়দা অহানবমক্তদা লাণ্ডতক্লবা অমা পোকহল্লি। বিষ্ণু পুরাণ নত্রগা শিব পুরাণ হায়রগনা ঐখোয়না খণ্ডি মদুদি মদুদা বিষ্ণু নত্রগা শিবগী ৱারী ফংগনি। মার্কণ্ডেয় পুরাণ হায়রগা সিগুম্বা ৱাখল অমা খল্লুদ্রবসু শাজিন্দুনা খনবা য়াই, পুরাণদুগী লীরিবদু মার্কণ্ডেয় ঋষিনি। কল্কি হায়বসি বিষ্ণুগী তরাশুবা হায়বদি অরোইবা অবতারনি। অদুবু হৌজিকমকসু মহাক পোকখিদ্রি। কলিযুগকী অরোইবদা পৃথিবীদা ধর্ম লৈতবা অমসুং পাপনা মপুং ফারবা মতমদা ইবুংঙো মানা অবতার ওইনা পোকপীরদুনা কলিবু মাঙহনবিরগা অমুক সত্যযুগ অমসুং ধর্ম লিংখৎপীরগনি। কল্কি পুরাণদা সিগুম্বা তুংদা ওইরক্কদবা থৌদোকসি শন্দোক্লা ইরি।

ঐখোয়না বিষ্ণুগী অবতার তরাগী মিং খণ্ডনরি। মৎস্য=ঙা, কূর্ম=থেংগু, বরাহ=লমওক, নৃসিংহ=মীনোংশা, বামন, পরশুরাম, রাম, বলরাম, বুদ্ধ অমসুং

কল্কি। মুন্না খন্থরগা খঙবা ঙমগনি মদুদি অবতারবু যানবা কাঙবূনা পৃথিবীদা সভ্যতাগী মথং-মনাও খঙনরে। লৈশেম্বগী অহানবদা ঈশিংঙাক ঙায়রিঙৈ পৃথিবীদা মৎস্য অবতার, ঈশিং-কংফাল য়ান্নবদা কূর্ম অমসুং লৈখোল্লক্তা বরাহ। অদুগী তুংদা শাগা মীগা য়ান্নবা মূর্ত্তি অমদি বামন মূর্তিগী কল্পনা। পরশুরাম মপূং ফারবা মীগী মশক্নি। মাগী খূৎলায় শীংজং ওইবা সিনদি নুংগী যুগকী খুদম্নি। রামগী খূত্তা লীরুং তেননি, ইবুংঙোদি বনদা কোয়না চৎপনি। বলরামগী খূৎলায়দি লাঙ্গলনি হায়বদি লাঙ্গলনা খোইরগা মরূ-মরাং থাদুনা পুথোকপা হৌখি।

বুদ্ধ মাপনগুবা অবতারনি। ইবুংঙোনা জাতি খায়বা, শোক্ল-পায়নবা য়াদবা অমসুং হিংসাবু সমাজদগী লাপথোকহনবা পাম্লম্মী। বুদ্ধদি ঐতিহাসিক পুরুষনি। লৈবাক অসিদা যাগ-যজ্ঞ, পশুবলি অমসুং মূর্তিপূজা মপূং ফানা হৌদোক্লবা মতম অদুমক্তা বুদ্ধ অবতার ওইখিবনি। সনাতন হিন্দু ধর্মদা অকনবা চৈফ্ ওইখি। হিন্দুশিংনা থোইদোক্লা লম্বোইবশিংনা পূক্লিং য়াংথোক্লা অনৌবা ধর্মসিবু লুনা লৌনরম্মী। মরম অদুনা যুগতুগী হিন্দু ধর্ম ঙাকপশিংনা শন্দোক্লম্মী মদুদি বুদ্ধসু বিষ্ণুগী অবতারনি, মহাক করিগুম্বা অনৌবা ধর্ম অমা শন্দোকপা লাকপা নত্তে, ধর্মগী অনৌবা ৱায়েক অমা পীবিগে লাকপনি।

অদুবু মখোয়না মওন-মওন খন্নরম্মী মদুদি অসুম্না ধর্ম ঙাকপা য়ারোই। ভারতকী মপাল্লমদগী অয়াম্বা জাতিনা অয়াম্বা ধর্ম পুদুনা লাক্লখি। মখোয়দু ম্লেচ্ছ ঙাক্লি। হিন্দু ধর্মবু ঙাক্লবদি বৌদ্ধ অমসুং জৈনগা লোয়ননা ম্লেচ্ছশিংদু মাঙহনগনি। মরম অদুনা কল্কি পুরাণগী অনীশুবা শরূক্তা বৌদ্ধশিংগা লোয়ননা কল্কিগী লাঞ্জাও হৌখি, জিন হাৎখি অমদি কল্কিনা বৌদ্ধ অমসুং ম্লেচ্ছ জয় তৌখি। বুদ্ধবু করিগুম্বা অওইবমক বিষ্ণুগী অবতারনি হায়না য়ারম্বা তারবদি বৌদ্ধশিংগা লোয়ননা কল্কিনা লান তৌবগী কান্নবা লৈরম্মোই। ইবুংঙোনা কলি অমসুং ম্লেচ্ছশিংবু জয় তৌরগা সত্য যুগ লিংখৎপা য়ারমগনি।

কলিগী বংশ লীবগী মনুংদা কিনিংঙাই অমা লৈ। ইবুধৌ ব্রহ্মাগী নঙ্গন্দগী অকিবগী মশক ওইবা, মুশুক মুবা পাপী অমা পোকখি। মাগী মিং অধর্ম কৌই। মাগী চান্নবীগী মিংনা মিথ্যা। মখোয়নীগী মচানুপা-নিংঙোনগী মিংনা দম্ভ অমসুং মায়া/দম্ভ-মায়া অনীগী মচা নুপা-নুপীনা লোভ অমসুং নিকৃতি। নিকৃতি ৱাহৈসিগী অর্থ-তাথীবা, নিন্দা, মাঙনবা তৌবা অতোনবা কর্ম, মরৌ চাউবা অমসুং মীনম শোরিবনি। মখোয়গী মচানুপা নুপীগী মমিং ক্রোধ অমসুং হিংসা। কলি মপা-মমা

অনীসিগী মচানি।

শাখাই মরিসি ইল্লগা খণ্ডনগনি মদুদি মচন-মৌপ্পা লৌন-লৌন মগাশুবা চাদা-নাউদাদা কলি পোল্লকখি। মাগী মচনগী মমিং দুরুক্তি কৌই। মসিগী অর্থদি চীষ্টীবী অমসুং চীঙ্গনবী হায়বনি। মখোয়নীগী মচানুপা-নুপীগী মিং ভয় অমসুং মৃত্যু। মখোয়নীগী মচানুপা-নুপীগী মিংনা নিরয় অমসুং যাতনা। নিরয় হায়বদি নরক। মখোয়গী মচানুপা চাম-চামনি।

'সিগী তুংদা কলিনা পাল্লিভেদা পৃথিবীগী ওইরক্কদবা ফিবমদুগী কল্পনাগী ৱারী অমা লৈ। অয়াম্বা মফমদা তুংগী খোল্লাউ অসি অচুম্বা ওইনা থোকই হায়না খন্নগনি। পুরাণদা মাঙদা পানখিবা নিংথৌরোন শীংথাবগী নিয়ম অমা চৎনৈ অমদি কল্কি পুরাণ থায়নগী নিয়মসিগী ময়েক লারবা খুদম্নি। মহাপুরাণ তরানিপানগী মনুংদা মশীং চন্দ্রবসু কল্কি পুরাণ থোইদোকপা খঙ্গৎনীংঙাই ওইবা উপ পুরাণ অমনি।

পুরাণসিগী থোইদোকপা পান্দম অমসু য়াওরি। লাইরিক অসি জীবন-চরিত অমগী মওংদা লেঙবনি অমদি অতোপ্পা ৱারী অমা নত্রগা মতাং অমা নত্তে। অমত্তা ঙায়রবা লাইরিকসিদা পরিং নাইনা কল্কিনা পোকপদগী হৌরগা শিবা ফাওবা থৌদোক পূম্নমক লেংই। অতৈ-অতৈ ৱারীসু মতাংগী মতুংইন্না লৌশিল্লি। অনৌবা কাঙলোন্দা ইরল্লবদি কল্পনাগী পুন্সি-ৱারীসি উপন্যাস অমনি হায়না চৎনরমগনি।

কল্কি পুরাণদা হায়রিবদি ব্রহ্মানা নারদদা লীখিবদু নারদনামুক বেদব্যাসদা লীখি। বেদব্যাসগী মচা ইবুংঙো শুকদেবনা ৱারী অসি অভিমন্যুগী মচা ইবুংঙো বিষ্ণুরাতগী সভাদা লীখি। লোমহর্ষণগী মচা ইবুংঙো উগ্রশ্রবা সভাদুদা লেংঙকখি অমদি মানা নৈমিষ্যারণ্যদা লৈবা শৌনকনচিংবা ঋষিশিংদা ৱারী অসি লীখি। পুরাণমখৈবু বেদব্যাসনা লেংঙম্বনি হায়দুনা, হায়রিবা পুরাণসিসুনি হায়না হায়নরি। অদুবু মসি লেঙবা মতমদি শোয়দনা বুদ্ধনা পোকখ্রবা কুইরবতুংদনি। ভারততা ম্লেচ্ছ হায়না খঙনবা মীরৈবাকচাশিং লাক্লবা হৌখ্রবনি। লাইরিক অসিদা শঙ্করাচার্য্যনা দিগ্বিজয় চৎপগী ইঙ্গিৎ য়াওই হায়বদা চূনদবা ওইরোই। ৱাফমসিদা মসি লেংবসি নিপানশুবা শতাব্দীগী মমাঙদা ওইরোই হায়না খন্নবা য়াই।

কল্কি পুরাণদা হায়খ্রে মদুদি লাইরিকসিদা শ্লোক লীশিং তরুক চামনি। হৌজিক্কী অফোঙবা লাইরিক্তা শ্লোক অদুক ওইদ্রে অমদি খরা হন্দোকখ্রে হায়নসু খন্নবা লৈতে। সাহিত্য বিচারদা লাইরিকসিগী মফম অয়াম্বদা ফজবা ৱাহং কয়া য়াওই।

সিংহল রাজকন্যা পদ্মা অমসুং কল্কিগা অহানবা উনবগী ঙাঙনবদু হৌজিক্কী যুগকা যেংনবদা চূনদে হায়না খন্নগনি। সিগুম্বগী খুদম অতৈসু পীবা য়াই। অদুনদি মফম মফম কয়াদা অরেংবগী কবিত্ব শক্তিগী পরিচয় ফংবা ঙমই অমদি খোম্থোক অমসুং মফোঙদোক ফজবা শ্লোকসু য়াওই।

অইবা

# পুরাণ মশক তাকপা

পুরাণ হায়বা ৱাহৈসিগী অর্থ অরিবা হায়বনি। পুরা ভবম্ হায়বসিনা পুরা ট্যু নত্রগা তুট্ নিপাত ওইখ্রগা তুড় ভাব নত্রগা 'ত' না লোপ ওইরগা পুরাণ হায়খিবনি। থায়নঙৈদা অরিবা ৱারীগী থোইদোকপা লাইরিক্কী মমিং পুরাণ কৌরম্মী। বেদনচিংবা লাইরিকশিংদা মসিনা হৌরকপগী ৱারী য়াওরি। অথর্ব বেদদা য়াওরি মদুদি যজ্ঞগী লেমহৌবদগী ঋক্, সাম, ছন্দ অমসুং পুরাণ পোকখিবনি।

'ঋচঃ সামানি ছন্দাংসি পুরাণং যজুসা সহ' (অথর্ব ১১।৭।২৪)

অসিগুম্বা ৱারোল বৃহদারণ্যক উপনিষদতসু য়াওরি (২।৪।১০) অমদি শতপথ ব্রাহ্মণদা য়াওই (১৪।৬।১০।৬)।– অচোৎপা শীংনা হৌবা মৈদগী মৈখুনা তোঙান্না লৈবগুম বেদ ইতিহাস পুরাণনচিংবশিং শাস্ত্রশিং পুম্নমকসি অথোইবা পরমাত্মাদুগী নিংশা শোরনি। ছান্দোগ্য উপনিষদতা হায়রি— ইতিহাস অমসুং পুরাণদি মঙাশুবা বেদনি। ইতিহাস পুরাণং পঞ্চমং বেদানাং বেদম্ (৭.১.১)। মতৌ অসুন্না আর্য ঋষিশিংনা হায়জবদগী বেদ থোরকপনি, অদুগুম্বা ঋষিশিংনা পুরাণশিংসু ফংখি। অদুনা শতপথ ব্রাহ্মণদা ফংই মদুদি 'পুরাণ হায়বদি বেদনি, বেদ হায়বদু পুরাণদুনি।' ৱারোনসি অধ্বর্যু পুরাণগী ৱারীদা হায়রম্মী—

অধ্বর্য্যুস্তাক্ষে বৈ পশ্যাতো রাজেত্যাহ... পুরাণং বেদঃ সোঽয়মিতি কিঞ্চিৎ পুরাণমাচক্ষীত (১৩.৪.৩.১৩)।

হৌজিক্তা পুরাণবু ইতিহাসনি হায়না লৌনদবা অসিগুম্না মতমদুদসু খন্নরমদে। ইতিহাস হায়বা ৱাহৈসিমকসু চৎনরম্মী অদুগা মসিগী থোইদোকপা অর্থ লৈরম্মী। বেদগী ভাষ্যদা সায়ণাচার্য্যনা ইরম্মী মদুদি বেদদি লাই হিংচাবগী লানগী ৱারীনচিংবা থৌদোকৱাগী ওইবা ইতিহাসনি।— দেবাসুরা সংয়ত্তা আসন্নিত্যাদয়ো ইতিহাসাঃ। অদুনা মাঙ্দা ফত্তবা লৈরম্মী অতে করিসু লৈরমদে, অসিনচিংবা জগৎকী অহৌবা ফিভমদগী হৌরকপা সৃষ্টিগী বিবরণগী মমিং পুরাণনি।— ইদং বা অগ্রেনৈব কিঞ্চিদাসীদিত্যাদিকং জগতঃ প্রাগবস্থানুপক্রম্য সর্গ প্রতিপাদকং বাক্যজাতং পুরাণম্। শঙ্করাচার্য্যনসু মাগী বৃহদারণ্যক উপনিষদকী ভাষ্যদা ৱা অমা ইরম্মী— উর্বশী পুরুরবাগী সংবাদনচিংবা ব্রাহ্মণগী শব্দক্কী ওইবা মিংবু ইতিহাস অদুগা পূম্নমক্কী মাঙ্দা থোইনা কান্নদবঙাক ওইবনচিংবা বিবরণদুগী মিংনা পুরাণনি।

হৌজিক্তি তশেংনা পুরাণশিংগী মিংগৌ মপূংফানা হোংখ্রে। অদুঙৈদা ইতিহাস হায়না কৌনরম্বদো হৌজিক্তি পুরাণ হায়না ওন্থোকখ্রে। লাই হিংচাবগী লান নত্রগা উর্বশী পুরুরবাগী ৱারীবু পুরাণগী মনংচনবা ওইখ্রে। সুর্য্যবংশগী রাম অমসুং চন্দ্রবংশগী কৃষ্ণবু হৌজিকমক ইতিহাসকী মীওইনি হায়না খন্নবা ওইথোক্লরোই।

অদুবু হায়নরিবশিংসিদগী শেংনা খঙলে, থায়নঙৈদা পুরাণ কৌবা শেংলবা লাইরিক অমা লৈরম্মী। তৌইগুম্বসুং আশ্বলায়ণ গৃহ্যসূত্র মনুসংহিতা অমসুং মহাভারততা ফংই মদুদি পুরাণশিংগী মিং য়ামখ্রে। শিবপুরাণগী রেবাখণ্ডদা য়াওই, বেদব্যাস পুরাণ তরানিপানগী বক্তা ওইরম্মী। অষ্টাদশ পুরাণানাং বক্তা সত্যবতী সুতঃ। পদ্মপুরাণগী সৃষ্টি খণ্ডদসু ৱাফমসি শেংনা য়াওই। অদুবু মৎস্য পুরাণদা মরোল শেংনা হায়রম্মী মদুদি অহানবদা পুরাণ অমখক্তমক লৈরম্মী। পুরান মেকমেবা সীং (৫৩.৪)। ব্রহ্মাণ্ড পুরাণদসু য়াওই, শাস্ত্র পূম্বগী মাঙ্দা ব্রহ্মানা পুরাণ ফোঙবীখি। অদুগী তুংদা মাগী মুখদগী বেদ শিন্থরকখি।

*প্রথমং সর্বশাস্ত্রানাং পুরাণং ব্রহ্মণাস্মৃতম্।*

*অনন্তরঞ্চ বক্তেভ্যো বেদাস্তস্য বিনিঃসৃতা॥ (১।৫৮)*

পুরাণসিদা সিমসু শেংনা ই মদুদি বেদব্যাসনা পুরাণ-সংহিতা অমখক্তমক প্রচার তৌবীরম্মী।

পুরাণগী ৱারোলশিংসিদগী পরিংসিদা লাক্লে মদুদি মহর্ষি বেদব্যাসনা পুরাণগী

ৱারীদা শন্দোকপীরম্বদুদা মহাক্কী অরিবা পুরাণ অমসুং ইতিহাসপু পূনশিল্লগা মদুমকপু পুরাণ-সংহিতা হায়না থোল্লম্মী। সংহিতা হায়বা ৱাহৈসিমক্কী পোকচরকপা অর্থসু সিগা অমহানি। লাইরিকসিগী অহানবা শরূক্তা পুরাণ, মসিদা জগৎকী পোক্লকপগী বিষয়দা লিরবা ঋষিশিংগী বৈজ্ঞানিক ওইবা ধ্যান-ধারনাগী ৱা য়াওরম্মী। তাক্কক অসিগী লেংঙম্বগী মমিং খঙনদে হায়দুনা মসিবু ব্রহ্মাগী মুখদগী শিন্থরকপনি হায়না হায়নখিবনি। মসিগী অনীশুবা শরূক্তা থায়নগী ইতিহাসকী ৱারী তিনশিল্লি, মাঙদা মদু ইতিহাস কৌনদুনা অদুম চৎনরম্মী। লাইরিক অমখকসিদগী কোন্নগী মতমদা পুরাণ তরানিপান অমসুং উপপুরাণ কয়াসি লেংখি অমসুং চৎনখি হায়বসিদা চিংনবগী তাঞ্জা করিসু লৈত্রে। করিগুম্বা বেদব্যাসনা মশানা পুরাণ পূন্নমকসি ইরম্বা তারবদি বিষয়বস্তু অমখক্লা লাইরিক ময়ামসি আলোচনা তৌরম্মোই অদুগা মখল মখা অয়াম্বা পুরাণশিংদা কাঙলূপ নাইনবগী অথিংবা থৌশেম লৈরম্মোইদবনি।

বিষ্ণু পুরাণগী তরুকশুবা অধ্যায়দা ফংই মদুদি বেদব্যাসনা আখ্যান, উপাখ্যান, গাথা অমসুং কল্পশুদ্ধিনা মরম ওইদুনা পুরাণ সংহিতাসিমক লেংখিবনি। মিৎমক্লা উবদু ইবনা আখ্যান, উপাখ্যান হায়বসিনা অমগা অমগা হায়ন-শানবা ৱারী, হয়েংমুক্কী মপোক অমসুং অতৈ-অতৈ বিষয়দা ইশৈ ওইনা ইবনা গাথা অমদি শ্রাদ্ধকল্পনচিংবগী মরম লেপ্পবু কল্পশুদ্ধি কৌই। বেদব্যাসনা মহাক্কী সূত জাতিগী ওইবা শিষ্য রোমহর্ষণ নত্রগা লোমহর্ষণদা পুরাণ-সংহিতাসি শিন্নখি। কোন্নথংগী অয়াম্বা পুরাণশিংসি সূতগী মচীন্দগী লীখিবনি। ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী অহানবা অধ্যায়দা সুতনা মশাগী পরিচয় পীরম্মী হায়দুনা সূত হায়বসি মাগী জাতিগী মমিংনি অদুগা পুরাণ পাঠ তৌবদুনা মাগী জাতিগী ধর্মনি। বেদব্যাসগী শিষ্য সূতনা লীবদু অতাবশিংদা তুজুংবা পোকই রোমাঞ্চিত ওই হায়দুনা মাগী মমিং রোমর্ষণ নত্রগা লোমহর্ষণ কৌখিবনি। মতমদুদা পুরাণ হায়বসি অরিবা ভারতকী ইতিহাস ওইরম্মী। জগৎ পোকপদগী হৌনা বেদব্যাসকী মতম ফাওবগী ইতিহাসকী ওইবা থৌদোক পূম্বা হায়রিবা পুরাণ-সংহিতাসিদা য়াওশল্লম্মী।

মতমদুদা পুরাণ সংহিতাসি ধর্মগী লাইরিক অমনি হায়নরমদে। অদুনদি বেদব্যাসনা সূতদা পুরাণ সংহিতা শিন্নরমদে। সূতগী মপা ব্রাহ্মণ নৎলমদে। পুরাণ সংহিতাবু ধর্মগী লাইরিক্লি কৌনরবদি ব্যাসনা শোয়দনা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ শিষ্য অমদা লাইরিকসি শিন্নরমগনি। বেদগী মতৌগুম্না পুরাণসু ব্রাহ্মণশিংগী খুদুম

চনবদা লৈরিবনি। অক্ষয়কুমার দত্তনা মাগী 'ভারতবর্ষীয় উপাসক সম্প্রদায়গী অনীশুবা শরুক্তা ৱাফমসি শেংনা ইরম্মী— 'পুরাণদা সৃষ্টি, বিশেষ সৃষ্টি, বংশবিবরণ, মন্বন্তর অমদি অথোই অথোইবা শাগৈদা পোকখিবা মীওইশিংগী লমচৎ শাজৎকী ওইবা ৱারমশিং চিংশিল্লম্মী। ধর্ম য়াওবা থৌরম-থৌরাংগী পাউতাক পীবনা মসিগী বিষয় অমখক্তং পান্দম্বা নত্তে। অদুবু হৌজিক্কী চৎনরিবা পুরাণ অমসুং উপপুরাণ ময়াম্না দেব-দেবীগী থোইদোকপা ৱারী, লাইগী পূজা, লাইগী কূম্মৈ হৱাউ অমসুং ব্রত নিয়মনচিংবগী মরম ঙাক্তনা থল্লি। মসিদা মাঙদা পনখ্রবা পঞ্চলক্ষণ অদুগী মনুংচনবা ফংউ-ফংউবা হীরমশিংদু তিনশিল্লম্বমক্তনি। ধর্মগী পাউতাক পীবসি হৌজিক ফাওবদা চৎনরিবা পুরাণশিংগী মতৌগুম্না মমাঙগী পুরাণশিংদসু পীরম্বা তারবদি, মদু সূত জাতিগী মথৌ ওইদদুনা হৌজিক্কী ব্রাহ্মণ ৱারী লীবদৌনা ষট্‌কর্মশালী ব্রাহ্মণ জাৎকী থোইদোকপা মচৎনি হায়দুনা লাঙনরমগনি। ঋষি, মুনি অমসুং অতৈ অচম্বা ব্রাহ্মণশিংদা ধর্মশিক্ষা পীবা সূতনচিংবা অতোনবা জাতিগী মথৌ ওইহনবা কৈদৌঙৈদসু ওইথোক্লোই।

রোমহর্ষণগী শিষ্য তরুক লৈরম্মী হায়না খঙনরি। মখোয়গী মনুংদা কাশ্যপ শাগৈগী মীওই অহুমগী মমিংনা শাংসপায়ণ, অকৃতব্রণ অমসুং সাবর্ণি। মীওই অহুমদুনা গুরুগী নাক্তগী ফংবা মরুওইবা পুরাণ সংহিতাগী মতুংইন্না অনৌবা ৱারী অমমম ইরম্মী। অদুম তৌনা তোঙান-তোঙানবা মতমদা তোঙান-তোঙানবা অরেংবনা পুরাণশিংগী মশীং হেঙ্গৎহল্লম্মী। পুরাণশিংগী লোন্দা, ভাব অমসুং লেংবগী শাথেক নৈনরগা ৱাফমসি প্রমাণ ওইরে মদুদি পাক-শল্লবা মতম অমগী মনুংদা পুরাণ পূম্বা লেংখিবনি। ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরনা ইরম্মী— 'পুরাণ পূম্নমক্কা য়েংনবদা বিষ্ণু পুরাণগী রচনানা লৈ হায়না খল্লি। অয়াম্বা পুরাণ বেদব্যাসনা লেংবনি হায়না শীঙ্গুংনা খঙনরি। অদুবু পুরাণ পূম্নমক্কী মরেংসি অমগা অমগা অদুক্কী মতীক খেন্নৈ মদুদি মী অমখক্তনা লেংবনি হায়না খন্দে। বিষ্ণু পুরাণ, ভাগবত অমসুং ব্রহ্ম বৈবর্ত পুরাণগী শরুক অমমম পারগা লাইরিক অহুম অসি কলম অমখক্কী মচীন্দগী থোরকপনি হায়না লৌবদা লুই। বিষ্ণু পুরাণনচিংবগা মহাভারতকী রচনাগা অসুক্কী মতীক খেন্নৈ মদুদি মশামক্তা বিষ্ণু পুরাণ অমদি ভাগবত নত্রগা ব্রহ্ম বৈবর্ত পুরাণ অসি মহাক্লা ইরমগনি নীংদে।'

মতাংসিদা পুরাণশিং লেংবগী মরমগী ৱা অমুক লাকই। ইচম চম্না ঐখোয়না থাজরি মদুদি বেদব্যাস হায়বসিনা পুরাণ তরানিপান লেংবনি অমদি মহাক দ্বাপুরগী

অরোইবা অমসুং কলিগী অহৌবদা কুরুক্ষেত্র লানগী মতমদা লৈরম্বনি। লাল অসি থোকখিবা চহী লীশিং মঙাগী মমাঙদনি। পুরাণতনা হিসাব অসি ফংবা ঙম্মী। অদুবু প্রোফেসর এইচ, এইচ, উইলসননা হায়রম্মী—

*'And the testimony that establishes their existence three centuries before Christianity, carries it back to a much more remote – antiquity to an antiquity that is probably not surpassed by any of the prevailing fictitious institutions or beliefs of the ancient world.'*

মাগী মততা খৃষ্টনা পোক্লিবৈঙে চহী চহ্মগী মমাঙদা পুরাণশিংসি ইরম্মে হায়বদা করিসু চিংনফম লৈতে। প্রমাণ পুন্নমকসি উনরবসিদা অমুক্তা য়াম্না কুইপ্রবা মতমদা অরিবা পৃথিবীগী করিগুম্বা জাতিগী ৱাখলফাও খন্নদ্রিঙৈ ওইবা লিরবা পুরাণশিংসি ইরম্লবনি হায়বা য়ারে। থাজরবা ৱারোল অসি লৈবাকসিগী পণ্ডিতশিংনা হরাউনরোই, চহী লীশিং মঙাবু চহী চহ্ম হায়বসিদা। মসিগী চুমথোক্লবদা চৈফু ওইনা থোক্কনি খল্লি। মহাক্না খল্লমগনি— বিষ্ণু পুরাণদা কোন্নগী ওইবা রাজবংশগী ৱারোন্দা, বুদ্ধ অমসুং নন্দনচিংবা ইতিহাসকী মীওইশিংগী অইবা উরুবদা খল্লম্বা য়াই, লাইরিকশিংসি মতমসিগী তুংদা লেংবনি। কোন্নগী নিংথৌ শাগেগী ৱারী, মদুনা কুইরগা পাক-শন্না লৈরকপা য়াই হায়বসি খল্লম্মোই, খল্লবসু মসি ওইথোকপা য়াবনি খল্লম্মোই। যুগতুদা ছাপাখানা লিংবা নত্ত্রি। সংস্কৃতকী লাইরিক অপূন্বা মতমদুদা খৃৎনা ইদুনঙাক থম্নরম্মী অমদি পণ্ডিতশিংনা মসিদা করিসু হাপচিনবা য়াওদে হায়বসি তশেংনা হায়দে। মসিদা পাক চাউনা নৈনরগা উগনি মদুদি লাইরিক খুদিংমক শ্লোক কয়ামুক ইরায় লায়না পাক-শন্না লেংই।

পুরাণদা শেংনা সৃষ্টিগী অথুপ্পা ৱারম য়াওরম্মিবদু তশেংনা বৈদিক যুগকীনি। বেদ হায়বসি মতৌ অসুম্না আর্য্যঋষিশিংগী কল্পনানা পুথোক্লম্বনি, পুরাণসু অদুগুম্না মখোয়গী তপস্যাগী মহৈনি। বিষ্ণু, ব্রহ্মাণ্ড, মৎস্যনচিংবা পুরাণশিংদা পুরাণগী ওইবা লক্ষণ মঙাদু ফংই। মখোয়দুদি সর্গ নত্রগা সৃষ্টিতত্ত্ব, প্রতিসর্গ নত্রগা লয় অমসুং পুনঃ সৃষ্টি, দেবতা অমসুং পিতৃগণগী বংশাবলী, মন্বন্তর অমসুং বংশানুচরিতনি। বংশানুচরিতদা সূর্য অমসুং চন্দবংশগী নিংথৌশিংগী বিবরণ। বৈদিক পুরাণদা শেংনা সৃষ্টিগী বিষয়গী বর্ণনা য়াওই হায়না খল্লি মদুদি হান্নদগী হৌনা পুরাণগী লক্ষণ মঙাসি উৎলম্মী। ওইবা য়াই মদুদি বেদব্যাসনা খঙত্তুনা

লেংঙম্বা অহানবা পুরাণ সংহিতানা পঞ্চলক্ষণ অসি হৌখিবা মতমদা পুরাণ লেংবগী ফিদম্নি হায়না উৎলম্মী। বেদব্যাসনা সঙ্কলন তৌরম্বা মূল পুরাণ সংহিতা, মদু য়াম্না কুইরবা মতমদা লেংঙম্বনি, অদুদসু করিগুম্বা চিংনিনিংঙাই লৈ। মদুবু চহী লীশিং মঙা লিরবনি হায়বদা চুমই হায়বা নত্তনা মসিগী বিচার তৌবা হৌজিক্তা ওইথোক্লোই। অদুবু হৌজিক্তা চৎনরিবা মহাপুরাণ অমসুং উপ পুরাণ ময়ামসি মতম য়াম্না কুইরবগী রচনা ওইনা লৌনবা নত্তনা উপায় লৈতে।

পুরাণ তরানিপানগী মমিং লৌবদসু মত খেন্নবা খরা লৈ। খদুম ওইনা, কনানা হায়নৈ বিষ্ণু পুরাণগী মতুংদা শিব পুরাণ, কনানা বায়ু পুরাণ। কনাগুম্বগী মততসু শিব অমসুং বায়ু পুরাণ অমত্তনি। অতোপ্পগী মততনা খেন্নৈ হায়বসিনি। শিব পুরাণসু অনী থোক্লা খায়দোকই। ভাগবতকী মরমদসু অসুম্না মত খেন্নবা লৈ। বৈষ্ণবশিংনা শ্রীমদ্ভাগবতপু মহা পুরাণনি হায়নৈ। অদুবু শাক্তশিংনা হায়নৈ দেবী ভাগবতনা মহাপুরাণনি। তশেংবদি পুরাণ অনীসিগী মনুংদা অমবুনা মহাপুরাণ অদুগা অতোপ্পা অমবুনা উপ পুরাণনি হায়বা নত্তনা হায়নীংঙাই লৈতে। হৌনশা ওইনা শ্রীমদ্ভাগবতখক্তং মহাপুরাণনি হায়না য়ানৈ।

পুরাণ পূম্নমকসিগী মথং-মনাও য়েংলুরবসু পুরাণগা পুরাণগা য়েংথিনবা লৈ। মতাংসিদা বিষ্ণু পুরাণগী মতখক্লা ইহেন হেন্না লৌখৎনীংঙাই ওই। মথং-মনাওগী মতুংইন্না বিষ্ণু পুরাণ অহুমশুবদনি। তশেংনা মাগী মতুংদা পুরাণ পূম্নমক লেংখিবদুগী মথং-মনাও উৎলিবদুদা বিষ্ণু পুরাণদা ওইথোক্তবদুবুসু য়াই। চাউরাকপা মওংদা পূন্না মথং-মনাও উৎলবা অদুম্না পুরাণপূম্বা আলোচনা তৌখ্রবনি। আলোচনাদুদা উইলসন সাহেবকী মতসু মনুং চনবদা লৌনৈ।

অহানবা ব্রহ্ম পুরাণনি। মসিগী অহানবা শরুক্তা সৃষ্টিগী মতাংদা লাই হিংচাবা পোক্লকপগী মরম অমদি সূর্য অমসুং চন্দ্রবংশগী বিবরণ য়াওই। অবোইবা শরুক্তা উড়িষ্যাগী জগন্নাথদেবগী মাহাত্ম্য ইরম্মী। কৃষ্ণগী চরিত্র ইবদা বিষ্ণু পুরাণগা য়াম্না মান্নৈ। মসিদা পুরাণগী লক্ষণ মঙাদু য়াওদে উড়িষ্যাগী মন্দিরগী বর্ণনা উরুবদা খল্লি মদুদি পুরাণ অসি তরাহুমদোই নত্রগা তরামরিশুবা শতাব্দীগী মতুংদা লেংখিবনি।

অনীশুবা পদ্মপুরাণ— খণ্ড মঙা থোক্লা খায়বা পুরাণসি অনীশুবা চাউরবনি। অদুম ওইনমক পুরাণগী হৌনবা লক্ষণ মসিদা য়াওদে। সৃষ্টিখণ্ডদা ধর্মতত্ত্বগী ব্যাখ্যা, ভূমিখণ্ডদা পৃথিবীগী ইতিহাস অমসুং ভূগোল, স্বর্গ খণ্ডদা অহানবদা সৃষ্টিতত্ত্ব

অদুগা মতুংদা তীর্থগী মাহাত্ম্য অমসুং ধর্ম আলোচনা, পাতাল খণ্ডদা রামায়ণগী শরূক অমা অমদি উত্তরখণ্ডদা ধর্মতত্ত্বগী বিবৃতি। পুরাণসিদা ভারততা ম্লেচ্ছনা লাকপা, জৈন আচার অমসুং অনৌবা বৈষ্ণবশিংগী খুদম লৌবগী মতাং উবদা অয়াম্বনা মসি তরানিথোইশুবা শতাব্দীগী মতুংগী রচনানি হায়না খন্নখি অমদি শেষখণ্ডনা তরামণ্ডা নত্রগা তরাতরুকশুবা শতাব্দীদা ইখিবনি হায়না লৌনৈ।

অহুমশুবা বিষ্ণু পুরাণ— পুরাণসি শরূক তরুক থোক্না খায়। অহানবা শরূক্তা সৃষ্টিগী মরম অমসুং ধ্রুব-প্রহ্লাদনচিংবগী চরিত্র বর্ণনা, অনীশুবা শরূক্তা ভরত শাগৈগী বিবরণ অমসুং জম্বুদ্বীপ অমসুং সপ্তপাতালনচিংবগী বর্ণনা, অহুমশুবা শরূক্তা মন্বন্তর অমসুং বৌদ্ধ ধর্মগী হৌরকপা, মরিশুবা শরূক্তা সূর্য্য অমসুং চন্দ্রবংশগী বিবরণ, মঙাশুবা শরূক্তা কৃষ্ণগী ৱারী অমসুং তরুকশুবা শরূক্তা কলিগী বর্ণনা য়াওই। কুরুক্ষেত্র লানগী তুংদগী কোন্নগী নিংথৌ শাগৈগী ৱাখল্দা নৈনরগা তরামাথোইশুবা শতাব্দীগী ময়াই চনবা শরূক থেংনৈ। বৌদ্ধশিংসু লৈবাকসিদা তরানিথোইশুবা শতাব্দী ফাওবা মমি তারম্মী। মতমসিগী মনুংদা বিষ্ণু পুরাণ ইখি হায়না থৌওইনা খন্নবা য়াই।

মরিশুবা বায়ু নত্রগা শিব পুরাণ— বায়ুপুরাণসি হৌজিক চৎনরিবা পূন্নমক য়েংলগা থায়না অমসুং পুরাণগী লক্ষণ পূম্বনা তিল্লি। ৱারী তরুক থোকপা শিবপুরাণগী লক্ষণ সংহিতাগী মিং অমা বায়বীয় সংহিতা, পূর্বভাগ অমসুং উত্তরভাগ কৌবা মসিগী শরূক অনীনি। শিবগী মাহাত্ম্য বর্ণনানা পুরাণসিগী উদ্দেশ্যনি। জগৎকী হৌরকপদগী হৌনা শিবগী লুহোংবা, গণেশ অমসুং কার্ত্তিক পোকপা, কাশী মাহাত্ম্য অমসুং শিবপূজাগী বিধি পুরাণসিদা য়াওই।

মঙাশুবা শ্রীমদ্ভাগবত। অয়াম্বগী মততা রচনাগী গুণ সাহিত্যগী মমল্দা মসিনা অথোইবা পুরাণনি। অয়াম্বনা লৌনরিবদি মসি বেদব্যাসনা লেংঙম্বনি অমদি বিষ্ণু পুরাণগা মতম মান্নৈ। কৃষ্ণগী মাহাত্ম্য শন্দোকপনা পুরাণসিগী পান্দম্নি হায়দুনা বৈষ্ণবশিংনা লাইরিকসিবু পূজা তৌনৈ। লাইরিক অসি স্কন্ধ তরানিথোইনি অমদি অতৈ পুরাণশিংগী মতৌগুম অয়াম্বা ৱারীশিংগী মরক্তা কৃষ্ণগী চরিত্র বর্ণনানা মসিগী মরুওইবা উদ্দেশ্যনি। পুরাণসিগী মততা পূন্নমক্তা ভক্তি অমদি ভক্তিদগী জ্ঞান পোকই। মাঙদা হায়জগ্রে, শাক্তগী মততা দেবী ভাগবতনা মঙাশুবা পুরাণনি। মসিসু স্কন্ধ তরানিথোই থোকই অমদি ভাগবত অনীমক্কী শ্লোক মশীং লীশিং তরানিপান্নি। দেবী ভাগবততা দেবী দুর্গাগী চরিত মাহাত্ম্য বর্ণনা তৌরম্মী।

তরুকশুবা নারদ পুরাণ— পাদ মরি খায়দোকপা পুরাণসিদা বিষ্ণুগী অথোইবা কীর্ত্তন তৌই। হরি উপাসনানা অকিবা কোকই হায়বদু অয়াম্বা ৱারীনা প্রমাণ তৌদুনা য়াওই। নারদীয় অমসুং বৃহন্নারদীয় কৌবা মওং অমত্তগী ওইবা পুরাণ অনীখক লৈ। পুরাণদুগী অরোইবা শরুক্তা য়াওই, লাইবু নিন্দা তৌবা অমসুং ষণ হাৎপগী মফমদা পুরাণসি পাঠ তৌরোইদবনি। মসিদগী লৌনৈ মদুদি মুসলমান্না পানখ্রবা তুংদা তরাতরুক অমসুং তরাতরেৎশুবা শতাব্দীদা মসি ইখিবনি মসিদা পুরাণগী লক্ষণ য়াওদে হায়দুনা মসিবু পুরাণ কৌদনা ভক্তি গ্রন্থ কৌবনা ফরমগনি।

তরেৎশুবা মার্কণ্ডেয় পুরাণ— পুরাণসিদা সৃষ্টি-রহস্য, দর্শন, তীর্থ মাহাত্ম্যনচিংবা মতাং য়াওই। মদুগী মথক্তা ফজরবা ৱারী-ৱাতাই কয়ামুক্কী মনুংদা দেবী মাহাত্ম্য কৌবা দুর্গাস্তব য়াওই। দুর্গাস্তবসি চণ্ডী হায়না কৌদুনা হিন্দুগী য়ুমদা পূজাগী মতৌ ওইনা থাজবগা লোয়ননা পাঠ তৌনৈ। মমাঙঙৈদা চণ্ডী মণ্ডপতা নুমিৎ খুদিংগী চণ্ডী পাঠগী থৌরাং লৈরম্মী। পুরাণ অসি অতৈ পুরাণগা য়েংনবদা লি অমসুং তরাশুবা শতাব্দীদা খোমজিনবনি হায়না লৌনৈ।

নিপানশুবা অগ্নি পুরাণ— মৈগী মফমদগী ফংই হায়দুনা পুরাণসিগী মমিং অগ্নি পুরাণ হায়না কৌনৈ। পুরাণসিদা অবতারগী ৱারী, রামায়ণ-মহাভারত অমসুং হরিবংশগী ৱারী অমদি পূজা অমসুং ব্রতগী হৌনবী, দেব-দেবীগী মূর্ত্তিগী বর্ণনা অমসুং তীর্থ মাহাত্ম্যগা লোয়ননা অয়াম্বা শাস্ত্রগী আলোচনা য়াওই। লাল অমসুং ধনুর্বিদ্যা, আয়ুর্বেদ অমসুং শাগী লায়েং, সাহিত্য ব্যাকরণ ছন্দগী মতাং, রাজধর্ম অমসুং রত্ননিরুপণ অমদি ব্যাকরণগী শরুক্তা ধাতু অমসুং শব্দগী মশকসু থেংনৈ। হুয়েল্লাল্লোং অমসুং খুজু-খুৎলাইনচিংবা শেম-শাবগী নিয়ম, লানবন অমসুং সহর শেমগৎপগী থৌরাং সিগুম্বা কয়াগা তন্ত্রগী বীজমন্ত্রসু পুরাণসিদা ফংই। লাইরিক অসি অরিবা পুরাণনি হায়না লৌদে, অদুবু মসি তশেংবা মমল য়ান্নবা খোমজিনবা অমনি।

মাপনশুবা ভবিষ্য পুরাণ— পুরাণসিগী পর্ব মঙানা ব্রহ্মগী অথোইবা মঙান্নি হায়না লৌবা য়াই। অহানবা পর্ব মরিদা শন্নপ্না সৃষ্টি তত্ত্বগী আলোচনাগী মতুংদা বিষ্ণু-শিব অমসুং সূর্য পূজা অমসুং লাইরিকসিগী মাহাত্ম্য পাক শন্না ইরি। মঙাশুবা পর্বদা স্বর্গগী বর্ণনা। থায়নগী রাজবংশগী ৱারী-ৱাতাইসু পুরাণসিদা য়াওই। মখোয়দুগী মরক্তা শাক দ্বীপকী সূর্য পূজা তৌবা মগ জাতিগী মরম ইরম্বা থেংনরুবদা উইলসন সাহেবনা খনখি মদুদি মসিদা ইরাণগী মৈ লাৎপশিংগী ৱাফম হায়রম্মী।

মুম্বাইদগী ফোঙবা ভবিষ্য পুরাণদা মোগল বাদশাহ আকবরগী ৱারী, কোলকতাগী মরমদা ইবা অমদি ব্রাহ্মধর্ম প্রচারক কেশবচন্দ্র সেনগী মিং উরুবদা অয়াম্বনা মসিবু পুরাণনি হায়নদদুনা হৌজিক্কী লাইরিক্তি হায়নৈ মরমদি বিষয় কয়ামুক পাক-চাউথোকহনবনি খন্নে।

তরাশুবা ব্রহ্ম বৈবর্ত পুরাণ— পুরাণসি খণ্ড মরি খায়দোকই। ব্রহ্ম খণ্ডদা সৃষ্টিগী থৌরাংদা কৃষ্ণগী দেহদগী লেঙই-পাল্লিবা পূম্বা পোক্লকপদু উৎলি, প্রকৃতি খণ্ডদা লৈশেম্বগী থবক্তা দুর্গা লক্ষ্মী সরস্বতী সাবিত্রী অমসুং রাধা পঞ্চ-প্রকৃতিসিগী মাহাত্ম্য ই। গণেশ খণ্ডদা গনেশকী ৱারী অমদি কৃষ্ণ জন্ম খণ্ডদা কৃষ্ণ লীলাগী ৱারী। প্রকৃতি অমসুং গণেশ খণ্ডদা অয়াম্বা পুরাণগী ৱারী-ৱাতাইসু ময়াওই। রাধাগী মতাংসি অতৈ লাইরিক্তা ফংদে হায়দুনা অয়াম্বনা খন্নে মদুদি ব্রহ্ম বৈবর্ত পুরাণসিদগী রাধা-কৃষ্ণগী লীলাগী ৱারী চৎনখিবনি।

তরামাথোইশুবা লিঙ্গ পুরাণ— শরূক অনী থোকপা পুরাণসিগী উদ্দেশ্য শিব মাহাত্ম্য অমসুং লিঙ্গ পূজাগী মরম শন্দোকপনি। অহানবা শরূক্তা সৃষ্টি বিবরণগী মতুংদা লিঙ্গ পোক্লকপা অমসুং পূজা, শিব লুহোংবা অসিনচিংবা পুরাণগী ৱারীশিং অমদি সূর্য অমদি চন্দ্রবংশগী বিবরণ য়াওই। অকোনবা শরূক্তা বিষ্ণু অমসুং শিব মাহাত্ম্যনচিংবা মতাং য়াওই। পুরাণসিদা য়াওই মদুদি প্রলয়গী তুংদা মৈগী লিঙ্গ পোক্লকপা, মদুগী মঙান্দগী ব্রহ্মা অমসুং বিষ্ণুনা মঙাল ওইখি। লিঙ্গসিদগী বেদনচিংবা শাস্ত্র পোকখি। অয়াম্বনা থাজনৈ মদুদি পুরাণসি অনৌবা ওইরবসু মতমসিদগী লিঙ্গ পূজা চৎনখ্রে।

তরানিথোইশুবা বরাহ পুরাণ— পুরাণসিদা বরাহ অবতারগী লীলাগী মতাং য়াওই। পুরাণগী লক্ষণ, সৃষ্টি বিবরণ, দশাবতারগী তত্ত্ব, পূজাপার্বণ, ব্রত কথানচিংবা বিষয়গী নৈনবা য়াওই। অয়াম্বনা মসিবু লিঙ্গ পুরাণগী মতৌগুম পুরাণনি হায়নদনা ধর্মগী লাইরিক অমনি হায়নৈ। রামানুজগী মতমগী ৱারী উরুবদা পুরাণ অসি তরানিথোইশুবা শতাব্দীগীনি হায়না খন্নে।

তরাহুমদোইশুবা স্কন্দ পুরাণ— চাউরবা পুরাণ অসি খণ্ড তরুক থোক্লা খায়দোকই। কাশী, উৎকল অমসুং প্রভাস খণ্ডদা তীর্থ অহুমসিগী অমসুং দেবতাগী মাহাত্ম্যগী বর্ণনা য়াওই। মহেশ্বর খণ্ডদা শিবগী অমসুং বৈষ্ণব খণ্ডদা বিষ্ণুগী মাহাত্ম্য কীর্ত্তন অমদি ব্রহ্ম খণ্ডদা রামেশ্বরনচিংবা থাথংবা শরূক্কী অয়াম্বা তীর্থশিংগী ৱারী য়াওই। অয়াম্বনা হায়নৈ মদুদি অবন্তী খণ্ড কৌবা অতোপ্পা খণ্ড অমদা অমুকসু

অয়াম্বা তীর্থশিংগী বিবরণ য়াওই। খণ্ড ময়ামসি তোঙান-তোঙানবা মতমদা তোঙান-তোঙানবা মীওইশিংনা ইরম্বনি হায়না খন্নে। স্কন্দ পুরাণদা তীর্থগী মরম অসূপকী মতীক য়াওই মদুদা মসিবু তীর্থ পুরাণনি হায়বদা লাল্লোই।

তরামরিশুবা বামন পুরাণ— পুরাণসিদা বিষ্ণুনা বামন অবতার ওইবগী ৱারীনা মরু ওই। অতৈ অতৈ পুরাণগী ৱারীশিং য়াওরবসু পুরাণসিদা বিষ্ণুদা হেন্না পান্দম্ফম ওই। চহী চনী-চহুমগী মমাঙদা কাশীদা লৈবা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমনা পুরাণ অসি খোমজিল্লম্বনি হায়না তায়।

তরামঙাশুবা কূর্ম পুরাণ— পুরাণসিগী সংহিতা মরিগী মনুংদা তশেংনা হৌজিক ব্রহ্ম সংহিতাখক ফংই। মসিমক কূর্ম পুরাণনি হায়না চৎনৈ। মসিদা সৃষ্টি অমদি বংশ বিবরণদগী হৌরগা পুরাণগী ৱারী কয়ামুক অমসুং ক্রিয়া মাহাত্ম্য য়াওই। ঈশ্বরগীতাদা দর্শন তত্ত্বগী আলোচনাদা ভক্তি, সাংখ্য অমসুং জ্ঞানযোগনচিংবা অমদি ব্যাস গীতাদা ব্রহ্মচারী ধর্মগী ৱারী য়াওই। অয়াম্বগী মততা ঈশ্বরগীতা হায়বসি শ্রীমদ্ভগবত গীতাগা চাংদম্নিঙাইনি। শিব অমসুং দুর্গাগী মাহাত্ম্য পুরাণসিদা মরুওইনা ফংই অমদি পুরাণসিগী মওংদা শিব পুরাণ অমসুং বায়ু পুরাণ অনীসি মহাপুরাণনি। মসিদা কয়ামুক ওইবা তন্ত্রশাস্ত্রগী অইবদু উরুবদা খল্লি, পুরাণ অসি য়াম্নমক লিবা নৎলোই।

তরাতরুকশুবা মৎস্য পুরাণ— পুরাণসিদা বিষ্ণুগী মৎস্য অবতারগী ৱাবীনা মরুওইরবসু অয়াম্বা অতৈ পুরাণগী ৱারী কয়ামা, সূর্য্য অমসুং চন্দ্রবংশ অমসুং তুংগী রাজবংশগী বিবরণ য়াওই। মসিদা মহাপুরাণগী পঞ্চলক্ষণ য়াওই। অদুবু পুরাণসিদা উপপুরাণগী বর্ণনা উরুবদা অয়াম্বনা মসিবু য়াম্না লিবনি হায়না য়ানদে।

তরাতরেৎশুবা গরুড় পুরাণ— য়াম্না ঙক্লিঙাই ওইবা মরমদি খণ্ড অনী খায়বা পুরাণসিদা গরুড়গী ৱারী অমত্তা য়াওদে। মসিদা অয়াম্বা পূজা, প্রয়শ্চিত্ত, ব্রতকথানচিংবা য়াওই। রত্ন পরীক্ষা, আয়ুর্বেদ, ব্যাকরণ, ছন্দ, স্ত্রীবশীকরণ, মশক বিবরণগী ৱাসু য়াওই। মসিদা নত্তনা সূর্য্য অমসুং চন্দ্রবংশগী বিবরণসিদা অয়াম্বা পুরাণগী ৱারী অমসুং নরক্কী বর্ণনা য়াওই। পুরাণসিদা অয়াম্বা নীতিকথা অমসুং রাজধর্মগী ৱারীসু ফংই।

তরানিপানশুবা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ— স্কন্দ পুরাণগী খণ্ড কয়ামুক পূল্লপ ফংদবগুম ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ অশুবসু ফংদ্রে। বায়ু পুরাণগী অরোইবা শরক্কী মমিং ব্রহ্মাণ্ড খণ্ডনি। ব্রহ্মাণ্ড খণ্ডসিমক ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ ওইরোইদ্রা হায়নদে। হৌজিক ফংনরিবা অসিদা

অয়াম্বা পুরাণগী ৱারী য়াওই। মদুগী মনুংদা মরুওইবদি কাণ্ড তরেৎ খায়বা অধ্যাত্ম রামায়ণনি। রামায়ণসিগী মনুংদা রামগীতাদা অয়াম্বা দার্শনিক তত্ত্ব নৈনবা য়াওই।

মথক্তা পনখ্রবা পুরাণ ময়ামসি খোমজিনবগী মতম লেপ্পগী মরীদা মীরৈবাক্কী পণ্ডিতশিংনা ফোঙদোক্লম্বা মত অদু ঐখোয়গী দেশকী পণ্ডিত কয়ামরুম্না য়ানবা ওইরবসু কয়ামরুম অমনা য়ানবা ঙমদে। মখোয়না খন্নরম্মী— অথোইবা পুরাণশিংসি খোমজিনবা মতম বৈদিক যুগকী হেক মতুংদনি। আপস্তম্বা ধর্ম সূত্রগী অনুবাদ ডাঃ বুহ্লারনা তৌরম্মী। মহাক্না লাইরিক অসি অহুমশুবা শতাব্দীগী মমাঙদা ইরম্বনি হায়না খল্লম্মী, মসিসু খল্লম্মী মদুদি পাণিনিগী মমাঙ ওইনসু ইরমগনি হায়বা য়াই। লাইরিক অসিদা জৈন অমসুং বৌদ্ধগী মমি তাবা করিগুম্বা অইবা অমা লৈতবনা মসে খৃষ্টগী মমাঙ শতাব্দী তরুক নত্রগা মঙাদা ইরম্মী হায়না খল্লি। অমুক লাইরিকসিদা করিগুম্বা পুরাণ অমসুং ভবিষ্য পুরাণদগী প্রমাণসি লৌনবনি। বিষ্ণু পুরাণগী মততা ভবিষ্য পুরাণগী মথং-মনাও মাপনশুবনি হায়না মতমদুদা মসিগী মমাঙ ওইনা পুরাণ নিপান চৎনরম্মী হায়না খন্নবদা হৌনদবা ওইরোই। যবদ্বীপ্তা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ ফংলিবা অদু দেশ অসিগী পুরাণদগী তোংঙাল্লি। মঙাশুবা শতাব্দীদা হিন্দুশিংনা গ্রন্থ অসি পুদুনা চৎখিবনি অমদি মফমসিগী ব্রহ্মাণ্ড পুরাণদা তুংগী রাজবংশগী ওইবা ইরম্বা য়াওদে। ব্রহ্মাণ্ড পুরাণমক পুরাণ তরানিপানগী অরোইবা পুরাণনি অমদি মসিদগী প্রমাণ ওইরে মদুদি মঙাশুবা শতাব্দীগী মমাঙদা পুরাণ পূম্নমক ইখ্রবনি অদুগা কোন্নগী রাজবংশনা মসিগী তুংওইনবা মতমদা শন্দোকখিবনি। ভারততা গুপ্ত যুগকী অরোইবা অদুৱাইদা। খন্নবা য়াই তরুকশুবা শতাব্দীদা গুপ্তযুগকী অরোইবা শরুক্কী নিংথৌশিংনা মখোয়গী মমিংদু পুরাণশিংদা হাপচিল্লম্মী। মতৌ অসুম্না খন্নরগা লৌনবদা য়ারোইদবা লৈরোই মদুদি বিষ্ণুপুরাণ হায়বসি পরিক্ষিতকী মতমদনি, গরুড় পুরাণ জন্মেজয়গী মতুংনি। জন্মেজয়গী মশূ শূরোন অধিসীমকৃষ্ণগী মতমদা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ খোমজিনখিবনি।

বেদব্যাসনা পুরাণ সংহিতা খোমজিল্লম্বসিগী উদ্দেশ্য কদাইদসু ইখিবা লৈতে হায়না লৌনবা ঙম্নরোই মদুদি মসি পাউতাক্না মরুওইবা লাইরিক ওইরম্মে। কমদৌনা বিশ্বজগৎ অসি শেমখিবা, জীব পোকখিবনা কমদৌননো অমদি থায়নঙৈদা চৎনরম্বা ইতিহাস অদু চেকশিন্না খোমজিল্লগা মীয়াম খ্বাইগী মঙ্গলগীদমক শ্রাদ্ধনচিংবা সমাজগী থৌরাংদা পাঠ তৌদুনা তাহনবগী থৌরাং

লৈরম্মী। অদুবু উনরে মদুদি তুংগী মতমদা পুরাণ অসি শন্দোকপগী উদ্দেশ্য ব্রহ্মা বিষ্ণু শিব অমসুং শক্তিগী মহিমা শন্দোকপা ওইখি। পুরাণ তরানিপান্দা পান্দম অসি কন্না ফোঙদোকই। শৈব পুরাণ লেংবনা শিব ব্রহ্মা অমসুং বিষ্ণুনা লৈশেম্বনি। অসুম্না বৈষ্ণব পুরাণ লেংবনা বিষ্ণুদা ইকাইখুম্নবা পীরম্মী। অতোপ্পা কাওবু অমদা শাক্ত পুরাণ লেংবনা ভগবতীবু, ব্রহ্মা বিষ্ণু অমসুং শিব মূর্ত্তি অহুমসিগী অপোকপীগী মওংদসু প্রচার তৌরম্মী। অমুকসু সৌরগণগী বর্ণনাদা সূর্য্যতনা পূম্নমক্কী অপোকপনি। লিঙ্গ পুরাণদা শিবনা হায়রম্মী, পাঙ্গল্লবা নখোয় অনী ঐগী দেহদগী পোকখিবনি। লোকপিতামহ ব্রহ্মা নঙনা ঐগী য়েৎথংবা নাকল্দগী অদুগা হৃদিদগী পোকপা বিশ্বাত্মা বিষ্ণু নঙনা ঐগী ওইথংবা নাকল্দগী পোকখিবনি। শিবনা অসুম্না বিষ্ণুবু ইচা হায়না কৌরম্মী। অসুম্না শ্রীমদ্ভাগবত্তা ব্রহ্মানা হায়বম্মী, ঐহাক বিষ্ণুনা হাপ্পিদুনা সৃষ্টি তৌখি অমদি শিবনা মাগী খুদুমদা প্রলয় তৌখি। ব্রহ্মানা মার্কণ্ডেয় পুরাণগী দেবী মাহাত্মদা হায়রম্মী, হে দেবি, নহাক্না ঐহাক, বিষ্ণু অমসুং শিবগী হকচাং পুথোকপনি। ভবিষ্য পুরাণদা সূর্য্যতবু পূম্নমক্কী অপোকপনি হায়রম্মী।

স্কন্দ পুরাণগী কেদার খণ্ডদা শেংনা ইবি মদুদি পুরাণ তরানিপানগী মনুংদা তবানা শিবগী, মরিনা ব্রহ্মাগী অনীনা বিষ্ণুগী অমসুং অনীমনা ভগবতীগী মহিমা কীর্ত্তন তৌরম্মী। পুরাণসিগী সম্ভব কাণ্ডদা ফংই মদুদি শিব, লিঙ্গ, স্কন্দ, ব্রহ্মাণ্ড, ভবিষ্য, মার্কণ্ডেয়, মৎস্য, কূর্ম, বরাহ অমসুং বামন পুবাণ তরাসিদা শিবগী, বিষ্ণু, শ্রীমদ্ভাগবত, গরুড় অমসুং নাবদ পুরাণ মরিসিদা ব্রহ্মগী, অগ্নি পুবাণদা অগ্নিগী অমসুং ব্রহ্মবৈবর্ত পুরাণদা সূর্য্যগী মহিমা প্রচার তৌবম্মী। শাস্ত্রকারশিংনা পুরাণ তরানিপানসিবু মরুওইনা সাত্ত্বিক, তামসিক অমসুং রাজসিক অমদি বৈষ্ণব, শৈব অমসুং ব্রহ্ম হায়না অহুমথোক্না খায়দোকপীরম্মী। বিষ্ণু, নারদ, শ্রীমদ্ভাগবত, গরুড়, পদ্ম অমসুং বরাহ পুরাণ তরুক অসি সাত্ত্বিক নত্রগা বৈষ্ণব পুবাণ, শিব, লিঙ্গ, মৎস্য, কূর্ম, স্কন্দ অমসুং অগ্নি পুরাণ তরুকসি তামসিক নত্রগা শৈব পুরাণ অমদি ব্রহ্ম, বামন, মার্কণ্ডেয়, ভবিষ্য, ব্রহ্মবৈবর্ত অমসুং ব্রহ্মাণ্ড তরুক অসিনা রাজসিক নত্রগা ব্রাহ্ম পুরাণনি। অতৈ লেমহৌবা পুরাণশিংদা ব্রহ্মাগী থোইদোকপা মতৌ শক-শোল্লি। তরুকসিসু মত খেন্নবা উই। তশেংবা মতকী অথিংবা নত্তে, কাওলূপকী ওইনা য়ানদবনি। পুরাণ মখলশিংদা অসুম্না কাওলূপ নাইবা মতৌ পুরক্তুনা য়ানদবদু পুরাণ ইবশিং মশানা মদুগী মরম হায়রম্মী। মদু

কোক্লনবা হায়রম্মী, কাল খেন্নবনা লেংবদা খেন্নবনি। মসি কাওলূপ নাইবগী মরম্লনি, অদুবু ইরায় লায়না খওনবা ওম্মী। লৈবাক অসিদা থায়না মতমদগী দেবতা য়ামই অমসুং দেবতা খুদিংমক্কী উপাসনা তৌবা চৎনরম্মী। ঋষিশিংসু মখোয়গী ইষ্টদেবগী পূজা তৌনরম্মী অমদি দেবতাদুবু খ্বাইনা পামজনবা অয়াম্বা মাগী মহিমা কীর্ত্তন তৌনরম্মী। কুইরবা মতমদা পুরাণ লেংবা মতমদা ব্রাখল অসিগীদমক পুরাণদা কাওলূপ নাইবগী ভাব চওশিনবগী তাঞ্জা ফংখিবনি।

পুরাণগী মতৌগুম্না উপপুরাণগী মশীংসু তরানিপান্নি হায়বসি ইচম চম্না য়ানরবনি। অদুবু থি-হূন্নগা চামদগী হেনবা উপ পুরাণশিংগী মমিং ফংই। আলোচনা অসি নীংতম্না তৌনখ্রবনি

হিন্দু পুরাণগী মতৌগুম্না বৌদ্ধ অমসুং জৈন পুরাণসু লৈরি। বৌদ্ধশিংনা মখোয়গী পুরাণ মাপনবু নবধর্ম কৌই। জৈনশিংগী তীর্থাঙ্কর কুনমরিগী মমিংদা পুরাণ অমমম লৈ। মখোয়গী মনুংদা আদি, পদ্ম, উত্তর অমসুং অরিষ্টনৈমি হায়বা পুরাণ মরিসিনা অথোইবনি।

পুরাণশিংগী দেবতত্ত্ব নত্রগা অবতারবাদ আলোচনা তৌরবদা মতাং অনীসিগী মরমদা চীকথনা খন্নবা অমা তওায় ফদে। থায়নগী আর্য্য সমাজদা ব্রহ্মাখক উপাস্য দেবতা ওইরম্মী। অদুবু বিষ্ণু, শিব অমসুং শক্তিগী অইবসু বেদ অমসুং অতৈ বৈদিক গ্রন্থদা ফংই। বেদ মরিখক্তা বিষ্ণুগী মন্ত্র য়াম্না য়াওই। বৈদিক যুগতা বিষ্ণুসু অথোইবা উপাস্য দেবতা অমা ওইনা লৈরম্মী হায়বদা চিংনফম লৈতে। মতম কুইরবা তুংদা বেদগী ব্রাহ্মণনা আরণ্যক অমসুং উপনিষদ পূম্বা লেংবা মতমদা অতৈ-অতৈ দেবতাশিংগী য়েংনা ব্রহ্মগী উপাসনা কনখৎনরকখি। বেদ মরিমক্তা ঐখোয়না রুদ্রগী নাম থেংনৈ। তৈত্তিরীয় অমসুং বাজসনেয় সংহিতাদা রুদ্রগী অধ্যায় য়াওই। মদুদা রুদ্রগী মিংখৈ চামগী মনুংদা শিব অমসুং মহাদেব য়াওই। সূর্য্যসু অথোইবা দেবতানি, বেদ পূম্নমক্তা মাগী স্তব য়াওই। দুর্গা নত্রগা শক্তিগী উপাসনাসু থায়নগী বৈদিক গ্রন্থদা য়াওই হায়বসিগী পরিচয় খরা ফংই। কুইনগী তুংদা ইখিবা পুরাণদা বৈদিক দেবতাশিংসিনা মপূং ওইবা মতৌদু ফংই।

ব্রাফম অসি য়ানদবা তৌরোই মদুদি ব্রহ্মগী উপাসনা হায়বসি পূম্নমক্লা খওনবা কুইরবনি। অতৈ দেব-দেবীগী উপাসনাদি কোন্না চৎনখিবনি। বৈদিক যুগতা বিষ্ণু শিবনচিংবা অথোইবা দেবতাশিংগী উপাসনাসু চৎনরমদে হায়না বৈদিক গ্রন্থদা মদু ইরম্বা লৈতে। অক্ষয়কুমার দত্তনা মাগী 'ভারতবর্ষীয় উপাসক সম্প্রদায়' কৌবা

লাইরিক্তা ইরম্মী— "বৈদিক গ্রন্থদা দেবতত্ত্বগী অদুগুম্বা মঙান অদু পুরাণদা মপূং ফানা ওম্লোক্কুনা মপূং ফাবা খুবম ফংখি। মহৈ ওইনা মাঙদা হৌখ্রবা দেবতা মখলশিংসিগী থোইদোক হেন্দোকপা ৱাবী-ৱাতায় কয়া তুংদা মশক হোংদোক্কুনা অমসুং চাউথোকহন্দুনা পৌরাণিক বিষ্ণুগী মহিমা ফোঙদোক্লবা লাঙখি। মসি হিন্দু শাস্ত্রগী অয়াম্বা মফমশিংদা ময়েক লানা উবা ফংই। ভক্তজনশিংনা তোপতোপ্পা ওইবা নিংথিবা ফজবা লৈতেং লৌদুনা মা-মাগী ইষ্টদেবগী মবূক্লা পামজবা লৈচন শেম্নখিবনি। মতৌ অসুম্না অহৈবা শাদুনা হিন্দু ধর্মগী অনৌবা মশক পুথোকখিবনি। হিন্দু শাস্ত্রনা অসুম-অসুম কয়াদা হোংখ্রবা অমসুং কয়া মথক মখা ওন্নখ্রবা!"

ৱাফম অসি খুদিংমক্লা য়ানদবা তৌদে। বৈদিক গ্রন্থদা ঐখোয়না অয়াম্বা অবতারগী মিংখৈশিং উবা ফংই। ঋগবেদদা বামন অবতারগী ৱারী, শতপথ ব্রাহ্মণদা বামন, মৎস্য, কূর্ম অমসুং বরাহ অবতাবগী ৱারী, তৈত্তিরীয় আরণ্যকদা কূর্ম অবতারগী ৱারী, তৈত্তিরীয় সংহিতা অমসুং ব্রাহ্মণদা বরাহ অবতারগী ৱারী, ঐতবেয় ব্রাহ্মণদা পরশুরাম অমদি তৈত্তিরীয় আবণ্যক, ছান্দোগ্য উপনিষদতা কৃষ্ণগী ৱারী ফংই। অদুবু বৈদিক গ্রন্থ পূম্নমক্তা অবতাবসি ব্রহ্মাগী, বিষ্ণুগী য়াওদে। বৈষ্ণব পুরাণ লেংবশিংনা অবতার পূম্নমক অসি বিষ্ণুগী মিংদা প্রচার তৌরম্মী, য়াম্না কুইরবা মতমদা। মসিগা চপ মান্ননা শৈব পুরাণকারনা ব্রহ্মাণ্ডনচিংবা পুবাণদা শিবগী অয়াম্বা অবতারগী ৱারী কয়া হায়বম্মী। সূর্য্যগী অবতারগী ৱাবী ভবিষ্যনচিংবা সৌর পুরাণদা হায়রম্মী। শাক্ত পুরাণ লেংবশিংনা মার্কণ্ডেয়নচিংবা পুরাণদা দেবীগী অবতারগী ৱারী ইরম্মী।

নৈনদুনা বিচার তৌরগা খনগনি মদুদি বৈদিক গ্রন্থদা অবতারবাদ অসি পৃথিবীগী অওনবা ফোঙদোকপদা মতেং পাংখি। পৃথিবীনা ঈশিংদা লুপ্লিঙৈ মতমদা ঙা ওইবিরম্মী, ব্রহ্মগী নত্রগা ব্রহ্মাগী অবতার, পৃথিবীনা লৈখোম লৈনাং থোক্লিঙৈদা থেংগু ওইনা পোকপিখি, অদুদগী মথং-মথং লমওক বামন অমসুং মী পোক্লকখি। অসুম্না শকওইশুবা মীওইসি পৃথিবীদা লাকখিবনি।

পুবাণদা থায়নগী ভারতকী অমত্তা ওইবা, থাজনীংঙাই ওইবা ইতিহাস ফংলিবা অদুদা করিসু চিংনফম লৈতে। য়ামদ্রবদা লৈবাকসিদা ইবা ইতিহাসকী মমাঙদা নিংথৌ শাগৈ ময়ামদুনা নিংথৌ ওইখিবা অদুগী পরিচয় শেংনা পুরাণদা লৈ। ৱাফম অসি লৈবাক অসিগী পণ্ডিত ডিঃ আরঃ ভণ্ডারকরনা হায়বীরম্বনি। অদুগা নোংচূপলোমগী পণ্ডিতশিংগী মনুংদসু অয়াম্বনা ৱা অসি হায়নৈ। ঐতিহাসিক

ওইবা ভিঃ এঃ স্মিথ্না হায়বিরম্মী মদুদি মৎস্য পুরাণগী অন্ধ্র রাজবংশ অমসুং নিংথৌশিংগী নিংথৌ ওইরম্বা মতম কাউনদ্রি। এ: বি: কীথ্না পুরাণগী ওইবা ইতিহাসকী মরীদা চিংনবা ফোঙদোক্লবসু এফ: ই: পার্জিটর অমসুং এল: ডি: বার্ণেটনা খল্লম্মী মদুদি বেদগা য়েংনবদা পুরাণনা ইতিহাসকী মমল য়াম্বা হেল্লি। ৱারী পূম্নমকপুদি অচুম্বা নত্তে অমদি খজিক্তং ফাও তিনশিন্নবা য়াদবসু ময়াওই। তৌইগুম্বসুং লাইরিক পূম্নমক অসি মরুওইনা লৈবাক অসিগী ইতিহাসকী ওইবা দলিলনি হায়বদা চিংননিঙাই করিসু লৈরোই। সূর্য্যবংশগী ইক্ষ্বাকুনা অযোধ্যাদা নিংথৌ ওইরম্মী। মাগী নীমি কৌবা মচানুপা অমনা বিদেহগী নিংথৌ ওইরম্মী। সূর্য্যবংশসিগী নিংথৌ অমনা বৈশালীদা নিংথৌ ওইরম্মী, অতোপ্প'মনা গুজরাততা। সূর্য্যবংশগী কন্যা ইলা অমসুং চন্দ্রবংশগী পুরূরবানা পতিষ্ঠান নত্রগা ইলাহবাদতা নিংথৌ ওইরম্মী। পুরূরবাগী মচানুপা অমাবসু কনৌজদা নিংথৌ ওইরম্মী। অদুগা কাশীগী নিংথৌ ওইরম্বনা মাগী মশূ ক্ষত্রবৃদ্ধ। হৌজিক্কী পণ্ডিতশিংনা হিসাব তৌবদা উনরে মদুদি নিংথৌ শাগে পূম্নমকসিগী অহানবা মীশকসি কুরুক্ষেত্র লানগী চাউরাক্লা চহী লীশিং অনীগী মমাঙগী মীওইনি। অর্জুনগী মখা শম্থুরকপা তরুকশুবা মীরোন অধিসীমকৃষ্ণগী ৱারীসু পুরাণদা লৈ। নিংথৌ ময়ামসিগী মমিং ঐখোয়গী ইতিহাসতা লৈ। খুদম ওইনা শিশুনাগ, নন্দ, মৌর্য, শুঙ্গ, কণ্ব, অন্ধ্র অমসুং গুপ্ত নিংথৌশিংগী ৱারী। করি মওংদা মিংয়ামসি পুরাণদা লাকখিবনো হায়বসি মাঙদা হায়খ্রে। শাক, হূণ, যবন, আভীরনচিংবা কয়ামুক ওইবা মীরৈবাক জাৎকী ৱারীসু পুরাণদা ফংই। পুরাণদা লৈ হায়দুনা মখোয়গী ৱারীদু ইতিহাস নত্তে হায়দুনা হুন্দোক্লদে।

লৈশেম্লোনগী অথূপ্পা অমসুং থায়নগী ইতিহাসতা নত্তনা অয়াম্বা মখলগী ৱারী-ৱাতাইশিংসু পুরাণদা মরৈ। অশেংবা পূজা পদ্ধতি, সমাজগী থবক শিন্থোং, দর্শন তত্ত্ব অমসুং তীর্থ মাহাত্ম্যদা নত্তনা, রাজধর্ম, লাল্লোং অমসুং ধনুর্বিদ্যা অমসুং শাগী লায়েংলোন, সাহিত্য, ব্যাকরণ, ছন্দগী মতাংনচিংবা তম্বা য়াবা, বিষয় কয়াসু য়াওরি। লানগী খূৎলাইনচিংবা শাবা, লাম্বন শাবা, সহর অমসুং খুন্দা লৈতাবগী ৱারীসু থেংনৈ। নৈনরোন ময়ামসিনা মতমদুগী চাউখৎপগী অরেপ্পা মরম খঙই। ৱারী অমদা পুরাণ পূম্নমকসি থায়নগী হিন্দু জাতিগী রাজনীতিগী অমসুং সমাজগী পুন্সিগী চাউরাকপা থাজনবা ইতিহাসনি। থাজবগা লোয়ননা পুরাণ পূম্নমক অসি পাদ্রবদি ভারতবাসীনা মশাগী থায়নগী য়েলহৌঙেগী ৱারী

খঙনবা ওম্লরোই। হৌজিক্তা ফংওমদ্রে হায়দুনা পুরাণসিগী মমল মাঙহল্লে, অদুবু অসি হায় হায়দুনা মাগী অশেংবা মমন্দি মরীক অমা ফাওবা হন্থদে। রামায়ণ অমসুং মহাভারতকী মতৌগুম্না পুরাণসু ভারতকী মমল নাইদ্রবা মণিনি।

# উপপুরাণগী মতাং

পুরাণ অমদি মহাপুরাণগী মতৌগুম্না উপপুরাণগী অশেংবা মমিং অমসুং মশীং উৎপা ওইথোক্তে। মসিগী থোইদোকপা মরম মহাপুরাণদা নৈনরিবা অদুনা থোইদোক্লা মহাপুরাণদা উপপুরাণগী মনুং চলহল্লে। খুদম ওইনা শিব অমসুং বায়ুপুরাণগী মনুংদা মহাপুরাণ অমখক্তা ওই, অতৈদি উপপুরাণনি। শ্রীমদ্ভাগবত অমসুং দেবীভাগবতকী মরক্তসু মহাপুরাণ অমখক ওই, অতৈনা উপপুরাণ। অয়াম্বা পণ্ডিতশিংগী মততা মহাভারতসু মহাপুরাণ অমনি। মসিদা মশীং তরানিপান থোক্লা চাউথোকহন্নীংদ্রবদি মহাপুরাণনি হায়দুনা য়ানরবা পুরাণ অমখক্তংবু উপপুরাণ ব্রাহৈদা পুশল্লকপা তাগনি। পুরাণ অমসুং উপপুরাণগী করিগুম্বা মনীং তম্বা লক্ষণ উৎপা লৈতে হায়দুনা লক্ষণ পীরবসু লাইরিক্কী বিচার তৌবা ওইথোক্লোই। অদুনদি ইচম চম্না খন্নরবদা বেদব্যাসকী তুংগী ঋষিশিংনা পুরাণগী লক্ষণ য়াওবা বিষয়বস্তু অমদা লেঙম্বা লাইরিক মচাশিংদু উপপুরাণ ঙাক্লি। মখোয়দুগী মমিংসু তরানিপান্নি হায়না খন্নরবসু উপপুরাণ কৌদুনা চৎনবা অতৈ লাইরিক কয়ামুক্কী মমিংসু থেংনৈ। বেদব্যাসকী মিংদা চৎনবা উপপুরাণসু মরৈ।

কুর্ম পুরাণগী অহানবা অধ্যায়দা তরাতরেৎতগী কুন ফাওবগী শ্লোক মরিদা

পুরাণ তরানিপানগী মমিং য়াওই। মত অসিগী মতুং ইন্না অহানবা সনৎকুমারোক্ত আদ্য, অনীশুবা নারসিংহ, অহুমশুবা কুমারোক্ত ছন্দ, মরিশুবা নন্দীশপ্রোক্ত শিবধর্ম, মঙাশুবা দুর্বাসাঃ, তরুকশুবা নারদীয়, তরেৎশুবা কাপিল, নিপানশুবা বামন, মাপনশুবা উশনাঃ, তরাশুবা ব্রহ্মাণ্ড, তরামাথোইশুবা বারুণ, তরানিথোইশুবা কালিকা, তরাহুমদোইশুবা মাহেশ্বর, তরামরিশুবা শাম্ব, তরামঙাশুবা সর্বার্থ সঞ্চায়ক সৌর, তরাতরুকশুবা পরাশরোক্ত, তরাতরেৎশুবা মারীচ অমদি তরানিপানশুবা ভার্গব।

মমিং ময়ামসি চাংয়েংবদা উনগনি মদুদি মহাপুরাণ তরানিপানসিগী তালিকাদসু স্কণ্ড, নারদীয়, বামন অমসুং ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী মিং য়াওরি। কুর্ম পুরাণগী ৱারোলসি লৌরুবা মতমদা হেমাদ্রিনা বামনগী মহুত্তা মানব অদুগা ভার্গবগী মহুত্তা ভাগবত হায়রম্মী। ভাগবত অনীনি— শ্রীমদ্ভাগবত নত্রগা বিষ্ণু ভাগবত অমসুং দেবী ভাগবত। অনীসিগী মনুংদা অমখক্তং মহাপুরাণগী মনুং চল্লি অমদি শ্রীমদ্ভাগবতনি হায়নবনা মহেল্লি। ঙক্লিংঙাইগী মরমদি অসিনি— শ্রীমদ্ভাগবত অমসুং দেবী ভাগবতকী ছন্দ অমসুং শ্লোক মশীং চপ মান্নে অমসুং লাইরিক অনীমক অচৌবা ঙাক ওই। হেমাদ্রিনচিংবা শাস্ত্রকারশিংগী মততা কালিকা পুরাণ দেবী ভাগবতকী উপ-পুরাণনি। "ইদং যৎ কালিকাখ্যাস্ত মূলং ভাগবতন্তু তৎ"। কালিকা পুরাণদা দেবী মাহাত্ম্যগী বর্ণনা অমদি মসিগী মরম্না দেবী ভাগবতপু মহাপুরাণ কৌবা চুমই। ৱাফমসি য়ানরবদি মহাভারতকী মতৌগুম্না শ্রীমদ্ভাগবতপু পুরাণ কৌদদুনা মনীংতম্বা লাইরিক্লি হায়বদা চুনৈ। অসুম্না মহাপুরাণনি হায়না য়ানদ্রবদি শিব অমসুং বায়ু পরাণগী মরক্তা করম্বনো অমদি উপপুরাণগী ৱাহৈদা তাগনি। নারদীয় পুরাণনা শিব পুরাণবু মহাপুরাণ কৌরম্মী। অমুক পণ্ডিতশিংনা হায়রম্বদি কল্প খেন্নবদা করিগুম্বদা বায়ুপুরাণ করিগুম্বদা শিবপুরাণ মহাপুরাণনি অদুগা অতৈনা উপপুরাণনি।

পুরাণ অমসুং উপপুরাণগী মরমদা মত খেন্নরিবসিগী চুংশিন্নবসু হোৎনখি। পুরাণ তরানিপানগী মনুংদা অমত্তা ঙায়রবা ভাগবত পুরাণসিদা করিসু চিংনবা লৈতে। মতমদুদা লাইরিক অমখকপু ভাগবত কৌনদুনা চৎনরম্মী। বৌদ্ধগী মমি তারবা মতমদা লাইরিক অসি চৎনদবা ওইরমগনি খল্লি অমদি ব্রহ্মণ্য ধর্মবু অমুক হিংগৎহল্লবা তুংদা বৈষ্ণব অমসুং শাক্ত সম্প্রদায়গী মরক্তা ভাগবত অনী চৎনৈ। বৈষ্ণব দার্শনিকনা শ্রীমদ্ভাগবত নত্রগা বিষ্ণুভাগবত প্রচার তৌরম্মী অমদি

শাক্তশিংনা দেবী ভাগবত। মরুওইবা ভাগবত পুরাণদা স্কন্ধ তরানিথোই শ্লোক লীশিং তরাতরুক শুই হায়না লাইরিক অনীমক্তা ছন্দ অমসুং শ্লোক মশীং চপ মান্নবা লেংখি। লাইরিক অনীমক্তা মরুওইবা ভাগবতকী লক্ষণ কয়া য়াওই। খেন্নবা হায়ববু শ্রীমদ্ভাগবততা বৈষ্ণব দর্শনগী অথোইবা মতৌ অদুগা তন্ত্রগী মতুংইন্না দেবী ভাগবততা তন্ত্রগী মমি শেংনা তাই।

য়েৎননিংঙাই লৈবা ময়ামসিদগী খণ্ডনগনি মদুদি অয়াম্বা উপপুরাণগী মগুণনা মহাপুরাণগী মতৌগুম অমদি মফম খরদা মগুণ হেল্লি হায়বগী ৱাকৎসু থমই। মতমগী বিচারদা উপপুরাণ ময়ামসি অনৌবনি হায়বসু চুম্মোই। অয়াম্বা উপপুরাণশিংসি মথায়-থায়নঙৈদা খোমজিল্লম্বনি অদুগা থায়নগী লাইরিক্তা মখোয়গী অইবা লৈ। শতাব্দী তরামাথোইগী অরোইবদা গুরু-শিষ্য তরুক্তা মখোয়গী বেদার্থ দীপিকাদা নৃসিংহ উপপুরাণগী শ্লোক লৌখৎলম্মী। মসিগী মমাঙদা আলবেরুনী, নন্দা, আদিত্য, সোম, সাম্ব অমসুং নরসিংহনচিংবা উপপুরাণশিং ইরম্মী।

শ্রীমদ্ভাগবতকী দ্বাদশ স্কন্ধগী তরেৎশুবা অধ্যায়দা শ্লোক মাপন শুবদগী কুনশুবা ফাওবদা পুরাণ অমসুং উপপুরাণ লক্ষণ তরাগী ৱা য়াওই। লক্ষণশিং অদুদি সর্গ, বিসর্গ, বৃত্তি, রক্ষা, অন্তর, অংশ, বংশানুচরিত, সংস্থা, হেতু অমসুং অপাশ্রয়নি। তরাসিগী মনুংদা লক্ষণ মঙাদং য়াওবদসু পুরাণ হৈবশিংনা মদুবু পুবাণনি হায়না য়ানরম্মী। অয়াম্বা পুরাণদা লক্ষণ মঙানিসু হায়নরম্মী। আলোচনাসিদগী শেংনা খণ্ডনগনি মদুদি পুরাণগা উপপুরারগা করিসু খেন্নবা মরম লৈতে। বিষয় অমখক লৌদুনা ইবা লাইরিক্তু মহাপুরাণনি হায়না য়ানদ্রবদি, মদু উপপুরাণনি হায়না খন্নগনি।

মহাপুরাণগী মতৌগুম্না উপপুরাণগী মশীংসু তরানিপান্নি হায়না লৌনরবসু কুর্ম পুরাণদা ইরিবা পুরাণ তরানিপানগী মমিংদু হায়নরোই। মখল-মখা অয়াম্বা লাইরিকশিংদা মিংসিগী তালিকা অমত্তা ওইদে অমদি তিনশিন্দুনা য়েংলগা অমুকসু মমিং ময়াম অমা থেংনগনি। সীদসু নত্তনা অতৈ অয়াম্বা উপপুরাণগী মিংসু অয়াম্বা লাইরিকশিংদগী থেংনৈ। মখোয়দুগী মনুংদা দেবী পুরাণ অমসুং কালিকা পুরাণ উপপুরাণশিংগী মনুংদা মহাপুরাণগী মতৌগুম্না থোইদোকপা মফম কন্দুনা লৈ। কালিকা পুরাণ দেবী পুরারগী শরূক্তি। ধর্ম পুরাণ, বৃহদ্ধর্ম পুরাণ, বৃহন্নন্দিকেশ্বর পুরাণ, বশিষ্ঠ পুরাণ, আদিত্য পুরাণ, বায়বীর পুরাণ, ভাস্করনচিংবা

পুরাণশিংগী মমিংসু ইখৎনিংঙাইনি। কল্কি পুরাণ বেদব্যাসনা লেংবনি হায়না খল্লি। শৈব বৈষ্ণব অমসুং শক্তি উপপুরাণদসু নত্তনা অতৈ অয়াম্বা উপপুরাণগী মমিংসু ফংই। সৌর, গাণপত্য অমসুং সঙ্কীর্ণ উপপুবাণনি। পুল্লপ পূনশিল্লগা উপপুরাণগী মশীং চামদগীসু হেন্না ওইবা য়াই।

পুরাণগী মতৌগুম্না উপপুরাণ পূম্বদসু ধর্ম, সংস্কৃতি অমসুং সামাজিক ইতিহাসকী মমল য়াম্লবা ৱারী কয়ামরুম শন্দোক্লা য়াওই। থায়নগী ভারতকী ইতিহাস ইনবগীদমক পুরাণ পূম্নমকসিদগীসু থাজবা য়াবা অয়াম্বা অথূপ্পা কয়া খোমজিনবা য়াগনি। থৌওইনা অথূপ্পা থিবশিংগী মফমদা মখোয়সিগী মমল পুরাণগা য়েংনবদা করিগুম্বা শরূক অমফাও হম্বুদে।❑

# কল্কি পুরাণ

## অহানবা শরূক
## অহানবা অধ্যায় - কলিগী মরম

খুরুমজৈ হন্ন-হন্না
পুন্নমক্কী তুঙ্নফম পুন্নমকপু খঙবিবা
হৌবা লোইবা নাইদবা অমাঙ-অতা লৈতবা,
কলিদগী ঙাকপিবা তাইবং মৈচাক ঈংহনবা
শোঞ্জগেকো ঈংনবা কলিদগী কন্নবা।

নঙগী থৌজান মরীক্লা খোঙতেকপবু চৎহনবা
খুরুমজরি গুরুদেব অপঙববু শিংহনবা,
গুরু কাদা থমজগে ব্রারী অসে লিরবা
তাকপিনবা ননাইদা ঙানবিনবা থম্মোয়দা।

কলিগী মতমদা পৃথিবীগী কাহেনবা মচৎ-চৎপা নিংথৌশিংনা মখোয়গী

ফত্তুবা, তমথিরবা লিন্না য়েৎশিল্লবা হূগী মৈচাক্লা চাকহল্লবা শক্তম লৌদুনা থাংশাংনা, চৈতৃপ্না ওৎ-নৈরগদৌরিবা, ইবুংঙো মহাক্লা ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকপিরগা সিন্ধু লৈবাক্কী অথোইবা শগোন তোংদুনা সেনাপতিগী মশক লৌ-সত্যযুগপু শেম্বিরক্কদৌরিবা অদুগুম্বা ধর্মগী মচৎ পামজবা পবমাত্মা ভগবান কল্কিগী মশক ওইবা হরিনা পূম্নমকপু ঙাকপিসনু।

নৈমিষারণ্যাদা লৈবা শৌনকক্রচিংবা মহর্ষিশিংনা সূতমুনিগী মুখদগী ৱারীসি তাবদা হঙ্গৎখি-মুনি! মুনিদি ধর্মপূম্বা খঙবিবনি, মতম অহুম খঙবিবনি। মরম অদুনা পূরানখূদীংমক খঙদবা য়াওদ্রবনি। অমুক্তদি চানবিদুনা ভগবানগী মবম তাকপিয়ু। কলি কনানো? মহাক কদাইদা পোকখিবনো? কমদৌনা মহাক্লা পৃথিবীগী মপু ওইখিবনো অমদি করম তৌনা মানা নিত্য সনাতন ধর্মবু মাঙহনখিবনো?

মুনিশিংগী ৱাহংশিংসি তাবদা মহর্ষি সূতনা থম্মোয তুজুংনা হবিবু হন্না নীংশিংজরগা মথংশিৎনা লীবা হৌরকখি। তুংদা অদুক থোক্লগদৌবা থোইদোকপা অঙকপা ৱারীসে ঐহাক লীরগে তারসি - মমাঙথৈদা দেবর্ষি নাবদনা হংজবদা ব্রহ্মানা মঙোন্দা ৱারীসি লীবিখি। নাবদনা অমুক বেদব্যাসদা। বেদ-ব্যাসনা মাগী মচানুপা ব্রহ্মরাতদা লীখি। অদুগ. ব্রহ্মবাতনা অভিমন্যুগী মচানুপা বিষ্ণুবাতগী সভাদা শ্লোক লীশিং তরানিপানগী ভাগবত ধর্ম শকশোনখি। অদুবু, নুমিৎ তবেৎনি শুবদা পরিক্ষিত মহারাজনা অরোইবা ফংখ্রে। তুংদা পুণ্যাশ্রমদা মার্কণ্ডেয়নচিংবা মুনিশিংনা হংনরিবসিগী অরোইবা শরূক্তূ তানীংলবদা শুকদেব মুনিনা লীরম্বদো ঐনা মাগী অনুমতি লৌজরগা ৱারীপূম্বা তাহৌই। হৌজিক ঐনা পূম্নমক্তা শেংলবা, ফরবা ভগবানগী তুংগী ৱারীদো লীরক্কে। অদোম খ্বাইনা পূক্নিং চঙনা তাসি।

কৃষ্ণ ভগবাননা বৈকুন্ঠদা লেঙখ্রবা তুংদা মতৌ কমদৌনা কলি থোরকখিবনো হায়বদু হায়জগে। প্রলয়গী মতম লোইরবদা তাইবংশেম্বা ইবুধৌ ব্রহ্মানা মনঙ্গন্দগী অকিবগী মশক ওইবা কুচুমুবা পাপী অমা পোকখি। পাপী অদো অধর্ম কৌদুনা মমিং চৎখি। ধর্ম লৈতবদুগী শাগৈদো শক-শোনবদা, তাজবদা অমদি নীংশিংজবদা মীওইবনা পাপ পূম্বা কোকচৈ।

অধর্মগী চান্নবী রমণীগী মিং মিথ্যা কৌই। মাগী মমিত্তূ হৌদোং মমিৎ মাল্লি। মখোয়গী মচানুপাগী মমিং দম্ভ কৌই। মহাক য়াম্না মতিক ময়াই লৈরম্মী অমসুং শাউগল্লম্মী। মচন মায়াগী গর্ভদা মচানুপা অমা মচানুপী অমা পোকখি। মখোয়গী

মিং লোভ অমসুং নিকৃতি কৌরম্মী। মখোয়না ক্রোধ কৌবা মচানুপা অমা পোকখি। ক্রোধগী মচনগী মিং হিংসা কৌরম্মী। কলি মখোয়নিগী মচানি।

কলিগী মঙান্দি থাউতোৎপা কাজলগী মতৌগুম্লম্মী। কাকুম্না মবুক-য়াওই। অকিবা মায়থোংনি। মরৈ তমই। মখূৎ ওইনা মাগী লিঙ্গদুদা থমদুনতা লৈরম্মী। মশক অদু য়েংবদা অকিবনি। মাগী মশাদো অপুম-অশা নমই। মহাক জুৱারদা, ময়াই কাবদা, নুপীদা অমসুং সনাদা চঙজদুনা লেনখি। দুরুক্তি হায়বীসি মাগী মচন্নি। মাগী গর্ভদা কলিগী মচানুপা অমা নুপী অমা পোকখি। মচানুপাগী মমিং ভয় অদুগা মচানুপীগী মিংনা মৃত্যু কৌরম্মী। মখোয়না নিরয় কৌবা মচানুপা অমা পোকই। মাগী মচনগী মিংনা যাতনা কৌই। মখোয়নিনা মচা য়াম্না পোকখি।

মতৌ অসূম্না কলিগী শাগৈদা ধর্মনিন্দা তৌবা কয়ামুক পোকখি। মখোয়না যজ্ঞ, বেদ তম্বা, দাননচিংবা ধর্মগী থৌরম পূম্নমক মাঙ্‌নবা অমসুং বেদ-তন্ত্রনচিংবা ধর্মশাস্ত্র মাঙহন্নবগী থৌরাংদা মিকুপ্পূম্বা চেৎনা লাঙখি। মখোয়দো লায়না লায়থুং পকপা, হনুশনবা, তমথিবা, অৱা-অনং অমদি অকিবনচিংবদা চঙজফম ওই। মখোয় ময়ামদু কলি নিংথৌগী তুংইল্লোয়  ওইদুনা সংসার মাঙহন্নবগীদমক কাঙ্‌লূপ-কাঙ্‌লূপ কোয়চৎ চৎলম্মী। মতমগী মতুংইন্না লৈখা তাদুনা মখোয় মী ওইনা পোকখি। মখোয়দু কুইনা পুনশিরমদে অমসুং অপাম-মিহৌ চেনবা ওইখি। নাপন তৌবা, লমচৎ ফত্তবা, মপা-মমা থীনা তৌবা ওইখি। মখোয়গী মরক্তা ব্রাহ্মণশিংনা বেদ খণ্ডদবা, অতোনবা অমসুং মতম চূপ্পা অতোনবগী সেবাদা মায় ওনশিল্লম্মী। তোল্লবশিংদুনা মিকূপ খূদিং নিংঙাই-শংদানদুনা লেনখি অমসুং ধর্মবু য়োনখি। মখোয়দো বেদ য়োনবা, শেংদ্রবা, ময়াই কাবা য়োনবা, তমথিবা অমসুং অকাম্বচৎপা পামজৈ। মীগী নুপীদা লঙ্‌দুনা অমসুং ময়াই কাদুনা মখোয়দো মুংননবা হোৎনরম্মী। মখোয়  মথিক নেম্বা, পাপকী লমচৎ চৎপা, মরৌ চাউবা অমসুং ফুরাদা লৈবা ঙাক ওই। মখোয়গী পুনশি চহী চরাতরুক। মরী মতাখক্লা মখোয়গী মরূপ মপাংনি অমদি অতোনবগা সঙ্গ তৌই। ৱাথোকপা অমসুং খৎনবতনা মখোয় লাঙতক্লনা লৈ। মশম মনা হাৎ, মফি-মরোন শেৎ-ইন অমসুং ফিজেৎ লৈতেং মকে শেমদুনা চরাংননা লেল্লি।

কলিগী মতমদা লন-থুম লৈবতনা শাগৈজাৎ ফবা অদুগা ব্রাহ্মণশিংনা শেন্দোই চাদুনা পুনশি লেল্লিবা মখোয়দুতা লাৎনফম ওইগনি। সন্যাসীশিংনা য়ুম্বানবদা পামজবা ওইগনি অদুগা য়ুম্বানবশিংনা জ্ঞান তাদবা। পূম্নমক গুরু

থওইদবা পামগনি অমদি ধর্মগী খুদম হাপ্পগা সাধুশিংদা ওইদবা নমথাক তৌগনি। শুদ্রশিংনা লাকশিন্নবতা হোৎনগনি অমসুং মীগী মরল মাঙহনগনি। লৌনম্না মরূপ শাদুনা তিন্নগনি অমসুং চীম্বাম্ভোংদা অফ শাগনি। মীগী মাঙ্নবা তৌবা ঙমদ্রগা ঙাকপিনি অদুগা ঙমজদবশিংগী মফমদা ওৎ-নৈবিগনি। পণ্ডিত শাবা য়ানবা ব্রায়াম ঙাঙ্গনি অদুগা মিংচৎ ফংনবগীদমক ধর্ম সেবা তৌগনি। মরল মথুম লৈরগত মীনা সাধুনি খনগনি। অদুগা অরাপ্পা লমগী ঈশিংতবু তীর্থনি খনগনি। লুগুন থাংবতনা ব্রাহ্মণ অদুগা চৈশু পায়বতনা সন্যাসী ওইগনি। পৃথিবীগী মহৈ-মরোং চুম্লরোই অমসুং তুরেন ময়াং কংঙনি। নুপীশিংনা মাগী মপুরোইবদা মপূক্লিং চঙবা লৈররোই। ওক্তবীগুম্না হেদো হেরাউ কাদুনা, নুংঙাইথোক্তুনা লৈগনি। ব্রাহ্মণশিংনা মীগী মচেঙ পামগনি। চণ্ডালগী য়ুমদা নিরুরবসু বেরা লৈবোই। কনাগুম্বী নুপী অমফাও লুখ্রা ওইরোই। মখোয়দো মনীং-মখা তৌনা মচৎ চৎপা পামগনি। নোংজুগী চাং নাইররোই। পৃথিবীদা অসুম অসুম মহৈ-মরোং চুম্লররোই। নিংথৌনা প্রজাবু ওৎপিরনি অদুগা নিংথৌগী কাংগত্তা প্রজা ব্রানরনি। লাইবক থীরবা প্রজাশিংনা পূক্লিং নুংঙাইতনা মচাগী মখূৎ পায়দুনা অমসুং লেংবান্দা পোৎলুম পুদুনা খুদোং থীবা চীং মান অমসুং শোঙ্লবা উমংদা চঙজফম ওইরগনি। মখোয়না মদুদা মপুনশি লেল্লগনি-য়ু থক্তুনা, শা চাদুনা অমসুং উহৈ-ব্রাহৈ চাদুনা, অদুগা পূম্নমক্না কৃষ্ণবু নিন্দা তৌগনি।

মতাং অসিব্রাইদা কলিগী অহানবা খোঙফম ওইগনি। অনীশুবা খোঙফমদা কৃষ্ণনাম থাদোক্লগনি। অহুমশুবা খোঙফমদা মুংনবা শাজৎ চৎনবা হৌরককনি। অদুগা মরিশুবা খোঙফমদা পূম্নমক জাৎ অমত্তা ওইব্রগনি অদুগা বিষ্ণুগী লাইনীং-লাইশোন পূম্নমক কাউব্রগনি।

পৃথিবীদা বেদ তম্বা, স্বহা, স্বধা, বৌষট ওঁকারনচিংবা মাঙখিদুনা লাইশিংনা চাদদুনা ব্রানা ব্রহ্মাগী চঙজফম লৌখি। লাইয়াম্না ময়াঙ্ কংলবী তোল্লবী পৃথ্বীমাতাবু মাঙ্ থাহল্লগা ব্রহ্মলোক্তা চত্তুনা ব্রহ্মাগী মফমদুদা বেদধ্বনিনা নিনখোংলম্না অদু থেংনখি। যজ্ঞগী মৈখুনা মায়গৈ মরিদা কারম্মী। অথোইবা মহর্ষিশিং লেঙশিল্লম্মী অমদি সনাগী বেদী ময়ায়দা লূরবা অগ্নিদেবনা মখা ওন্না লেঙশিল্লম্মী। ঈশিং-মায়শিং, লৈ-সু অমসুং হৈ-রানা লৈতেং ওইনা নীংথিরবা লৈকোন্দা যজ্ঞগীদমক বলিগী চুক য়ুংদুনা লৈ। পৃথ্বীদা ব্রাইনু অমসুং কাংঙগী খোঞ্জেম্না কৌরম্মী অতিথিশিংদুবু। মখোয়না মালংদা কোয়পাই পাইদুনা উরীরৈদা তোংবা খোইগী

শঙ্গুনা ৱানা খুরুমজবা, কৌজবা, লুনা নীংজবা অমসুং নুংশিনা শক-শোঞ্জবদো থেংনখি।

মতম অসিমক্তদা ইন্দ্রগা লোয়ননা লাইয়াম্না পূক্লিং ৱানা ব্রহ্মলোক্তা লাক্লুনা থুংলখি অদুগা ব্রহ্মাগী অয়াবা য়াথং লৌরগা মখোয়গী ৱারোল হঙ্গচ্চনবগীদমক নাক্তা চণ্ডজখি। সনক, সনন্দন, সনাতননচিংবা সিদ্ধগণনা ইবুংঙো মাগী চরণসেবা তৌনরিবা যোগাসন্দা লেঙশিন্দুনা মরোল অহুমগী অপোকপা ওইবিবা ব্রহ্মাগী চরণদা লাইয়াম্না প্রণাম ভক্তি কৎনখি।

# অনিশুবা অধ্যায়
# কল্কি পোকপা অমসুং লুগুন থাংবা

সূত মুনিনা হায়খি-হে শৌনক! অসিগী তুংদা ব্রহ্মানা ৱাবী হৌদোক্লবদা লাইয়াম্না মখোয়গী মফমদা থুংলদুনা কলিগী দোষনা অমাঙবা থোকখিবা পূম্নমক অদু চেকশিন্না হঙ্গংখি।

লাইয়ামগী অৱাবগী ৱারী তারবদা ব্রহ্মানা মখোয়দা হায়খি-লাইযাম পূম্বা চৎলসি, বিষ্ণুবু পেলহল্লগা শোয়দবা থৌবাং অমা তৌহল্লসি।

অসূম হায়নদুনা ব্রহ্মানা লায়াম্বু পুদুনা গোলক্তা লেঙখ্রে। অদুগা বিষ্ণুদা স্তব কত্তুনা লাইয়ামগী অনীংবদো ইবুংঙো মঙোন্দা হঙ্গংখি।

পুণ্ডরীকাক্ষ বিষ্ণুনা ৱারোল অসি তারবদা ব্রহ্মাদা হায়খি - ঐহাক নঙগী হায়জবা মতুংইন্না শম্ভলগ্রামদা বিষ্ণুযশা কৌবা ব্রাহ্মণগী যুমদা সুমতি কৌবী ইমাগী গর্ভদা অবতার ওইগে। অদুগা ইচিন-ইনাউ মরিগা লোয়ননা মতমগী ফত্ত-ফত্তবদো চেম্থহনখিগে। নখোয় লাইয়াম্না নঙগী-নঙগী অংশনা অবতার তৌদুনা ঐগা লোয়ননা মরূপ-মপাং ওইরগদবনি। ঐগী চান্নবী লক্ষ্মীনা লঙ্কাগী নিংথৌ

বৃহদ্রথগী রাণী কৌমুদিনীগী নিংথিজবী মচা ইবেম্মা ওইনা পোকহল্লগনি। মমিং পদ্মা। নখোয় লাইয়াম্না পৃথিবীদা কৃন্নগা নঙগী-নঙগী অংশনা শায়োল্লুরো। অদুগা ঐহাক্না মরু অমদি দেবাপি কৌবা নিংথৌ অনী পৃথিবী শাসন তৌনবগীদমক শেমগনি। লিনগুম্না ফত্তবা কলিবু লাকশিল্লগা অমুকহন্না সত্যযুগ অমসুং সনাতন ধর্ম হৌদোক্লগা বৈকুন্ঠদা অমুক হল্লক্কে।

তারবদা ব্রহ্মা লাইয়ামগা লোয়ননা ব্রহ্মলোক্তা হনখ্রে অদুগা লাইয়ামসু মফমদুদগী দেবলোক্তা হন্নরকখি।

হে বিপ্রর্ষি! মথংদা পরমাত্মা বিষ্ণু ইবুংঙো মাগী গুণনা মীওইবগী মশক লৌদুনা অবতার তৌবিনবগীদমক শম্ভলগ্রামদ্রা লেঙশিনখ্রে। মথংশীংনা বিষ্ণুযশাগী রাণী সুমতিগী বৈষ্ণব গর্ভসঞ্চার ওইখ্রে। গ্রহ-নক্ষত্র অমসুং রাশিশিংনা গর্ভদা ওইরিবা অঙাংদুগী চরণ থম্বালগী সেবা তৌনরকখি।

তাইবং মপু বিষ্ণুনা লাংওল্লকপা মতমদা তুরেন, সমুদ্র, চীং, জগৎ পুম্বা, অচৎ-চত্তশিং, লাইয়াম অমসুং ঋষিশিংনা হরাউনখি। জীব পুম্নমক মখল-মখা অয়াম্বা নুংঙাইবা ফোংদোক্লরকখি। পিতৃগণনা হরাউনা জগোই শাবা হৌনরকখি অমদি লাইয়াম্না মপূক্লিং হরাউনা বিষ্ণুগী নাম শোন্নরকখি। বিষ্ণুনা বৈশাখ শুক্লা দ্বাদশী (ঐখোয়না কালেনগী তরানিথোইনি পানবা)দা জন্ম ওইখি। মচাদুবু উজবদা পলেম-পম্বৌসু হরাউজখি। অঙাং-য়োকচবী মমা মহাষষ্ঠীনা ওইখি অমসুং অম্বিকানা খোয়রেনবী ওইখি। সাবিত্রীনা কৃমথরক্তুনা গঙ্গাজলনা বিষ্ণুগী হকচাং শেংদোক্লগা অতৈ অমাং-অশোয়শিংদু শেংদোক্লম্মী। কৃষ্ণ পোকপা নুমিত্তা ওইখিবা অদুগুম্না অনন্তবিষ্ণুনা কল্কি অবতার তৌবা নুমিত্তসু পৃথ্বীনা ইবুংঙোগীদমক ঈশিং-ঈরা তুংশিনখি, মমা ওইবীশিংনা মঙ্গলগী ৱাহৈনা বর পীনরকখি।

ব্রহ্মানা মসি তারবদা খোঙজেন য়াঙবা মনাই নুংশিত্তা তাকখি— নুংশিৎ, নঙনা সুতিকাগৃহদা চৎলগা বিষ্ণুদা হঙ্গৎলু মদুদি ইবুংঙোগী পাম্বোম মরি থোনবা মূর্ত্তি-দর্শনদি লাইশিংমক্লসু ফংঙমদবনি। খম্থবিরগা শ্রীমূর্ত্তিদু থাদোকপিরগা মীওইবগী শক্তম লৌবিবনা চুমগনি।

ব্রহ্মাগী ৱাসি তারবদা লৈগী মনম চেনবা, নুংঙাইজবা, ঈংলবা, নামিবা নুংশিৎনা ফূয়ন-য়াঙ্গন শীৎলক্তুনা বিষ্ণুগী চরন্দা ব্রহ্মানা হায়জরকপা ৱারোল অসি হঙ্গৎখি। পুণ্ডরীকাক্ষ হরিনা মদু তাবদা খুদক্তা পাম্বোম অনী থোনখি। মদু

উবদা অপোকপা-অপোকপী অনীনা থোইনা হেন্না ঙক্লখি। খন্নখি-বিষ্ণুগী মায়ানা ইবুংঙোগী মূর্তিদো শোয়খ্রব্রা?

অসিগী তুংদা শম্ভলগ্রামগী জীব পূম্বা হরাউ তয়ান্নখি অমদি পাপকী মৈচাক কোক্লদুনা পূম্নমক্লা অতৎ-অখম নাইদনা মঙ্গল ইশৈ শক্লখি।

জগৎপতি বিষ্ণুবু মচা ওইনা ফংজবদা সুমতি মবুক্লিংগী অপাম্বা খিবিক থুংজখি অমসুং ব্রাহ্মণশিংদা বার্ত্তন চত্তুনা ষনবী চাম দান তৌখি। ব্রাহ্মণনা বিষ্ণুযশাগী মচা ইবুংঙো মঙ্গল ওইনবা পূক্লিং শেংনা ঋগ্ যজু অমসুং সামবেদগী অথোইবা ব্রাহ্মণশিংনা অঙাংগী মিং থোন্নবা তৌখি। অঙাং ওইবা হরিবু দর্শন তৌজনবগীদমক ভিক্ষারী শাদুনা লাক্লখি - বাম, কৃপ, ব্যাস অমসুং অশ্বখামা। নুমিৎকী মতৌগুম্বা অথোইবা মখোয় মরিদো লেঙ্ঙকপা উবদা বিষ্ণুযশা পূক্লিং হরাউ তুজুংনা প্রার্থনা অমসুং পূজা কৎখি। শক্লোন কয়া লৌবা ঙম্বা মখোয়দুনা বিষ্ণুযশাগী পূজা অর্চনা তৌহল্লবা তুংদা আসন্দা নুংঙাইনা লেঙশিল্লগা মপাবুংগী তম্পাক্তা পল্লিবা হরিবু দর্শন তৌনখি। পৃথিবীগী পাপ কোকপিনবগীদমক বিষ্ণুমক্লা মীওইবগী শক্তম লৌ অবতার ওইনা লেঙথবিরক্লবনি খঙ্লবদা ভিক্ষারী বৈষ্ণবশিংদুনা অঙাং অদুবু খুরুম্নখি। মখোয় মরিমক্লা ইবুংঙোগী মিংথোনবা মতমদা 'কল্কি' হায়না থোনখি। জাত কর্মনচিংবা সংস্কার মপূং ফানা পাঙথোক্লগা হরাউ-হরাউ হন্নখি।

মতুংদা থান নোংম-নোংমগী চাউরকপগুম সুমতিনা য়োকচদুনা কল্কি মতম খরগী মনুংদা অসুম-অসুম চাউরকখি। কল্কিগী মাঙদা ময়াম্বা অহুম পোকখ্রবনি। মখোয়দুগী মিং কবি, প্রাজ্ঞ অমসুং সুমন্ত কৌই। মখোযদু গুরু অমসুং মপা-মমানা লুনা চান্ন তৌরম্মী। গুরু অমসুং ব্রাহ্মণশিংনা মখোয়বু থাগৎনবম্মী। গর্গ্য, ভর্গ্য, বিশালনচিংবা ধর্মচেৎপা সাধুশিংনা শায়োল অসি ওইনা পোক্লবনি। মখোয় পূম্নমক কল্কিগী অংশ ঙাক্লি অমসুং ইবুংঙোগী তুংইল্লোরঙাক্লি। মখোয়পূম্বা বিশাখযূপ কৌবা নিংথৌনা য়োকখিবনি। কল্কিবু দর্শন ফংবদা মখোয়খিবিক অৱা মৈশা কোক্তুনা নুংঙাইবা অপেনবা ফংনখি।

নোংমা বিষ্ণুযশানা গুণখিবিক্কী তুংফম পূকচেন তপ্লা মচা ইবুংঙো কমল লোচন কল্কিবু মহে-মশিন তমহনবা য়াবা মতাং ওইরক্লবদা হায়খি ইবুংঙো! হৌজিক নহাক ব্রহ্ম সংস্কার উপনয়ন তৌদুনা গায়ত্রী উপদেশ পীরগনি। অদুগী তুংদা নহাক বেদ তমগদবনি।

কল্কিনা হায়খি— পাবুং! বেদ কদায়বু কৌবগে? গায়ত্রী হায়বাসিনা করিনো! করম্বা লংলাবু থাংলগা ব্রাহ্মণ কৌদুনা মিং চৎপা ফংগদগে? মসি পুন্নমক নচাদা তাকপিয়ু।

মপা ইবুংঙোনা— বিষ্ণুগী য়াথাংখকপু বেদ অমসুং গায়ত্রীবু বেদ মাতা হায়না খঙনরিবনি। লংলা অহুম্না তিল্লগা থাঙজিং তাদুনা লংজা অহুম কোয়রগা লুগুন শেমই। লুগুন অসি থাংলগা ব্রাহ্মণনা মতিক মগুণ চেল্লি। যজ্ঞ মখল তরা কৎলগা শেংলবা মহাক অদুতনা ব্রাহ্মণ অমসুং ব্রহ্ম খঙবা ওই। মরোল অহুমগী য়াইফনবগীদমক মখোয়না বেদ ঙাকই। মখোয়না বেদ শাস্ত্র তম্মী, যজ্ঞ, দান, তপস্যা অমসুং বেদ পাঠ তৌই। অদুগা ইন্দ্রিয় খুদুম চন্না বেদ অমসুং তন্ত্রগী হৌনবী মতুং ইন্না ভক্তিনা হরিবু পেলহল্লি। মরম অসিনা ঐনা নুমিৎ অফবা অমদা মরূপ মপাংশিং অমসুং ব্রাহ্মণশিংগা লোয়ননা ময়াম তিল্লগা নহাক্কী উপনয়ন সংস্কার তৌনিংই।

মচানা হায়খি— সংস্কার মখল তরাসিনা ব্রাহ্মণশিংনা শেংই হায়বসি কমদৌননো? মখোয়না কমদৌনা বিধিচুম্না বিষ্ণুগী পূজা তৌবগে?

মপানা হায়খি— ব্রাহ্মণমচা অদুনা ব্রাহ্মণী মমাগী গর্ভদা গর্ভাধাননচিংবা সংস্কার মখল তরানা শেংলবা মহাক অদুনা ত্রিসন্ধ্যাদা গারত্রী জপ অমসুং পূজা তৌজবা, মহাক অদুনা তপস্যা তৌবা, অচুম্বা চৎপা, মবুক তপ্পা অমসুং ধর্মচেনবা ওইবনা বিষ্ণু পূজাগী থৌওং খঙনা মতমচুপ্পা নুংঙাইনা লৈজে অমসুং সংসার সমুদ্রদগী লাম্থোকচৈ।

মচানা— ধর্মবু তত্তনা চৎপা ব্রাহ্মণশিংদো ধর্ম মাঙহনবা মপাঙ্গল কনবা কলিবু কিদুনা লৈবাক লান্ন চৎনখ্রে। লাইনীং চেত্তবশিংদুনা কলিগী খুদুমদা লৈ, অদুনা মখোয়দো অপাম-নুংশিদা লূপ্পনা ধর্ম লৈতবা ওন্দুনা বেদগী থৌরম পামদবা, পাপ চেনবা, মচৎ ফত্তবা, মতিক-মগুণ য়াওদবা অমসুং শূদ্রগী সেবা তৌবা ওইনা কলিগী মমি তারবা মখোয়দু মথৱায় কঞ্জবফাও ঙমজদ্রবনি।

মপাবুংগী ৱাসি তাবদা কলিগী শাগৈ মাঙহন্নবগীদমক থম্মোয়নুংদা পামজনা সাধুগী মপু কল্কিনা ব্রহ্মণশিংনা তম্বীবা মন্ত্রনা লুগুন থাংদুনা গুরু গৃহদা লৈরুনবগীদমক যাত্রা তৌখ্রে।

# অহুমশুবা অধ্যায়

## কল্কিনা বর ফংবা

সূতনা হায়খি— মসিগী তুংদা কল্কিনা গুরুকুলদা লৈনবগীদমক লাকপদু উবদা মহেন্দ্র চীংজাউদা লৈবা পরশুরাম্না মাবু আশ্রমদা পুশিল্লকখি অদুগা হায়রম্মী— ঐ নঙবু তাকপি-তাম্বিগে। অদুগা ধর্মদি ঐঙোন্দা গুরুনি হায়না লৌবা তাই। ঐহাক ভৃগুশাগৈদা পোকপা থোইনা মতিক মঙাল লৈবা জামদগ্ন্যনি। ঐহাক বেদ বেদান্তরগী তত্ত্ব খঙই অদুগা ধনুশাস্ত্রহে। পৃথিবীদা ক্ষত্রি-মচা থমদদুনা ঐনা ব্রাহ্মণশিংদা দক্ষিণা কৎলকপনি। মতুংদা লাইনীংগে হায়দুনা মহেন্দ্র পর্বত্তা লাকপনি। ব্রাহ্মণ মচা, নহাক হৌজিক ঐগী ইফমদা বেদ অমদি অপাম্বা শাস্ত্র অমা তমজবা য়াগনি।

পরশুরামগী মুখদগী ব্রা অসি তাবদা কল্কি পূক্নিং হরাউনা রামবু খুরুমদুনা বেদ তম্বা হৌখি। জামদগ্ন্যগী মফমদগী মহাক কলাবিদ্যা হুমফুমরিগা লোয়ননা বেদ মখল শুনা অমসুং ধনুর্বিদ্যা তমদুনা লোইরবদা মখুৎ লোন্নদুনা হায়জখি— ননাইনা তমগদবা লোইজরে। ননাইদা অমুক্তা তাকপিয়ু, দক্ষিণা কয়া কচ্চগদগে?

গুরুনা পাম্বিবা অদুমক ননাইগী অপাম্বা ওইজগদৌরিবনি অমসুং গুরুনসু পেনবিগদৌরিবনি।

রামনা হায়খি-কলিবু লাকশিন্নবগীদমক ব্রহ্মানা পুম্নমক্তী চঙজফম ওইবা বিষ্ণুগী নাক্তা চত্তুনা প্রার্থনা তৌজখিবনি। অদুগুম্বা বিষ্ণু নহাক্না শম্ভলগ্রামদা পোক্করবনি। হৌজিক নহাক ঐগী ইফমদা বিদ্যা তম্বা লোইবগা লোয়ননা নহাক মহাদেবগী নাক্তগী খৃৎলাই অমসুং লাইগী মশক ওইবা তেনবা অমা ফংজগনি। অদুগী তুংদা লঙ্কা দ্বীপ্তা বিষ্ণুগী চান্নবী পদ্মাবু লুহোংদুনা সনাতন ধর্ম লিংখৎলগনি। নহাক্না দিগ্বিজয় চৎপদা ধর্ম লৈত্রবা, কলিগা চান্নবা নিংথৌশিংবু মায়থীবা পীদুনা বৌদ্ধ ধর্ম চৎপশিংবু মাঙহল্লগনি। অদুগা মরু অমসুং দেবাপি কৌবা ধর্ম লৈবা নিংথৌ অনি লৈবাক ঙাকহল্লগনি। অসিগুম্বা কর্মসিদগী ঐনা পেনগনি, মদুনা ঐগী দক্ষিণা ওইরগনি। মরমদি মদু ওইরগদা ঐনা যজ্ঞ, দান অমসুং তপস্যানচিংবা পুণ্যকর্ম লিংবা ঙমগদৌরিবনি।

রারোল অসি তারদুনা কল্কিনা গুরুদা প্রণাম ভক্তি কচ্চরগা বিশ্বোদকেশ্বর মহাদেবগী নাক্তা চত্তুনা শিবস্তব তৌখি। মানা শান্তমহেশ্বর আশুতোষ শিবগী পূজা তৌখি। মতুংদা প্রণাম-ভক্তি তৌনা থম্মোয়দা ধ্যান তৌরকখি—

গৌরীনাথং বিশ্বনাথং শরণ্যং
ভূতাবাসং বাসুকীকন্ঠ ভূষণম্।
ত্রক্ষং পঞ্চস্যাদিদেবং পুরাণং
বন্দে সান্দ্রানন্দসন্দোহ দক্ষম্।।

যোগাধীশং কামনাশং করালং
গঙ্গা সঙ্গ ক্লিন্নমূর্ধানমীশম্।
জটাজূটা টো পরিক্ষিপ্তভাবং
মহাকালং চন্দ্রভালং নমামি।।

শ্মশানস্থং ভূত বেতাল সঙ্গং
নানা শস্ত্রৈঃ খড়্গ শূলাদিভিশ্চ।
ব্যঘ্রাত্যুগ্রা বাহবো লোকনাশে
যস্য ক্রোধোদ্ধৃত লোকোঽ স্তমেতি।।

যো ভূতাদিঃ পঞ্চভূতৈঃ সিসৃক্ষুঃ
তন্মাত্রাত্মা কালকর্ম স্বভাবৈঃ।
প্রহৃত্যেদং প্রাপ্য জীবত্বমীশো
ব্রহ্মানন্দো রমতে ত্বং নমামি।।
স্থিতৌ বিষ্ণুঃ সর্বজিষ্ণুঃ সুরাত্মা
লোকান্ সাধূন্ ধর্মসেতূন্ বিভর্ষি।
ব্রহ্মাদ্যাংশে যোঽভিমানী গুণাত্মা
শব্দাদ্যঙ্গৈস্তং পরেশং নমামি।।

যস্যাজ্ঞয়া বায়বো বান্তি লোকে
জ্বলত্যাগ্নিঃ সবিতা যাতি তপ্যন্।
শীতাংশুঃ খে তারকৈঃ সগ্রহৈশ্চ
প্রবর্ততে তং পরেশং প্রপদ্যে।।

যস্যা শ্বাস্যাৎ সর্বধাত্রী ধরিত্রী
দেবো বর্ষত্যম্বু কালঃ প্রমাতা।
মেরুর্মধ্যে ভুবনানাঞ্চ ভর্তা
তমীশানং বিশ্বরূপং নমামি।।

(দুর্গাগী মবুঙো, তাইবংপানগী মবুঙো, পুম্নমক্কী চঙজফম অমসুং জীব পুম্বগী তুঙনফম, বাসুকী লিন্না ঙক্কী লৈতেং ওইবা, মিৎ অহুম অমসুং মাযথোং মঙা, মপান্নাইদবা নুঙাইবা পীনহৈবা, লিরবা আদিদেববু খুকমজে।

যোগলাইনীংগী মপু ওইবা, কামদেব মাঙহনবা, অকিবা শক্লোন ওইবা, গঙ্গাগা লোয়নবদা কোকথক্তা তত্তনা শিন্থবা, জটা পুদুনা মাগী শকনাইদবা ৱাখল অমসুং লাইবক্তা থা মচেৎ থোকপা মহাকাল ঈশ্বরবু খুকমজে।

ভূত বেতালগা লোয়ননা মোংফমদা লৈবিবা, খুত্তা থাঙ-তানচিংবা অয়াম্বা খুৎশু-খুৎলাই, প্রলয়গী মতমদা মবোল অহুম্মক ইবুঙোগী অশাউবগী মৈনা লোইশিনগদৌবা, অমম্বা, নাপন অমদি পঞ্চতন্মাত্রগী মশক ওইদুনা উবা ফংদ্রবা অমসুং মতমগী মতুংইন্না হকচাংনচিংবা শেম্বিবা অমদি থৱায়পানবা ওইদুনা

পূম্নমক থাধোক্লগা ব্রহ্মানন্দদা নুংঙাইনা লেনবা ভগবানবু ঐনা খুরুমজে।

ইবুঙোনা জগৎপু ঙাকপিনবগীদমক মহাবিষ্ণুনা দেবতাত্মা বিষ্ণুগী মশক লৌদুনা ধর্মগী থোং ওইবা সাধুশিংবু য়োকপিখিবা, শব্দনচিংবা মশক্তা গুণগী থব্বায় ওইদুনা ব্রহ্মাগী নুংঙাইবদা নাপন কাবা পরমেশ্বরবু ঐনা খুরুমজে। ইবুঙোগী য়াথংদগী জগত্তা নুংশিং শীৎলিবা, মৈ চাক্লিবা, নুমিৎনা মৈশা পীবা অমসুং গ্রহ থা-থারম্মিচাক্লা আকাশতা কোয়রিবা পরমেশ্বরদা ঐনা চঙজে।

ইবুঙোগী য়াথংনা পৃথ্বীমাতানা পূম্নমকপু কোনবিরিবা, লাইয়াম্মা নোং চুহল্লিবা, মতম্মা থৌখাং পুরিবা অমদি মরোল তরামরিগী তৃঙনফম স্নজীংনা ময়ায় থংলিবা বিশ্বরূপ ঈশান মহাদেববু ঐনা খুকমজে।)

পূম্নমকপু খঙবিবা মহাদেবনা কল্কিগী স্তুতি অসি তারবদা পার্বতীগা লোয়ননা মমাঙমক্তা লেঙথোরকখি। অহানবদা কল্কিগী মশাপূম্বা নানবিদুনা মোমোন নোক্লা হায়রম্মী— নহাক করি বর পাম্বগে নিজৌ। নংনা ঐঙোন্দা তৌরিবা স্তুতি অসি পৃথিবীদা কনাগুম্বনা মসি তৌজবদা হন্দক মপোক অমদি হয়েংমুক্কী মপোক্তা মানা তৌজবা পূম্নমক পাঙ্গনি। ছাত্রনা মহৈ হৈজগনি, ধর্মতানবনা ধর্ম ফংজগনি। কনানা মানা ফংজনীং হায়্গে হেক্তা ফংগনি। স্তব অসি পাজবা নত্রগা তাজবদা মহৈ: চপ মান্ননা ফংগনি। যেংউ, শগোল অসে! মসি গরুড়গী অংশনা পোক্লকপা শাক্লোন য়াম্বা অমসুং যৌনিংবদা য়ৌবনি। অদুগা অসিদগী তেনব্বাসে পূম্নমক খঙবনি। ঐনা শগোল অসিগা তেনব্বা অসিগা নঙোন্দা পীরবনি। নহাক পুজখ্রো। মসিগী মপান্না খ্বায়না নহাকপু শাস্ত্র পূম্বা খঙবা, খুৎলাইখিবিক হৈবা, বেদ পূম্বা লোইনা হৈবা অমসুং পূম্বমকপু ঙম্বা হায়না কৌনগনি। 'সিদসু নত্তনা ঐনা নঙোন্দা থৌরবা থাঙশাং অসিসু পীরবনি। মসিসু পুজখ্রো। মণিনা থাঙকোক চনবা অমদি মতিক ময়াই লৈবনি। লৃম্নবা পৃথিবীগী অরূম্বা লৌথোকপদা থাঙশাংসিনা থোইদোকপা পাম্বে ওইগনি।

মহাদেবগী ব্বাসি তারবদা মহাদেববু খুরুম্নগা কল্কিনা শগোন্দু তোংদুনা শম্ভল গ্রামদা থুংলখি। মপা-মমা অমসুং ময়াম্বশিং মথংশিংনা খুরুম্নগা পরশুরামগী ব্বারোল পূম্বা মখোয় ময়ামদা লীখি। লোয়ননা শিবগী মফমদগী বর ফংলকপগী ব্বারীসু মখোয়না খঙলবদা মবৃক্লিং হরাউনা শাগৈ-নাতৈগী নাক্তা চত্তুনা মখোযদসু মঙ্গলগী পাউ পূম্বা তম্নখি। গর্গ্য, ভর্গ্য, বিশালনচিংবা বন্ধুজনশিংনা ব্বারী পূম্বা তাবদা হরাউনখি।

শম্ভল গ্রামদা লৈবা মীওইশিংগী মরক্তা ব্রারোলশিংসি হৌদোক্কুনা মহৈ-মহৈ উনরকখি অমদি নিংথৌ বিশাখযূপসু মীয়ামগী চীন্দগী ব্রা অপূম্বা তাবা ফংখি। নিংথৌনা খনখি মদুদি কলিবু নমথবিগে হায়না হরিনা অবতার লৌবিরমান্নে। মসিসু নিংথৌনা উরম্মী মদুদি মাগী পুরী মাহিস্মতিদা বিষ্ণুভক্ত ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমদি শূদ্র পূম্বমক্না যজ্ঞ কৎনবা, দান তৌনবা, লাইনীং চেৎনবা অমদি ব্রত পাম্নবা ওইনরকখি। লক্ষ্মীগী মবুংঙো শ্রীবিষ্ণুনা লেঙথোকপিরকপদা পূম্নমক মশাগী ধর্মদা পাম্নরকপা উবদা নিংথৌ মশামকসু ধর্মদা মায় ওনশিল্লকখি অমসুং মক্কুবা থম্মোয়না প্রজা পালন তৌরকখি। ধর্ম লৈতবা শাগৈদা পোকপা কনাগুম্বসু ধর্ম-কর্মদা পূক্নিং অনী লোঙদনা চেৎনা নীংবা উবদা লোভ-মিথ্যানচিংবা কলি শাগৈদা পোকপশিংনা ব্রানা মরৈবাক থাদোক্কুনা চেন্নখি।

অদুগী তুংদা কল্কিনা কবচ ফুরিৎ লীক্তুনা লংলবা থাংশাং অমসুং লিরুং তেন পায়দুনা লাল্লোইঙম্বা শগোল্দু তোংদুনা নগবদগী মপান থোরকখি। শম্ভলগ্রামদা হবিগী অংশনা কল্কি ওইনা অবতার তৌবে খঙবদা সাধুশিংনা লুনা-চাননা তৌবা নিংথৌ বিশাখযূপনা অঙাংবু উনবা লাকখি। মতৌ অসুম্না নিংথৌনা উরবদা লাইংথৌ শোবারেন্না লাইয়াম্না ইকোয় কোয়না উচ্চৈঃশ্রবা কৌবা শগোল তোংদুনা অমদি থাবু থব্রাম্মিচাক্না কোশিনবগুম্না কল্কি-গর্গ্য, ভর্গ্য, বিশালনচিংবা শাগৈ-নাতৈনা ইকোয় কোয়শিন্দুনা লৈরম্মী। নিংথৌনা কল্কিবু উবদা হরাউ-তুজুংনদুনা খুরুমখি। কল্কিগী থৌজান্না খুদক্তা পুণ্যগী থব্রায় বৈষ্ণব ওইখি।

নিংথৌগা লোয়ননা কল্কি নুমিৎ খবনি লৈবম্মী। মহাক্না ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় অমসুং বৈশ্যগী আশ্রম-ধর্ম শন্নপ্ন তাকখি— কলিগী মতমদা ধর্ম চৎপশিংনা ঐগী অংশ মাঙহনগ্রবনি। হন্দক ঐনা অবতাব ওইরকপদা পূম্নমক অমুক উনররে। হৌজিক নখোয় পূম্না য়াজসূয় অমসুং অশ্বমেধ যজ্ঞনা ঐবু আবাধন তৌ। ঐদি সনাতন ধর্ম অমদি অথোইবা পুরুষনি। ধর্ম অমসুং অধর্মগী মশক্না উবা ফংদবা মতম অমসুং ব্রাখলগী মতুং ইন্না ঐগী তুংইল্লোয় ওইবরবনি। ঐহাক থা অমদি নুমিৎকী শাগৈদা পোকপা নিংথৌ দেবাপি অমসুং মরুবু অমুক হন্না লৈবাক ঙাকহন্দুনা সত্যযুগ লিংখৎলগা বৈকুণ্ঠদা হনগদবনি।

কল্কিগী ব্রাসি তাবদা নিংথৌনা হন্ন খুরুমজদুনা মানা পামজবা বৈষ্ণব ধর্মগী মবম হংজখি। কলিগী শাগৈ মাঙহন্নবগীদমক পোক্লকপা কল্কিনা নিংথৌগী ব্রাদু তাবদা লোযনর্বিবা কয়াদুগী মপূক্নিং হরাউনবা নুংশিবা বাঙাংনা সাধু-ধর্ম তাকপা হৌখি।

# মরিশুবা অধ্যায়

## মহাদেবনা বর পীবা

সূতনা হায়খি— মথংদা ধর্মগী মশক ওইবা কল্কিনা সভা ময়ায়দা নুমিৎকুম্না ঙাম্মোইদুনা নিংথৌগী মফমদা ব্রাহ্মণনা পামজবা ধর্ম লীখি।

কল্কিনা হায়খি— মহাপ্রলয় থুংলরবা অমদি ব্রহ্মাণ্ডসিনা মাঙখ্রবা মতমদা ঐঙোন্দা পূম্নমক তিল্লগদৌবনি। মাঙদা সূপ্নগী ঐখক্তা লৈরম্মী, অতৈ কনা লৈবমদে। ব্রহ্মানচিংবা জীব পূম্নমক অমসুং পোৎ-চৈ পূম্নমক ঐঙোন্দগী শেমখিবমক্তনি। জগৎ পূম্বসি ফোংদোক্তনা লৈরম্মী অমদি পরমাত্মা নত্তনা অতৈ করিমতা লৈবমদে। অদুগুম্বা শাংলবা অহিংদু লোইরবদা লৈশেমলীলাগীদমক ঐগী চাউরবা মূর্ত্তি ফোঙদোকখি। মহাপুরুষদুগী মকোক লীশীং অমা, মমিৎ লীশীং অমা অমসুং মখোঙ্ লীশীং অমা পাল্লি। দেহ অদুদগী মহাপ্রভু বেদমুখ ব্রহ্মা পোকখি। ব্রহ্মা কৌবা পূম্নমক খঙবা পুরুষদা ঐগী বেদ লেংবা হাপ্তুনা জীবাত্মা অমদি ঐগী পুরুষ অংশদগী প্রকৃতি অমদি মায়ানা ঐগী মতমগী শরূক ওইবা পান্বৈনা জীব শেম্বা হৌরকখি। অহানবদা প্রজাপতি অমসুং মনুনচিংবা মী অমসুং

লাইয়াম শেমখি। হৌজিকসু মখোয় পূম্নমকসি ঐঙোন্দগী থোকপনি, অদুবু মখোয়না সত্ত্ব-রজ-তম গুণ অহুমসিগী মায়াগী পাঙ্গন্না মিংথোন কয়া ফংনখ্রিবনি। অসুম তৌনা লাইয়াম অমদি লোক পূম্নমক্কী অমসুং অচৎ-চত্ত খিবিক্কী মমিং থোনখ্রিবনি। মায়ানা শেমখ্রবা মখোয়দো ঐঙোন্দগী পোকপনি অমসুং ঐঙোন্দা তিনগদবনি। ব্রাহ্মণশিংনা যজ্ঞ তম্বিবা অমসুং অফবা কর্ম হৌদোক্কুনা ঐবু ঙাক-শেনবা, তপস্যা দাননচিংবা কর্মদা ঐগী নাম শক-শোনবা অমসুং ঐগী সেবা তত্তনা তৌবা মখোয়দো ঐগী হকচাংগী মশক্তি অমসুং ঐমক্কী শক্তম্নি। বেদথীবা ব্রাহ্মণশিংনা অসূম্না ঐবু নিংশিংজদুনা পেলহনবদো দেবতা অমদি অতৈ কনানা অদুম্না পেলহনবা ঙমদে। মদুগী মরমদি দেবতানা ঐগী অথোইবা মূর্ত্তিনি। ব্রাহ্মণশিংনা বেদ ফোংদোক্কুনা লৈজে অদুগা বেদনা মরোল অহুমগী লোক পূম্নমক ঙাকই। ময়ামসে ঐগী হকচাংনি, অদুগা ব্রাহ্মণশিংনা ঐগী হকচাংসি য়োক্লবগী থৌরাংদা অথোইবা উপায় ওইরি। মরম অদুনা ঐনা শেংলবা সত্ত্বগুণদা চঙদুনা ব্রাহ্মণশিংবু খুরুম্মী অমসুং ব্রাহ্মণশিংনসু মতিক চাবা জগৎকী মশক্তি খঙ্না সেবা তৌই। বিশাখযূপনা হায়খি - চানবিদুনা তাকপিয়ু, ব্রাহ্মণশিংগী মতৌ কমদৌই অমসুং মখোয়না নহাকপু করম তৌনা ভক্তি তৌনবিবা? নহাক্কী থৌজান্না মখোয়গী ৱাঙাংদা তেনগুম্না থৌরিবনো?

কল্কিনা— বেদদা অচৎ-চত্তা ফোংদোক্লিবা ঐবু পূম্নমক্কী মনুংদা অথোইবা ঈশ্বরনি হায়রি। বেদসিনা ব্রাহ্মণশিংগী চীন্দা ধর্ম কয়া ফোংদোক্লি। ব্রাহ্মণশিংগী ধর্মখকপু ঐঙোন্দা শেংলবা ভক্তিনি হায়রি। ঐনা ভক্তিদুদা পেন্দুনা লক্ষ্মীগা লোয়ননা যুগ-যুগ খূদিংদা অবতার তৌরিবনি। লাইনীংবশিংনা লংলা অহুম তিন্দুনা লুগুন মচা শেমগনি। মচা অহুম কোয়রগা কিশি কিদুনা যজ্ঞ সূত্র কৌগনি। বেদ অমদি প্রবরগী মতুংইন্না কিশি কিরবা লুগুননা গায়ত্রী অহুম শুহন্না থাংগনি। মদু নংগন ময়ায় খায়রগা লেংবান্দগী খোয়দৌ-ফাওবা চোলহনগনি। যজুর্বেদ চৎপশিংনা অসূম্না লুগুন থাংগনি। সামবেদ চৎপশিংগী লুগুনদি খোয়দৌমখা হেন্থহনগনি। মসি মখোয়গী হৌনবীনি। লুগুণ হায়বসি ওয়থংবা লেংবান্দা থাংলগা পাঙ্গন কল্লি।

ব্রাহ্মণশিংনা মৃতিকা, ভস্ম, চন্দননচিংবনা চন্দন থিনগনি। মখোয়না লাইবক্তগী শিখা ফাওবা ধর্ম-কর্মগী শরূক ওইনা লংনা ত্রিপুণ্ড্র থিনগনি। খুদোল অহুম চাউবা শিরিনা ময়ি অহুম থিনববু ত্রিপুণ্ড্র কৌই। মসি ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং



মহেশ্বরগী সৈফমগী মশক্নি। ত্রিপুণ্ড্রসি য়েংবসু পাপ কোকই।

স্বর্গ হায়বসি ব্রাহ্মণগী খৃত্তা লৈ। মরমদি মখোয়গী ৱাঙাংদা বেদ, খুন্না হোমজৈ, হকচাংদা তীর্থ পৃম্বা অদুগা ধর্মগী ৱাখলনি লৈ। সাবিত্রীনা মখোয়গী ঙকী লীক্লম্বনি। অদুগা মখোয়গী থম্মোয়না ব্রহ্মগী মশক্নি। ধর্মনা মখোয়গী থবাক্নি অদুগা নংগন্না অধর্ম। মহারাজ ! ব্রাহ্মণশিংসে ভূদেবনি। মরম অদুনা মখোযবু লাৎপা অমসুং ফজবা ৱাঙাং শাঙাংনা মখোয়বু ইকাই খুম্নবা পৃম্নমক্কী মথৌনি। ব্রাহ্মণদি আশ্রম মরিমক্তা ঐগী ধর্ম শন্দোকই।

ব্রাহ্মণ নহাসু মরৌশিংনা অহন্নি, তপস্যানা অহল ওইজৈ অমসুং ঐগী চান্নবনি। মখোয়গী ময়াথং ঙাক্লবগীদমক ঐনা পৃথিবীদা অবতার তৌবিবসিনি। ব্রাহ্মণগী অসিগুম্বা থোইনা লাইবক ফবা ৱাসি তাবদা মহাক অদো মপাপ কোকচৈ অমদি মহাক কলিগী দোষ কোকচৈ। মহাক্কী মপূক্লিংদা করিগুম্বা অকিবা অমত্তা লৈবরোই।

কল্কিগী চান্দগী কলিগী দোষ কোক্লবা ৱাসি তাবদা অথোইবা বৈষ্ণব বিশাখযূপ নিংথৌ পূক্লিং শেংনা কল্কিবু প্রণাম-ভক্তি কৎলগা হনখি।

নিংথৌনা হনখ্রবা তুংদা যাচঙবা মতম ওইরকখি। থোইনা খঙ-হৈরবা মহাদেবনা পীরকপা তেনৱাদো নুমিৎ চূপ্পা কোয়না পাইরুরবা তুংদা কল্কিগী নাক্তা থুংলখি অদুগা মবুংঙোবু স্তুতি তৌদুনা মাঙদা চঙ্লকখি। তেনৱানা স্তুতি তৌবা উরগা কল্কি মোমোন নোক্লুনা হায়খি নহাক মঙ্গল ওইরকপবা? কদাইদা করি চারগা হল্লকই?

তেনৱানা খুমজৈ— ননাই ঐহাক নুংঙইরবা ৱারী অমা লীজগে তাবিযু। ননাইনা চচ্চকই, সমুদ্রনা কোযশিল্লবা লঙ্কা দ্বীপ্তা। দ্বীপ্তুগী মতৌদো অঙকপনি। থোইদোকপা অমনা দ্বীপ্তুগী নিংথৌ বৃহদ্রথগী মজা ইবেম্মা অমা লৈহৌই। মাগী লমচৎ তাবদা নুংশি। বাণী কৌমুদীগী গর্ভদা পোকপনি। মাগী ৱাবী তাবদা জগৎকী পাপ কোকই। সিংহল দ্বীপ য়াম্না ফজবা মফমনি। মফমদুদা ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয়নচিংবা জাতি মরিমক লৈ। নুংঙাইববা নিংথৌ কোনুংনা ঙাম্থোইদুনা ফজৈ। করিগুম্বা মফমদা মণিগী কবিগুম্বদা মিংশেনগী চেকপল, মফম কযাদা সনাগী মপৈ। মায়গৈ মরিদা থম্বানগুম্বী ইবেম্মশিংনা অক্নবা ফিজোন শেৎ, কোয়না চৎলি। পূখ্রীশিংনা মফম চান-চানা লৈহৌই। পূখ্রীদুগী মপান্দা ঈশিংদা ৱাইনু অমসুং কাংঙনা শায়হৌই। খোয়মুশিংনা ঙংন পাই কেনহৌই-থম্বাল, কল্হার অমসুং কুন্দগা।

মায়গৈ মরিদা থম্বাল অমসুং পূক্লীং হূরবা উরী, বন অমসুং উপান্না নীংথিহৌরিবা!

নীংথিরবা লৈবাকসিদা কন-থৌবা, থৌনা লৈবা বৃহদ্রথ কৌবা নিংথৌ অমা পাললহৌই। নিংথৌদুগী লাইবকফবী, মমিং চৎপী মজাইবেম্মা পদ্মা হায়বীদো মরোল অহুম্মক্তা অতাওবীনি। মামুক মশক ফজবী, লমচৎ ফজবী কদাইদসু উদ্রি। কামদেবমকপু শুক্সাৎপী ফজবীদুবু উরুবদা খল্লি, বিধাতানা অঙকপা মতৌ অমদা শেম্মকপা ওইবা তাই। মহাদেবগী সেবাদা মবুক চঙবী দুর্গানা অসুম্না খ্বাই খিবিক্কী লাৎনঙাই অমসুং ইকাই-খুম্ননীংঙাই ওইবী ওইবগুম মজা ইবেম্মদুসু মতারোয় অমসুং অতৈ লৈশাবীশিংগা লোয়ননা জপ অমসুং ধ্যানদা মায় ওনশিলহৌই।

নীংথিবী, হরিগী চান্নবী লক্ষ্মী পোকই তাবদা মহাদেবনা পার্বতীগা লোয়ননা ইবেম্মগী নাক য়ৌরকখি। দুর্গাগা লোয়ননা মহাদেবনা বর পীনগে হায়না লেঙঙকপা উবদা পদ্মানা ব্রা অমত্তা ঙাংদনা ইকাইজদুনা লু লূকথনা লেপ্পুনা লৈখি। মহাদেবনা মঙোন্দা তাকখি, নঙগী নপুবোইবদি নাবাযণনি, অদুগা ইবুংঙো মানা হরাউ-হরাউ নহাক্কী খুজেং পায়রখিনি। কনাগুম্বা নিংথৌমচানা নহাককী মতিক চাবা নপুরোইবা ওইরোই। পৃথিবীদা কনাগুম্বা মীওইনা মপূক্লিংদা অপাম্বা থম্না নহাকপু হেক য়েংলকপদা মহাক অদো মশাগী চহীগী লেংগাদা নুপী ওনবা ওইরসনু। লাই, হিংচাবা, লিন, গন্ধর্ব,চারণ অমদি অতৈ কনাগুম্বনা নহাকপু লুহোংবা হেক পাম্বগা মহাক অদো নুপীগী পুকচেন চেনবা ওইসনু। নঙগী খূজেং পামজবা নারায়ণ নত্তনা অতৈ পূম্নমক্তা পাপ অসি থুংবা ওইসনু। হৌজিক নহাক লাইনীংচেত্নুনা নশাগী ওইজবা থাদোক্লুনা নিংথৌ-শঙ্গায়দা হঞ্জিল্লো। হরিপ্রিয়া লক্ষ্মীনা লূক কত্তূনা মবুংঙোগী অথোইবা দেহদো ময়েং তাদনা লৈবা সেবাদুমক তৌজৌ হায়রল্লগা শিব মফমদুদগী স্বাই মাঙখি।

মহাদেবগী মফমদগী মবূক্লা পামজবা বর ফংবদা পদ্মা হরাউজবনা মায়থোং মকালামজখি অমদি মহাদেববু খুরুমজহৌরগা মপাবুং শঙ্গায়দা হঞ্জিনখি।

# মঙাশুবা অধ্যায়

## পদ্মা-সয়ম্বর অমসুং নিংথৌমচা ময়াম নুপী ওনবা

তেনব্বানা হায়— মসিগী মতুং নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রবদা নিংথৌ বৃহদ্রথ মজা ইবেম্মগী মপৃং-মরৈ ফারকপা উবদা নুংশা থীনা পাপ ফংগদ্রা হায়না চিংনবা হৌবকখি। নিংথৌনা রাণী কৌমুদীদা হায়খি— শাগেজাৎ ফবা মান্নবা কনাগুম্বা নিংথৌদা ঐনা কন্যাদান তৌবা য়াবা অমত্তা হায়উ।

কৌমুদীনা নিংথৌদা হঙ্গৎখি— মহাদেবনা তাকপিখিবা অদুদি পদ্মাগী মপুরোইবা বিষ্ণু ওইগনি, মসি চিংননিংঙাই ওইদে।

রাণীগী ৱাসি তাবদা নিংথৌনা হায়খি— পূন্নমক শীল্লুংবা বিষ্ণুনা নুমিৎ কয়ানিগী তুংদা ইচাগী খুজেং পায়বিরগদগে খঙদে। ঐগী কবম্বা লাইবক্লা অদুগুম্বা হরিদুবু ইমাক ওইনা ফংজগদৌরিবা? অদুঙৈ মুনিগী মচানুপী বেদবতীনা ওইখিবা অদুগুম্মা, লাই-হিংচাবনা সমুদ্র নৈবদা ফাওবকখিবা পদ্মাগী মতৌগুম্মা ঐগী ইচানুপী পদ্মাবুসু ঐনা স্বয়ম্বরদা পুথোক্কনি, বিষ্ণুনা মাবু লৌশিনবিসনু।

ৱাফম অসি লেপ্তুনা নিংথৌনা মগুণ চেনবা, তৌবা ঙম্বা অমসুং মতিক

ময়াই লৈবা, মশা নহা ওইবা নিংথৌশিংবু ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা কৌখৎখি। পদ্মাগী স্বয়ম্বরগীদমক নিংথৌনা সিংহল দ্বীপ্তা অয়াম্বা মঙ্গলগী থৌরাং লাঙ্নবা য়াথং পীখি অমদি থোইদোক্লা শেম শাদুনা নিংথৌশিংনা লৈরনবা মতিক চাবা মফম শেমখি।

অদুগী তুংদা লুহোংবা য়াওবা পাম্বা নিংথৌশিংনা সনা-মণিগী লৈতেংনা লৈতেংদুনা মশাগী লাম্মী, ফম্নাইবা পুনরক্কুনা মফমদুদা লাক্কুনা থুংনরখি। মখোয়দুগী মনুংদা কনানা দোলাইদা, কনানা শামুদা অদুগা কনাগুম্বনা শগোল তোংদুনা লাক্লখি। মখোয় ময়ামদো মপাঙ্গন কনবা, মথৌনা লৈবা, অঙৌবা ছেকপিন খানবা অমসুং অঙৌবা চামর থৌগনবঙাক্লি। খুৎশু-খুৎলাইগী অরংবা মঙাল্লা ইরং লং, মখোয় ময়ামদো ইন্দ্রগী মতৌগুম নীংথিজরম্মী। নিংথৌশিংদুগী মিংদি-রুচিরাশ্ব, সুকর্মা, মদিরাক্ষ, দৃঢ়াশুগ, কৃষ্ণ সার, পারদ, জীমৃত, ক্রূরামর্দন, কাশ, কুশাম্বু, বসুমাল, কঙ্ক, ক্রথন, সঞ্জয়, গুরুমিত্র, প্রমাথী, বিজৃম্ভ, সৃঞ্জয় অমসুং অক্ষম কৌই। লোয়ননা অতৈ অয়াম্বা মপাঙ্গল কল্লবা নিংথৌশিং লাক্কুনা থুংলখি। ময়ামদো মগুপ্তা লেংশিন্দুনা মতিকচানা তরাম তরাম তৌদুনা মাগী-মাগী ফম্ফমলাংদা লেঙশিন্নখি। ময়ামদুগী পেন্নবা মায়গৈ মরিদা জগোই ঈশৈ তৌখি। নিংথৌশিংগী অঙকপা ফিজেৎ-লৈতেং অমসুং লীক-কোন কয়াদুনা স্বয়ম্বর সভাদু অঙকপা ওইনা ফজখি। মখল মখা অয়াম্বা অপাম-নুংশি, নুংঙাইবা পামজবা নিংথৌশিংদু উবদা পূম্নমক্কী মমিত্তা অমসুং মবুক্লিংদা হরাউ মকালাম্ব হৌনরকখি।

নিংথৌশিংনা লেঙশিল্লবদা লঙ্কানিংথৌনা মজাইবেম্মা কুচু হেনবীদু সভাদা পুশিল্লক্লবা হায়খি— কন্যাদো দুর্গানি, মায়থোঙনা থানি, কালিকা দেবীনি অমসুং তনৌ-তনৌবীনি। মাগী লীক-কোন অমসুং মণিনা পূহাল্লা মশা পূম্বা লৈতেংলম্মী। মসিবু শুন্দাৎয়াই ওইবী মায়ারা নত্রগা কামদেবগী চান্নবী রতিদেবীনা মালেমসিদা কূমথরক্লবরা? স্বর্গ-মর্ত্ত্য-পাতাল মফম অয়াম্বদা কোয়না চৎলুরবসু ঐনা অসুক ফজবী শক মফম কদাইদসু উখিদ্রি। মতারোয়শিংনা কোয়শিন্দুনা রাজকন্যাদো কোনুংদগী মপান্দা পুথোরকখি। মনাই-মশন কয়ানা তুংদা, অদুগা মাঙদা অশৈবশিং অমদি লীচৈ পায়বা থোঙ্ঙাকপশিংনা ঙাকশেল্লি। মতৌ অসূম্না ইবেম্মনা সভাদা থোরকখি।

নূপুর অমদি খ্বাঙ্গোয়শরিক্লা মীয়াম্বু শুন্দাৎপা খোঞ্জেল্লা সভাদু নিনখি। কুণ্ডল

নাইন্না লীক-লীক্ হাই, রাজকন্যাদুনা খৃত্তা মণি-পরেং পায়দুনা অপাম-নুংশি মিৎচি শাথেক্লা ওক্লদুনা নিংথৌশিংবু কাংণ্ড খোঙথাংদা য়েংল-য়েংল অমদি মখোয়গী শাগৈজাৎ ফবগী মগুণ তাহন-তাহন মাঙ থার-থার চঙ্নরকখি। মাগী চায়রুং নাক য়েত্তা কুমকুমনা ইরং-লং কুণ্ডল নাইন্না হাই-হুম, হাইফেৎ হরাউ-মোমোন তৌবদা য়াতোনগী নীংথিবদো উহল্লম্মী। খ্বাঙ্না ইচেং-চেং, নমদা ঙাঙ্গান্নবা রেশমগী ইন্নফি। খৌরীদগী থোরকপা নুংশিরবা খোঞ্জেন্না কোকিলগুম্না নুংশিবা মদু উবদা ননাইগী পুক্লিংদা খল্লম্মী-মাগী শক ফজবগী দুকান্দা মরোল অহুম্না লৈগে থোরক্লবোই।

শগোল-শামু দোলাই তোংদুনা সভাদা লাক্লরিবা নিংথৌশিংদুনা শুদ্ধৎলবী রাজকন্যাদু উবদা অপাম মিহৌনা শুমখিদুনা ফি-রোল অমসুং খৃৎশু-খুৎলাইগী ব্রা পুঙ্কাউ কাউনখ্রে। কন্যাদুবু পাম্না হেক মিৎয়েং তারুবদা নিংথৌশিংদো ফজবী নুপী লোইনা ওনখ্রে। মখোয় মৌ-নহা মান্না তরু-তবান অমসুং মিৎনা থম্বাল লৈকা মান হরাউ মিনোক তম্ জগোয় ঈশৈনা হৈরিবা। মাগী-মাগী ফিভমশিংদু য়েংনরদুনা নিংথৌশিংদো পদ্মাগী তুংইনবী ওইদুনা মাগী লোয়নবী ওইখ্রে।

ননাই ঐনা পদ্মাগী লুহোংবগী কুম্মৈদু য়েংগে হায়দুনা খোংনাং বট পাম্বী অমদা তোংলম্মী। তৌরিবা মতৌশিংদু উবদা ননাইগী থম্মোয়দা ওম্থোক্লা লাঙতক্ল খি। নিংথৌ ময়ামদুনা লোইনা নুপী ওনখ্রবদুদা পদ্মানা মবুক্লিং নুংঙাইতনা হায়রকপদু তাগে হায়দুনা ঙাইহাক অসুম তোংদুনা লৈরম্মী। ঐনা কন্যাদুদা হায়রম্মী, 'কল্কি হায়বদো জগৎ-মপু বিষ্ণুনি'। লুহোংবগী মঙ্গলগী কুম্মৈ লোইরবদা ইবুংঙোগী লক্ষ্মীদুনা মানা চঙজরিবা মহাদেববু মথম্মোয়দা ধ্যান তৌরদুনা অঙকপা মওংদা তেংথাহৌই। তাজরকই তমজগে তাবিয়ু। মাগী লুহোংবা য়াওনীংবা নিংথৌশিংনা ঙম্না নুপী ওনখ্রদুনা মখোয়গী শগোন-শামু-দোলাইপুম্বা থাদোক্লখ্রে। অদুগা মাগী মতা ওইদুনা মনাক্তগী হেন্দ্রবা, অমুকসু তুংইনবীঙাক ওইখ্রবা! মসিদা মথম্মোয় নুংঙাইতদুনা ফজবা ফিজেৎ-লৈতেং পুম্বা থাদোক্লুনা খোঙবীনা লৈমায়দা তক্লুনা লৈখি। মতুংদা মহাদেবগী য়াথংদু চুম্নবা মাগী থম্মোয়দগী মবুংঙো শ্রীহরিগী ব্রাখন্দা মবুক্লিং লুপ্তুনা লৈহৌই।

## তরুক শুবা অধ্যায়
## পদ্মাগা তেনব্রাগা ব্রারী শানবা

মথংদা খ্বাই মরীমতানা কোয়শিল্লদুনা পদ্মানা মবুংঙো শ্রীহরিবু চিন্তা তৌর-তৌর থম্মোয়দা অসুম ঙক বিমলা কৌবী মতাবোয় অচানবীদা হায়রম্মী— বিমলা, বিধাতানা ঐবু করি উবিদনা অসূম্না ইবিরম্বনো, ঐবু অসূম্না য়েংবদা নুপা ওইবশিংনা নুপী ওল্লু হায়দুনা! ঐসি ওম্ভোক্না লাইবক থীবী পাপ চেনবীনি। মরুভূমিদা হুনবা মরুগুম্না খল্লে, ঐগী শিবগী আরাধনা পূম্নমক মহে য়াদ্রে। জগৎপতি হরিনা ঐবু করিগী পান্বিদবনো! বিষ্ণুনা করিগুম্বা ঐবু নীংশংবিদ্রবা অদুগা মহাদেবগী য়াথংনা করিগুম্বা মীনম্বা তারবদি ঐহাক মাবু নীংশিংজরগা মৈদা পুন্সি কখোকচরগনি। কদায়, ঐনা তোল্লবী, অদুগা কদায় দেবতা জনার্দন! বিধাতানা ঐবু কাউথোকপিবনি, নত্রবদি মহাদেবনা ঐঙোন্দা থোক তৌরিবা করিগীনো? মসিদবু কনানা হিংদুনা লৈবা ঙমগদৌরিবনো?

লমচৎ ফজবী পদ্মাগী থোইনা ব্রারবা তেংথাবোন্দু তাবগা ননাই ঐহাক ইবুংঙোগী নাক্তা লাকচরিবসিনি।

কল্কি তেনবাগী বাদু তাবদা ঙকখি। হায়খি— চান্নবী পদ্মাবু থেমজল্লুনবা নহাক অমুক মফমদুদা চৎলু। নহাক ঐগী অথোইবা মরূপ তেনবানি। ঙসি নহাক পাউহল্লোয় ওইদুনা পদ্মাদা ঐগী রূপ-গুণগী মরম লীরম্মগা মফমসিদা অমুক হল্লকউ। পদ্মা ঐগী চান্নবীনি অদুগা ঐনা মাগী মপুরোইবা। বাফম অসি বিধাতানা লেপ্লমক ইপ্লবনি। নঙনা মরক্তা লৈরগা ঐখোয়নিবু অমুক্তা থুংনহল্লু। নহাক্তি পূম্নমক খঙবনি, হৌনবী খঙবনি অদুগা মতম পুম্বা খঙবনি। অদুনা নঙনা ঐগী বারমসি অমৃত শিন্থবগুম মঙোন্দা থাজহল্লগা মাগী য়ানীংবগী বা ঐগী নাক্তা অমুক পুরকউ।

কল্কিগী বাসি তাবদা তেনবা থোইনা হরাউজখি। মবুক পেন্না মবুংঙোবু খুরুমজরগা লক্কারোমদা পাইখ্রে।

সমুদ্র লাম্থোক্লগা ইরুজরে, অমৃতগী মশক ওইবা ঈশিং খরা থক্লগা চম্প্রা হৈথুম খরা চারে। অদুদগী নিংথৌ-কোনুং য়ৌরদুনা রাজকন্যাগী শঙ্গাইরোমদা পাইশিন্দুনা নাগকেশর পাম্বী অমদা তোংখ্রে। ফৈরাথক্তা লৌশিং চাউবা তেনবানা পদ্মাবু উবদা তাইবং মীরোন্দা হায়খি— হে ফজরবী, ইবেম্মা নঙবু মঙ্গল ওইরিবরা? ঐনা য়েংবদা নঙসি নশক নতৌ চম্থোনবী, মথোৎ কারকপী অমদি মিত্তা-নাতা নুংশিবী ওই, লক্ষ্মীরা হায়না খল্লিদা। থম্বান মানবী নঙগী চেংলৌ, নশাসু থম্বান মনম, মিৎফমসু থম্বান লৈকাগুম্বা! নখূত্তা থম্বাল পায়, খূত্তাসু থম্বান মান। মওং পূম্নমক অসি উরুবদা নহাকপু ঐনা অনীশুবী লক্ষ্মীনি খল্লুরে। ফজবী! নহাকসি জীব পূম্নমক শুস্কৎপা ঙমগনিবো! পূক্লিংদা খল্লি-বিধাতানা খঙ্গন জগৎকী থোৎ-নৌবা ফজবা খিবিক পূনশিল্লগা নঙবু শেম্মকমাল্লে।

থম্বাল পরেং থোনবী পদ্মানা তেনবাগী মাঙদা তাখিদ্রিবা অঙকপা বাসি তাবদা নোক্লদুনা হায়রম্মী— কনানো নহাক? কদাইদগী লাকপনো? তেনবাগী মশক লৌবা নহাক লাইরা-হিংচাবরা? চানবিদুনা নঙনা কমদৌনা ঐগী নাক্তা লাকপনো?

তেনবানা হায়খি— ঐহাক পূম্নমক খঙবনি। শাস্ত্র পূম্বগী অকুপ্পা অর্থ খঙবা, লোয়ননা য়ৌনিংবদা যৌবনি। হায়বদি চৎনীংবদা চৎপা ঙম্বনি। লাই গন্ধর্ব অমসুং নিংথৌশিংগী সভাদা ঐবু ইকায়খুম্নে অমসুং য়াম্না লুনা তৌবি। ইনীং তৌনা অতিয়াদা কোয়পাই পাইজে। হৌজিক ইবেম্মবু য়েংলুগে হায়দুনা লাকচরিবনি। নবুকচেন চাউবী ওইদুনসু চাক্লবা থম্মোইদা য়ুম্বান্নীংবগী বাখল থাদুনা, ঈশৈ

ঙংদুনা, নোক-খেদুনা নমান্নবশিংগা লোয়নরিবা অমসুং ফজবা ফিজোল থাদোকখ্রবা! নতৌদু উবদা ঐনা নুংঙাইতদুনা নঙগী কোকিল খোংবগুম, য়েংবদসু নুংশিবা, ব্রাঙাং তানীংদুনা হংলবনি। নঙগী য়াতোন, চীম্বান অমসুং লৈতোন্দগী ঙাংথোরকপা ব্রাঙাং-ব্রাতা কনাগুম্বগী নাকোংনা তারগা মানা লাইনীং চেৎচরকপগী করি অমুক হায়গনি। নহাক্কী শিরীষ কুসুমগুম থোৎ-নৌবা অমসুং থাগী মঙানমক্লসু ব্রাৎলি। পণ্ডিতশিংনা অমৃতনি অমসুং ব্রহ্মানন্দনি হায়না থাগৎনরবসু নঙোন্দা চম্না থোকই। খোয়থুম্নবা খৃত্তা, নঙগী চেংলৌ অহেনবা উজবদা মহাক অদো দান-জপ তৌজদ্রবসু য়াবে। কনাগুম্বনা ইবেম্মগী চোইনা তাবা শল্লাং, চন্দন্না লৈতেংবা, অয়াং তশোয়বা কুণ্ডল নাইন্না হাই-হুম্বদা নীংথিবা, মিত্তা ফজবা মাযথোংদু উবদা মহাক অমুক হন্না পোক্লক্লরোই। হে রাজকন্যা! নহাক্কী নুংঙাইতবগী মরমদো অমুক্তা হায়উ। নপৃক্লিং নুংঙাইতদুনা নঙগী হকচাংদো কবিসু নাদ-য়েক্তনা লাইনীংবদা কংশিনবগুম উবে। সনাগী মূর্তিদা উফুল লাংলগা মক্লা উবগুম নহাকসু উরে।

পদ্মানা হায়খি— বিষ্ণুনা মাবু য়াবিদ্রবদা মাগী মশক-মতৌ, শাগৈ-নাতৈ, মবল-মথুম অমদি মপোক ফবা পৃম্নমক অরেম্বনি। হে তেনব্রা, ঐগী ব্রাসে নঙনা খঙদ্রবদি তারো। ঐহাক পিশক পীক্লিঙৈদগী পুংকক্ চাউবা ফাওবা মহাদেবগী সেবা তৌবম্মী। মহেশ্বরনা ঐগী পূজাদু পেনবিদুনা পার্বতীগা লোয়ননা লেঙবিবক্তুনা ঐঙোন্দা তাকপিরম্মী— পদ্মা, নহাক বব নিজৌ। মদুদা ঐনা ইকাইজদুনা লু লূকথবদু উবদা শিবনা তাকপিবম্মী, নারায়ণ শ্রীহরিদো নপুবোইবা ওইজৌ। লাই, হিংচাবা, গন্ধর্ব অমদি অতৈ কনানা নঙবু পামজদুনা যেংবগা মহাক নুপী ওনগদবনি, শোয়দ্রবনি। বর অনী পীনরবা তুংদা শিবনা বিষ্ণু পূজাগী মবম তাকপিরম্বদো, অদুসু লীগে তাও। ঐগী লোয়নবিবীশিং ময়ামসে উবেদনা! মখোয়সে অহানবদা নিংথৌ ঙাক্তনি। ঐগী পাবুংনা ঐবু মপুঙ মবৈ ফাবকপা চাউশল্লকপদু উবদা ধর্ম ঙাক্লবা হাযদুনা নিংথৌ মযাম পুম্বসি ঐগী সযম্বর সভাদা তিল্লখিবনি। মখোয পৃম্নমকসে পাখং ঙাক্তনি। গুণচেনবা অমদি থোইনা মতীক মযাই লৈবা ঙাক্লি। ময়ামসিনা ঐগী খুজেং পায়নীংদুনা সয়ম্বর সভাদা নুংঙাইনা লেঙশিল্লম্মী। ঐনা খৃত্তা মণি পরেং পায়দুনা অপাম্বা খনগে থোরকখি। অপাম্বনা শুন্ধত্তুনা মখোয়সে লৈমায়দা বোম-বোম তুখি। মতুংদা জ্ঞান তাদনা হৌগৎলকপদা উবম্মী- মখোয় লোইনমক তীং-য়াঙ নোয়পেন, থীক-থা ফন

ঙম্না নুপী ওল্লম্মী। হে শুক! মখোয় অসি মশানা নুপী ওঞ্জবদু উবদা য়েক্লবা অমসুং মরূপ-মপাং খিবিক পূম্নমক্কী মফমদা ইকাইজদুনা অমদি কিদুনা মবুক্লিং ওম্থোক্লা নুংঙাইতনা ঙাইহাক চিন্তা তৌরুরগা ঐগী লোয়নবী ওইখিবনি। হৌজিক মখোয়সে ঐগী ইমান্নবী ওইরে। মখোয়গী মতিক মগুণ কয়া লৈবনি হায়দুনা ঐনা মখোয়বু নুংশিরুরে। ঐগা লোয়ননা মখোয়সু বিষ্ণু-পূজা লাওবা, ধ্যান অমসুং তপস্যা তৌবা য়াওই।

পদ্মাগী মফমদগী নুংঙাইবা পোকপা অমসুং পূক্লিং পেনবা ৱাসি তাবদা তেনৱানা মতিক চাবা ৱাহৈনা রাজ কন্যাবু পেলহল্লগা বিষ্ণু পূজাগী মরমদা ৱা হৌদোকখি।

# তরেৎশুবা অধ্যায়
# হরিভক্তিগী মরম

তেনৱানা হায়খি— হে লাইবক ফবী! নঙদি শিবগী মনাইনি। অদুনা নহাক লাইবক ফবীনি। পুণ্য চেনবীনি। হৌজিক ঐহাক নঙোন্দগী মহাদেবনা তাকপিখিবা বিষ্ণু পূজাগী মতাংদু তানীংই। ঙসি ঐনা নঙগী নাক্তা খঙহৌদনা লাকপসিদা অসিগুম্বা থোইনা ঙকপা ৱাবীসি তাজগদৌবি। মদুনা ঐহাক অমুক হন্না উচেক ওইনা পোক্লবোই। সিগুম্বা বিষ্ণু-পূজাগী মতাংসিদা ভগবদ্ভক্তি, যোগ, জপ অমসুং ধ্যানগী বিধি শোযদনা যাওবিবদু শ্রুতিবু পামজবা থোইনা নুংঙাইবা মহৈ পীনবা ঙম্বনি।

পদ্মানা হাযখি— মহাদেবনা অদুম্না বিষ্ণু-পূজাগী মবম তাকপিখিবদু যাম্না শেংখ্রবনি। থাজনা মসিবু হৌদোকপদা, তাজবদা অমসুং লীবদা মীওইবনা ষণ-হাৎপা, গুরুজনহাৎপা অমসুং ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ কোকই। হে শুক, নবুক চঙ্না তাওকো।

অযুক অঙনবদা ঈকবা অমসুং নোংমগী তৌগদবা লোইববা তুংদা খোঙখুং

হায়দুনা শেংলগা ঈশিং শোক্লগা আসন্দা ফমগনি। মায় নোংপোক ওন্না ইন্দ্রিয় খুদুম চন্না অঙ্গন্যাস, ভূতশুদ্ধি অমসুং হৌনবী চুম্না অর্ঘ্য স্থাপন তৌগনী অদুগা কেশবকৃত্যনচিংবা ন্যাস তৌদুনা পূক্লিং চেৎনা মশাবু বিষ্ণুমক্লি-খন্দুনা থম্মোয়দা লৈবা বিষ্ণুবু পূক্লিংগী আসন্দা লেঙশিল্লগা মূলমন্ত্র উচ্চারণ তৌদুনা পাদ্য, অর্ঘ্য, আচমন, স্নান, ফি-রোল লৈতেংনচিংবা পোৎলমশিং কত্তুনা পূজা তৌগনি। পূজা কৎলবা তুংদা থম্মোয় থম্বানথক্তা লেঙশিনবা, মায়থোং মকা লাম্বা, ভক্তনা পামজবা মহৈঃ পীনবা দেবতাদুবু চরণ থম্বান্দগী কোকথক ফাওবা নীংশিংগনি - ‘ওঁ নমো নারায়ণায় স্বহা’।

যোগসিদ্ধ পণ্ডিতশিংনা ইবুংঙো মাবু চিন্তা তৌনবা, লক্ষ্মীগী য়ুম্ফম ওইবা, মাগী ভক্ত খোইমুশিংনা তুলসী কত্তুনা ইকোয়-কোয়, মাগী ঙাঙ্গানবা খূজিন্না ওইবা খোঙবী লৈনা মতোন্দা গঙ্গাজল পকপা, অদুগুম্বা হরিগী মখোঙ থম্বান্দা ঐনা চঙজে। মাগী চরণ থম্বান্না য়োম্বা, খূজেংদা মণিমুক্তা হৎপা, কাঙ খোঞ্জেন থোকপা নুপুরনা লৈতেংবা, সনা ফিগে ফিজিনা ফিরান গুম্না ফজবা অমসুং সনাগী মকোয় অহুম কোয়বা পাম্বোম ফাবীগী মঙান্না শনবা শ্রীহরিগী চরণ থম্বানবু ঐনা নীংশিংজে। গরুড়গী ঙক্তা অশংবা মণি শিবগুম, মদুগী মথক্তা ইবুংঙো মাগী মণি অঙাংবা মঙান্না তিনবগুম নীংথিজবা চীম্বান, খারোমদা ফৈবাক্লা শাংনা তাবা, খ্বায় খিবিক্কী হারাউনঙাই ওইবা হরিগী ফৈবোমদো ঐনা নীংশিংজে। হরাউজনবা হায়দুনা লেংবান্দা য়ানবা নোংথাং কূপ্পা মানবা লেংয়ানফি, মদুগী মচুনা অঙকপা ওইবা, মশাখীংবা গরুড়না মঙ্গল ইশৈ শকপদা মাগী মগুণ শীঙ্গুংবা, বিষ্ণুগী অদুগুম্বা খুউদো ঐনা কাউজদে। ব্রহ্মা, যম, অমসুং কামদেবগী লৈফম ওইবা, মরোল অহুম্মক্তা সনা ফিগে ফজবনা লৈতেং ওইরিবা, উচেক-নমদা তোংবিবা বিষ্ণুগী খ্বাঙদো ঐনা নিংশিংজে। থম্বান্না লৈতেংবা, ইরৈগী মতৌ মানবা খোয়দৌগী পুখ্রীদা ব্রহ্মাগী পোক্লফম ওইবা, থম্বান্না ফৃগায়না শাৎলিবা, মদুদা শিংলি-নাউরীগী তুরেন্না ঈরাতা, পূক্লিনগী সমুদ্রনা ঈথক হৌ, তুরৈনা রেখানা লৈতেংবা, ব্রহ্মাণ্ডগী তুংফম ওইবা বিষ্ণুগী অদুগুম্বা ময়েংতারবা পূক অদুবু ঐনা নীংশিংজে। লক্ষ্মীনা কুচ-কুমকুম পরেং অমসুং কৌস্তুভ মণিগী মঙান্দা লেঙশিনবা, শ্রীবৎস চিহ্ননা লৈতেংবা, হরিচন্দন খিকপা, লৈপরেং থোনবা বিষ্ণুগী নীংথিজবা থবাক অদো ঐনা নীংশিংই। ইবুংঙো মাগী পাম্বোম ফিজেৎ-লৈতেংগী থম্ফম অমসুং খুজি-তান্না লৈতেংবা, তমথীরবা হিংচাববু মাঙহনবিবা ঙম্বা, গদা অমসুং

সুদর্শন চক্র থাদোক্নুনা পুন্নমকপু কোনশিনবিবা বিষ্ণুগী য়েৎকী পান্থোম অনিদো ঐনা পূক্লিংদা হন্ন-হন্না খল্লি। শংবানবা কুচু, মণি মুক্তানা লৈতেংবা ওয়গী পান্থোম অনি, শঙ্খ-পদ্ম পায়বা অমদি ইবুংঙোগী ঙাক্লানবা খুদোন্না খুউ শোক্লা চোম্থবা, লক্ষ্মীনা পামজবা, পূক্লিং হূবা খুৎ অনিদো ঐনা নীশিংই। মায়থোংনা থম্বাল ওই, তরু-তহেন থম্বৌমানবা ঙক্তা ময়ি অহুম লৈবা, বনমালা থোনবা অমসুং অৱা অনা কোক্লিংঙাই মন্ত্রগী মশক ওইবা, ফজবা বিষ্ণুগী খৌরী মতা ফবদো ঐনা তত্তনা নিংশিংই। তঙাংবা চীম্বান, নুংশিনা মোমোন নোকপদা য়াগী পরেংনা ফজবা, থুন্না ঙাংথোরকপা, পুক্লিং হূবা, তথক-তথকপা মিৎস্না থম্বাল লৈকা, তাইবংনা পোত্থানবা হরিগী অঙাংবা থম্বাল মানবা মায়থোংদো ঐনা নীংশিংই। নাতোন্না নীংথিনা মরক খনবা অমসুং শিবা নাইদবা, জগৎসিবু শেম্বিবা, পালহনবা, প্রলয় ওইহনবা, কামগী পূক্লিং মকালামহনবা অমসুং মাবু দর্শন তৌজবদা লক্ষ্মীগী থম্মোয় মকা লামজবা, হরিগী মায়থোংগী লৈতেং ওইবা নৌরবা পিশূমদো ঐনা নীংশিংই। চায়রুংদা তথক-তথক মকর কুণ্ডলনা নাদা লৈতেংবা, মদুনা মায়গৈ অতিয়াপূম্বা ঙালহনবা, তয়াং তশোয়বা শল্লাংগা শোক্ল বদা মতোন খোই-খোই তাবা অমদি মণিগী লুহুপ মপানগা না মতোনগা শন্নবা হরিগী নাকোংদু ঐনা নীংশিঙই। চন্দননা লৈতেংবা অমসুং মনম নুংশিবা গোরোচন্না তৈরবা, কে-মৌবী নুপীগী মিত্তা মান্না নীংথিবা লাইবক, মঙোন্দা ব্রহ্মাগী তুংফম অমসুং মণি থাম্বা কিরীটনা লৈতেং ওইবা পুন্নমক্কী পূক্লিং অমসুং মিৎ হূনঙাই ওইবা ভগবানগী লাইবক অদো ঐনা নীংশিংই। নুংশিবা মরী মতানা মনম নুংশিবা লৈরাং কয়া নুংশিনা থেৎ, খোই-খোইনা শাংনা তাবা, রমাগী মনীং থুংহনবিবা, শূক্লা মম্বা নোংগী মতৌ মান্না ফজবা শ্রীবাসুদেবগী শমজোই মপৈ অদো ঐনা থম্মোয় লায়ুমদা কাউবা ঙমদে। নোংগী মরক্তা নুমিৎ-থানা থোকপগুম, পিশুম অনিনা শীরুং চুমথাঙ মান নাতোন শাংতক অমসুং থম্বান মানবা মিৎ, নোংথাঙ কূপ্পা মানবা অরংবা ফিগে থোনবা, অঙকপা শ্রীমূর্ত্তি ওইবা হরিগী চঙজফমদা ঐহাক্লা চঙজরি। ঐদি থোইদোক্লা তোনবনি, বেদনা হায়বা সেবানচিংবা হৈজদবনি। পাপকী মৈশা মপূং ফানা লাংবা ঐগী হকচাং, অপাম্বনা শুমহৎলবা, অৱাবা, শুমহৎপনা অমসুং পূক্লিং নুংঙাইতবনা লাকশিনখ্রবনি। হে-বাসুদেব, থৌজানগী মিৎয়েং তাবিদুনা নহাক্লা ঐবু ঙাকপিয়ু।

কনাগুম্বনা ভক্তি চেন্না বিষ্ণুগী মাঙওইননা পূক্লিং হূবা মূর্ত্তিবু ধ্যান তৌজদুনা

শ্লোক তরাতরুক্লা লৈ কত্তুনা, যব তৌদুনা পূজা অমসুং ভক্তি তৌজবদা, লাইনীং লাইশোন হৌনবী খণ্ডবা, শেংনা অমসুং মুক্ত ওইনা ব্রহ্মানন্দগী নুংঙাইবা মহৈ: ফংজে। মহাদেবনা তাকপা অমসুং পদ্মানা শোঞ্জবা স্তব অসি শেংলবনি, ধন্যনি মিংচৎনীংঙাইনি, পুনশিনীংঙাই ওই, স্বর্গগী মহৈ: পীনবা অমসুং থোইনা মঙ্গল ওইজনীঙাই ওই। স্তব অসি ইহলোক অমসুং পরলোকতা ধর্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষগী মহৈ: পীনৈ। অথোইবা পণ্ডিতনা স্তব অসি পাঠ তৌজরবা মহাক পাপ্তুগী লাম্থোকচৈ।

# অনিশুবা শরুক

## অহানবা অধ্যায়
## কল্কি লেঙকপা

সূত মুণিনা হায়— হে শৌনক! কল্কিনা সাধুশিংনা ইকাই খুম্নবী, খঙহৈবী সখিশিংনা লুনা তৌবী পদ্মাগী মফমদগী ৱাফমদু তাবদা তেনৱানা হায়খি, 'অঙকপা কর্ম ওইবা হরিগী সাঙ্গপূজা নহাক্না তাকপিয়ু, বিধি চুম্না মদুগী থৌরাং তৌজরগা ত্রিভুবন্দা কোয়না পায়জরুগে'।

পদ্মানা হায়খি— জগদীশ্বৱ বিষ্ণুবু পূণ্যাত্মানি হায়না খল্লগা মন্ত্র খঙবা সাধকনা ইবুঙোগী চরণদগী কোকথক ফাওবা ধ্যান তৌজরগা মূল-মন্ত্রনা জপ তৌগনি। জপ তৌরগা দণ্ডবৎ ভক্তি কৎকনি। মতুংদা বিশ্বক্‌সেনানচিংবদা পাদ্য, অর্ঘ্য, নৈবেদ্যনচিংবা বিষ্ণুদা কৎলবা দ্রব্যনা কৎলগা হৃদিদা স্থাপন তৌনা পূক্লিংদা মফম খূদীং শীন থুংবিবা বিষ্ণুবু নীংজগনি। অদুগা পূক্লিংদা মখল-মখা জগোই-ঈশৈ অমসুং হরি সংকীর্ত্তন্দা পূক্লিং চঙশিনগনি। অদুগী তুংদা নির্মাল্য অরেম্বা লাইগী লৈমন অদু কোকথক্তা হাপকনি। অদুগা নৈবেদ্য প্রসাদ লৌগনি। শুক, কমলানাথ হরিগী পূজাগী ৱারী ঐনা নঙোন্দা লীরবসিনি। মতৌ অসূম্না

পূজা কচ্চরগা সকামভক্তি চৎপা মীওইনা অপাম্বা থুংজে-অদুগা অপাম্বা থমদবা নিষ্কাম ভক্তি চৎপা মীওইনা মুক্তি ফংজে। ব্রারী অসে লাই, গন্ধর্ব অমসুং মীওইবগী থম্মোয়দা নুংঙাইবা পীনে অমসুং পূম্নমক্কা তাবদা নুংঙাইজবনি।

তেনব্রানা হায়খি— ভগবদ্ভক্তিগী ব্রারী লীবিখিবদো তাজরে। নহাক্কী প্রেম প্রসাদনা পাপ চেনবা উচেক ওইজরবসু ঐ মুক্তি ফংবা ঙমজরগনি। অদুবু, ঐনা য়েংবদা নহাকসি মণিনা লৈতেংবা সনাগী মূর্তিগুম্মী। নহাকমুক ফজবীসি ত্রিভুবন্দা তাঙ্ই। পৃক্লিংদা খল্লে-নহাক লক্ষ্মীনি। নশক্কে নতৌনে অদুগা স্বভাব ফজবনে নঙগুম্বী কনামতা ঐনা উখিদ্রি। নঙগা লাম্বা চাবা মগুণ লৈবা নপুরোইবসু পৃথিবীদা উদ্রি। অদুবু, সমুদ্র ব্রাংমদা অঙকপা মতৌ ওইবা, মশক ফজখ্রবা, মগুণ লৈখ্রবা, মী লক্তগী অথোইবা সাক্ষাৎ ঈশ্বর অমখক্তংদি উখ্রে। মহাক অদুগী মশা অপূম্বা নীংথিবা দেহদো বিধাতানা শেম্বা ওইগনি নীংদে। মুন্না খল্লগা য়েংবদা বাসুদেব হরিগা মহাক অদুগা করিমতা খেন্নদে। ঐনা ইবৃক্তা খল্লি নহাক্লা মক্রুবা মঙান চেনবা বিষ্ণুগী মূর্তি ধ্যান তৌজবিবদুগা ঐনা উখিবা মূর্তিদুগা সূখেন খেন্নদে।

পদ্মানা— শুক ! করি হায়বা নঙনা? অমুক্তগা হায়রকখো। মহাক কদাইদা পোকই হায়বা? নঙনা মাগী মরম মুন্না খঙ্লবদি তম্মু। মহাক কমদৌনা লৈহৌবনো? উথক্তগী কূমথরকউ। ঐনা নঙবু নীংথিনা ইয়ুমদা লাকপগী হৌনবী চুম্না লুনা তৌগে। চম্প্রা-হৈথুম প্রসাদ লৈয়ে সিদা। চারগা অহাউবা ঈশিং খবা থকমিন্নসি লাউ। নঙগী মণি অঙাংবা মান, য়েংবদা ঙাঙ্লবা মচুগী লূরবা নচীন, ঐনা খোয়দাবা মণিনা থাম্বিগে। সনানা শিবিবোই সূর্যকান্ত মণিনা নঙক্তা লৈতেংবিগে। নশা শাগন্দা মুক্তা কুণ্ডন থেৎপিগে। অদুগা অয়োকপনা অমুক নশাদু মনম নুংশিবা লৈরাং থেৎপিসনু নশক অদু য়েংবদা পূম্নমক্কা হরাউনবা। নমৈদুদা মক্রুবা মণি-থেৎপিগে অসুম পাইবদা ঝর-ঝর লাউবা মখোল থোক্লবা। চৎপদা নূপুর খোঞ্জেল থোক্লবা, লৈতেং অদু শিবিগে। নঙগী ব্রারী তাবদা ঐগী পৃক্লিংগী অব্রাবা পূম্নমক কোকখ্রে। সখীশিংগা লোয়ননা ঐনা থৌরাং তৌরে। নহাক কমদৌবা, হায়উ।

পদ্মাগী ব্রাদু তাবদা তেনব্রানা তপ্না-তপ্না মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা হায়রম্মী— ব্রহ্মানা হায়জবদা বিষ্ণুনা ধর্ম কন্নবগীদমক শম্ভলগ্রামদা বিষ্ণুযশা কৌবা ব্রাহ্মণগী যুমদা অবতার ওইবিবনি। ইবুংঙোদুগী মচীম্মনাউ মরিনি। শাগৈ নাতৈনা ইবুঙোগা ইরোয় লোয়নৈ। লুগুণ থাংলবা তুংদা ইবুঙোনা পরশুরামগী মফমদা বেদ তমখি।

মতুংদা ধনুর্বিদ্যা অমসুং গন্ধর্বশিক্ষা তম্লগা মহাদেবগী মফমদগী শগোন, থাঙশাং, কবচ অমসুং বর ফংদুনা নিজগৃহদা হল্লকখি। ইবুঙোনা বিশাখযূপ কৌবা নিংথৌগা থেংনদুনা থোইদোকপা মহৈ মশিন্না ধর্ম হৌদোক্তুনা অধর্মবু ঙাকথোক্লি।

তেনবাগী মফমদগী ৱারীসি তাবদা পদ্মা মবুক্লিং পেনখি অমদি মাগী মায়থোংদো হরাউমকা লামখি। কল্কি ভগবান্না লেঙব্রুবা পদ্মানা চেকশিন্না তেনবাবু থাখ্রে। তেনবাবু সনানা-মণিনা লৈতেংবিদুনা খূৎ লোন্নদুনা হায়খি— ঐনা হায়জগদবা ৱারোল পূম্বা নহাক খঙদবা লৈররোই। নঙোন্দা চেকশন্না হায়গে মদুদি নুপী ওইনা পোকপসে মমল য়াওদে। অকিবনা ঐখোয় মতম পুম্নমক্তা কিনা লৈজে। প্রভুনা করিগুম্বা লেঙবিরকউ য়াবিদুনা লেঙবিরক্লবা ইবুংঙো মঙোন্দা ঐনা ভক্তি তৌজে হায়বা খঙহন্দুনা ঐগী কর্মগী দোষনা থোকখ্রিবসি তম্মু। অদুগা মহাদেবনা ঐঙোন্দা পীনবিরম্বা বরসিসু শাপ ওইনা থোক্লে হায়নসু খঙহল্লু, কনাগুম্বা নুপানা ঐবু পাম্না য়েংবগা মহাক নুপীগী মশক হেক্তা ওল্লি।

তেনবানা মসি তারদুনা পদ্মাগা নীংথিনা ৱারী শানরগা, হন্না ভক্তি তৌনরগা পাইখ্রে। মথং শীৎনা কল্কিগী শম্ভলগ্রামদা যৌখ্রে।

তেনবা হল্লকপা উবদা পরপুরঞ্জয় কল্কিনা তেনবাবু নুংশিনা তম্পাক্তা পন্নদুনা সনানা-মণিনা লৈতেংলকপদু মিৎয়েং তাখি। উবদা কল্কিনা হবাউদুনা মসিগী মরম হংনীংলকখি। অথোইবা গুণচেনবা কল্কিনা শেংলবা তেনবাবু ওয়থংবা খূত্তা হাপ্লগা লুনা চান্না তৌবিরদুনা, মাবু অচা অথক তম্বিদুনা চীনগা-চীনগা থেংননা ৱারী-ৱাতায় কয়াদু হংখি— ঙসি নহাক মফম কদাইদা য়ৌরুদুনা অঙকপা বস্তু কয়াসে থেংনরকপনো? অসুক কুইনা নহাক কদাইদা চৎলুবগে? কদাইদগী সনা মণিগী লৈতেং ময়ামসি ফংলকপা? ঐনা অহিং নুংথিন চুপ্পা নঙগা লোয়ননীংইনে। মিকুপ অমত্তং নঙবু উদবদা, ঐনা যুগ অমা উদবগুম খল্লি।

কল্কিগী মুখদগী ৱাসি তাবদা তেনবানা হন্না-হন্না ভক্তি কৎলগা পদ্মাগী ৱারী পূম্বা মবুঙোদা তমখি। পদ্মানা অসূম্না ব্যবহার তৌরকপা, মাগা ৱারী-ৱাতাই শানরকপা, লৈতেং কয়া ফংলকপা অসিনচিংবসি নোল্লুক্লা লীদুনা তমখি।

ৱারোল অসি তাবগা কল্কিনা পূক্লিং চেৎনা মহাদেবনা পীবা শগোন্দু তোংদুনা তেনবাগা লোয়ননা পূক্লিং নুঙাইনা প্র-প্রপ্ লঙ্কা তম্না যাত্রা তৌখি।

সিংহল দ্বীপ সমুদ্র ৱাংমদা লূরবা ঈশিং ঈয়ায়দা লৈবনি। মশীং লাক্ঙমদ্রবা মীয়াম্না খুন্দা লৈতাবা, সনা-লুপা-মণি মুক্তা ময়াম্না ইরং লংনা পৈবা অমসুং

মখল মখা অয়াম্বা, অতিয়াদা পাইবা দোলাইশিংনা থন্না পাইবা মফম্নি। পল্লিদা অমসুং য়ুময়াদা ফিরান য়ুংদুনা, হোজং শাদুনা, লোয়নননা কাঙলূপ খায়না লিংবা সভা কয়া তিনবা, কৈথেন, ফূরা, দলান, কোনুং অমদি পম্বোংগকা শেম শাবা দ্বীপ অসি য়েংবদা ওম্বোক্লা ফজবা মওংনি।

লঙ্কা য়ৌরদুনা কল্কিনা কারুমতী কৌবা কোনুংদু মিৎয়েং তাখি। মনুংদুদা থম্বান মান্ন নিংথিবী নিংথেমচা লৈমশিংগী থম্বান মনম লৌদুনা খোইমুনা হবাউজরম্মী। কোনুং ময়াগী নিংথেমপূত্রীদুদা কাংঙনা শঙ্খ-শঙ্খ চাবদা ঈশিংদু তনিক তনিক্লম্মী। কল্কিনা পূত্রী কয়া মিৎয়েং তারকপদা ফূগাযনা শাৎপা থম্বাল, মদুদা তোংবা খোইগী মপৈনা চরাঙনৈ। মায়গৈ মরিমক পূম্নিন নিল্লি-কাংঙ, ব্রাইনু, ঈশিং ক্বাক অমসুং ডাক কৌবা উচেক্কী খোঞ্জেন্না। অরুবা ঈশিংগী তয়াং-তশোইবা ঈথক্কা ঈরোয়নননা নামিবা নুংশিংনা হুমাই ওইনা হুম্মি। বনদা কদম্ব, কুন্দাল, চীংশু, কোনা, হৈনৌ, বকুল, হৈরুকোকথোং, খোংনাং, থাঙতূপ, কফোই হৈথুম, কবঞ্জ, থৈবোং, উথম্বাল, কমলা, অর্জুন, অশোক, ক্বা, য়ুবীনচিংবা অযাম্বা জাৎকী উপানশিং হৌই। হৈ-লৈনা লৈতেংবা বন অদু কল্কিনা মিৎয়েং তারম্মী। কোনুং মনাক্তা লৈবা বন অদুদা লেপ্তুনা পূম্নমক্কু য়েংবদা কল্কি পূক্লিং মকালাম্না তেনৱাবু সুম নুংশিবক লুন-চান্ন তৌবিদুনা নুংশিনা হাযবিবম্মী— মফমসিদা ঐ স্নান তৌখিগে।

প্রভুগী পূক্লিংগী অনীংবদু খঙলদুনা তেনৱানা নোল্লুক্লা হঙ্গৎলম্মী— হৌজিক ননাই ঐহাক পদ্মাগী জাগাদা চচ্চরুখিগে।

হঙ্গৎলন্নগা পদ্মাগী নাক্তা চৎখিদুনা কল্কিনা লেঙকপগী পাউ অমসুং ৱারী পূম্বা খঙহনখি।

# অনিশুবা অধ্যায়

## পদ্মা-কল্কি হকথেংননা ব্রারী শানবা

সৃতনা হায়খি— পুথ্রীদুগী মপান্দা ঈশিং শোকফম লম্বীদা পৃহান্না লৈতেংবা লূরবা সূর্য্যকান্ত মণিনা খুদা চনবা বেদী অমগী মথক্তা থারম্বা ফজরবা আসনদা কল্কি লেওশিনখি। পুথ্রীদুদা শাৎপা থম্বানগী নুংশিবা মনমলক্তা খোইমুশিংনা গুণ-গুণ ঙংল-ঙংল পাইরম্মী। কদম্ব পাম্বীগী অনৌবা ঊনানা য়োমশিনবনা অকোয়বদো হকচীক লাংই। মতমদুদা কল্কিনা পৃক্লিং নুংঙাইনা তেনব্রাবু পদ্মাগী আলয়দা থাগ্রে।

পদ্মাগী শঙ্গায় য়ৌরদুনা তেনব্রানা নাগকেশর পাম্বী অমদা তোংলগা য়েংবদা উবা ফংখি - পদ্মানা চেকপন মথক্তা থম্বাল লৈনানা শেম্বা শয্যাদা চেপ্তুনা লৈবম্মী অদুগা সখীশিংনা মায়গৈ মরিদা কোয়শিল্লম্মী। নুংশাশোরগী অশাবনা ইবেম্মগী মায়থোং থম্বান্দু মকশিল্লম্মী। সখীশিংনা কৎলবা চন্দন খিকপা থম্বাল অমা মখূৎনা পায - হাই হৃন্নম্মী। নর্মদাগী ঈশিংনা চান্নবা, খাগী লৈনম চেনবা, ইনিন পুবা

মালংবনা পূম্নমক্কী পেন্নওাই ওইরবসু পদ্মাদি মদুবু নিন্দা তৌখি।

তেনৱানা থোৎনা মেঙ্না নুংশিবা ৱাহৈনা পদ্মাগী পেন্নবা লাওখি। পদ্মানা কৌরকই— শুক, নুংঙাইরেদা। লাউ সিদা। মঙ্গল ওইরকপ্রা?

তেনৱানা - অহোয়, পাউ নুংঙাইগনি।

"নহাক্না হেক চৎখিবদুদগী ঐসে ৱানা লেল্লম্মিবনে।"

"অদুদি হীদাক তৌদুনা ঈংহনবা তারিনে?"

"হিদাক্তু ঐঙোন্দা লৈবসু নত্তনা..."

"ইবেম্মবু মহাদেবগী মনাইনি হায়বদাইনে? করিগী হীদাক লৈরোইদৌরিবনো? মদুদি ইরায় লায়না লৈবজাৎনি।"

"শুক! ঐনা উদ্রিবনিনা খঙদ্রিদো। কদায়দা কমদৌনা ইরায় লায়না ঐগী নীংবসে থুংগদবনো?"

"হা ইবেম্মা লাইবক চাউবী! ইবেম্মই অনীংবদো স্বায়দসুম থুংঙনিএ...! ঐনা পুথ্রী মপান স্বায়দা থনম্লবনে।"

পদ্মা-তেনৱা ৱারী শানরবা তুংদা মাগী নীংবা থুংলদৌবগী থাজবদু ফংবদা হরাউজবদুদি! রাজকন্যানা লুন-চান্না তেনৱাগী চীনগা মাগী চীনগা থেংনৈ অমুক মিৎক-মিৎকা মিৎচানৈ। বিমলা, মালিনী, লোলা, কমলা, কামকন্দলা, বিলাসিনী, চারুমতি অমসুং কুমুদা হায়রিবী অথোইবী সখী নিপানসি মাগী অচানবী সখীঙাক ওইরম্মী। ময়ামদুগা লোয়ননা পদ্মানা ঈশিং চাইবী শান্নরুনবা লাঙ্ঙম্মী। হায়রম্মী— ইতারোয় নিপানমক লোয়ননা পুথ্রী মপান য়ৌনবা চৎলসি।

অসি হায়দুনা পদ্মানা খূদক্তা দোলাই তোংখত্তুনা অরূবা ফিজোন শেৎ-ইন, সখীশিংনা ইকোয়-কোয়, কোনুংগী মপাল্লোমদা লেঙথোকখ্রে। রুক্মিণীনা মতৌ অসুম যদুপতি মবুংঙোবু দর্শন ফংজনবা হোবে-হোবে লেঙথোরকপদুমঙায়, পদ্মা কল্কি মবুংঙোবু দর্শন ফংজনবা প্র-প্রপ্ লেঙ্ঙম্মী। লম্বী-লমখাং, লম্লোং অমদি কৈথেনমচাদা সহরগী নুপা কয়া চৎলম্বা - তিল্লম্বশিংদু নুপী ময়ামদুবু কিদুনা মায়গৈ মরিদা চেন্নখি। মখোয়গী নুপীশিংদুনা মপুরোইবশিংদু করিসু অকায় অতোই থোক্তুবদুদা পুণ্যগী কার্য-ক্রিয়া তৌগদবা মথৌদা চঙ্নখি। অসুম তৌদুনা লম্বীদা কনাগুম্বা নুপা অমফাও মশক উখিদে। তেনৱাগী মপাউদগী পদ্মানা দোলাই তোং, সখী ময়ামগা লেঙথোরকপদো, দোলাইদু মতিক-মঙন লৈবী, অকনবী ইবেম্মশিংনা পুরম্মী।

অসিগী তুংদা নীংথিজবা কাংও ৱাইনুগী থুল্লবা খোঞ্জেন্না নিনবা, অদুগা ফুগায়না শাৎপা থম্বানগী লৈরিক্লা মনম নুংশিহল্লবা পৃথ্রীগী ঈশিংদা ইপাল্লাংলিবী থরোবু শাৎহনগে হায়না থানা থোরকখি। খোইমুশিংনা মখোয়গী মায়থোং থম্বানগী নুংশিবা মনম্না থূমহত্তুনা ফুগায়না শাৎপা থম্বানবু হুঞ্জেক্লমদুনা মখোয়গী মায়থোংদা পাইরক্তুনা তোংলখি। মখোয়না হন্ন-হন্না তাম্বোক্লবসু খোইমুশিংনা মখোয়গী মায়থোংদু থাদোকপা ঙম্নদনা লৈখি।

পদ্মানা নুংশিনা হরাউ মীনোক তম, ফাগী জোগাই জগোই শা, পূং-শেন য়ৈ অমসুং খূজেং পায়নদুনা মখল মখা অয়াম্বা ঈশিংগী মশান্ন কয়া শান্নবদা ময়াই কা, লোয়নবী মতারোয়শিংগী পূক্লিং চিংশিনখি। মখোয়সু মবুক্লিং হূনখি। কামগী মৈনা থম্মোই মৈচাক্লরবী পদ্মা, তেনৱাগী ৱাদু মওন-মওন খল্লদুনা সখীশিংগা লোয়ননা ঈশিংদগী কাখৎলক্লে। অদুগা মমল য়াম্ল ফিজেৎ-লৈতেং শেৎ-ইন কদম্ব পাম্বী অমগী মখোঙদা চঙশিনখ্রে। তেনৱাগা লোয়ননা মফম অদু য়ৌরবদা উরম্মী- মাঙদা লৈবা মণিপূংদুগী মথক্তা কক্কি নয়ন য়াওনা চেপ্তুনা লৈরম্মী। অঙ্গপূম্বা মণি-মুক্তা লৈতেংল, নুমিৎ মঙানমক্লসু মকশিনবোই নীংলম্মী। মবুংঙো কমলাপতিগী কুচু, তমালগুম শংবানবা, সনা ফিগে থোনবা, থম্বাল্লৈকা মানবা নয়ন, পাম্বোম্না খুকউ য়ৌনা চোনবা, ফল্লবা থবাক্তা শ্রীবৎসচিহ্ন, কৌস্তুভমণিগী মঙান্না পূমঙান ঙাল্লি।

অঙকপা মূর্তিদু উবদা পদ্মা য়ূম্বীগুম চপলেপ্‌, মতিক চাবা সেবা তৌনবগী ৱাখলফাও পুক্নাউ কাউরম্মী। তেনৱানা কক্কিবু হৌদোক্লে তৌবদা চিংনদুনা পদ্মানা খামদুনা হায়রম্মী। 'কল্লবা, নীংথিরবা নুপা অসি করিগুম্বা ঐবু উবদা নুপী ওনখিবা থোক্লবদি মহাদেবগী বরদো ঐঙোন্দা করি কান্নগনি? মাগী বরসিনদি ঐঙোন্দা শাপকী মতৌ ওইখ্রেদো।'

ঙাইহাক লৈরবা তুংদা অচৎ-চত্তগী আত্মা ওইবা জগৎকী মপুনা পদ্মাগী পূক্লিং অদুবু খঙবিরদুনা মিকপ্‌ থোরকখি। নয়ননা মিৎয়েং তাবদা মধুসূদনবিষ্ণু ইবুংঙোগী মাঙদা চান্নরবী নীংথিরবী লক্ষ্মীগুম, পদ্মা কক্কিগী মাঙদা লেপ্লম্মী। মতারোয় ময়াম লোয়নদুনা লাকপা অমসুং মিৎচিনা য়ৈবদা মরুলূকপী মায়াগুম শুমহৎপী পদ্মাবু উবদা অপাম্বা ৱাখন্না লৈবা ঙমদ্রদুনা কক্কিনা হায়রম্মী। "চঙশিল্লকউ লাউ! ইবেম্মবু য়েংবদা মঙ্গল ওইগদৌবা মাল্লি। নঙগী থাগী মায়থোংনা ঐহাক্কী কামগী মৈচাক কোকহন্দুনা হরাউজগে। হে মিৎ নুংশিরবী!

ঐহাক জগৎকী মপু ওইদুনসু কামনা ঐবু চীক্করে। নঙগী থোৎ-নৌবা, নুংশিবা ঈরীক্কা ঐবু শান্তি ওইহল্লো। শান্তি হায়বদো পুণ্যগী থৱায়মক্কসু ফংঙমদবনি অমসুং চঙজরকপগী জীবন্নি। মউৎনা ময়াই কাবা শামুগী মকোক্তা কাতি থাবগুম নঙগী আশা অমসুং পুম্মুম তাবা পান্বোম্মা, ফজরবা খৃজিন্না শামুকাতি ওই ঐগী থম্মোয়নুং কামগী মৈচাকসি কোকখ্রে। নঙগী ফিজিনা কৃপ্পবা, নিল্লবা বক্ষোজনা কামগী চৈনা হেলহন্না ৱাং, ঐগী থম্মোয়বু লূকহন্দুনা ঐঙোন্দা প্রেম হাপ্পিয়ু। নঙগী যজ্ঞগী মৈহৌপূং মানবা পীক্ক-খোয়জিখাদা লংশুংনা খায়বা তুহাউ পরেংনা ময়ি ওইবা ত্রিবলীনা কামগী সীড়ীনি অমসুং লাম্বনগী মতৌগুম চঙ্নফম্নি। ঐনা মদু পামজেএ, হে চান্নবী! ফেবোম্না লফূ-নেম্বা মানবীও! নঙগী মমি-শামি ফজরবা লৈরায়গুম ঙমথরবা নীংজোনগী মঙান্না ময়াই কাবা কামগী মথৌ হলহল্লি। হে শাওং ফজবী, মদুনা ঐবুসু নুংশি পম্বুং য়ৌহল্লুগবা ! ঐগী থম্মোয় ঈরোন্নুংদা মমি তাখ্রবা খোঙশালক্তা শিরিবা কাংঙ খোঞ্জেন মান্ন-নুংশিবা নূপুরনা লৈতেংবা খুয়া থম্বাগে দা ঐগী কামনা চীকপগী মৈচাক ঈংহল্লো।”

কলিগী শাগৈবু মাঙহনবিবা কল্কিগী থুল্লবা মপাউ তাবদা, লোয়ননা ইবুংঙোগী নিপা থোকপা মতৌওই মতিক চাবদু উবদা পদ্মা হরাউজখি। পূক্কিং মরাং হৌনা অমসুং মরু লূকথদুনা সখীশিংগা লোয়ননা মখূৎ লোন্নরদুনা সাধুশিংনা লুনা নীঙ্নবা কল্কিবু ইকাই-খুম্ন তপ্প-তপ্প খুমজখি।

# অহুমশুবা অধ্যায়
# কল্কি লুহোংবা

সূতনা হায়— মদুগী তুংদা পদ্মানা মবুংঙোবু, থৌজানগী সমুদ্র ওইবা শ্রীহরিবু অদুক নীংশিংজ, শোল্লগা প্রেম্না ফুঙ্গৎলবা বাক্যনা ইকাইনা স্তব কচ্চখি, 'হে জগৎকী মপু ওইবা, ধর্ম-চাউখৎহনবা, লক্ষ্মীগী মবুংঙো ওইবা, অশেংবা আত্মা ওইবা প্রভু, ইবুংঙো নঙোন্দা ননাইনা চঙজরি। ননাইদি ইবুংঙো নঙোন্দা চঙজখ্রবনি। ইবুংঙোনা ননাইবু কনবিয়ু। ঐহাক ওস্থোক্লা পুণ্য তৌজরকপোই। ধন্য ওইজরে ঐহাক। নহাকপু ফংঙমদবা ওইদুনসু ননাইনা তপস্যা দান জপ অমসুং ব্রতনা নঙবু পেলহন্দুনা ননাইনা ইবুংঙোগী চরণ থম্বান ফংজরবনি। নহাক্কী য়াথং ফংলগা ননাইনা ইবুংঙোগী থোং-নৌরবা চরণ থম্বান শোকচরগা, কোনুংদা হঞ্জিল্লগা মহারাজদা ইবুংঙোনা লেঙ্ঙকপগী পাউ হঙ্গচ্চরুগে।'

অসি হায়রম্মগা নিংথিরবী পদ্মানা মপাবুংগী নাক্তা চত্তুনা পাউমীগী চীঙ্থাংদা বিষ্ণু অংশ কল্কিনা লেঙকপগী পাউসি য়ৌহনখি। নিংথৌ বৃহদ্রথনা পদ্মাগী

মতারোয়দগী বিষ্ণুনা বিবাহ পাম্না লেঙকই হায়বসি তাবদা মপাবুং হরাউবগী ঙমখে লৈখিদে। নিংথৌনা পুরোহিত ব্রাহ্মণ, অঙম-অথৌ, মরূপ মপাং লোয়ননা পূজাগী থৌরাং লাওদুনা মঙ্গলগী জগোই ঈশৈ অমসুং পুং-শেন লোয়ননা কল্কিবু ওক্লবা যাত্রা তৌখি। চান্নবা মরূপ মপাং কয়ানা নিংথৌগী তুংইনখি। ফিরান অমদি সনাগী হোজংনা কারুমতি কোনুং লৈতেংখ্রে।

নিংথৌ বৃহদ্রথনা পুত্রী মপান য়ৌরগা য়েংবদা বিষ্ণুযশাগী মজা ইবুংঙো গতি লৈত্রবগী গতি, বিষ্ণুনা মণিবেদিকা মথক্তা লেঙশিল্লম্মী। শুক্ল মংবা নোংগীলক্তা নোংথাঙ্ অমদি চুমথাঙ্না ফজবগুম কল্কিগী শ্রীঅঙ্গদু মখল-মখা লৈতেংনা লৈতেংলম্মী। থোৎ-নৌবনা তিনবা শ্রীমূর্তি অমসুং কামদেবগী থৌনা হনবা ইবুঙোগী দেহদা সনা ফিগে গুঞ্জাগী ফিজিনা লিক-লিক লাউনা ফজরম্মী। মশক মতৌ ফজবা, গুণ খিবিক্লা তিনবা লক্ষ্মীগী মপুবু মাঙদা দর্শন ফংবদা নিংথৌ তু-খ্যাউ চুং, মিংলু ঈরাহৌ মবুংঙোবু পূজা কচ্চরগা হঙ্গৎখি— 'হে জগৎকী ঈশ্বর, যদু শাগৈগী মপু! বনদা মন্ধাতাগী মচা ইবুংঙোগা উনবগুম, ইবুংঙোনা লেঙবিরকপসি ঐনা মঙ ফাওবদা দর্শন ফংনিংঙাই ওইদবনি।'

অসি হায়না কল্কি-পূজা কৎলগা নিজ-গৃহ কোনুং ফূরা দলান্না লৈতেংবদা পুশিল্লক্লুনা চেৎন-চান্ন থমখি। মতুংদা কন্যাদান কৎখি। ব্রহ্মাগী য়াথং মতুংইন্না নিংথৌনা পদ্মনেত্র, পদ্মনাভ কল্কি ভগবান্দা পদ্ম নয়নী পদ্মা রাজকন্যাবু হৌনবী চুম্না দান কৎখি।

নুপী ওনখ্রবা নিংথৌশিং, পদ্মাগী তুংইল্লোয় ওইরম্বশিংদো থীন্দনা জগৎপতি কল্কিবু দর্শন ফংজহৌনবা লাক্লখি। মখোয়না কল্কি ভগবানগী দর্শন ফংজদুনা মবুংঙোগী চরণ-থম্বান শোক্লা খুরুম্মখি। মদুদগী মবুংঙোগী য়াথংনা কৃপা পীনবিদুনা রেবা তুরেন্দা গঙ্গাস্নান তৌরগা অমুক নিপা ওঞ্জখি। কুচু ঙৌনা পানবী পদ্মাগা, শ্যাম বর্ণনা নীংথিবা কল্কিগা খেন্নরবদসু পদ্মাগী অশংবা সাড়ীগা কল্কিগী সনা ফিগে মেমানবগনা অনীগী রূপ অমত্তা ওইনা ঙাম্থোইখি। নিংথৌশিংনা কল্কিগী অঙকপা মতৌসি উবদা মবুঙোদা চঙজদুনা থোইদোকপা ভক্তিগা লোয়ননা খুরুমজদুনা স্তুতি কৎনরকখি।

নিংথৌশিংনা হঙ্গৎখি— হে কল্কি কৌবা ইবুঙো! ইবুঙোনা মঙ্গল ওইবিয়ু। ইবুঙোগী মায়ানা ইবুংঙোনা জগৎকী অয়াম্বা অঙকপা ব্রাখল কয়া পুবিবনি। অদুগা ইবুঙোগী মায়াগী পাঙ্গন্না মসিবু ওম্থোক-ওনশিন ঙম্বি। মরোল অহুমগী

থৌশিন-থৌরাং পূম্বা ঈশিংনা থূমখ্রবা অমদি বেদমন্ত্র শোন্নরক্কবা উবদা ইবুঙোনা জীব পানবা লৈখিদ্রবা অচীকপা মফমদা অচৌবা ঙাগী রূপ লৌদুনা অবতার তৌবিরকখি। ইবুঙোনা শেমগৎপা ধর্মগী পন ঙাকপিগে হায়না লাংওনবিরকখি।

মথংশিংনা হিংচাবা লাম্মীশিংনা ইন্দ্রবু মায়থীবা পীদুনা অমসুং মরোল অহুম জয় তৌবা ঙম্বা থৌনা ফবা হিরণ্যাক্ষনা ইন্দ্রবু মাঙহনগে থৌরাংলকপদা ইবুংঙোনা মাবু হাৎনবা অমসুং পৃথিবীবু থাঙ্গৎপিনবগীদমক অচৌবা লমওককী মশক লৌ, অবতার তৌবিখি। ননাই ঐখোয়বু কনবিয়ু।

মমাঙৈদা লাই অমসুং হিংচাবশিংনা পূল্লগা সমুদ্র নৈনবগীদমক মন্দব চীংজাউগী থম্ফম লৈত্রদুনা ৱানরবা কান্দা ইবুঙোনা মখোযগী মতেং পাংবিগে খনবিদুনা থেংগু ওইনা অবতার তৌবিদুনা নমদা চীংজাউ পুবিখি। লাইশিংবু অমৃত পীথক্লবা আশাদা ইবুঙোনা মূর্ত্তি অসি লৌবিখিবনি। মরম অদুনা হে পরমেশ্বর! ইবুঙোনা ননাই তোল্লবা তারবা নিংথৌশিংবু পেনবিয়ুকো।

পাঙ্গন-থৌনা ফবা মরোল অহুম জয় তৌবা হিরণ্যকশিপুনা লাই অথোইবশিংবু ওৎ-নৈবা মতমদা, লাইশিংসু হিংচাবশিংদুবু কিদুনা থোইনা মিপাইনরকপা মতমদা ইবুঙোনা মখোয়গী মঙ্গলগীদমক হিংচাবা নিংথৌ অদুবু হাৎকে হায়না ৱাশকখি। তৌইগুম্বসুং ব্রহ্মাগী বরনা মাবু হাৎপা ঙমদবা, হায়বদি লাই, গন্ধর্ব কিন্নর মী নত্রগা লিন্না, খূৎশু-খুৎলায়না, নুংথিন নত্রগা অহিংদা, স্বর্গ নত্রগা মর্ত্ত্য নত্রগা পাতালদা হাৎপা ঙমদবা ওইয়ু তাকপিখ্রবদা ইবুঙোনা নৃসিংহ মূর্ত্তি লৌবিখিবা অমদি মানা মখা চীক্তুনা লৈবা উবদা নখূজিন্না মবুক মরিন কোখোক্তুনা যমালয়দা থাবিখি।

অমুকসু ইবুঙোনা মরোল অহুম ঙম্বা বলি নিংথৌগী যজ্ঞদা শোরারেনগী মনাউ ওইনা বামন মূর্ত্তি লৌবিদুনা পোকপিরগা হিংচাব-নিংথৌ বলিবু শুমগে হায়দুনা খোঙফম অহুম নিবিখি। মতুংদা কৎননবা হায়দুনা কমণ্ডলুগী ঈশিং চাইগে তৌরকপা, ইবুঙোগী ইচ্ছানা বিরাট মূর্ত্তি পুথোকপিদুনা বলিবু পাতালদা থাবিরগা মানা মরোল অহুম দান তৌবগীদমক ননাই বলিগী থোঙ্ঙাকপা ওইনা লেঙশিনবিখি।

মথংদা থৌনা ফবদা লাম্বা লৈতবা হৈ হয়নচিংবা নিংথৌশিংনা নাপন্না ময়াই কাদুনা ধর্মগী ৱাংমা লান্দুনা হৌন-লোনচৎ লংখায়রবদা ইবুঙোনা মখোয়বু হাৎপিগে হায়দুনা ভৃগুশাগৈদা পোকপা জমদগ্নিগী মচা ওইনা অবতার তৌবিখি।

অদুগুম্বা পরশুরাম অবতারদা নপাবুং ইবুঙোগী যজ্ঞগী ষনবা হূরানবগীদমক শাউবা হেনখিদুনা কুম্নাথোইরক হন্না পৃথিবীদা ক্ষত্রিয় লৈহনখিদে।

মথংদা পুলস্ত্য শাগৈদা পোকপা বিশ্রবা মুনিগী মচা হিংচাবা রাবণগী মথৌনানা মরোল অহুম্মক ব্রানরবদা রাবণবু হাৎনবগীদমক ইবুঙোনা সূর্য্যবংশগী নিংথৌ দশরথগী মজা ইবুঙো ওইনা পোকপিখি। বিশ্বামিত্রগী নাক্তা খুৎলাই তমখি। বন্দা লেঙবা কান্দা রাবণনা সীতা হূখ্রবদা ইবুঙোনা শাউবনা মরম ওইদুনা য়োং তেংগোনগী মতেংনা সমুদ্র থিংদুনা মাবু শাগৈ তুম্না মাঙহনখি।

অমুকসু ইবুঙোনা যদু শাগৈগী সমুদ্রদা থম্বানগী মতৌগুম বসুদেবগী মচা ইবুঙো কৃষ্ণ ওইনা অবতার তৌবিদুনা অয়াম্বা হিংচা য়াইতম্বশিংবু নৈহত্তুনা মরোল অহুম্মক্তা ফত্তবশিংবু মাঙহনখি। মদুদা লাইয়াম্না কৃষ্ণ ভগবানগী চরণ থম্বান্দা সেবা চঙখি। মতমদুদা ইবুঙোনা বলরাম ওইনসু অবতার তৌবিখি।

অমুকসু ইবুঙোনা ব্রহ্মানা হৌদোকপা বৈদিক ধর্ম লিংখৎপদা হঙ্গোইবা উৎনদুনা সংসার থাদোক্লরবা তুংদা মীনম্বা মায়াগী লৌনম মাঙহন্নবা পাউতাক পীবিগে হায়দুনা বুদ্ধ অবতার ওইবিদুনা প্রাকৃতিক মায়াগী বিষয়বু থওইবিখিদে।

হন্দক অমুক ইবুঙোনা কলি শাগৈ মাঙহনবা ওইনা বৌদ্ধ, পাপ চেনবা ম্লেচ্ছনচিংববু শাসন তৌবিগে হায়না কল্কিগী মশক লৌদুনা অবতার তৌবিরগা বৈদিক ধর্মগী পন ঙাকপিরি। ঙসি ইবুঙো নহাক্না ননাই ঐখোয়বু নুপী ওন্দুনা নরক তাবদগী কনবিরে। ইবুঙোগী কৃপা করি অমুক হায়গনি। ব্রহ্মানচিংবা লাইয়াম্মক্লসু ইবুঙোগী লীলাবু খঙ্ঙমদে। ইবুঙোগী অবতারগী বিষয়দা ননাই ঐখোয়না খঙজবা অমত্তং লৈজে। নিংথৌ ওইবশিংসিনা ইবেন্মবু উরুবদা অপাম্বনা শুক্ষৎখিদুনা অমসুং ওইরোইদবদা ব্রানরুবসিগী ব্রা করি হায়গনি। ননাই ঐখোয়গী ওইবদা ইবুঙোগী শ্রীচরণ-দর্শন থোইদোক্না ফংঙমদবনি। ইবুঙোদি থৌজানগী সমুদ্রনি, ননাই ঐখোয়না ইবুঙোগী তুংইঞ্জবনি। ইবুংঙোগী পেনবিবা মিৎয়েংনা ননাই ঐখোয়দা থাজবা পীনবিয়ু।

# মরিশুবা অধ্যায়

# অনন্তনা মায়া দর্শন

ভক্তি চেনবা নিংথৌশিংগী স্তব তাঃবীরগা পুরুষোত্তম কল্কিনা ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয়-বৈশ্য-শূদ্র বর্ণ মরিগী ধর্মকথা লীবিখি। সংসার মায়া পামজবা অমদি মদুগী রাগ চেন্দবা মীওইশিংগী ওইনা বেদনা অদুক-হায়বা কর্ম তৌনবা তাক্লম্বা পূম্নমক্কুসু লীবিখি। নিংথৌশিংনা কল্কিগী মফমদগী ৱারী পূম্বদু তাজদুনা শেংলবা থম্মোই ওইজখি। মতুংদা মখোয়না মবুঙোবু ভক্তি কচ্চরগা মখোয়গী হৌখিবা - ওইখিবা ফিভম অদুগী বিষয়দা হঙ্গৎখি। 'করিগীদমক করি মরমগী মীওইবনা নুপী-নুপা খায়দোক্কুনা তোঙালহল্লিবনো? মসিগী মরম্না অমুক করি? 'সিদা নত্তনা অতৈ খঙদবা কয়া লৈবা অদুসু তাকপিয়ু।'

হংলকপা পূম্নমক্কু তারগা কল্কিনা অনন্ত কৌবা মুনি অমা নীংশিংখি। মাবু হেক নীংশিংবমক্তা কুইনা পুনশিরবা, তীর্থদা লৈবা, ব্রত তৌবা অনন্ত মুনিনা কল্কি দর্শন ফংজবদা মুক্তি ফংগনি খন্দুনা থীন্দনা মফমদুদা থুংলখি। মরমদি মহাক মুক্তি ফংনবগী করিগুম্বা পাম্বৈ অমত্তা লৈখিদ্রবনি। মানা কল্কিগী নাক্তা চঙজদুনা

হায়জখি— 'প্রভু, ননাই ঐহাক করি তৌজৌ তাকপিগদবা নত্রগা কদাইদা চচ্চৌ তাকপিগদবা?'

তারগা কল্কিনা মোমোন নোক্কুনা হায়খি— ঐনা তৌ হায়বা পূম্নমক নহাক উরিবা-খঙলিবা ঙাক্তনি। উদ্রিবদু কনানসু মচা খায়বা ঙমদে। কর্ম তৌদ্রগসু কনানা মদুগী মহৈ ফংদে।

তাবদা মহর্ষি হরাউজখি। মহাক অমুক হল্লগে তৌবদা নিংথৌশিংনা মুনিগী মফমদা মিৎয়েং থম্নরগা অঙকপা ৱাখন্না পদ্মপলাশলোচন কল্কিদা হংগৎখি— 'প্রভো! মহর্ষিনা করি হায়বনো? ইবুঙোনা করি তাকপিবনো? ইবুঙোনা করি ৱা ঙাঙনবিবনো? ননাই ঐখোয় তাজনীংই।'

নিংথৌশিংগী ৱাসি তাবদা মধুসূদন কল্কিনা তাকপিখি— মসিগী মরম খঙনীংলবদি ঈংলবা থম্মোই চেনবা মুনিসিদা হংহৌসি।

কল্কিগী আজ্ঞানা নিংথৌশিংনা হংজবা ৱাহংগী অথূপ্পা মরম খঙজনবা অনন্ত মুনিগী মফমদা ভক্তি তৌনা হংগৎখি— 'হে মহর্ষি, ধর্ম কনবিবা কল্কিগা মুনিগা শানবিখিবা ৱারীদু থোইদোক্না খঙ্ঙমদবনি। মখোয়দুগী মরম করিনো? মদুগী অচেৎপা মরমশিংদু ননাই ঐখোয়দা তাকপিয়ু।'

মুনিনা— মমাঙৈদা পুরিকা কৌবা কোনুংদা বেদ-বেদান্ত য়ৌনা খঙ্লবা, ধর্ম খঙবা অমসুং অতোপ্পগী ফনবা খনবা মহর্ষি অমখক লৈরম্মী। মমিং বিদ্রুম। ঐবু পোকপনি। লোমা হায়বীদো ইমাগী মিংনি। ইমাদো পতিধর্ম পরায়ণ ওইবীনি। ইপা-ইমাগী চহী ওম্থোক্লরগা ঐ পোকপনি। তৌইগুম্বসুং ঐহাক নপুংসক ফৈদা ওইনা পোকই। মসিদা মখোয়নিগী নুংঙাইতবা-অৱাবদুদি করি হায়গনি। খ্বায়না ঐগী ফিভমদু উরগা নিন্দা তৌনরম্মী। ঐনা নপুংসক ফৈদা ওইবদুদা ইপানা ৱাবা নুংঙাইতবা অমসুং কিবনা নুংশা থীথ্রদুনা য়ুম থাদোকখি, অদুগা শিব-বন্দা চত্তূনা ধূপ-থাউমৈ-চন্দননা হৌনবী চুম্না মহাদেবগী পূজা অমসুং স্তব তৌরম্মী। বিদ্রুম মুনিনা হায়জখি— 'হে লোক পূম্বগী অথোইবা মপু, জীবশিংগী তূংফম ওইবা, বাসুকীনা নঙক্তা লৈতেংবা, জটা শম্বুন্দা গঙ্গানা ঈথক হৌনা পনবা, হে মপান্নাইদবা নুংঙাইবা পীনহৈবা শিব কৌবা ইবুঙো নহাকপু খুরুমজে।'

অসুম্না অয়াম্বা স্তোত্রদগী মঙ্গল পীনহৈবা মহাদেবনা পেনবিখি। ষগুম্বদা লেঙক্তূনা শিবনা পাবুংদা পেনবিবা মায়থোংনা তাকপিখি-নহাক অপাম্বা বর নিজৌ।

পাবুংনা হঙ্গংখি— প্রভু, ইচানুপানা ফৈদা ওইনা পোক্লকপসিদা ননাইগী পূক্লিং ওস্থোক্লা নুংঙাইজদে।

শিবনা মোমোন নোক ঐনা নুপা ওঞ্জনবা বর পীনবিখি। পার্বতীনসু মতমদুদা ৱাফমসি শৌগৎপিরম্মী। বরসি ফংলদুনা পাবুং য়ুমদা হল্লকখি। ঐনা নুপা ওল্লম্বদু উবদা ইমা-পাবুংনা নুংঙাইজবগী ঙমখৈ লৈখিদে।

মতুংদা ঐনা চহী তরানিথোই শুরকপদা অহল ওইরবা ইমা পাবুংনা শাগৈ-নাতৈ অহল্লম্মনশিং য়াওনা য়াম্না নুংঙাইনা হরাউনা ঐবু লুহোংবিরম্মী। ঐহাক যজ্ঞরাতগী মচানুপী মশক মতৌ চপ্থোনবী মানিনীবু ভার্য্যা ওইনা ফংবদা পূক্লিং হরাউনা য়ুম্বানবগী পুন্সি লেন্দুনা নুপীদুগী খূদুমদা লৈরম্মী।

মতম খরগী তুংদা ইমা-পাবুং মপোক অমা তানখ্রে। ঐনা খঙ্‌ন-চান্নবা অমসুং ব্রাহ্মণশিং য়াওনা মখোয়গী শ্রাদ্ধ কর্ম পাঙখি। লৈতবগী থৌরম লোইদুনা অয়াম্বা ব্রাহ্মণশিংদা অন্নদান কৎখি। মতুংদা ইমা-পাবুং কায়নবদা থম্মোই চাক্লুনা বিষ্ণু আরাধনা তৌবা হৌরকখি। ভগবান হরিনা ঐগী জপ অমসুং পূজানচিংবা কচ্চবদুদা পেনবিদুনা ইমাঙদা শং-শং তাকপিরম্মী— 'তাইবংপান্দা মচা-মশূ নুংশিবা, ঐগী ওইবদা নুংশিবা অসিনচিংবা পূম্নমকসি ঐগী মায়া ঙাক্লি। মানা ঐগী ইপানি, মানা ঐগী ইমানি সিগুম্বা প্রেম্না মবুক্লিং লাঙঙিবশিংদো ঐগী মায়ানা ৱাবা, নুংঙাইতবা, অকিবা, ফিংগৎপা, মশা মন্থবা, শিবা অসিনচিংবা অৱাবশিংসি নংই।'

বিষ্ণুগী বাক্যদু তাবদা ঐনা মদুবু য়ানীংদবোইনা তৌবদগী ইবুঙো স্বাই মাঙখি। ঐসু মিকপথোকখি। মতুংদা ঐহাক অসূম ঙকপনা হেঞ্জিল্লক পুরিকা পুরী থাদোক্লগা ভার্য্যাগা লোয়ননা বিষ্ণু মন্দির লৈবা পুরুষোত্তম কৌবা মফমদা লাকখি। পুরুষোত্তমগী খা থংবা নাকন্দা আশ্রম শাদুনা ভার্য্যানে অতৈ লোয়নবা খরগনা হরিসেবা তৌরম্মী। মফমদুদা ঐনা ইবুঙো মাগী মায়া দর্শন ফংজগে হায়না জগোই ঈশৈ কয়া শক শোঞ্জ অমসুং নামজপ কচ্চদুনা যমগী অকিবা মাঙহনবিবা হরিবু চিন্তা তৌবা হৌরকখি।

অসূম্না চহী তরানিথোই হৌখ্রে। নোংমা দ্বাদশী পারণ থোকপা নুমিৎ অমদা ঐনা মরূপ-মপাংশিং লোয়ননা চৎমিন্না স্নান তৌগে হায়না সমুদ্র খোঙবান্দা চৎলম্মী। সমুদ্রদা ঈরূপ্পিঙৈদা অকিবা ফংবা ঈথক মরোন-মরোন্দা ঈরাক্লদুনা ফাওগৎপা সুকঙম ঙল্লমদে। ঙা অমসুং ঈশিংগী জীবশিংনা ঐবু থেংগাইবিরম্মী। ঐনা অমুক লূপথ-অমুক ফাওগৎ তৌবদুদা ইবুক লাঙতক্লবা হৌরকখি। ইশাপূম্বা

চোকথরক, ঈথক ইপোম্না ফৃজনবদুদা ঐসি জ্ঞান তাদনা তাউখৎলক্লবদা, শিরবা মতৌদা নুংশিৎ মায়রমদা পুদুনা সমুদ্রগী খা-থংবা তোর্ব্বান য়ৌখিরম্মী।

মফমদুদা ঐ তাদুনা লৈরম্মী। মতমসিদা বৃদ্ধ শর্মা কৌবা ব্রাহ্মণ অমনা সন্ধ্যা উপাসনা লোইরকপদা ঐনা লৈরম্বা ফিভমদু উরকপদা থম্মোইদা নুংশিবিদুনা ময়ুমদা পুবিরম্মী। ধর্ম লৈবা অমসুং নুপী অঙাং, মরল-মথুম ৱাত্তবা বৃদ্ধ শর্মানা ঐবু ফহল্লগা মচা অথোইবশক্লা য়োকপিরকখি। মফমদুদা ঐ মায়গৈ শলাই সুকখণ্ড খঙ্‌লমদে। অসূম্না য়াম্না নুংঙাইতনা ব্রাহ্মণ-ব্রাহ্মণীদুদা ইপা-ইমা শক্তূনা মফমদুদা লৈরকখি।

ব্রাহ্মণদুনা ঐবু মওং-মওং য়েংলদুনা ঐবু বেদগী চৎনবী ধর্মদা লাইমিং লৌবিরম্মী। মতমদুদা ব্রাহ্মণনা হায়জদুনা মচানুপীদু ঐঙোন্দা লুহোংবিরম্মী। কন্যাদুগী মমিং চারুমতি। মাগী কুচু ফুদোংলবা সনাগী মতৌনি। মশক মতৌ ফজে। মগুণ চেল্লি। কেজ-নৌজখ্রবীদুবু ঐঙোন্দা থাজবদুদা ঐ ঙক্লম্মী। চারুমতীনা ঐবু মতমচৃপ্পা পেলহল্লম্মী। ঐ মফমদুদা য়াম্না নুংঙাই য়াইফনা লৈরম্মী। তত্তনা নুংঙাইবা সমুদ্রদা লৃপ্তুনা লৈরম্মী।

মতম খোঙলৈ মতুংইন্না ঐহাক ইচানুপা মঙা পোকখি। মখোয়গী মিং জয়, বিজয়, কমল, বিমল অমসুং বুধ কৌই। ঐসি ইচা-ইশৃ, চান্নবা, মরূপ-ইপিজা কয়া লৈরদুনা, লনথুম কয়াগী মপু ওইরদুনা, লাইরৈবাক্তা ইন্দ্ররাজবু লাইয়াম খিবিক্লা পূজা তৌনবগুম, ঐবুসু পূম্নমক্লা লাৎনরম্মী অমদি শীনবা থুংনা ফাওরম্মী। বুধ ইচানুপা অহনগী মিংনি। মাবু লুহোংবিনবা ঐনা থৌরাং তৌরম্মী। মদু উবদা ধর্মসার কৌবা ব্রাহ্মণ অমনা মবৃক্লিং হরাউনা মচানুপী অমা দান কৎপা পাল্লম্মী। ব্রাহ্মণনা মচা লুহোংনবা বেদ খণ্ড-হৈবা ব্রাহ্মণনা আভ্যুদয়িক কর্ম নান্দিমুখ শ্রাদ্ধ মপৃং ফানা শোন্দুনা সনাগী লীক্ কোন্না লৈতেংবী নুপীশিংনা থুম্ন-নুংশিনা পৃং-শেন য়ৈ খোং, জগোই ঈশৈ শকশোনবা হৌরম্মী। ঐসু ইচাগী মঙ্গলগীদমক পিতৃতর্পণ, দেবতর্পণ অমসুং ঋষি তর্পণ কৎকে হায়দুনা পূক্লিং চঙ্‌না সমুদ্র মপান য়ৌখি।

ঈরুরগা মপাল্লোমদা কাখৎলকপদা সুম য়েংখিবদা উরম্মী— ঐগী হান্না খঙনবা মরূপ মপাংশিংনা স্নান অমসুং সন্ধ্যা আহ্নিক উপাসনা তৌনরম্মী। মদু উবদা ঐনা মদুগী মরম খঙদদুনা চঙক্লরম্মী। পুরুষোত্তমবাসী ব্রাহ্মণশিংনা বিষ্ণু সেবা অমসুং দ্বাদশী পারণগী থৌরাং লাঙ্‌নবদু উরম্মী। মমাঙঙৈদা ঐগা চহী

লেংগা মান্নবা অমসুং শামান্নবা মখোয়দুসু করিমতা অহোংবা লৈরমদে। মখোয়গী মাঙদা ঐনা অসূম চঙক্লদুনা লৈবদু উবদা পুরুষোত্তমবাসীশিংনা হংবীরম্মী— হে অনন্ত ! নহাক্লা অদুক ঝানা য়েংলিবদু করিগীনো? নঙদি বৈষ্ণব অথোইবনি। ঈশিংদরা নত্রগা কংফান্দরা নঙনা করিনোমা য়েংলিবদুবো? অউবা লৈরবদি হায়রকউ। চঙক্লবা থাদোকউ পারণ তৌ।

ঐনা মখোয়দা হায়রম্মী— ঐহাক উবা-তাবা করিসু লৈতে। ঐদি মায়াদা থোইনা তাউদুনা লৈজবা অমদি ইথম্মোই য়াম্না শোঞ্জবনি। ঐহাক ভগবানগী মায়া উজবা পামজরকপনি। হৌজিকসিদা করিগী অদুগুম্বা মায়াসিনা করি তৌগদবা হায়বসিদা ঙক্না লৈজবনি। ঐগী ইন্দ্রিয়পুম্বা লাওতক্লবা হৌরে। ঐহাক অপাম্বা নুংশিবগী শুক্ষ্মৎপা ঝাখন্না লাকশিন্দুনা করিসু চনীং তাবা ঙমজদ্রি। অসিনা ঐহাক অসুক কুইনা ঙক্না লৈরকপসি হায়ঙমজদ্রে। অদুবু, ঐনা হরিগী মায়াগী লাংদা তারুবসিসু কনানা খঙনবা নত্তে।

অসূম্না নুপী-অঙাং, ইরল-ইথুম কয়া পৈদুনা অমসুং ইচা লুহোংবগী থৌরাংদা পুক্লিং য়াম্না চঙ্ঙুবা অমুকসু তয়াং তশোইরুবনা ঐ য়াম্না লাওতক্লরম্মী অমসুং ঝারম্মী। অনন্ত ইশা নত্তনা অতৈ কনামত্তা মদু খঙবা নত্তে। ঐগী হৌখিবসি মঙগুম্না খনখি।

তাল্লকসিদা ঐগী নাপনচাউবী নুপীদুনা ঐনা তৌফম খঙদ শুম্বগুম তৌবদু উবদা— "হাই-হাই, করিনো তৌরম্মিবসিবো?" হায়দুনা কপ্প-কপ্পদুনা ঐগী নাক্তা লাক্লম্মী। ঐনা পুরুষোত্তম ক্ষেত্রগী হান্নগী নুপীদু উবদা ইচা অমসুং ইচাক ইরন্নচিংবা নিংশিংলক্না ঝানা-নুংঙাইতনা খল্লম্মী। মতমতসিদা পরমহংস বৈষ্ণব অমখক ঐঙোন্দা নীংথিনা পাউতাক পীবিগে খন থুংলখি। মহাক মবুক তপ্পা-শেংবা অমসুং পূম্নমক্কী অন্না-অনং কোকপিবা ঙম্বনি। ঐগী ইমুং-মনুংনা পরমহংসবু পূজা তৌরবদা, কমদৌনা ঐনা মঙ্গল ওইরম্বনো হায়বদু খঙনিংলম্মী।

# মঙাশুবা অধ্যায়

## অনন্তনা মায়া থাদোকপা

লোমহর্ষণ সূতনা হায়খি— শৌনক! ব্রাহ্মণশিংনা হংগৎখি, "হে পরমহংস, মতিক চাবা ভিক্ষা তৌরগা ফমদুনা লৈবনা করি উপায়না ঐখোয় নাদ-য়েক্তবা ওইবনো?" পরমহংস মুনিনা মখোয়গী চাউরাকপদু খঙলবা তুংদা, মাংদা লৈবা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা হায়রম্মী— অনন্ত, চারুমতী কৌবী নঙগী নুপীনা বুধনচিংবা নচা মঙা, নচাক নরন, সনা-লুপা মণিনা থন্না, লুপানা-নুঙঙৌনা লৈতেংবা ফজরবা য়ুমজাও, পূম্নমক্তু থাদোক্লগা নহাক মফমসিদা লাক্লিবনিদো! ঙসিসি নত্রদো নচানুপাগী লুহোংবা নুমিৎ? ঐনা নঙবু হৌজিক্তা সমুদ্রগী খাথংবা তোর্ব্বান্দা কোয়চৎ-চৎহৌবা উরম্মী। মফমদুগী ধর্ম-লৈবা মীওইশিংনা নঙবু লুনা তৌনহৌই। ঙসি নহাক্না ঐবুসু বার্ত্তন তৌবনিদো। অমহিকসু নহাক নরৈবাক্তগী মফমসিদা লাকপনিদো। নঙগী থম্মোইদু উরে, থোইনা অৱা-মৈশা লাংঙে। ঐনা মফমদুদা চহী হুম্ফুতরারোমগী লেংদা উরম্মী, অদুগা মফমসিদনা চহী কুন্থ্রারোমশুবা পাখংগুন্না উররি। মসি করিননো? হিরমসিদা ঐহাক য়াম্না চিংনবা পোকই। মসিমসু

উরকই মদুদি নঙগী ইবেম্মা, অতৈ লোয়নবশিংসু। মসিবুদি ঐনা মফমদুদা সৃপউ উরক্তে। ঐসিনা কদাইদগী করি ৱাখন্না কদাইদা লাকপনো? ঐ কনানা ঐবু মফমসিদা পুরকপনো? নঙবু অনন্তরা নত্রগা অতোপ্পা কনাগুম্বরা? ঐসিসু লম্বোইবা হায়বদুরা নত্রগা অতৈ কনাগুম্বরা? মফমসিদা নঙগা ঐনা উনররিবসে লৌনমগী মতৌ ওইদ্রে। নহাক নশাগী ধর্মদা পূক্লিং চঙবা য়ুম্বানবনি। অদুগা ঐনা অতোপ্পগী চিন্তাদা পূক্লিং চঙবা ভিক্ষা চৎপা ব্রাহ্মণনি। মফমসিদা ঐখোয়নি ৱারী শানবসি অঙাংগা ময়াই কাদুনা ঙাওরবগগী মতৌগুম মরী লৈনদনা থোকই। ঐনা খল্লি মদুদি মসি জগদীশ্বর বিষ্ণুমক্কী মায়ানি, মরোল অহুমগী মীওইবু মসিতনা শুল্লিবনি। অচম্বা জ্ঞাননা ৱাফম অসি খঙবা ঙম্মোই। অনীলোঙদবা জ্ঞানখক্তনা মায়াসি খঙবা ঙম্মী।

সন্ন্যাসী পরমহংসনা ঐঙোন্দা অসি হায়দুনা মথম্মোইদা ঙক্লা মার্কণ্ডেয় মুনিদা হঙ্গৎখি— হে লাইবক ফবা, ঐ অদোমদা তুংগী ৱা অমা হায়জগে তাবীয়ু! তাঃনরিবনি, প্রলয়গী মতমদা পরম পুরুষ ভগবানগী পূক্কুংগী ঈশিংদা মায়ানা লৈ। মায়াদুনা পূম্নমকপু শুল্লিবনি। হরাউ-তয়াম পাম্বী নুপীনা লমজাও-সড়ক্তদা লৈবগুম মরোল অহুম শীনবা থুংনা মায়ানা লৈরিবনি। মায়াসিনা তমগুণগী মশক ওই, পূম্নমকপু ওইদবা সংসারদা চৎহল্লিবনি। মায়া হায়বসি লোইবা নাইদনা অৱা মৈশা লাংনীংঙাইগী মরমনি। মসি মাঙহনবা ঙমদে। প্রলয়দা মরোল অহুম্মক মাঙখ্রবদা মঙান য়াওদদুনা মায়গৈ মরি পুম্মম্ অমসুং মতম হায়বগী খুদম চাংদম লৈত্রবা মতমদা অথোইবা ব্রহ্মানা তাইবং শেমগে হায়না নীংলক্তুনা তন্মাত্রগী মওংদা লেঙথোরকপনি। ব্রহ্মানা অহানবদা ইবুঙো মশাগী মাহাত্ম্যনা পুরুষ অমসুং প্রকৃতি হায়না শরূক অনী থোক্লা খাইদোকপিখি। মতুংদা মতমগী পাম্বৈনা পুরুষ অমসুং প্রকৃতিনা তিন্নরগা মহত্তত্ত্ব পোকই। মতম অমসুং শকউদনা থৌরোয়নবা প্রকৃতিদগী পোক্লকপা মহত্তত্ত্বদগী অহঙ্কারতত্ত্ব পোক্লকপনি। অহঙকারতত্ত্বনা গুণ অহুম খায়দোক্তনা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বর পৃথোক্লে। মতুংদা মখোয়সিনা অপূনবা জগৎ শেম্বিরকপনি। অহানবদা অহঙ্কারতত্ত্বদগী গুণ অহুম তিনবা পঞ্চতন্মাত্র পোকই, মঙোন্দগী অমুক পঞ্চমহাভূত পোকখি। পুরুষনা প্রকৃতিদা লৈবিবদগী অসূম্না সৃষ্টি তৌখিবনি। অদুগী তুংদা লাই, হিংচাবা, মী অমসুং ব্রহ্মাণ্ডগী অপিকপা জীবশিং অমসুং পোৎ-চৈ পোক্লকই। জীবশিংসিনা পরমাত্মাগী মায়ানা পূংকূপ কূপশিন্দুনা থম্বা সংসারদা পূক্লিং লূপ্তুনা অমসুং সংসারগী ওইবা

থবক্তা লাওতক্লনা লৈ, অদুগা মশাগী কঞ্জনবা উপায়দি করিসু খঞ্জদে। কয়াদা ঙকখ্রবা মপাঙ্গম্নো মায়া হায়বীসে! ব্রহ্মানচিংবা লাইমকসু মায়া মানা লাকশিন্দুনা নারেং থাংবা ষঞ্জাউগুম নত্রগা য়োৎহিং থাংবা উচেক্লুম্না সংসার চক্রদা উঙহল্লিবনি। মহর্ষিশিংনা সিগুম্বা বাসনাগী ঈথক-ঈরৈ কনবী মায়া তুরেনগী ঈচেনসি লাম্থোকচনীংবা মখোয়সিনা পৃথিবীদা পোক্লবসি মহৈঃয়াল্লবনি অমসুং হৌনশা ওইবা নুংগী ব্রা খঙ্লবনি।

শৌনকনা হায়খি— মার্কণ্ডেয়, বশিষ্ঠ অমসুং অতৈ ঋষিশিংনা সিগুম্বা অঙকপা ব্রাসি তারগা করি হায়খিবগে? অনন্তগী ব্রারী তাখিবা নিংথৌশিংদুনা অমৃতগী মশক ওইবা ব্রাদু তারগা করি হায়খিবগে? হে সূত! মুনিনা তুংগী ওইবা ব্রাফম পূম্নমক অদুদং তাকপিয়ু।

সূতনা তারগা শৌনকপু থাগৎলদুনা অব্রাবা, শুক্ষৎপা কোকচবা সিগুম্বা তত্ত্বজ্ঞানগী ব্রারীসি পাকশন্না লীথরকখি। সূতনা হায়-নিংথৌশিংনা অনন্তদা হরাউ-হরাউ হঙ্গচ্চবদুদা অনন্তনা তপস্যা তৌদুনা মায়া থাদোকপা অমসুং ইন্দ্রিয় খুদুম চনবগী ব্রারী হৌদোক্লম্মী। মানা হায়— মতুংদা ঐনা চেৎনা মায়া থাদোক্তুনা লাই নীংবা হৌরকখি। অদুবু, ইন্দ্রিয় অমসুং পূক্লিংবু খুদুম চনবা ইঙম ঙম্লমদে। ঐনা বনদা ফমদুনা পরং ব্রহ্মবু ধ্যান তৌজবা মতমদুদসু নুপী অঙাং, ইরল অমদি অতৈ বিষয়শিংদু তত্তনা নীংশিংদুনতা লৈরম্মী। নুপী-অঙাং অমসুং লন থুম কয়াগী ব্রা খল্লুরগা অব্রাবা নুংঙাইতবা অমসুং চিংনবা পোক্লকখি। মদুনা থম্মোয়সি অসূপ লাওতক্লে, হায়বদি ধ্যান ধারণাদা অপনবা পোকখি। সিগী তুংদা ঐ ইন্দ্রিয়শিংসি মাঙহল্লগে খল্লকখি। খনখি - ইন্দ্রিয়সি মাঙহল্লগা অয়াম্বা খিবিকসি লাকশিনবা ঙমগনি। মসিদা চিংনফম লৈতে। অসূম্না পূক্লিং লেপ্তুনা ইন্দিয় খুদুম চনগে খল্লিঙৈদা ইন্দ্রিয় পুবা লাইশিংনা খঙহৌদনা থোরক্তুনা ইমাঙমক্তা উহল্লম্মী। ইন্দ্রিয় তরাগী লাই তরানা মাগী-মাগী রূপ লৌদুনা লেঙ্ঙকখি। মখোয়না ঐঙোন্দা তাকপিরম্মী--- অনন্ত, মায়গৈ, নুংশিৎ, অর্ক, প্রচেতা, অশ্বিনীকুমার মচীম্মনাও, মৈ, ইন্দ্র, উপেন্দ্র অমসুং নঙগী হকচাংদা ঐখোয়না চঙদুনা লৈবনি। নখূজিন্না ঐখোয়বু খোগায়বা নত্রগা মাঙহনবা হায়বসি নঙোন্দা অচুম্বা ওইরোই। মদুনা নঙগী মঙ্গল ওইগদবা অমসুং নবূক্লিং খুদুম চনবা ঙমগনি হায়বদুসু ওইরোই। হেন্দোক্না হায়রবদা ইন্দ্রিয়শিংবু পূম্মাঙ্ মাঙ্হল্লগা নুংদা অব্রাবা ফংদুনা নহাক মায়া চঙ্গনি। ঐখোয়না পান্দমই মদুদি "মিত্তাঙবা, না পঙবা অমসুং ইন্দ্রিয়

শোইনাইবা জীবনসু বনদা লৈরবা মতম ফাওবদসু মখোয়গী মপুক্লিংদো বিষয় ভোগকী অপাম্বদা লাঙতক্লে। ঐখোয়গী হকচাংসি য়ুমনি, থব্রায়না য়ূম্বুনি, লৌশিংনা য়ুম্বুরেম্বীনি অদুগা পূক্লিংনা শেন্নরোয়নি। ঐসি বুদ্ধি নুপীগী তুংইনবা শেন্নরোয়নি। অসূম্না খণ্ডনগনি। জীবশিংসি মাগী-মাগী কর্মগী মখা পোল্লি। পূক্লিংনা মুক্তি ফংদনবা অমদি সংসারদা অফা-অপুন নংননবা মরম ওই। ব্রহ্মগী মায়াদা মবুক্লিং লূপশ্লবা মীওইবু সংসার চক্রদা কোয়রৈ লৈহল্লি।"

**অন্ধানাং বধিরাণাঞ্চ বিকলেন্দ্রিয় জীবিনাম্।**

**বনেঽপি বিষয়ব্যগ্রং মানসং লক্ষয়ামহে।।**

**জীবস্যাপি গৃহস্থস্য দেহোগেহং মনোঽনুগঃ।**

**বুদ্ধির্ভার্য্যা তদনুগা বয়মিত্য বধারয়।।**

**কর্মায়ত্তস্য জীবস্য মনোবন্ধ বিমুক্তিকৃৎ।**

**সংসারয়তি লুব্ধস্য ব্রহ্মণো যস্য মায়য়া।।**

মরম অসিনা নঙনা পূক্লিংবু লাকশিঞ্জনবগীদমক বিষ্ণুদা ভক্তি থমজৌ। বিষ্ণু ভক্তিতনা অতৎপা লৈতনা কর্ম পূম্নমক মাঙহল্লি। বিষ্ণুভক্তি লৈবদগী নুংঙাইবা অমদি অরান খুবম ফংজে। হরিভক্তিদগী অনীলোঙবা অমসুং অনীলোঙদবা জ্ঞান ওইজে, মরম অদুনা হরিভক্তিতনা নুংঙাইবগী মপৈ পীনবি অমসুং মসিতনা জীবগী পাপকী মপৈ মাঙহনগনি। হৌজিক নহাক কল্কি-দর্শন তৌজৌ। মদুতনা থোইদোকপা অরান খুবম ফংজবা ঙমগনি।

পরমহংসনা ঐঙোন্দা অসূম্না পাউতাক পীবিবদুনা ঐনা ভক্তি চেৎনা কেশব ভগবানগী পূজা তৌজদুনা কলিগী শাগৈ মাঙহনবা কল্কি ভগবানবু দর্শন তৌজগে হায়দুনা মফমসিদা লাকপনি। হৌজিক্তি শক্লাইদবা ঈশ্বরগী রূপদর্শন ফংজরে, চরণ য়াওদবা ব্রহ্মগী চরণথম্বাল শোকচরগা সেবা পাঙজবা শকচরে, লোয়ননা ৱাঙাংদবা জগৎপতিগী বাক্যসু তাজরে।

অসূম হায়না অনন্ত মুনি পূক্লিং হরাউনা মিৎলুথম্বাল্লেকা মানবা খোয়দৌথম্বানশাৎপা মপু কল্কিবু ভক্তি কচ্চরগা হনখি। নিংথৌশিংনা মুনিগী ৱাসি তাহৌদুনা মখোয়গী মতৌগুম্না ব্রত-নিয়ম্নচিংবা লাঙবা হৌনরকখি অমদি কল্কি অমসুং পদ্মাবু পূজা তৌজদুনা অরান খুবম লম্বী চৎচবা ওইজখি।

তেনৱানা হায়খি - সিগুম্বা অনন্তগী ৱারীসি পাজবা নত্রগা তাঃজবদা সংসারগী মায়া কোকচৈ। জ্ঞান তাদবগী অমম্বা কোকচৈ অমদি সংসারগী অফা-

অপুন্দগী লাম্থোকচৈ। ধর্ম চেনবা বৈষ্ণবনা বিষ্ণু সেবাদা মায় ওনশিনবা ওইদুনসু সংসার সমুদ্রদা শান্নদুনা লূপশিন্দুনা লৈথ্রবা কনাগুম্বনা ৱাবীসিনা জগৎকী খেন্নবা লৈতবা জ্ঞানগী হবাউ তয়াম্বা ওইবা থাওলেন পায়দুনা ভক্তি লানবনদা চঙশিল্লগা দেহগী য়েক্লবা তরুকপু মায়থীবা পীসনু।

# তরুকশুবা অধ্যায়

# বুদ্ধবু লাকশিনবা কিকটপুর লেঙ্‌বা

সূতনা হায়খি— সিগী তুংদা নিংথৌশিংনা হনখ্রবদা পদ্মাগা লোয়ননা কল্কিনা লাম্মী তেংগোন পুদুনা সিংহল দ্বীপতগী শম্ভলগ্রামদা লেঙ্‌ঙগে খল্লম্মী। কল্কিগী ইচ্ছা মতুংইন্না ইন্দ্ররাজনা বিশ্বকর্মা কৌরগা হায়খি— হে বিশকর্মা, নহাক শম্ভলগ্রামদা সনাশঙ্গায় কোনুং, চেকপল, শঙজাও, লৈকোন্নচিংবা শেম-শাক। মণি, সূর্য্যকান্তমণি, বৈদূর্য্যমণিনচিংবনা থামদুনা খূৎশা হৈবগী মহৈদা নঙগী হৈজবা খিবিক ফোঙদোক্কনা শোয়হল্লোইদবনি।

দেবরাজ শোরারেনগী ৱাসি তাবদা বিশ্বকর্মানা মশাগী মঙ্গল ওইজরবনি খঞ্জদুনা শম্ভলগ্রামদা কমলাপতি বিষ্ণুগীদমক স্বস্তিনচিংবা অয়াম্বা শঙলেন কয়া শাগৎখি। হংসমুখ, সিংহমুখ, গরুড়মুখ অসিনচিংবা মখল-মখা কয়াগী য়ুমজাও কয়া শাগৎখ্রে। শঙলেনশিং অদু মরোল অনী-অহুম লোন্না শাবনি অমদি ওলাংথাদা হকচিক লাংনবা নুংশিখোঙ নীংথিনা ফাংখি। মখল-মখা অয়াম্বা বনগী উরী-ৱারী লৈকোন, পূম্রী অচৌবা-মচানা কল্কিগী শম্ভলগ্রামদো শোরারেনগী

অমরাপুরগুম্না অঙকপা ফজবনা তিনখি।

অসোমদা সিংহল দ্বীপতা লাম্মী তেঙ্গোন ফম্নাই-ফান্নাইবনা য়োমশিন্দুনা কল্কি কারুমতী কোনুংদগী লেংথোরকখি। মথংদা ইবুঙোনা সমুদ্র মপান্দা লেঙ্‌ঙকখি। মচা ইবেম্মবু নুংশিজবনা ৰাজদুনা মহারাজ বৃহদ্রথ রাণী কৌমুদীগা লোয়ননা মফমদু তান্ন-লাকখি। পদ্মা অমসুং মবুঙো বিষ্ণুদা নিংথৌনা মবুক পেন্না শামু লীশিং তরা, অথোইবা শগোল লাখ অমা, দোলাই লীশিং অনী অমসুং মনাইনুপী চনি দান তৌখি। সিদা নত্তনা মখল-মখাগী ফিরোয়-ফিঙাম অমসুং মণি-মুক্তা কয়া দান তৌদুনা ভক্তি অমসুং নুংশিবা মিৎয়েংনা মচা নুপীগা মমাক্কগী মায়কৈদা চীঙলেম্না য়েংদুনা লৈখি। ৰা অমত্তা ঙাঙথোকপা ঙমখিদে। মতুংদা মখোয়গী পূজা তৌরদুনা বিদায় পীনরগা নিজগৃহ কারুমতী নগরীদা অমুক হঞ্জনখি।

কল্কিনা লাম্মী তেঙ্গোল ফম্নাইবশিং লোয়ননা সমুদ্রগী ঈশিংদা লুপ্তুনা স্নান তৌরিঙৈদা উরম্মী মদুদি-লমহূই অমখক্না অসোম ৰাংম তান্না ঈরাল্লম্মী। কল্কিনা হৌগত্তুনা য়েংবদা জলস্তম্ভ হায়বদি লৈচিন-নোংলৈ থোরকপা উদুনা তেঙ্গোল্লাম্মী, ফম্নাইবশিং অমসুং বাহনশিং পুদুনা সমুদ্র ঈমায়থক্তা লাম্থোকখি। সমুদ্র লাল্লবা তুংদা কল্কিনা তেনৰাদা হায়রম্মী। - শুক, নহাক শম্ভলগ্রামদা ঐগী গৃহদা চৎলু। বিশ্বকর্মানা মফমদুনা শোরারেনগী য়াথংনা ঐগী অপাম্বা থৌরাং পাঙ্‌নবা নীংথিজবা য়ুম-কৈ কয়া শেম-শাখ্রবনি। মফমদুদা চৎলগা নহাক্না ইমা-পাবুং অমসুং শাগৈ - নাতৈশিংদা হৌনবী চুম্না মঙ্গলগী পাউ পীরু। ঐহাক লুহোংলে হায়বগী মরমসু খঙহল্লু। লাম্মীশিংগা লোয়ননা ঐহাক তুংদা লাকহৌগে। নঙনা মাঙ থানা শম্ভলগ্রাম য়ৌনবা চৎখ্রো।

কল্কিগী বাক্য তারদুনা মবুক তপ্পা, পূম্নমক খঙবা তেনৰানা অতিয়া লম্বেন্দা পাইখিদুনা মিকুপ খরগী তুংদা লাইখিবিক্না ইকাই-খুম্নফম ওইবা শম্ভলগ্রামদা থুংখ্রে। খুঙ্গং অদু যোজন তরেৎ পাক চাউবনি অদুগা নুমিৎকী মশেক-মঙালগুম য়ুম-কৈ চা কয়ানা লৈতেংই। মফম অদু জাৎ মরিমক্কী মীওইনা খুন্দাই। অসূম্না সহরদু শেমই। করিগুম্বা ঋতুদা অৰা-অনা নংদনা লৈনরম্মী। তেনৰানা নগরদুগী নীংথিবা ফজবশিংদু য়েংল য়েংল পূঙ্‌ঙাও ঙাওদুনা চঙখি। য়ুম অমদগী অমদা, দলান মথক্কগী আকাশতা, আকাশতগী লৈকোন্দা, লৈকোল অমদগী অমদা, উপাল অমদগী মথং অমদা অসূম্না কোয়পাই-পাইরম্মী। মতৌ অসূম্না তেনৰা মপূক্লিং হরাউনা বিষ্ণুযশাগী গৃহদা থুংখ্রে। বিষ্ণুযশাগী নাক্তা চঙদুনা নুংশিনা ৰারী-ৰাতাই

শানদুনা অয়াম্বা নুংঙাইবা ঈ-পাউ কয়া তমখি। লক্কা ঈথৎগী পদ্মাগা লোয়ননা কল্কি লেংঙকহৌবগী মরমসু লীখি।

বিষ্ণুযশানা পূক্লিং হরাউনা থীন্দনা মহারাজ বিশাখযূপ অমসুং শক্লাইবশিং অমদি অথোইবা প্রজাশিংগী মফমদা ব্রারোল পূন্নমক তমখি। বিশাখযূপ নিংথৌনা চন্দন য়ান্নরবা ঈশিংনা পিক-পিক থনবা সনাগী পাত্রশিং গ্রাম অমদি নগর অপূম্বা লৈতেংহনখি। অগরুনচিংবা মনম নুংশিবা, ঙাম্থোক্লবা, য়েংবদা ফজরবা লৈপরেং, লফোয়-ক্বানচিংবা হাপ্পবা ঘট অমসুং অনৌবা উনা, লাইমক্লসু পূক্লিং হূনীংঙাই ওইরবা শম্ভলগ্রাম ওম্থোকপা মতৌদা ফজখ্রে। মথোৎকাবীগী মিত্তা পেঞ্জবা, ঈংন-তপ্ন ফজবা, থৌজানগী সমুদ্র ওইবা কল্কি অকনবা লাম্মী লোয়ননা নগরদা লেঙশিনখ্রে। পদ্মাগা লোয়ননা পাবুং ইমাগী চরণদা খুরুমজখি। মতৌ অসূম অদিতিনা লাইরৈপাক্তা ইন্দ্র অমসুং শচীবু উজবদা মনীং থুংজদুনা হরাওজবগুম, সতী সুমতিসু মচানুপা কল্কি অমসুং মমৌ পদ্মাবু উজবদা হরাউজখি অমসুং নীংবা থুংজখি। ছত্র-ফিরান থেৎলবা শম্ভলগ্রাম নগরদো কোনুংনা নীংদু ওই, দলান্না থা ওই, ব্রাহোংনা খোমজিন মান, কাংঙ শঙ্গুনা লীক্লাং পরেং ওই, ধূপকী মৈখুনা ফিজংখন, ঙাঙ্ন-শক্লা খোঞ্জেন্না কোকিলগী স্বর। মোমোন নোকপা মায়থোং মানবা পম্থোং, ফজবী নুপীগী মিত্তা মানবী মানা কল্কীশ্বরবু মপুরোইবা ওইনা ফংজদুনা ওম্থোকপা মওংদা নীংথিরম্মী। হৌবা লোইবা লৈতবা, পূন্নমক্কী তূঙফম ওইবা, পাপ্পু কোকপিবা কল্কিনা ইবুংঙো মাগী লীলা-কর্ম পাঙথোক্লনা শম্ভল নগরদা চহী কয়ামুক পদ্মাগা লোয়ননা হরাউ-তয়াম্না লেনখি।

মতম খরগী তুংদা কবিগী নুপী কাম কলানা বৃহৎকীর্তি অমসুং বৃহদ্বাহু কৌবা মচানুপা অনী পোকখি। প্রাজ্ঞগী নুপী সন্নাতিনসু যজ্ঞ অমসুং বিজ্ঞ কৌবা মচানুপা অনী পোকই। মখোয়দু ইন্দ্রিয় জয় তৌরবনি অমসুং লোক পূন্নমক্লা পূজা তৌনরবনি। সুমন্ত্রকগী নুপী মালিনীগী গর্ভদা শাসন অমসুং বেগবান কৌবা মচানুপা অনী পোকই। মখোয়দু সাধুশিংগী ফনবা তৌই। পদ্মাগী গর্ভদা কল্কিনা জয় অমসুং বিজয় কৌবা মচানুপা অনী পোকই। অনীদু মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি, মথৌনা লৈ অসুং পৃথিবীদা মমিং চৎলি। কল্কিনা ইমুং মনুং কয়াসিগা পূন্না অমসুং মচাক মরন মপূং ফানা লৈরম্মী। ইবুঙো মহাক্লা মবুধৌগা মান্ননা মপাবুংনা অশ্বমেধ যজ্ঞ লিংখৎনবা থৌরাং লাওবা উবদা হায়রম্মী— নচা ঐনা মায়গৈ ঙাকপশিংবু মায়থীবা পীরগা লন-থুম কয়া পৈশিনগে অদুগা পাবুংগী অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌহনগে।

অদুনা দিগ্বিজয়গীদমক যাত্রা তৌজরে।

অসি হায়দুনা কল্কিনা হরাউ-হরাউ মপাবুং খুরুমখি। অদুগী তুংদা লাশ্মী তেঙ্গোন কয়া ইকোয়-কোয় অহানবমক্তা কীকটপুর জয় তৌনবা লেঙথোরকখি। কীকটপুর য়াম্না পাকচাউবা সহরনি। বৌদ্ধগী অথোইবা মশাইকোন্নি। লৈবাকসিদা বৈদিক ধর্ম হৌদোক্লমদে। মফমদুগী মীশিংনা পিতৃ-তর্পণ, দেবতর্পণ তৌনদে অমসুং হয়েংমুক্কী মপোক্কী অকিবসু য়াওনদে। দেশ অদুগী অয়াম্বা মীওইনা মশাগী নাপন য়াম্না কানৈ। খঙ্ন-উনবা মীওই নত্তনা অতৈ অতোপ্পবু খক য়াদে। মখোয়গী শাগৈ অমদি মজাতিগী লেমজফম করিসু লৈরমদে। মখোয়দু লন-থুম, মতু-মচা অমদি মচীঞ্জাক্কী ৱাদা পূম্নমক খল্লি, কনাবু ৱাংই-নেমই হায়বগী খেন্নবা লৈরমদে। দেশ অদুগী অয়াম্বা মখলগী মীওইশিংনা থকপা-চাবদা মবুক্লিং চঙনৈ।

কল্কিনা মনাই-মশন লোয়ননা তেঙ্গোন থুংলরে হায়বা তাবগা মখোয়না লাশ্মী অক্ষৌহিনী তেঙ্গোল অনী পুদুনা লান শোক্লনবা নগরদগী খোঙ-শান্দোরকখি। শগোল শামু-দোলাই চা কয়া, সনা-লুপা লৈতেংলবা রথী অমসুং খূৎশু-খূৎলাই পায়বঙাক্তনা পূমথন থনখ্রে। সনাগী ফিরাল্তনা ওলাংবা কনখি। অঙকপা ফজবনা তিল্লম্মী লাশ্মীশিংদো।

# তরেৎশুবা অধ্যায়
# বৌদ্ধগী লান

সিগী তুংদা নোংশানা শামু অমোমদা লান্দাবগুম পাপ কোকপিবা, পূন্নমক জয় তৌবিবা, বিষ্ণু ওইবা কল্কিনা বৌদ্ধ লাম্নীদা লাল হৌবকখি। সেনাপতি কল্কিনা রতি যুদ্ধদা খেগায়-থিংগায়ববা, মফি-মবোল ঈ-নাই তৈববা, মখ্বাং থাদোক্লবা, মশম-মনা ইফা-ফা লাউ-খোংনা চেনবী নুপীগুম্বা লাম্নীদুদা সেনাপতিগুম হায়রম্মী-বৌদ্ধশা নখোয় লানফমদগী চেনগনু, হনগনু, লান তৌ। নখোয়গী লৈজবা নথৌনা উখোকচবদা শোয়হনগনু।

হান্না মপাঙ্গল শোম্থরম্বশিংদো কল্কিগী ব্রাদু তাবদা শাউদুনা থাঙ-তেন পায়দুনা, শল্লাবা তোংলদুনা লান থেংননবগীদমক কল্কিগী মায়গৈ তম্না লাক্লখি। মখোয় অয়াম্বা লাল্লোং মখল হৈরম্মী, অদুনা অয়াম্বা খুংশু-খুংলাই পায়, কল্কিগা লান থেংনখ্রে। লানফমদা হৈ-শিংলবা মখোয়না অসূম্না শোক্লরম্মী, মদু উবদা লাইয়াম ফাওবনসু অঙকপা পোক্লখি। মখোয়না খৃৎশৃতানা শগোনবু থিলহৎলগা শিলীমুখনা কল্কিবু শুমদুনা অমসুং ব্রাম্থদুনা তাহল্লম্মী। থুন-য়াঙ্ন কল্কিবু ফাদুনা

পুনবা কোল্লগা থাংগে তৌরম্মী। অদুবু সুকণ্ডম ঙস্মমদে। মদুদা মখোয়না কল্কিবু বিশ্বম্ভর মূর্ত্তিনি খঙ্‌লবদা শাউবনা মমিৎ খানখি। কল্কি ভগবানবু বন্দীমক্লি খন্দুনা থৱায় থাহন্নবা তৌখি অমসুং খূৎশু-খূৎলাই থাখি।

নিংথৌ বিশাখযূপনা থৌওং অদু উরকপদা মখোয়বু গদানা থাদুনা হাৎলম্মী অমসুং ব্রাহ্মরিবা কল্কিবু মায়থীবা ওইনা লৌরদুনা, মাগী দোলাইদা থাংগৎখ্রে। জ্ঞান তারক্লবা তুংদা কল্কিনসু মনাই মশনশিংদা থৌনা হাপ্পিরকখি। মথংদা কল্কিনা নিংথৌ বিশাখযূপগী দোলাইদগী ফন চোংথরগা মখোয়রোমদা তম্না চেনশিল্লম্মী। কল্কিগী থোইন-মগুণ লৈরবা শগোন্নসু তাগী চৈনা থাদোক্তুনা লানফমদা চেনশিল্লক্তুনা মখোঙ্‌না চেম্থুদুনা, ময়ানা চীক্তুনা অমদি মশম চিংদুনা বৌদ্ধ তেংগোল্লক্তা য়েক্লবা লক্ষ অমা শাউনা হাৎখি। মাগী নুংশাশোরগী শাফূনা কনা-কনাগুম্বা লাম্মিশিং পাইখিদুনা অতোপ্পা দ্বীপ অমদা তাখিবা য়াওই, কনানা থেংগাইনদুনা শগোন-শামু শিনবা অমসুং দোলাই কায়দুনা লানফম ময়ায়দা তাখিবা য়াওরম্মী। গর্গ্য অমদি মাগী লাম্মীশিংনা মতম খজিক্কী মনুংদা বৌদ্ধ লাম্মী লীশীং তরুক হাৎখি। লোয়ননা গর্গ্যনা লাম্মী কোটী অমা নিযুত অমা হাৎখি। বিশাল অমসুং মাগী লাম্মীশিংনা বৌদ্ধ লাম্মী লীশীং কুনমণ্ডা মায়থীহনখি। লানফম ময়ায়দা কল্কিনা মচানুপা অনীগী মতেংনা য়েক্লবা লাম্মী অযুত অনী হাৎখি। অসুম্না প্রজ্ঞনা লক্ষ তরা অমসুং সুমন্ত্রকনা লাম্মী লক্ষ মণ্ডা মায়থীবা পীদুনা লানফম ময়ায়দা য়াহিপহনখি।

মদুগী তুংদা কল্কিনা নোক্তুনা মখোয়দা হায়রম্মী— হায়! নবুক ফত্তবশা! চেনগনুকো! চঙ্‌ঙকউ মাঙ্‌দা। নখোয়না ঐবু মফম পূম্নমক্তা হায়নহৌরনি, অফ -ফত্ত মহে পীনবা উদে হায়না। হৌজিক নখোয় ঐগী তেন খূবাম্না থাদুনা মপোক্ ওল্লগদবনি। কনা অমত্তা নখোয় লোয়ননা চৎমিন্নহল্লোই। অদুনা হৌজিকমক নখোয়-নখোয়গী নরূপ-নপিজাশিংগা উনজহৌরো।

কল্কিগী ব্রাসি তারগা কল্লবশিংদুনা নোক্লগা হায়রম্মী— উদবদি কৈদৌঙৈদসু মায়োক্লবা হৌনদে। ঐখোয় মায়োক্লবা পাম্বা বৌদ্ধনি। মায়োক্লদনা তোকপসু য়াবিগদবা নত্তে। শাস্ত্রদা লৈএ, উদবদো ঐখোয়না হাৎলু হায়না। নখোয় অরেম্বদা লাঙজবা শাই। হৌজিকসু নহাক লাইমক ওইরবদি ঐখোয় নমাঙদা লেপ্পিবসিনি। নঙনা ঐখোয়দা তেন্না থাবা থোক্লবদি বৌদ্ধশিংনা নঙবু কমদৌনা থাদোক্লনি? নঙনা ঐখোয়বু হেক্তা লাউহৎপনা নখোয়দা ওয়াতৈনবা ওইজগনি। শোয়দবনি।

অসি হায়দুনা মখোয়না থৌরবা তেন খূবাম-খূবাম্না কল্কিবু পূংকূপ কূপশিনখ্রে। নুমিৎকা থেংনবদা লৈচিন্না শ্বাই মাঙখিবগুম, কল্কিগা থেংনবদা তেনগী নোং অদু খ্যাও মাঙখি। ব্রাহ্মাস্ত্র, নুংশিৎ-তেন, মৈগী তেন, নোংগী তেন অমসুং অতৈ খূৎলাইশিং পূম্বা কল্কি হেক থেংনবগা অরেম্বদা মাঙজখি, মরুভূমিদা থাবা মরূগুম, পাত্র চাদবদা হাপ্পা পোৎকুম নত্রগা সাধুবু য়েংথিবা বৈষ্ণবকুম্না। কল্কি ফন চোংথোরক্তুনা ষণ তোংবা ময়ামদুগী মশম তাপ-তাপ পায়চিং, লৈমায়দা তাদুনা য়েনবাগুম ফ্রিং-ফ্রিং চোংনখি। অমুক মখোয়না মখূৎ নামনা কল্কিগী শম অদুগা নামনা খূৎ পায়রম্মী। চানুর হিংচাবগা ভগবান কৃষ্ণগা পানবগুম, অনী-অনী লাম্বা শা, মশমগা মখূৎকা পায়ন-পায়না লৈমায়দগী ফূক-ফূক হৌগৎনখি। কল্ল-কল্লবা অনী'নীদুনা শওম শান শানা, নম্নরম্মী। ময়াই কাবা শামুনা কোনা পাম্বী থুদেকপগুম কল্কিনা খোঙপাক্লা কাও-কাওদুনা ময়ামদুগী মখ্বাং থুদেক-থুদেক্তুনা লৈমায়দা দোম-দোম তুহল্লম্মী। মখোয়দুনা তুখিবা উবদা বৌদ্ধ লাম্মীশিংদো হা-হাকার লাউনরম্মী। অসোমদা য়েক্লববু হাৎপদুদা কল্কিগী লাম্মীশিংনা নুংঙাইজবগী ঙমখৈ লৈখিদে।

অসুম্না লান্দা হাৎন-শিনরবদুদা কল্লবা-থৌরবা পোকমিন্নবা শুদ্ধোদননা গদা পায়দুনা কল্কি হাৎনবগীদমক মখোঙ্না প্র-প্রপ চেনশিল্লকখি। অসোমদা শামুথক্তা তোংলিবা য়েক্ল-অকনবা কবিনা তেন্না নোং ওইনা চুহন্দুনা শুদ্ধোদনবু পূঙকূপ কূপশিন, নোংশাগী মতৌগুম ঙংবা হৌরকখি। শুদ্ধোদননা মখোঙনা চৎপা অমসুং গদা পায়বা উবদা ধর্ম লৈবা কবিনা মাসু মখোঙ্না চৎ মখূত্তা গদা পায় মমাঙদা চঙ্লক্তুনা লেপখি। কন্না থৌনা শুদ্ধোদনগা লাম্থেংনখ্রে। শামু য়াথিন্নবগুম গদা লান্দা হৈরবা মহাবীর কবিগা শুদ্ধোদনগা অনীনা গদালান থেংনরম্মী। গদানা গদাবু ঙাক্লা লানগী ময়াইদা মখোয়নী অকিবা লাল্লাউ লাউনরম্মী। মতুংদা কবিনা সিংহনাদ লাউদুনা তিংখত্তুনা গদানা হুম্তম্ ফুধরকপদা শুদ্ধোদনগী মখূত্তগী গদা নাম্থোকখিদুনা মথবাক্তা য়ৈদুনা থাই। ফূজনবদা অদুম ব্রাম্থদুনা বীর শুদ্ধোদন লৈমায়দা তুখি। অদুবু খুদক্তা ফূক হৌগৎলক, মাগী গদান'মুক কবিগী মকোক্তা ধম্ ফূধরকপদা কবি লৈমায়দা তুদে হায়বদমঙায়, ইন্দ্রিয় পূম্বা খাঙবা ব্রাখিবনা, ব্রাম্থবগা চপ মান্ননা য়ূম্বীগুম চপ লেপ তুমিন লৈখি। অদুগী তুংদা শুদ্ধোদন্না মাবু রথী লীশীং-লীশীংনা কোয়শিল্লকপা উবদা মায়াদেবী কৌথোকখি। মায়াদেবী উবগা লাই, হিংচাবা, মীনচিংবা মরোল অহুমগী জীব

পূম্নমক ইতূক তূকথনখি অমসুং অশাবা মূর্তিগুম তুমিন-তুমিন লৈনখি। শুদ্ধোদননচিংবা বৌদ্ধশিংনা মায়াদেবীদু উবদা ম্লেচ্ছ লাশ্মী লখা-লখাগা কোয়শিল্লক্তুনা অমুক্কা লান হৌনবা য়ৌশিল্লকখি। মায়া নোংশাগী ফিরান থেৎপা দোলাই তোংদুনা মখল-মখা অয়াম্বা খূৎশু-খূৎলাইশিং থৌরাং তৌরম্মী। ক্কাক অমসুং লমহূইশিংনা মাগী মায়গৈ মরিদা কোয়শিনখ্রে। কাম-ক্রোধনচিংবা তেংগোন তরুক্লা ইবেম্মগী সেবা তৌরম্মী। শক্লোন কয়া পুবী গুণ অহুমগী মশক ওইবী, পাঙ্গনবী মায়া দেবীবু মমাঙদা হেক উবদা লোইনা দোম-দোম তুনখ্রে। খূৎলাই পায়বা লাশ্মীশিং ইতুক-তুকথনা, উকংলাইগুম তুমিৎ-তুমিন লৈনখি।

মতমদুদা কল্কি ময়াম্বশিং, শাগৈ-নাতৈশিং অমসুং চান্নবা মরূপ মপাংশিংগী নুপীশিংবু মায়ানা খুদুম চনখিবা অমসুং পাঙওমদবদু উবদা মনাক্তা লেঙশিনখি। ঈশ্বর ওইবা হরিনা লক্ষ্মীগী মশক লৌবী বিষ্ণুগী চান্নবী মায়ারোমদা মিৎয়েং হেক তাবিবদা প্রিয়াগুম্না, মায়া চংশিল্লক্তুনা অমত্তা ওইনখি। অথোইবা বৌদ্ধশিংনা মমা ইবেম্মা ময়াদেবী উবা ফংদ্রবদা মপাঙ্গন-মথৌনা পূম্বা মাঙখিদুনা মীওই চা কয়ানা হন্না-হন্ন পূন্না অৱা খোল্লাউ লাউনখি। মথম্মোইদা ঙক্লা শোন্নখি— ইমা-ইমা, কদাইদা লেঙখ্রবগে?

কল্কিনা অসোমদা মিৎ-খত্তুনা ইবুংঙোগী লাশ্মীশিংদু খোমজিল্লগা থৌরবা থাঙ্শাং পায়, ম্লেচ্ছশিংদু হাৎলগে খল্লম্মী। কল্কিনা শগোল তোংদুনা নক্ল চঙশিল্লক্লগা থাঙ্শাং খুদুম চেৎনা পায়খ্রে। তেন্না থনবা তেম্দোং, লিরুংনা লৈতেংবদো নীংথিজৈ। হকচাংদা থোনবা কবচ অমসুং খোঙদোপ-খুদোপ্পসু অমুক্কা হেন্না ফজখ্রে। কবচ ফূরীৎ মথক্তা সনাগী কোংগোন থিন, নোংলক্তা থৱাম্মিচাক থোকপগুম নীংথিজৈ। লূহুপ্পা ফজবনে মণি-মুক্তা থিন। য়েক্লবশিংবু কিহনগে হায়দুনা কল্কিনা মখোয়রোমদা খানা য়েংলম্মী। ইবুংঙো মাগী চরণ থম্বান দর্শন তৌজবদা ভক্তশিংগী পূক্লিং হরাউনবা! ধর্মনিন্দা তৌবা বৌদ্ধশিংনদি থোৎ-নৌবী ফজবীশিংনা য়েংজনীংবা, অমৃতনা তিনবা কল্কিবু উবদা কিবনা ইপা পাখৎনখি।

যজ্ঞ তৌফমদা অমুক্কা হোমগী মৈ হৌগৎলক্কদৌরে হায়নদুনা লাইয়াম্না থোইনা পেন্নখি। নীংথিনা শেম শারবা লাশ্মীনা লানফমদা হরাউনা লাইয়াম্না য়েক্লবা হাৎনবগী আশা তৌনখি। লানফমদা মখোয়না অকনবা লান শোক্লখি। সাধুশিংবু লুনা-চান্না তৌবীগে হায়দুনা ইবুঙো মানা অবতার তৌবিরকপনি। ইবুঙোনা মনাই

ভক্তশিংগী পাপ কোকপিবনি। ইবুঙোদি জীব পূম্বগী মপূনি অমসুং সাধুশিংগী অপাম্বা মনীং থুংহন্নবগীদমক পৃথিবীদা শায়োনবিরবনি। অদুগুম্বা কল্কিনা নখোয় খ্বাইগী মঙ্গল পীনবিসনু।

# অহুমশুবা শরূক

## অহানবা অধ্যায়

## ম্লেচ্ছ হাৎপা

উগ্রশ্রবা সূতনা হায়— মথংদা কক্ষিনা ম্লেচ্ছ ময়াম মরক্তগী কয়ামরুম্মু তেন্না থাদুন অমসুং কয়ামরুম্মুনা থাঙ্গ্না কক্তুনা অশি লৈবাক য়ৌহনখি। অসুম তৌনা বিশাখযূপ, কবি, প্রাজ্ঞ, সুমন্ত্রক, গর্গ্য, ভর্গ্য অমসুং বিশাল মখোয়সিনা ম্লেচ্ছশিং হাৎলম্মী। কপোতরোমা, কাকাক্ষ, কাককৃষ্ণনচিংবা বৌদ্ধ অমসুং শুদ্ধোদন মখোয়সিনা চোংশিন্দুনা কক্ষি-লাম্মীশিংগা লান থেংনরম্মী। অসূপ কন্না শোক্লখি, জীব পূম্বা কিনখি। ঈগী অঙাংবা লৈখোম-লৈনাং উবদা হরাউখি ভূতনাথনা। শগোন-শামু-দোলাই লাম্মী কয়া শিখিবগী ঈতনা তুরেল ওইনা চেনখি। তুরেন্দা শমজোই মপৈ-মপৈনা ইশংগুম্না উরম্মী। হিংসা তৌবা ঈশিংগী জীবগী মতৌগুম খূৎশু-খূৎলাইশিংনা ঈচেন্দা লুফেৎ-লুফেৎ তাউরম্মী। লিরুংনা ঈথক হৌবগুমখি অমদি শামুনা তুরেল লৈরাই চাংজৌগুম উরম্মী। মীগী কোক্লা থেংগুগুম, দোলাইনা হিগুম, অতৎপা পাম্বোম্না ঙাগুম্নম্মী অমসুং দুন্দুভিগী খোঞ্জেন্না ঈথক-ঈরাউগুম খল্লম্মী। ঈগী তুরেন্দুগী তোর্বান্দা লমহুই,অমসুং উচেক

ব্রায়াগী নুংঙাইবা খোঞ্জেন তারম্মী। উবদা সাধুশিং পেন্নখি। শামু তোংবা লাম্মীগা শামু তোংবগা, শগোন তোংবগা শগোন তোংবগা অমদি দোলাই তোংবগা দোলাই তোংবগা লাম্বা পানদুনা, তেন্ন পান্নদুনা অমসুং অতৎপা পাম্বোম অমদি কোক্লা ইচাই-চাইনা তারম্মী। লাম্মী খরদি ফিঙাং শেত্তুনা মমায়দা বিভূত তৈ, মশম-মনা ইফা-ফা সন্ন্যাসীগী মতৌগুম শেম-শা মশা ঙাকথোকচনবা দেশ লান্না চেন্নখি। কনানা মিপাইনা চেন্নে, কনানা ঈশিং তত্তনা খৌরাংবা য়াওনৈ। অসূন্না কল্কি-লাম্মীগী তেন্ন পান্দুনা ম্লেচ্ছ লাম্মী কনামত্তা চনীংতানা লৈনখিদে।

অসিগী মতুংদা মখোয়গী নুপীশিংনা কনানা দোলাই, কনানা শামু, কনানা উচেক, কনানা শগোল, কনানা গধা, কনানা উট, কানমনা ষণ তোংদুনা মপুরোইবশিংগী মতেং পাং, লালহৌরকখি। মপুরোইবা নীংবী মথোৎ কারকপী নুপীশিংদুনা মচামশু নুংশিবা অমদি চঙজফম তানবা পাম্নখিদ্রে। অয়াম্বা শাফি-লানফি শেৎ-ইন-লৈতেংদুনা শাপোৎ-লানপোৎ শেম শার, লমঙানবী নুপী ময়ামদুনা খূজি-তান্না লৈতেং ওইবা মখূত্তা থাঙ্শাং চেৎনা পায় অমসুং লীরূং-তেন পায়নরদুনা চোংথোক্লরম্মী। মখোয়দুগী মরক্তা মপুরোইবা নীংবী অচাউরম কাবী অমসুং লাইবক ফবীসু ময়াওরম্মী। মপুরোইবা শিখিবদা ব্রানরবী ময়ামদুনা কল্কিগী লাম্মীগা লান থেংনবা থোক্লরকখি। শাস্ত্রদা হায়রি মদুদি মীওইবনা লৈবাক, উৎ, শীঙ-য়েন্নচিংবা পোৎ-চৈ ফাও চেকশিন্না ঙাকই, অমবোমদা তনৌ-তনৌবীশিংদুনা মমাঙদা মপুরোইবনা শিদুনা লৈবদু খাঙবা ঙম্মিগদ্রা? মদু ওইথোক্তে। অদুনা মখোয়না মখোয়গী মপুরোইবদা তেন্না থাবা অমসুং ঙাওনবদু উবদা মতুংদগী খূৎলাই শত্তুনা কল্কিগী লাম্মীগা কন্না লান শোক্লখি।

অশোনবী নুপীনা লান্দা ইচং থৌবদু উবদা কল্কিগী লাম্মীশিংনা ঙকখ্রদুনা ইবুংঙোগী নাক্তা চঙদুনা মরম পূন্নমক চেৎনা হঙ্গৎখি। লান শোক্লনীংবী নুপীশিংগী ব্রাদু তাবদা লৌশিং চাউবা কল্কি পূক্লিং হরাউনা দোলাই তোংবী নুপীলাম্মী, সেনাপতি অমসুং খোঙলোয়শিং লোয়ননা মফমদুদা থুংখি। 'সিগী তুংদা ম্লেচ্ছ নুপীশিংদুনা অয়াম্বা খূৎশু-খূৎলাই পায়, অয়াম্বা বাহনদা তোং ব্যূহ লানবন শারগা লোইনা পূংখা খাজিন্নবগী মওংদু উরকপদা পদ্মাপতি কল্কি ব্রা হায়বা হৌরকখি।

কল্কিনা হায়রম্মী— হে পাঙ্গন শোনবীশা, ঐ নখোয়গী ফনবা ব্রা হায়গে তাও। নুপীগা নুপাগা লান শোক্লৌ হায়বগী চৎনবী লৈতে। নখোযগী মায়থোং, থা মানবা, শন্নাংগী ফজবা উরগা খ্বায়না হরাউনরিবা! কনানা মদু মাঙহন্নীংগদগে?

নখোয়গী মায়থোংগী শল্লবা মঙান্দা ফৃগায়না শাৎপা থম্বাল, খোইমু মতৌ মানবা মিৎনহা উবদা কনানা মাঙহন্নীংগদৌরিবা! মহাদেবদা লিন্না থৌগনবগুম, নখোয়গী থৱাম্নিচাক পরেং মানবা লিক্লাং পরেংনা লৈতেংবা থীক-থা অদু উবদা কামদেবগী নাপনফাও মাঙ্নঙাই ওইবা, অদুদা কনানা মাঙ্নবা তৌবা ঙমগদগে? তয়াং তশোয়বা শল্লাং, নোংইনবু মাগী থাজনা মবুক্লিং লাকপগুম তরু-তহেনবা মায়থোংদা কনানা চৈনা পীবা ঙমগনি হায়উ। থীক-থাগী অরূম্বনা নম্থ্র, তুহাউনা ঊরী য়েৎপগুল্লা মতম চূপ্পা চেংল-খ্বাঙ, কনানা কমদৌনা হাৎপা ঙমগদৌরিবা? নখোয়গী পিরাংনা কৃপ্পবা মিৎলু, য়েংবগী পেনবা নাইদবা, নুংঙাইনা নীংথিবা অমংবা নোংগী মতৌদা কনানা তেন কাপ্পা ঙমগদগে হায়উ।

কল্কিগী ৱা তারগা ম্লেচ্ছ-নুপীশিংনা হায়রকখি— ঐখোয়গী ইপুরোইবা হাৎখ্রবনিনা হৌজিক ঐখোয় পূংমাঙ মাঙজরবনি।

'সি হায়দুনা মখোয়না কল্কিবু হাৎনবা থৌরাংখি। অদুবু থাখি-থাখিবা খূৎলাইশিংদু মখূত্তগী সূক্লান-নাম্থোক্লমদে। মথংদা অথৌবা থাঙ্, লিরুংতেন, তাপাক, তোমর, যষ্টিনচিংবা খূৎলাইশিংনা পূল্লবা মূর্তি অমা ওন চোংথোক্নুনা লূ-হেনবী নুপীশিংদুগী মাঙদা লেপ্তুনা হায়রম্মী— হে নুপী ওইবী ইবেম্মশিং, মাগী মফমদগী মঙাল ফংজরগা ঐখোয়না জীবহিংসা তৌজবনি। মহাক্তবু পরমাত্মা ঈশ্বরনি হায়না খঙ্নগদবনি অমসুং চেৎনা থাজগদবনি। মাখল্কী য়াথংনা ঐখোয়না কোয়না চচ্চবনি অদুগা মাগী মফমদা ঐখোয়না ইমিংখক চচ্চবনি। রূপ, রস, গন্ধ, স্পর্শ, শব্দ হায়বা গুণ মঙাসিনা তিন্নরগা ওইবা পঞ্চ-ভূত হায়বসি মাতনা পুথোক্লগা মশাগী মথৌ ওইবদু তৌরিবনি। কল্কিসে পরমাত্মাদুনি। ইবুংঙো মাগী আশানা মতম মতমগী শেংদোকপা হায়বা মিংদা তাইবংজীব অহানবা, অথোইবা প্রকৃতি, মহত্তত্ত্ব, অহঙ্কারতত্ত্ব অসিনচিংবা ব্রহ্মাণ্ড পূম্বা শেম্বিবনি। সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয় হায়বা তাইবংগী লৌনম্বা মাগী মায়া নত্তবা অতৈ করিসু লৈতে। মাদি পূম্নমক্কী অহৌবনি-অরোইবনি। জগৎকী য়াইফ-থৌদোক খিবিক ইবুংঙো মঙোন্দগী থোকপা ঙাক্লি। মহাক অদুগুম্বা ঈশ্বরদুমক্লি। ইবুংঙো মহাকসি ঐগী ইপুরোইবনি হায়বদি ঐসি মাগী নুপীনি। ইবুংঙোনা ঐগী থৱায়নি, মরূপ্নি। অসূম্না মঙগুম্ মিত্রংগুম চৎনরিবনি মাগীদমক ওইনা ফোংদোকপনি। নুংশিবা অমদি শুম্নৎপগী মখা পোন্না পোকপা শিববু হঙ্গৎ-হন্দা চৎপনি হায়না খনবা, মায়াগী রাগ, কল্লক য়েংথিবা, হিংসানচিংবা ককথৎখ্রবা মখোয়দুবু কল্কিগী মনাই

ওইবশিংনদি পূম্নমক্তু অচুম্বনি হায়না লৌদে। মতম হায়বসি কদাইদগী ওইরকখিবনো, অশিবা কদাইদগী লাকপনো, কনানা যমনো, কনানা লাইনো, মায়ানা মরম ওইদুনা অমত্তা ঙায়রবা কল্কিতনা মশীং য়ামথোকহনবনি। হে নুপী ওইবীশিং, ঐখোয়সি খূৎলাই নত্তে। মসিনা খূৎলাইনি, মসিনা হাৎপা ঙমগদৌরিবনি, অসূম্না খায়দোকপগী ব্রাখল অসি ঈশ্বরতগী মায়ানি। হিংচাবগী মপু প্রহ্লাদগী ব্রারীদা হরিনা নৃসিংহ মূর্ত্তি লৌবিরবা মতমদা মাবু ঐখোয়না হেক্তা হাৎপা ঙমখিদে। অদুগুম্বা কল্কিগী মনাইশিংবুসু হাৎপা ঙম্বা নত্তে।

খূজূ-খূৎলাইশিংদুগী ব্রাদু তারগা নুপীশিংদুগী থম্মোইদা ইঙক-ঙক্লখি। মখোয় নুংশিবা অমসুং শুদ্ধৎপা থাদোক্নূনা কল্কিদা চঙজরম্মী। জ্ঞান অমসুং নীংজবনা মখোয়না নোঞ্জরকপা উরকপদা পদ্মাপতি কল্কি মোমোন নোক্, পাপ কোক্লঙাই ওইবা ভক্তি যোগ তাকপিবা হৌরকখি। মতুংদা ইবুঙোনা আত্মাবু ঈশ্বরনি খনবা জ্ঞান যোগ অমসুং খেন্নবা জ্ঞান ওইবা কর্মযোগ অমদি কনানা উদবগী মখা পোন্দে হায়বা ব্রারোল পূম্নমক মখোয়দা তাকপিখি। কল্কিগী ব্রারীদগী জ্ঞান ফংজদুনা, ইন্দ্রিয় খুদুম চঞ্জদুনা মখোয় ভক্তিতনা যোগীশিংনা ফঙ্ঙমদবা তাঙ্লবা অথোইবা খুবম অরাঃনবা ফংজখি।

মতৌ অসূম্না হেন্দোক-থোইদোকপা থৌবুরেল ওইবা কল্কিনা অকিবগী মশক ওইবা লান শোক্লদুনা বৌদ্ধ অমসুং ম্লেচ্ছশিংবু হাৎখি। মতুংদা মখোয়গী নুপীশিংবু অরান খুবম পীদুনা বৌদ্ধ অমসুং ম্লেচ্ছশিংগী মঙানগী মশক ওইবা খুবম য়ৌহন্দুনা নীংথিনা লৈহনখি।

কনাগুম্বনা ম্লেচ্ছ অমদি বৌদ্ধ হাৎপগী ব্রারীসি চেকশিন্না শক-শোঞ্জবা নত্রগা তাজবদা অব্রা-অনা খিবিক কোকচৈ অমদি মতম চূপ্পা লাইবক ফবা ওইজৈ। মখোয়দু মাধব ভগবানদা ভক্তি পোকচৈ। মরম অসিনা মখোয় অমুক পোকপা-শিবা নাইররোইদবনি। মসি তাজবদা লনথুম ফংজৈ। মায়াগী শুদ্ধৎপা চঙদে অমদি সংসার মায়াগী মৈচাক অমুক খাঙ্লরোই।

# অনীশুবা অধ্যায়
# কুথোদরী হাৎপা

উগ্রশ্রবা সূতনা হায়খি— অসিগী তুংদা কল্কিনা বৌদ্ধ অমসুং ম্লেচ্ছশিংবু মায়থীবা পীরগা লন-থুম কয়া পুরক্লুনা লাম্মী তেঙ্গোল লোয়ননা কীকট নগরদগী হল্লকখি। ধর্মবু ঙাকশেনবিবা থোইনা মতিক মগুণ লৈবা কল্কিনা মতুংদা চক্রতীর্থদা পূন্না হৌনবী চুম্না স্নান তৌখি। ইবুংঙোনা লোকপালগা মান্নরবা ময়াম্বুং ইবুংঙো অমসুং অয়াম্বা মরী মতাশিং পূন্না লৈরিঙৈ মতমদা অথোইবা ঋষি ময়াম অমা থরায় ৱানা থুংলবা উখি। মখোয়না কিনা কল্কিগী নাক্তা চঙশিল্লক্লুনা হন্ন-হন্না প্রার্থনা তৌজখি— হে জগৎপতি। ননাই ঐখোয়বু কনবিয়ু।

বালখিল্যনচিংবা মশা য়াম্না পীকপা অমদি শেগায়বা ফি শেৎপা জটাপুবা মহর্ষি ময়ামদুনা ৱানা লাকপদুদা হরিনা নোল্লুক্লা ঋষিশিংদা হায়খি— মুনিশিং, কদাইদগী লেঙ্‌ঙকপনো? কনাবু কিবনো তাকপিয়ু। করিগুম্বা মহাক দেবরাজ ইন্দ্রমকসু ওইসনু ঐনা মাবু হাৎকনি।

পুণ্ডরীকাক্ষ কল্কিগী ৱাসি তাবদা মুনি খিবিক থম্মোয় পেন্নখি অমসুং হিংচাবী

নিকুম্ভগী মচানুপীগী ৱারী লীবা হৌরকখি। মুনিশিংনা লীরম্মী— হে বিষ্ণুযশাগী মচাইবুঙো! লীজগে তাবিয়ু। কুম্ভকর্ণগী মচানুপা নিকুম্ভগী মচানুপী অমা লৈ। মমিং কুথোদরী কৌই। ৱাংবদা মহাক অতিয়া তঙ্খায় ৱাংই। মহাক কালকঞ্জগী রাণীনি অদুগা বিকঞ্জবু পোকপনি। হিংচাবীসিনা হিমালয়দা মোনখাঙ্না অদুগা নিষধাচল বিন্ধ্য চীংশাংদা খুয়া ওই হিপ্তুনা মচা বিকঞ্জবু খোম পীথকই। মাগী নুংশা শোর হোন্দোরকপদু খাঙবা ঙমদদুনা ঐখোয় মফমসিদা লাকচরিবসিনি। লাইগী নোংদম্ন া ঐখোয়বু মফমসিদা পুবিরকপনা ঐখোয় ইবুঙোগী চরণ নকচবা ফংজররে। খুদোংথীরবা হিংচাবগী মীওৎ-মীনৈদগী ননাই ঐখোয়বু কনবিয়ু।

মুনিশিংগী ৱাদু তারদুনা লাল্লোইঙম্বা কল্কিনা লাম্মী পুরদুনা হিমালয়দা লেঙখ্রে। হিমালয়গী থেল অমদা য়ৌখিদুনা ইবুংঙোনা অহিং অমা লেল্লম্মী। নোং ঙাল্লগা অয়ুক্তা লাম্মীশিং পুদুনা য়ৌগে নীংবা মফম তান্না য়ৌনবা লেঙলকপদা ষঙ্গোমগী তুরেল অমা থেংনখি, তুরেল অদু মোইবুংগুম-থাগুম ঙৌরোক ঙৌ, চাউই। মায়গৈ মরিদা কোঙ্গোন মপৈ কা-কাদুনা শঙ্গোম ওইনা ঈচেন কন্না চেন্থ্রে। কল্কিগী লোয়নরোয়শিংনা ষঙ্গোমগী তুরেন্দু উবদা পূংঙক ঙক্লখি অমসুং যূশ্বীগুম চপ্-চপ্ লেপ্লখি। ভগবান কল্কিনা হান্না মরম খঙ্লবসু, ইবুঙোনা শগোন, শামু, দোলাই অমসুং খোঙমী লাম্মীনচিংবা ময়াম্মক্তা পূন্না মুনিশিংদা হঙ্গৎখি— তুরেনসিগী মিং করি কৌবগে? মসিদা করিগী শঙ্গোম ওইনা চেল্লিবনো?

মুনিশিংনা কল্কিগী ৱাদু তাবদা হরাউনা খুম্মকখি— হে কল্কি, ষঙ্গোমগী তুরেনসিনা হৌরকপগী ৱারী লীজগে তাবিয়ু। হিংচাবী কুথোদরীগী থবাক নামনা হিমালয়দা তাদুনা মদুনা তুরেল ওইনা চেন্থরকপনি। পূং তরেৎকী মতুংদা ষঙ্গোম-তুরেল অমগমুক চেন্থরকখিনি। অদুদগী তুরেল অসি পূক্কং কংবগুম তৌখ্রগনি।

কল্কি অমসুং লাম্মীশিংনা মুনিশিংগী ৱাদু তাবদা হায়নরম্মী— কয়াদা ঙকখ্রবনো? হিংচাবীগী খোল্লাংনা পাকখ্রবা তুরেনসি ওনখ্রবা! বিকঞ্জবু লুনা তৌজদুনা খোম নামা পীথক্লিবা মচানুপাদুনা কয়াম চাউরমগবা, লৌশিংনা লাম্বা ফংদে। হিংচাবীদুনা কয়া য়াম্না কল্লমগবা!

পূম্নমক্না ঙক্লদুনা অসূম হায়নরবদা পরমাত্মা কল্কিনা খূদক্তা শেম শাদুনা, লাম্মী পুদুনা হিংচাবীদুগী নাক তান্না লেঙখ্রে। হিংচাবীনা লৈবা অদোমদা মুনিশিংনা লম্বেন তাকখি। ময়াম্না মফমদু য়ৌরগা উরম্মী, নোংগী মতৌগুম্বী হিংচাবীদুনা চীঙদোন্দা ফম্লগা মচা খোম ইল্লম্মী। উমং-শামুশিং মাগী নিংশাশোর

হোন্দোরকপদা হুমদোক্নুনা লাপ্ল-লাপ্লা পাইথোক্লরম্মী, নোংশাশিংনা মাগী মনাকোং মনুংদা তূম্লম্মী, শজি-শঙাইনা চীংগী লোক ওইরবোই নীংদুনা মাগী তুখোঙ অহোবদা মচা-মগুশিং লোয়ননা তূম্লম্মী। শাদানবগী অকিবা লৈতনা মখোয় হীক্নুম্না কোয়চৎ চৎলম্মী। চীংদোম্বক্তা অতোপ্পা চীং অমগী মতৌগুম হিংচাবীদু উবদা কিবনা জ্ঞান তানদ্রবা, ৱানরবা অমসুং খূজূ-খূৎলাইনচিংবা থাদোৱ্ন গদবগী থৌরাংনরকপা লাম্মীশিংদা পদ্মনেত্র কল্কিনা হায়রম্মী— চীং অসিগী পল্লোন অকোয়বসি নখোয়না মৈ চূদুনা লানবন্ শাদুনা লৈয়ু। শগোন লাম্মী শামু লাম্মী দোলাই লাম্মী মখৈনা ঐগা লোয়ননা চঙশিনসি। ঐহাক লাম্মী খরা পুদুনা তেননা, থাঙ-অথৌবনা অমসুং শীংজংনা হাৎননবা মমাংদা চঙশিনগে।

অসি হায়দুনা কল্কিনা তুংদগী তেন শৎলগা হিংচাবীদা তম্না কাপশিল্লম্মী। হীংচাবীনা শাউদুনা হৌগৎলক্লগা অঙকপা শব্দনা খংলাউ লাউরম্মী। অকিবগী মশক ওইবা খোঞ্জেন্দু পূম্নমক্না কিনরম্মী। সেনাপতিশিং ৱাম্বদুনা লৈমায়থক্তা তানখি। অকিবগী মতৌ ওইবী কুথোদরীনা ময়া কাথোক্নুনা নুংশাশোর চিংশিন-চিংশিন্দুনা শগোন-শামু-দোলাইশিংদু চাবা হৌরকখি। শওম্না শোর হোঞ্জনবদা চিংশিনখিবা ককচেং খোয়াগুম, কল্কিগা লোয়ননা লাম্মীশিংদো হিংচাবীগী মবুক মনুংদা চঙখ্রে। মদু উবদা লাইয়াম অমসুং গন্ধর্বশিংনা হাহাকার লাউনরম্মী। মুনিশিংনা শাপ তৌনরম্মী অমসুং কনা-কনাগুম্বা মহর্ষিনা কল্কিগী মঙ্গল ওইনবা মন্ত্রজপ তৌনখি। অতৈ বেদখঙবা ব্রাহ্মণশিংনা নুংঙাইতনা মফমদুদা তুখিবা য়াওই অমদি মবুঙোবু নীংজবা লাম্মীশিংনা কপ্ল লাউনরম্মী। অদুগা হিংচাবশিংনদি হরাউনরম্মী।

হিংচাববু তাম্থোকপা কল্কি জগৎনা অসূম ৱানবদু উবিদুনা ইবুঙো মশানা মশাবু নীংশিংবিরম্মী। অদুগী তুংদা মম্লবা পূক্লুংদুদা তেন্না মৈ হৌগত্তুনা দোলাই-শীং-উনচিংবা, ফিরোল অমসুং কবচগকাদু মৈনা চাকথোকহল্লগা থাঙ-থাঙ্গৎখ্রে। ইন্দ্রনা বজ্রনা বৃত্রাসুরগী পূক্লাক য়ানখায়দুনা থোরকখিবা অদুগুম্না পাপ্পু মাঙহনবিবা, পূম্নমক্কী ঈশ্বর ওইবা কল্কিনসু চাউরবা থাঙপাক্লা হিংচাবীগী য়েৎথংবা পূঙ্নাক হোগায়দুনা খূজূ-খূৎলাই পায়বা কল্লবা মরূপ-মপাং অমসুং মচীম্নাওশিং লোয়ননা লেঙথোরকখি। হিংচাবীগী খাগী থোঙলোমদসু অয়াম্বা শগোন-শামু-খোঙমীশিং থোক্লখি। ঈনা মশা ঈতৈ-তৈ, লাম্মীশিংনা থোরকপদা হিংচাবীদুনা মখোঙ-মখূৎ ফ্রিং ফ্রিং কাওবদু উরম্মী। খুদক্তা মখোয়না মঙোন্দা তেন কাপখি।

মাগী মকোক-মবুক্লচিংবা মশা অপূন্বা শিংকূপ শারবদা অৱা খোল্লাউনা মায়গৈ তরা নিন্ ফর-ফর ওল্ল, চীংদুমদু হোগায়রম্মগা হিংচাবী থৱায় থাগ্রে।

মমাগী মতৌ উবদা বিকঞ্জ ৱারম্মী অমসুং শাউদুনা খূৎলাই য়াওদনা লাম্নীশিংগী মরক্তা চঙ্লকখি। মথবাক্তা শামু পরেং, মশাপূন্বা শগোন্না ফিজোল ওই, মকোকথক্তা লাইরেনগী কোয়য়েৎ অমসুং খূৎশাদা নোংশাগী খূদোপ, মমাগী ৱাখন্দা ৱানা মহাক্লা কল্কিগী লাম্নী ময়ামদু অৱাবা পীরম্মী। চহী মঙাদা ঙায়রিবা হিংচাবদু হাৎনবা কল্কিনা পরশুরামনা পীরম্বা ব্রহ্মাস্ত্র পুথোরকখি। মদুনা মাগী মঙক থবৎ কক্লুনা লৈমায়দা থাদখি। মুনিশিংগী ৱাদগী লৈঙাং মচুগী চীংদোন মানবী, থোইনা ঙকপী, ঈনা ঈতৈ তৈবী হিংচাবীদু মচাগা লোয়ননা হাৎখি। লাইয়াম্না লৈগী নোং চুহল্লম্মী অমসুং মুনিশিংনা স্তব তৌনরম্মী।

মথংদা কল্কিনা মফম অদুদগী হরিদ্বারদা গঙ্গা মপান্দা লেঙক্লুনা লাম্নীশিং খোমজিনখি। বিষ্ণুগী অবতার ওইবা কল্কিনা পরিজনশিং কয়া লোয়ননা অহিংদুমা মফমদুদা লেল্লগা অয়ুক্তা মুনিশিংনা গঙ্গাস্নানগী মওংদা মবুঙো দর্শন তৌজনবা ৱান লাক্লবা উরম্মী। হরিদ্বার গঙ্গা মপান্দা ইনক নক্লা ময়াম খিবিক লোয়ননা কল্কি লৈবিরম্মী অমদি জহ্নুকন্যা গঙ্গা দর্শন তৌরম্মী। মতমদুদা মুনিশিংনা লাক্লুনা মবুঙো দর্শন তৌজদুনা হৌনবী খঙ্ন, স্তুতি বাক্যনা হন্ন-হন্না ইবুংঙো মাগী স্তব তৌনখি।

# অহুমশুবা অধ্যায়

# রাম চরিত

সূতনা হায়খি— অথোইবা ধর্ম চেনবা কঙ্কিনা মুনিশিংনা হরাউ-নুংঙাইজবদু উবদা হৌনবী চুম্না পূজা তৌরদুনা হংখি, নুমিৎকুম মঙান চেনবা, তীর্থ কোয়বা পাম্বা অমদি মরোল অহুমগী ফনবা হোৎনবা মুনি খ্বাই ময়ামসিবু কনা-কনা ওইরবনো? ঙসি ঐগী লাইবক ফবনা খ্বাই ময়াম্না মফমসিদা লেঙক্তুনা থুংবিররি। মুনি ময়াম্না ঐগী মায়কৈদা থৌজান মিৎয়েং তাবিরবসিনা ঙসি ঐখোয় সংসারদা লাইবক ফবা, পুণ্য চেনবা অমসুং মিং চৎপা ওইজরে।

মফমদুদা বামদেব, অত্রি, বশিষ্ঠ, গালব, ভৃগু, পরাশর, নারদ, অশ্বত্থামা, পরশুরাম, কৃপাচার্য্য, ত্রিত, দুর্বাসা, দেবল, কণ্বনচিংবা পূম্নমক য়াওবিরে। (শ্লোক মঙাদগী তরানিথোই ফাওবা হাপচদ্রে) মরুনা হায়রম্মী— প্রভু, ইবুঙোদি থম্মোইদা লেঙশিনবিবা পরমাত্মা ওইবা অন্তর্য্যামীনি। পূম্নমকপু খঙবিবনি। ইবুঙোগী য়াথংদগী খিবিকপুম্বা লীজগে, তাবিয়ু। ইবুঙো নঙগী খোয়দৌদগী ব্রহ্মা পোকখি। ব্রহ্মাগী মচানুপা মরিচি, মরিচিনা মনু, মনুনা অচুম্বদা থৌবা ইক্ষ্বাকু

পোকখি। ইক্ষ্বাকুগী মচা যুবনাশ্ব, যুবনাশ্বগী মচানুপা মন্ধাতা, মন্ধাতাগী মচা পুরুকুৎস, মাগী মচানুপা হর্ষশ্ব, অদুগা হর্ষশ্বগী মচানুপা ত্র্যরুণনি। ত্র্যরুণগী মচা মরৌশিং চঙ্খোনবা ত্রিশঙ্কু, ত্রিশঙ্কুনা মতিক চাউরবা হরিশ্চন্দ্র পোকখিবনি। হরিশ্চন্দ্রগী মচানুপা হরিত, হরিতগী মচানুপা তরুক, তরুক্কী মচানুপা বৃক, বৃকগী মচা সগর, সগরগী মচা অসমঞ্জা, অসমঞ্জানা অংশুমান পোকখি। অংশুমানগী মচানুপা দিলীপ, মাগী মচানুপা ভগীরথ ফাওখ্রিবনিদো। মানা পুথরকপনি হায়দুনা গঙ্গানা ভাগীরথী হায়না মমিৎ চৎখ্রবনি। ইবুংঙোগী চরণদগী হৌরকই হায়দুনা সংসারদা মাগী স্তব-প্রণাম অমসুং পূজা তৌনরি। ভগীরথগী মচানুপা লাভ, লাভগী মচানুপা মপাঙ্গল কল্লবা সিন্ধুদ্বীপ, সিন্ধুদ্বীপনা অযুতায়ু পোকখি। অযুতায়ুগী মচানুপা ঋতুপর্ণ, ঋতুপর্ণগী মচানুপা সুদাম, মাগী মচানুপা সৌদাম, সৌদামগী মচানুপা লৌশিং শিংবা অশ্মক, অশ্মকগী মচানুপা মূলক, মূলকগী মচা দশরথ, দশরথনা এড়াবিড় পোকখি। তড়াবিড়গী মচানুপা বিশ্বসহ, বিশ্বসহগী মচানুপা খট্টাঙ্গ, খট্টাঙ্গগী মচানুপা দীর্ঘবাহুনি। দীর্ঘবাহুগী মচানুপা রঘু, রঘুনা অজ, অজগী মচানুপা দশরথ অমদি দশরথনা সাক্ষাৎ জগৎপতি হরিনা রাম ওইনা অবতার তৌবিখি।

রাম অবতারগী ৱারী তাবদা কল্কি থোইনা হেন্না নুংঙাইবা পোকখি অমদি মরুদা রাম চরিত পাক শন্না লীবিয়ু হায়জখি।

মরুনা হায়রম্মী— পৃথিবীদা সীতাপতি রামগী কার্য্য পূম্বা লীবদি কনাসু ঙমখিদে। অওইবমক মকোক লীশিং পানবা অনন্তদেবমক্লসু মসি লীবদা ৱানা থোকই। অদুবু ইবুঙোনা তাকপিরবনিনা ইশাগী খঙজবা মতুংইন্না শেংলবা অমদি পাপকী মৈচাক কোক্লরবা রামগী চরিত্র লীরক্কে।

মমাঙঙৈদা ব্রহ্মানচিংবা লাইয়াম্না হায়জবদগী নুমিৎকী শাগৈদা অংশ মরি থোক্লগা, দশরথনা হিংচাববু লোইশিনবিবা জানকীপতি রাম পোকখি। অঙাং ওইরিঙৈদা ইবুঙো মানা কৌশিক যজ্ঞদা যজ্ঞথুগাইবা হিংচাবশিংবু মপাঙ্গন্না মাঙহনবিদুনা অথোইবা মশক ফোংদোকপিখি। ইবুঙো মাগী মতিক মগুণনা অপাম্বতনা থল্লবা জগত্তা অমুক হন্না পোকচদে। মহাক্তি থোইদোক্লা পাঙ্গনবা অমসুং মঙান্না থনবা, মাতনা মপান নাইদবা খূজূ-খূৎলাই বিদ্যাদা য়ৌনা হৈবা শ্রীরাম জগৎপু শুক্ষৎপা মওংদা লক্ষ্মণগা লোয়ননা মুনি খিবিক তিনবা জনক নিংথৌগী সভাদা লেঙখি। বিধাতাগী তুংদা চন্দ্রদেবনা লেঙশিনবগুম, মপান নাইদ

মঙান্না তিনবা দাশরথি লক্ষ্মণগা লোয়ননা বিশ্বামিত্র মুনিগী তুংদা ফম্ফম কায়দ লেঙশিল্লম্মী। জনকনা মাবু আদিদেব বিষ্ণুনি খন্দুনা জানকীগী মতিক চাবা বর ওইগে হায়না খনখি অমদি মানা খুরুম্বদা হৌনদ্রি খন্দুনা মথন্তা মওন-মওন খল্লুরগা রামগী নাক্তা চঙলম্মী। জনকনা ইকাই খুম্নবা অমসুং জানকীগী মিৎয়েংদা লুনা-চান্না তৌবদুনা ওম্থোক্লা কল্লবা লীরুংদু তাপ পায়খত্তুনা অনিথোক্লা থুদেকখি। মদুদা রাম্না মায়পাক্লে হায়বা ধ্বনিনা মরোল অহুম শনখি অমদি রাম থোইনা হেন্না নীংথিখি। মতুংদা মহারাজ জনকনা রামনচিংবা মচীম্মনাও মরিদা লুহোংবগী হৌনবীদা বার্ত্তন কত্তুনা ফিজেৎ লৈতেংলবী অমদি নীংথিরবী মচানুপী মরি দান তৌখি।

হল্লকপা লম্বেন্দা পরশুরামনা বঘুপতিদা ইবুঙোগী অৱাংবা থাক্কী থৌনা ফবদু ফোঙদোকখি। মতুংদা দশরথনা নিজপুরীদা হল্লক্তূনা মন্ত্রীগা তান্নদুনা মক্তুবা মঙাল ওইবা সীতাপতিবু নিংথৌ ওইহন্নবা ৱাখল ফোংদোকখি। মতমদুদা কৈকয়ীনা শৎ-হেক্তা চঙশিল্লক, মরীমতা ময়াম তিন্দুনা থৌবাংলিঙৈ দশরথতা অথিংবা পীখি। মতুংদা মপাবুংগী ৱাশক ঙাক রাম সীতা অমসুং লক্ষ্মণগা লোয়ননা বনদা লেঙখি। ইবুঙোনা লোয়নবা লৈবাক মীয়াম্বু থাদোক্লম, গুহকগী গৃহদা লেঙদুনা নিংথৌগী খুদম পূম্নমক থাদোক্তুনা জটা পুনখি, উকু থোনখি। অদুগী তুংদা জায়া অমসুং মনাওগা লোয়ননা ইবুঙোনা বনদা মুনিশিংগী মতৌগুম লেন্ পূজা তৌনঙাই ওইবিখি। অদুগা পঞ্চবটী বনগী আশ্রমদা লেঙ্ঙক্লগা অৱাবা ফোংদোক্লরবা ভরতপু থেমজনবিখি অমসুং মপাবুং লৈতবগী পাউ ফংলবসু ৱাৎলিবা চহী কয়া চূপ্না তপোবনদা শাংনা লেনখি।

অসিগী তুংদা ইবুঙোনা কামগী তেন্না পাল্লবী, ফজরবী, ফিজেৎ-লৈতেংলবী, মোমোন মিনোকপী রাবণগী মচননা ইবুঙো মঙোন্দা পূক্লিং লৈশিল্লকপা উবদা লক্ষ্মণদা ইঙ্গিৎ তৌখি। মদুদা লক্ষ্মণনা থৌরবা থাঙ্না মাবু ওম্থোকপা শকওই শেন্বিখি। লম্বীদা ইবুঙোনা হিংচাববু হাৎপিরম্মী। রাবণনা লোই চনখ্রবা লাম্মী লীশিং তরামরিগী মপু খর-দুষণবু মনাই-মশনশিং লোয়ননা হাৎখি। মতুংদা সীতাগী পামজবা মতুংইন, খেংলবা সনাগী শজি শাবা হিংচাববু হাৎখি। অদুগী তুংদা রাম অমসুং লক্ষ্মণনা শারম-খোঙ্গুল লীখ্রে খঙদুনা রাবণনা আশ্রমদগী সীতাবু থুনমক হূখি। ঊনাগী খাংপোক্তা সীতা লৈরম্বা উদ্রবদা রামনা 'হা সীতা' হায়না কয়ারক তেংথাদুনা ৱাম্থখি। মতুংদা ঋষিগী আশ্রমদা, চীংগী লোক্লুংদা ঈশিংদা

অমসুং লৈকৃদা মফম কয়াদা সীতাবু থির-থিরদুনা লাকপদা লম্বীদা অশিবগুম তাদুনা লৈরম্বা জটায়ুগা উনখি। মাগী মফমদগী রাবণনা সীতা হূখ্রে হায়বা খঙবা ঙমখি। মপাবুংগা মান্নবা জটায়ুনা মৃত্যু ওইরবদা রাম্না মাগী অশি-থৌরম পাঙবিরম্মী।

সীতা কায়নবদা ৱারবা অথোইবা লীরুং পায়বা রাঘব লক্ষ্মণগা লোয়নননা নৌনা শকখঙ্নবা য়োং তেঙ্গোনগা উনখি। নুমিৎকী মচানুপা বালিগী মনাও সুগ্রীব, নুংশিৎকী মচা মন্ত্রী হনুমানগা উনখি। তুংদা সুগ্রীব অমসুং হনুমান্না হায়জবদগী পাতাল মরোন তরেৎ থিংগাইখি। অদুগা বালিবু তেননা কাপ্তুনা হাৎলগা সুগ্রীবগা মরূপ শানদুনা মাবু য়োংলৈবাক্কী নিংথৌ হাপ্পীরম্মী। মতুংদা পবননন্দন হনুমাননা জানকীবু থিরকপদা জটায়ুগী ৱাফম ওইনা সমুদ্র লানখি অমসুং লঙ্কা লৈবাক চঙখিদুনা অশোকবনদা সীতাগা ৱারী শানরগা নুংঙাইনা অমুক রঘুপতিগী নাক্তা হল্লকখি। রাম হনুমাননা মপাঙ্গন্না হিংচাবা হাৎলম্বা অমসুং লঙ্কা মৈ থারম্বগী ৱারোন খঙ্লবদা অশাউ মপূং ফা, চীংতনা সমুদ্র থিংখি অদুগা য়োং তেঙ্গোনগা লোয়নননা লঙ্কাদা চত্তুনা রাবণ নিংথৌগী কোনুং চেকপন, লাম্বন্নচিংবা থুগায় য়ৈখায়খি। মদুগীতুংদা নরপতি রাম লক্ষ্মণগা লোয়নননা লানদা থোইনা হেন্না কল্লবা লিংলবা লীরুংপায়, অথৌবা তেন অমসুং থাঙ্শাংনা শগোন-শামু-দোলাইগা কোন্ননা কল্লবা হিংচাবশিং হাত্তূনা তমথীবা কালগী লৈতোনগুম নীংথিখি। নল, অঙ্গদ, য়োং নিংথৌ সুগ্রীব, নুংশিৎকী মচা হনুমান, জাম্ববান অমসুং অতৈ মপাঙ্গল কল্ল-কল্লবা য়োংশিংনা উপাল-চীংদুম অসিনচিংবা লংশিন্দুনা অমসুং মাঙ তাকহন্দুনা জনকনন্দিনী সীতাগী অশাউবনা মাঙওইনা, মাঙহন-তাকহল্লম, কল্লবা থৌনা লৈবা হিংচাবা রাবণগী মনাই হিংচাবশিং হাৎলম্মী। অদুগী তুংদা অশাউবনা মরম ওই প্রহস্ত, নিকুম্ভ, মকরাক্ষ, বিকটনচিংবা অরাক-অরাকপা হিংচাবশিংবুসু থৌরবা থাঙ্না কক্তুনা হাৎলম্মী।

অদুগী তুংদা জয় তৌঙমদবা দশানন, লাকঙম-ফাঙমদবা শগোন-শামু-দোলাই তোংবা অমসুং খোঙ্গী ময়াম লোয়নননা লানফমদা থোরক্তুনা য়োং তেঙ্গোনগী সেনাপতি সুগ্রীবগী মবুঙো, লাইগী খূৎলাই থোনবা, মপান নাইদ মতিক-মগুণ চেনবা রঘুপতি রামগী নাক্তা থুংলদুনা খূৎলাই পায় লাম্থেংনবা হৌরম্মী। মতমদুদা রঘুবীর রাম ব্রহ্মাগী বরনা চাউজবা, মপাঙ্গন মথৌনা ফরবা, লানফমদা চীঙ্গুম লেঙদবা অমসুং কল্লবা হিংচাবা তেঙ্গোনগী মপু, মকোক তরা

পানবা রাবণ অমসুং কুম্ভকর্ণবু থৌরবা তেন্না থারম্মী। মতুংদা রাম অমসুং রাবণগী থৌর-থৌরবা তেন ঙাক্তনা অতিয়া পুক্কুপ কুপখি। অতিয়া মকোয় শীনবা থুংনা নোংনা পুক্কুপ কুপথ্রবোই খল্লম্মী। তেঞ্জিনগা-তেঞ্জিনগা থেংনবদা মখোল হৌনা মৈ ফ্রি-ফ্রি হৌ, পাইথোরক্তুনা মখোল হৌবা নোংথাঙ্গুম নীংথিখি। নোংথাঙ্না খেকপগুম লীরী চিংবনা মালেম শীনবা থুংখি অমদি লানফমদু থোইনা অকিবগী মতৌ ওইখি। অদুগী তুংদা লাইয়ামগী মপুমক্লসু কিনফম ওইবা রাবণ সীতাগী অশাউবনা অমসুং রামগী খুৎলাইগী মঙাম্না য়েহত্তুনা লৈমায়থক্তা তাখি।

মদুদা হনুমান থোইনা হরাউজদুনা মৈনা শেংদোক্লবী জানকীবু রামগী নাক্তা কৎলদুনা নিজপুরীদা হল্লকখি। শোরারেনগী ব্রাফমদগী রামনা কিবনাইদবা বিভীষণবু খুদক্তা হিংচাবগী নিংথৌ হাপ্লিরম্মী। মতুংদা য়োংয়ামশিং, রাম, সীতা অমসুং লক্ষ্মণগা লোয়ননা, নুংশিৎনা লিরি-লিরি হুম্, লূরবা ফজরবা পুষ্পক দোলাইদা লেঙখত্তুনা অযোধ্যাদা হল্লকখি।

লম্বীদা লেঙ্ঙকপদা ইবুংঙোনা বনগী মনুং চঙ্লমদাইদা ইবুঙোগী মুনিবেশ অমসুং গুহক চণ্ডালগা মরূপ শানবগী ব্রা নীংশিংবিরম্মী। অযোধ্যাগী মুনিশিংনা লাক্লগা ইবুংঙোগী পূজা তৌরম্মী। মতুংদা মনাই মশন কাঙ্লূপ্পা ইকোয়-কোয়, পূক্লিং নুংঙাইতবনা ব্রারবা ভরতপু থেমজিনবিখি অমদি মমাশিংগী য়াথং ইন, মপাবুংগী সিংহাসন্দা কাহন্দুনা নিংথৌ হাপখি। বশিষ্ঠনচিংবা ঋষিশিংনা ইবুঙোগী অভিষেক তৌখি। শোরারেনগী মতৌগুম লোক পূম্নমক্কী মপু ওইবিদুনা ইবুঙোনা নুংঙাই-য়াইফবা ফংখি।

অসূম্না মপাঙ্গল মথৌনা থোইনা লৈবা রঘুপতি রাম রাজ্য শাসন তৌবা হৌ, প্রজা পূম্বা মতিক-ময়াই চেনবা ওই পানখি। ব্রাহ্মণশিং তত্তনা তপস্যা তৌনখি। পূম্নমক্লা, ইমুং মনুং পরিবার খিবিক লোয়ননা অকি-অখং লৈত মাগী মাগী ধর্মশিং হৌদোক্লখি। নীংথিনা নিয়ম চুম্না নোং চুবনা পৃথিবীনা হরাউজরম্মী। জগৎপূম্বা অফবা লম্বীদা চৎনরম্মী।

মতৌ অসূম্না রঘুপতি ইবুঙো মানা চহী লীশিং তরা ইবুঙোগী নুংঙাইরবা গুণগ্রামদা প্রজাবু লুনা তৌবিরম্মী। ইবুঙো মানা পূক্লিংগী অপাম্বা নীংবা থুংনা ইবুঙোগী চান্নরবী জানকীবু মবুক্লিং হরাউহল্লম্মী অমদি মহর্ষিশিং য়াওনা লন-থুম দক্ষিণা চাউনা কত্তুনা যজ্ঞ কয়া অমসুং অশ্বমেধ যজ্ঞ অহুম্লক কত্তুনা দেবতাশিংদা নীংথিনা তর্পণ কৎলম্মী।

মতুং তারকপদা ইবুংঙো রঘুপতি নুংশি হৈতবা ওইবিদুনা করিগুম্বা মরম অমগী চিন্তা তৌ, জানকীবু বনদা হুঞ্জেকপিখি। মবুকচেন চাউবা বাল্মীকিনা মশানা ইজবা রামায়ণবু নীংশিংদুনা রামগী ব্বারবী চান্নবী জানকীবু মাগী আশ্রমদা পুশিল্লম্মী। আশ্রমদুদা ধারয়িত্রীনন্দিনী সীতা কুশ-লব কৌবা পাঙ্গন থৌনা লৈবা মচানুপা অনী পোকখি। রঘুবীর প্রভুরামগী মফমদা মখোয়না ইবুঙোগী মিংখৈরোন শক শোনখি। অথোইবা মুনি বাল্মীকিনা নুংঙাইবা শরূক ফংজদ্রবী, লাইশিংনা খুরুম্লবী সীতাবু মচা ইবুঙো অনীদুগা লোয়ননা রামগী চরণদা কৎলম্মী। কপ্পদগী হেন্দ্রবী জানকীবু মাঙদা উবদা রঘুপতি প্রভুনা তাকপিরম্মী নহাক আত্মা শুদ্ধিগীদমক অমুক্কা লৈনুং চঞ্খো।

মবুঙোগী ব্বাদু তাবদা সীতা মবুঙোগী পাদ পদ্মদা প্রণাম ভক্তি কৎলগা অপোকপী মমাগা লোয়নর, মণিমুক্তা ইরং লং, পৃথিবী লৈনুংদা চঙখি। অসূম্না জনকনন্দিনী সীতাগী অরোইবা তানখিবদু উবদা, থৌদোক অসিবু নীংশিং-নীংশিং রাম গুরুবশিষ্ঠ, মচীম্লনাওশিং, প্রজা ময়াম অমসুং শঙ্গু শন্নাও খিবিক লোয়ননা, পূক্লিং পেন্না সরযূ তুরেনগী গঙ্গাজল শোল্লগা দিব্য বিমানদা বৈকুন্ঠদা লেঙখি।

কনাগুম্বনা অসিগুম্না নাকোং থুম্বা রামচরিতপু চেকশিন্না তাজরবদি লক্ষ্মীগী মবুঙো পরমেশ্বর প্রভু রামচন্দ্রগী কৃপানা মহাক অপনবা লৈতনা লায়না লায়থুং কোকচগনি, শাগৈ-নাতৈ চাওখৎচগনি অমদি লন-থুম অমসুং স্বর্গনচিংবা লন ফংজগনি। রামচরিত পাজবদা থম্মোই নুংঙাইজগনি, সংসার সমুদ্র কংগনি অমদি থোইদোকপা নুপাথোকপা অরান খুভম ফংজবা ঙমগনি।

# মরিশুবা অধ্যায়

## থা অমসুং নুমিৎকী শাগে শক্-শোনবা

রামগী মচা ইবুঙো কুশ, কুশগী মচানুপা অতিথি, অতিথিগী মচা নিষধ, নিষধগী মচা নভ, নভগী মচা পুণ্ডরীক, পুণ্ডরীকগী মচা ক্ষেমধন্বা, ক্ষেমধন্বাগী মচা দেবানীক, দেবানীকগী মচা হীন, হীনগী মচা পারিপাত্র, পারিপাত্রগী মচা বলাহক, বলাহকগী মচা অর্ক, অর্কগী মচা রজলাভ, রজলাভগী মচা খগন, খগনগী মচা বিধৃত, বিধৃতগী মচা হিরণ্যলাভ, হিরণ্যলাভগী মচা পুষ্প, পুষ্পগী মচা ধ্রুব, ধ্রুবগী মচা স্যন্দন, স্যন্দনগী মচা অগ্নিবর্ণ অমদি অগ্নিবর্ণগী মচা শীঘ্রনি। কন-থৌবদা লাম্বা লৈতবা শীঘ্র হায়বসিমক ঐগী পাবুংনি। ইমিংনা মরু। কনানা ঐবু বুধ, কনানা সুমিত্রসু কৌনৈ। নুমিৎ মতম অসুক কুইনা ঐহাক কলাপ খুঙ্গংদগী হৌনা তপস্যা তৌজরকপনি। সত্যবতীগী মচা ইবুংঙো ব্যাসগী মফমদগী ইবুঙোনা অবতার ওইরককনি হায়বগী মরম তাজদুনা কলিগী চহী লক্ষ অমা চুপ্লা ঙাইজরবা তুংদা চরণনাক্তা য়ৌজরক্লিবসিনি। ইবুঙোদি পরমাত্মানি। শ্রীচরণ নাক য়ৌজরগা মপোক কোটীগী পাপ্ কোকচৈ, ধর্ম চাওখচ্চৈ, মিং চচ্চৈ অমসুং অপাম্বা খিবিক

নীংবা থুংজে।

কল্কিনা হায়— ঐ হৌজিক নঙগী বংশাবলী তাবদা খঙলে, নহাক সূর্য্যবংশদা পোকপা নিংথৌনি। অদুগা নহাক্কা লোয়নরকপা গুণ লৈবা, মহাপুরুষমতৌ মানবা অসিনা কনানো?

কল্কিগী থুম্লবা ৱাদু তাবদা দেবাপিনা নোল্লুক্না হঙ্গৎখি— প্রলয়গী অরোইবদা ইবুঙোগী খোয়দৌ থম্বান্দগী ব্রহ্মা পোকখিবনি। ব্রহ্মাগী মচানুপা অত্রি, অত্রিগী মচা চন্দ্র, চন্দ্রগী মচা বুধ, বুধগী মচা পুরুরবা, পুরুরবাগী মচা নহুষ, নহুষগী মচা যযাতি, যযাতিগী নুপী অহন দেবযানিনা যদু অমসুং তুর্বসু কৌবা মচানুপা অনী পোকখি। অদুগা অতোপ্পী শর্মিষ্ঠানা দ্রুহ্যূ, অনু অমসুং পুরু কৌবা মচা অহুম পোকখি। লৈশেম্মকপা মতমদা তামস অহঙ্কারদগী পঞ্চ ভূত পোকখিবগুম যযাতিসু মচা মঙা পোকখি। পুরুগী মচা জন্মেজয়, জন্মেজয়গী মচা প্রচিন্বান, প্রচিন্বানগী মচা প্রবীর, প্রবীরগী মচা মনস্যু, মনস্যুগী মচা অভয়দ, অভয়দগী মচা উরুক্ষয়, উরুক্ষয়গী মচা ত্র্যরুণি, ত্র্যরুণিগী মচা পুষ্করারুণি, পুষ্করারুণিগী মচা বৃহৎক্ষেত্র, বৃহৎক্ষেত্রগী মচা হস্তী। হস্তী কৌবা নিংথৌসিগী মিং লৌদুনা হস্তিনাপুর নগর শেমখিবনি। হস্তীগী মচা অহুমনি। মমিং অজমীঢ়, অহিমীঢ় অমসুং পুরমীঢ়। অজমীঢ়গী মচানুপা ঋক্ষ, ঋক্ষগী মচা সংবরণ, সংবরণগী মচা কুরু, কুরুগী মচা পরিক্ষিৎ, পরিক্ষিতকী মচানুপা সুধনু, জহ্নু অমসুং নিষধনি। সুধনুগী মচা সুহোত্র, সুহোত্রগী মচা চ্যবন, চ্যবনগী মচা বৃহদ্রথ, বৃহদ্রথগী মচা কুশাগ্র, কুশাগ্রগী মচা ঋষভ, ঋষভগী মচা সত্যজিৎ, সত্যজিৎকী মচা পুষ্পবান, পুষ্পবানগী মচানুপা নহুষনি। বৃহদ্রথগী অতোপ্পী নুপী অমগী গর্ভদা য়েক্লবা নৈহৎপা ঙম্বা জরাসন্ধ পোকখি। জরাসন্ধগী মচা সহদেব, সহদেবগী মচা সোমাপি, সোমাপিগী মচা শ্রুতশ্রবা শ্রুতশ্রবাগী মচা সুরথ, সুরথগী মচা বিদুরথ, বিদুরথগী মচা সার্বভৌম, সার্বভৌমগী মচা জয়সেন, জয়সেনগী মচা রথানীক, রথানীকগী মচা শাউগনবা পৃকচেন চেনবা যুতায়ু। যুতায়ুগী মচা দেবাতিথি, দেবাতিথিগী মচা ঋক্ষ, ঋক্ষগী মচা দিলীপ, দিলীপকী মচানুপা প্রতীপক। হে ঈশ্বর! ননাই ঐহাক প্রতীপককী মচানুপা দেবাপিনি। ননাই ঐনা শান্তনুদা ইরৈবাক কখোল্লম্লগা কলাপ গ্রামদগী হৌনা পৃক্লিং অনী লোঙদনা মতম কুইনা তপস্যা তৌজরকই। হৌজিক ইবুঙোবু দর্শন ফংজগে হায়না য়ৌজরক্লিবসিনি। ঐনা মরু অমসুং মুনি খিবিক লোয়ননা ইবুংঙোগী চরণ থম্বাল ফংজররে। মসিনা ননাই ঐখোয় অমুক হন্না মতমগী

তমথীবা খায়াত্তা তাররোই। ঐখোয় আত্মতত্ত্বজ্ঞান খণ্ডজবগী খুভম ফংজরনি।

মরু অমসুং দেবাপিগী ব্রাদু তারগা কমললোচন কল্কি মোমোন নোক, হরাউহল্লা, তাকপিরম্মী— ঐ খণ্ডই, নখোয় অনী অথোইবা ধর্ম খণ্ডবা নিংথৌনি। হৌজিক ঐগী য়াথংনা নখোয় নিংথৌ ওইদুনা নরৈবাক ঙাকউ। মরু, হৌজিক ঐনা প্রজা ব্রাহনবা অমসুং জীবহিংসা তৌবা ধর্ম লৈতবা ম্লেচ্ছশিংবু মাঙহল্লগা নঙোন্দা নশাগী কোনুং অযোধ্যাপুরীদা অভিষেক তৌরগনি। অদুগা রাজর্ষি দেবাপি, ঐনা লানফমদা পুক্কস চণ্ডালশিংসি হাৎলগা নহাকপুসু নশাগী কোনুং হস্তিনাপুরদা রাজ অভিষেক তৌগে। ইশামক মথুরা নগরদা লৈরগা নখোয়গী অকি-অখং কোকহনগে। ঐনা শব্যাকর্ণ, উষ্ট্রমুখ, একজঙ্ঘ অমসুং বিনোদয়খোয়সি হাৎলগা সত্যযুগ লিংখৎলগা প্রজাপালন তৌগনি। নখোয়সু লাইনীংফিজোল অমসুং ব্রত থাদোক্তুনা দোলাই তোংখৎলো। মরমদি নখোয় খূজূ-খূৎলাই শীজিন্নবা হৈবা অমসুং মহারথী অথোইবা লাম্মী ঙাক্লি। নখোয়নী ঐগা লোয়ননা কোয়না চৎমিন্নগনি। মরু, বিশাখযূপ নিংথৌগী নোল্লুকপী, ফজবদা লাম্বা লৈতবী, নীংথিজবী মচানুপীদুগা নহাক্কা লুহোংগনি। অদুগা দেবাপি, নহাক্কা রুচিরাশ্বগী মচানুপী শান্তাগা হোঙসি।

মরু, দেবাপি অমসুং মুনিশিংনা কল্কিগী হরাউনীংঙাই ওইবা ব্রাদু তাবদা থম্মোয় ঙক্লা চিংনবা লৈতনা লেপ্লখি-মহাকসিদি হরি কৌবা ঈশ্বরমক্লিদনা!

কল্কিনা চিংনদ্রবা ব্রাফমসি হায়বগা আকাশতগী ফজরবা দোলাই অনীখক কুমথরকখি। দোলাই অনীমক নুমিৎকুম পূন্নং-লং অয়াম্বা মণিমুক্তা লৈতেংদুনা শেমশা অমসুং লংলবা লাইগী খূৎশু-খূৎলাইনা পীক থল্লি। বিশ্বকর্মানা শাবা দোলাইদু সভা ময়ায় য়ৌরকপা উবদা মুনি, নিংথৌ অমসুং সভাদা তিল্লিবা পূন্নমক হরাউনখি। 'মসিবু করিনোনে' হায়দুনা অঙকপা ফোঙদোক্লখি।

কল্কিনা হায়রম্মী— খ্বাই ময়াম্না খঙনরবনি মদুদি নখোয় অনীমক নিংথৌ ঙাক্লি অমদি লৈবাক ঙাক্লবা অমসুং পৃথিবী পালনগীদমক নুমিৎ-থা, শোরারেন, যম অমসুং কুবেরগী অংশনা লাংওল্লকপনি। হৌজিকফাওসি নখোয় নশা-নশাগী শকফম লোত্তুনা লৈরুবনি। হৌজিক ঐগা লোয়ননবা মফমসিদা লাক্লবনি। হৌজিক ঐগী য়াথংনা ইন্দ্রনা পীবা দোলাইসিদা তোংখৎলো।

পদ্মাপতি জগৎকী মপু সনাতন কল্কিনা ব্রাসি হেক তাকপিবগা লাইয়াম্না লৈগী নোং চুহল্লকখি। মুনিশিংনা মাঙওইনা চেকশিন্না স্তব তৌনখি। জাহ্নবী

গঙ্গাজলগা ঈন্নাইনা, ঈচোৎনরবা মহাদেবগী লাইবক্কী বিভূতি মরীক্না নীংথিবা অমসুং পার্বতীগা হকথেংনবদা মঙ্গলগী মশক ওইরবা নুংশিৎনা লিরি-লিরি হুন্নম্মী।

মতমসিদা ভিক্ষারী অমা লাক্লুনা থুংলখি। মহাক মশাদা হরাউবগী খুদম উৎপা উই। মঙান্দি ফৃদোংলবা সনাগী মতৌনি, লংই। ধর্মগী অরেপ্পা তৃঙ্নফম ওই। থোইদোক্না পূক্লিং হূরবা ফিজেৎ-ফিগায় শেৎ, খৃত্তা চৈশু পায় অঙকপনি জগত্তা লৈরোই মহাক্তু। মশাদগী হুন্নকপা নুংশিৎনা পাপ কোকপা ঙমই। সনককী মতৌগুম মহাক মতিক মঙান মপূং ফানা লৈ অমদি নযন অনীদুনা থম্বান মাল্লি।

# মঙাশুবা অধ্যায়

# সত্যযুগ লাকপা

সূত মুনিনা হায়— ভিক্ষারীদু হেক উবমক্তা কল্কি, সভা মীয়াম ঙন্নমক ফূক-ফূক হৌগত্তুনা পাদ্য অর্ঘ্য অমসুং আচমন্নচিংবা পোৎলম্না মাগী পূজা তৌখি। মতুংদা ইবুঙোনা আশ্রমদুগী পূজ্য ভিক্ষুক ময়ামদু লেঙশিলহল্লগা হঙ্গৎলম্মী—ঐগী লাইবক ফবনা নহাক্না মফমসিদা য়ৌবিরকপা নহাক কনানো? মীওইবশিংগী পাপ চেন্দনবা অমসুং খ্বায় পূন্নমক্কী নীংথিনা চান্নবা মাতনা তাইবংপানবু কনবিনবা পৃথিবীদা খোঙদাবিরকপোই!

লম্বোইবদুনা হায়খি— হে লক্ষ্মীনাথ, ঐহাক ইবুঙোগী অমত্তা ঙায়রবা সত্যযুগনি। ইবুঙোগী অবতার অমসুং বৈভব দর্শন ওইজগে হায়দুনা ননাইনা মফমসিদা লাকচবনি। ইবুঙোদি মিংথোল লৈতবা মতমগী মশক্তি। হৌজিকসু মিকূপ, পুংজা, লগ্ননচিংবা শরূক-তাংকক কয়া থোনবনা ইবুঙোনা মিংথোন নাইবা ওইবিবনি। ইবুঙোগী মায়ানা জগৎপূম্বা শেম্বিবনি। ইবুঙোগী নাক্ নক্না অহিং-নুংথিন, থাখায়-থাবুম, ঋতু, চহী, যুগ অমসুং মনু তরামরি-পূন্নমকসি

নিয়ম কায়দনা চৎলিবনি। অহানবা স্বয়ম্ভূব মনু অনীশুবা স্বারোচিষ মনু, অহুমশুবা উত্তম মনু, মরিশুবা তামস মনু, মঙাশুবা রৈবত মনু, তরুকশুবা চাক্ষুষ মনু, তরেৎশুবা বৈবস্বত মনু, নিপানশুবা সাবর্ণি মনু, মাপনশুবা দক্ষপাবর্ণি মনু, তরাশুবা ব্রহ্মসাবর্ণি মনু, তরামাথোইশুবা ধর্মসাবর্ণি মনু, তরানিথোইশুবা রুদ্রসাবির্ণি মনু, তরাহুমদোইশুবা শীম্পুংনা মমিং চৎপা বেদসাবর্ণি মনু অমসুং তরামরিশুবা ইন্দ্রসাবর্ণি মনুনি। ময়ামসিনা তাইবংমশক, শকওই মিংলেন খায়দোক্তুনা পূন্না হঙ্গৎহন্দা চৎলিবনি অদুগা ফোংদোকপা নাইরিবনি। লাইগী কুম্বারোন্দা চহী লীশিং তরানা যুগ মরি শাই। চহী লীশিং মরি, লীশিং অহুম, লীশিং অনী অমসুং লীশিং অমগী খুজিংদা সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলিযুগ খায়রিবনি। যুগ মরিসিগী অহানবা সন্ধ্যাদা চহী লীশিং মরি, অহুম, অনী অমসুং অমনি অদুগা অরোইবা সন্ধ্যাগী চাংসু সিগা চপ্ মান্নে। মনু খূদিংমক যুগ হুম্ফুতরামাথোই পৃথিবীদা চারিবনি। মনু খূদিংমক য়াওল অসি ওল্লিবনি। মনু ময়ামসিনা পুরিবা মতম অদুকপু ব্রহ্মাগী নুংথিল অমা অদুগা অহিং অমগী মতমসু চপ্ মান্নে। অসূম্না মতমনা অহিং-নুংথিন, থাখায়, থাবুম, ঋতু, চহীনচিংবা মিংথোন নাইদুনা ব্রহ্মাগী পোকপা-শিবনচিংবা পাঙলিবনি। ব্রহ্মাগী চহী চামাশুবদা ইবুঙো নঙোন্দা পূল্লোই লোইবনি অদুগা প্রলয়গী অরোইবদা অমুক ইবুঙোগী খোয়দৌ থম্বান্দগী পোক্লকপনি। ময়ামসিগী মনুংদা ঐহাক কালগী অংশ কৃতযুগনি। ঐগী খুদুম্না অথোইবা ধর্ম য়োকখৎলিবনি। প্রজাশিংনা ঐগীদমক ধর্ম লিংবনা তৌজমন ওইবনি হায়দুনা সত্য ঐনা কৃতযুগ হায়না ইমিং চচ্চবনি।

মনাই মশনশিং লোয়ননা কল্কিনা কৃতযুগকী ৱাদু তাবদা হায়নীঙাই লৈতনা নুঙাইখি। সত্যযুগ লাকপদু উবদা কলি হাৎপা ঙম্বা কল্কিনা কলিনা পানবা বিশসন কৌবা লৈবাক্তা লালহৌনীংবা লাম্মীশিংদা হায়খি— শগোন-শামু-খোঙমী লাম্মী অমসুং সনাগী অঙকপা লৈতেংনা লৈতেংলবা, খূজূ-খূৎলাই পায়বা হৈরবা অমসুং লান্দা হৈশিংলবা লাম্মীশিং পুথোরকউ অদুগা মশীং থীয়ু।

# তরুকশুবা অধ্যায়
# কল্কি লান্মীগী লাঞ্জাও

সূতনা হায়খি— মরু অমসুং দেবাপি লুহোংলবা তুংদা কল্কিগী ব্রাদু তাদুনা দোলাই তোংদুনা মাঙদা থুংলখি। মখোয়নিমক মশীং লাকঙমদবা লান্মী লোয়নৈ অমসুং মখল-মখা খুৎলাই পায়বনি। মখোয় মহাবীরনি হায়না নাপন তৌরম্মী। মখোয় মখূত্তা খূৎলাই অমসুং মশা অপূম্বা কবচনা য়োমশিল্লি, খূৎশাদা খুদোপ, মকোক্তা অমুবা লুহুপ অমসুং অথোইবা লীরুং পায়বশিং তেঙ্গোল অক্ষৌহিনী তরুক্না পৃথিবী থক্-থক্ নীকহল্লম্মী। নিংথৌ বিশাখযূপনা শামু লক্ষ অমা, শগোল লক্ষ চামা অমসুং দোলাই লীশিং তরেৎ পূল্লপ পূল্লম্মী। মখোয়দুগা খোঙ্মী লান্মী লক্ষ অনী শেম শাদুনা লীরুং পায়দুনা য়ৌরকখি। মখোয়গী কোয়য়েৎ অমসুং ইন্নফিশিংদু নুংশিত্তা ফ্র-ফ্র হায়রম্মী। সিদা নত্তনা মচু অঙাংবা শগোল লীশিং য়াঙ্খে, ময়াই কাবা শামু লীশিং তরা, দোলাই কয়া অমা অমসুং খোঙমী লান্মী লক্ষ মাপনগসু য়াওরম্মী। অসূম্না লাল্লোইঙম্বা কল্কিনা লাইরৈবাক্তা লাইনিংথৌ শোরারেনগী মতৌগুম লান্মী অক্ষৌহিনী তরাগা লোয়ননা লেঙথোক্লম্মী।

জগদীশ্বর কল্কিনা মচীন্মনাওশিং, মচাশিং, চান্নবশিং অমসুং লান্মী কয়া পুদুনা দিগ্বিজয় তৌগদবগী যাত্রা তৌরকখি।

কল্লবা কলি-মানা মাঙ্হনবা ধর্ম মশামক মতমসিদা ব্রাহ্মণগী ফিজেত্তা থুংলখি। মনাইশিংগী মনুংদা য়াওরন্মী-ঋত, প্রসাদ, অভয়, সুখ, প্রীতি, যোগ, অর্থ, অনহঙ্কার, স্মৃতি, ক্ষেম, প্রতিশ্রয় অমসুং হরিগী অংশ লাইনীং চেৎপা নরনারায়ণ। মখোয়সিগী নুপী অঙাং মচা-মশূশিং খিবিক পুদুনা ধর্মনা থুনমক মফমদুদা লাক্লম্মী। শ্রদ্ধা, মৈত্রী, দয়া, শান্তি, তুষ্টি, পুষ্টি, ক্রিয়া, উন্নতি, বুদ্ধি, মেধা, তিতিক্ষা, হ্রী কৌবা ধর্ম ঙাকপা মখোয় ময়াম মরূপ মপাংশিং য়াওনা কল্কি দর্শন অমসুং মখোয়না তৌগদবা মথৌগী ৱা হঙ্গৎনবা ধর্মগা লোয়ননা মফমদুদা লাক্লম্মী। কল্কিনা ব্রাহ্মণবু উবদা নোল্লুক্লা, হৌনবী চুম্না পূজা তৌদুনা হায়খি— ইবুঙো নহাক কনানো? কদাইদগী লেঙ্ঙকপনো? পুণ্য ময়েং তারবা মীওইগুম নুপী-অঙাং পুদুনা অদোম্না করম্বা নিংথৌনা খুদুম চনখিদুনা লেঙ্ঙকপনো তাকপিয়ু। পাপচেনবনা মায়থীহল্লবা বৈষ্ণব-সাধুগী মতৌগুম নহাক্কী নুপী অঙাংশিংসিনা মপাঙ্গন শোন্না হৈঙমদনা ৱারবোই খল্লি।

কমলানাথ কল্কিগী ৱাদু তাবদা মপু লৈজদ্রবা ৱারবা ধর্মনা মাগী মঙ্গলগীদমক খুমজখি। মবুঙোগী মাঙদা ধর্মনা নুপী-অঙাং, মনাই-মশন ময়াম লোয়ননা খুৎ লোন্নদুনা আনন্দ-স্বরূপ ওইবা থৌজাল হৈবা হরিগী পূজা অমসুং প্রণাম ভক্তি কত্তুনা স্তব তৌখি। মতুংদা হঙ্গৎখি— হে কল্কি, ননাই ঐগী মরম হঙ্গচ্চগে তাবিয়ু। ননাই ঐহাক ইবুধৌ ব্রহ্মাগী মশক লৌ, ইবুঙোগী থবাক্তগী পোকখিবনি। ননাইগী মিং ধর্ম কৌই। ননাইনা জীব পূম্নমক্কী অপাম্বা মনীং থুংহঞ্জে। ঐহাক লাইয়ামগী মকোক্লি। যজ্ঞদা হোম কৎলকপা চাবনি অমদি যজ্ঞগী মহৈঃ পীদুনা সাধুশিংগী অপাম্বা মনীং থুংহল্লি। ইবুঙোগী য়াথং মতুংইন্না ননাইদি তত্তনা সাধুশিংগী থবক্তা তৌদুনা কোয়না চচ্চবনি। হৌজিক শক, কম্বোজ, শবরনচিংবা ম্লেচ্ছ জাতিশিংনা কলিগী অধিকারদা লৈখ্রে। ননাইবু মতমগী মতুংইন, কল্লবা কলিসিনা মায়থীবা পীবিরে। হে জগৎকী তূঙ্নফম ওইবা! সাধুশিংনা হৌজিক সংসার মতমগী মৈরিদা চাক্তুনা ৱানরে। মরম অসিনা ননাইনা ইবুঙোগী চরণনাক্তা য়ৌজরক্লিবসিনি।

ধর্মগী অঙকপা ৱাদু তাবদা কল্কিনা পেনবিদুনা পূম্নমকপু হবাউহন্দুনা তপ্ন-তপ্না তাকপিরকখি— ধর্ম! য়েংউদো। সত্যযুগ থুংলরবনি। মহাক অদো নুমিৎকী শাগৈদা পোকপা নিংথৌ মরুসিনি। অদুগা ঐনা ব্রহ্মানা হায়জবদগী সিগুম্বা

হকচাংসি লৌরিবনি হায়বসি নহাক খঙউ। নহাক্না খঙলে মদুদি ঐনা কীকট দেশদা বৌদ্ধশিংবু নমথখ্রবনি। মখোয় বৈষ্ণব নত্তবা অমদি নঙোন্দা কা হেন্না হৌনদবা তৌবা মখোয়দুবু মাঙহনগে হায়দুনা লাম্মী তেঙ্গোন পুদুনা ঐহাক খোঙ শাল্লিবনি। নহাক হৌজিক অকিবা লৈতনা পৃথিবীদা কোয়না চৎলু। ঐহাক যৌরক্লবা অদুগা সত্যযুগ লাক্লবা মফমসিদা নহাক্কী কিনঙাই করি অমুক লৈরি? নহাক করিগী পঙশিন্দুনা লেল্লিবনো? হৌজিক নহাক যজ্ঞ দান তপস্যা অমসুং ব্রত তৌদুনা কোয়না চৎলু। ধর্ম, নঙদি জগৎকী চান্নবনি। নঙনা নচা অমসুং নরূপ-নপিজাশিং লোয়ননা দিগ্বিজয়গীদমক অমসুং য়েক্লবা নৈহৎনবা যাত্রা তৌ। ঐ নঙগা লোয়ননা চৎকনি।

কল্কিগী ৱাসি তাবদা ধর্ম হায়নীংঙাই লৈতনা হরাউজদুনা মবুংঙোগী ৱাদু কাউদনা কল্কিগা লোয়ননা চচ্চবা পাল্লম্মী। যাত্রা তৌরমদাইদা মহাক্না নুপী অঙাংশিং অমসুং মচা-মনাইশিংবু অথোইবা আশ্রমদা থনম্মী। ধর্মনা লান যাত্রা তৌরকপা মফমদুদা সাধুশিংনা ওক্লম্বদু মাগী ফিজোনঙাক ওনখ্রে। বেদ অমসুং ব্রহ্মনা মহারথগী শক্তম লৌখ্রে। অয়াম্বা শাস্ত্র থিজনগে খনবা ৱাশক্না লিরুং ওই, বেদগী খোঞ্জেন তরেৎনা ওইখ্রে-মাগী দোলাইগী শগোন তরেৎ। ব্রাহ্মণনা সারথি ওইখ্রে অমদি মৈনা মাগী চঙজফম অদুগা লেঙশিনফম আসন ওইখ্রে। অসূম্না ধর্ম সেনাপতিনা অয়াম্বা থৌওং হৌদোক্তুনা মপুংফাবা পাঙ্গল লোয়ননা যাত্রা তৌরকখি। অদুগা কল্কিনা যজ্ঞ দান তপস্যা যম নিয়মনচিংবা পাত্রশিংগা লোয়ননা খশ, কম্বোজ, শবর, বর্বরনচিংবা ম্লেচ্ছশিংবু জয় তৌননবা কলিগী পামজবা লৈফমদা খোঙলেঙখি। কলিগী লৈফমদু ভূত-প্রেতকী লৈফমদৌনা তৌরগা লেঙদনা লৈ। মায়গৈ মরিদা হূই, ক্বাক অমসুং মকুনা পূংয়োম-য়োম অমদি ষনশাগী নমথীবা মনম্না শীনবা থুংই। নুপী নহাশিংগী খৎনলাউনবা, অয়াম্বা অৱা-অনং অমসুং জ্বার শান্নফম ওল্লবা কোনুংদুগী তমথীরবা মশক অদু জগৎনা কিনিংঙাইনি। কোনুংদুগী লৈরিবা খূদিংমক নুপীগী য়াথং ইনবঙাক ওইরম্মী।

কল্কিগী লান যাত্রাগী থৌরাংদু তাবদা কলি শাউদুনা মচা মশু ময়াম পুদুনা মকুতোংবা ফিরান থেৎপা দোলাই তোংদুনা বিশসন নগরদগী থোরকখি। ধর্মনা কলিবু উবদা কল্কিগী য়াথংনা মরম ওই, ঋষি ময়ামগা লোয়ননা মাগা লাম্বেংনখি। ঋতগা দণ্ডগা শোক্লবা হৌখ্রে, অভয়গা ক্রোধগা, সুখগা ভয়গা লান হৌনখ্রে। নিরয়না প্রীতিগী নাক্তা চঙশিল্লবা, খূজূ-খূৎলাই মখল মখা পায়নদুনা লান

শোক্লখ্রে। আধিনা যোগগা, ব্যাধিনা অকনবা ক্ষেমগা পাদুনা থেংনখ্রে। গ্লানিগা প্রশ্রয়গা, জরাগা স্মৃতিগা পাদুনা থেংনখ্রে। অসূম্না য়াম্না শাথিবা অমসুং অকনবা লাঞ্জাও হৌনখ্রে। ব্রহ্মানচিংবা লাইয়াম্না লান অদু য়েংগদবগী মখোয়গী মতিক ময়াই লোয়ননা অতিয়া লম্বেন্দা লেঙথোক্লরকখি।

মরুনা থোইনা কন-থৌরবা খশ অমসুং কম্বোজগা লোয়ননা লাম্থেংনখি। দেবাপিনা চীন, বর্বর অমসুং মখোয়গী মনাই মশনশিংগা লোয়ননা লাঞ্জাও হৌখি। নিংথৌ বিশাখযূপনা পুলিন্দ অমসুং শ্বপচগা লোয়ননা লূম্ল-লূম্লবা লাইগী খূৎশু-খুৎলাইশিং পায়নদুনা লাম্থেংনখি। অদুগা কল্কিনা মাগী লাম্মী লোয়ননা মখল-মখনগী খূৎলাইনা কোক-অমসুং বিকোকগা লোয়ননা অকনবা লাঞ্জাও থেংনখি। হায়রিবা হিংচাবা অনীসি ব্রহ্মাগী বরনা য়াম্না নাপন কারম্মী অদুগা হিংচাবশিংগী মনুংদা মখোয়সিনা অথোইবনি, অহেনবনি অমসুং লান্দা য়াম্না হৈশিংবা ঙাক্লি। মখোয়নী অমত্তা ওইনা মপাঙ্গল কল্লম্মী অমসুং লাইয়ামশিংবুসু কিবা হেলহনখি। মখোয়নীগী মশাদু বজ্রগী মতৌগুম্না কল্লম্মী অদুগা দিগ্বিজয় ঙম্বা ঙাক্লি। মচীন্মনাও অনীনা পূন্না লান তৌবদা অশিবফাওসু জয় তৌবা ঙম্মি। মখোয়নিনা মপাঙ্গল থোইনা কনবা তেঙ্গোল লাম্মী কয়াগা পূন্না খোঙথাং লৈনা গদা খূত্তা পায়, লান শোক্লবা হৌরকখি। কল্কিনা মাগী লাম্মী লোয়ননা কোক অমসুং বিকোক্কা অকনবা লঞ্জাও কন্না হৌনখি। শংগোন্না খেক্লকপা মিং হেঁ---, শামুগী খোঞ্জেন ওঁ--- অমসুং য়াথিন্নবগী শব্দ, লীরুং-লীরী চিংবগী খোঞ্জেল, অকনবশিংগী শয়েং পাম্বোম ঙাবগী শব্দ, খূত্তুম্না পোপ্ পোপ্, খূপ্লাক্লা শেৎ-শেৎ থানবগী অকনবা খোঞ্জেন্না হৌনা মায়গৈ তরা পূম্নিন নিনখি। কনা অমত্তা নাম্থোকনবা ঙম্নখিদে। লাইয়াম্মক্লসু কিদুনা ওম্থোক্লা ৱানা আকাশতা লম্বী শেরান্নন চৎনখ্রে। লান্দুদা পাশ কৌবা খুৎলাই, চৈতূপ, থাঙপাক, শক্তি, ঋষ্টি, তাপাক, গদা, তেন্নচিংবা খূৎলাইশিংনা অকনবা কোটি চামগী, মপাম্বোম, মখোঙ অমসুং মখাংনা মতূপ-মতূপ, মতৎ-মতৎ তত্তুনা লানফমদু পূংকূপ কূপখি।

# তরেৎশুবা অধ্যায়
## কোক অমসুং বিকোকনচিংবা হাৎপা

উগ্রশ্রবানা হায়খি— মতৌ অসূম্না লাঞ্জাও হৌদুনা ধর্মনা থোইনা শাউনা সত্যযুগকা লোয়ননা পূল্লপ কলিগা কন্না লান শোক্লরমই। ধর্ম অমসুং সত্যযুগকী অকিবা ফংবা তেন্না মায়থীবা পী, কলি গধা তোংবা হুন্দোক্লম মাগী কোনুংতান্না চঙশিনখি। মাগী মকুগী দোলাইদু পূমতোই তোইখ্রে, মশা অপূম্বা ঈখেং ওরোরো চেন্থখি, মশাগী ঈহিং-নাহিং নমম্না হূঁ-হূঁ, অকিবা মায়থোং ওই য়াওঙশঙদা চঙশিনখ্রে। শাগৈগী মৈতাল অশিবা, কান্নদবদা নাপন কাবা সম্ভোগ লৈতবগী তেন্না থাদুনা মবুক্লিং ৱানা মশাইকোন্দা চঙখ্রে। লোভবু প্রসাদনা মমিংতা মঙায়হনখ্রে। গদানা থাবদা মকোক পূঙ্কায় কায়খ্রে অমদি মাগী হূইগী দোলাইদু তোইবদগী মদু হুঞ্জেক্লম্লগা ঈ ওনা-ওনা চেনখ্রে। অভয়গা লাম্থেংনবদা ক্রোধ মায়থীখ্রে। মমিৎ অনীদু পূংমম মমখ্রে অমদি নমথীরবা উতীনগী দোলাই তেকখিবদগী মদুসু হুন্দোক্লম্লগা বিশসন নগর মনুংদা চঙশিনখ্রে। প্রীতিনা খূত্তূম্না শুবদা নিরয় ৱানা যম লৈবাক য়ৌখ্রে। আধি-ব্যাধিনচিংবা পূম্নমক কৃতযুগকী তেনগী চৈনানা নাদুনা মাগী-মাগী

বাহন হুন্দোক্লম, ৱানা কিনা লৈবাক-লৈবাক কয়াদা চেন্নখ্রে।

অদুগী তুংদা ধর্মনা কৃতযুগকা লোয়ননা পূন্না কলিগী কোনুং বিশসন নগরদা চণ্ডশিনখ্রে, অদুগা তেনগী মৈরিনা কলিগা লোয়ননা সহর অদুসু তুম্না চাকহনখ্রে। কলিগী মশা অপূম্বা পূমচাক চাকখ্রে। নুপী অঙাংশিংসু যমালয় পাংখ্রে। মতোমদা ওম্থোক্লা তোন্না কপ-কপ্তুনা উনরোইদবা অতোপ্পা লৈবাক্তা চেনখ্রে।

অসোমদা মরুনা দিব্যাস্ত্রগী মঙান্না শক অমসুং কাম্বোজবু লৈমায়দা থাদখ্রে দেবাপিনসু শবর, চোল অমসুং বর্বরবুসু মরুফুক্লা মাঙহনখ্রে। মতিক মঙাল লৈবা অথোইবা নিংথৌ বিশাখযূপনা দিব্যাস্ত্র লংশিন্দুনা পুলিন্দ অমসুং পক্কসবু মায়থীবা পীখ্রে। লূ-হেন্না খঙহৈবা বিশাখযূপনা অরৎপা লৈতনা থাঙ্না য়াম্দুনা অমদি মখল-মখা অয়াম্বা খূৎলাইনা নোং চুহন্দুনা য়েক্লবশিংবু হাখরম্মী। অসূম তৌনা য়েক্লবা লাম্মীশিং অয়াম্বা হাৎখ্রে।

গদাগী লান হৈরবা কল্কিনা গদা খূত্তা থোন, লোক অপূম্বা অকিবা পোকহন্না কোক অমসুং বিকোকগা লান থেংনখ্রে। মচীম্মনাও অনীসি বৃকাসুরগী মচানি অদুগা শকুনীগীনা মশূ। থায়ন মমাঙঙৈদা হরিনা মধু অমসুং কৈটভগা লাম্থেংনখিবা অদুগুম্না কল্কিসু মহাবীর অনীদুগা লাঞ্জাও হৌনখি, অদুবু মখোয়গী গদানা থারকপদা কল্কিগী দেহপূম্বা তেকখ্রবোই, খূত্তগী গদা নাম্থোকখিদুনা লৈমায়দা তাখ্রে। উবদা পূম্নমক ঙক্লখি।

অদুগী তুংদা মরোল অহুম জয় তৌবা ঙম্বা, পাম্বোম পাঙ্গনবা জগৎপতি বিষ্ণুনা শাউদুনা ভল্লবান কৌবা তেন্না বিকোকগী মঙক থবৎ ককখি। মহাবল বিকোক শিরবোই নীঙই, অদুবু ময়াম্বনা হেক য়েঙকপদা শিদুনা তারম্বদগী ফুক হৌগৎলকখি। মদু উবদা লাইয়াম্না অমসুং য়েক্লবা অকনবা হাৎপা ঙম্বা কল্কিনা থোইনা হেন্না ঙক্লখি। গদা পায়বা কোকনা বিকোকবু অমুক হন্না হিংগৎহনবসি খঙবদা কল্কিনা কোকপুসু মঙক ককখি। কোকসু শিরবোই নীঙই, অদুবু মাসু বিকোকনা হেক্তা য়েংঙকপগা অমুক হিংগত্তুনা ফুক হৌগৎলকই।

ওন্নীংবদা ওনবা ঙম্বা, মপাঙ্গন কনবা কোক-বিকোক অমুক পূন্না কাল অমসুং অশিবগী মতৌগুম্না কল্কিগা লান হৌনখ্রে। থাঙ-চূঙ্গোয় পায়নদুনা মখোয়না হন্ন-হন্না কল্কিদা য়ানশিল্লকখি। কল্কি শাউদুনা তেন্না মখোয়নিগী মঙক থবৎ-থবৎ ককখি। অদুবু, অমুক্কা মখোয়নিগী মকোক্তু শৌজন্নখিবা উবদা কল্কি থোইনা চিন্তা তৌখি। কোক-বিকোক হাৎলকপদু উবদা কল্কিগী শগোন্না কন্না কাওশিল্লম্মী।

শগোন্না কাওবদা কাল কৌবা লাইগুম থৌর, কোক-বিকোক মমিৎ ঈমুক ঙাং, অশাউবনা থন্না মঙোন্দা তেন্না কাপ্লকখি। মদুদা শগোন্না শাউদুনা কোক অমসুং বিকোকগী পাম্বোম মরুদা চীকখি। মখোয়গী পাম্বোম শরূ পূমতোই তোইখ্রে। পাম্বোম ফাবী তৎখ্রে অদুগা লীরুংসু তেকখ্রে। অঙাংনা ষণমমৈ পায়বগুম মখোয়নীসু শগোন মমৈদু য়াল্লম্মী। মদুদা শগোন্দুনা অমুক্কা শাউদুনা খুদুং অনীদুনা বজ্রগী মতৌগুম মথবাক্তা তিংখত্তুনা কাওশিনখি। কোক-বিকোক ব্রাম্বদুনা শমৈ থাদোক্লগা তুখ্রে। তৌইগুম্বসুং মিকূপ্পদা হৌগৎলক্তুনা কল্কি উবদদা শেংনা অমুক লাম্থেংনশি কৌথোকখি।

মতমসিদা ব্রহ্মানা কল্কিগী নাক্তা লাক্তুনা মখূৎ লোন্ন তপ্ন-তপ্ন হংগৎখি- কোক-বিকোক হায়বসিদি খূৎলাইনা হাৎপা ঙম্মোই। মতম অমত্তদা খূৎনা ফুদুনা অনীমক হাৎলবদি শিগনি। মখোয়নীসি অমনা হেক য়েংবদা অমদু শিরোই। ইবুংঙোনা মসি খঙবিদুনা অনীমকসি পূন্না হাৎপিয়ু।

ব্রহ্মাগী ব্রাসি তাবদা কল্কি বাহন অমদি খূজূ-খূৎলাই থাদোকখ্রে। মতুংদা মীহাৎপা হিংচাবা অনীদুগী মরক্তা খজিক চঙশিল্লক শাউদুনা অমুক্তা বজ্রগা মান্নবা খূত্তুম্না হুম্তিক শুথবদা অনীগী মকোক পূক্কায় কায়খি। স্বর্গদা লাইয়াম্মক্লা কিনরবা পূম্নমক হাৎপা ঙম্বা হিংচাবা অনীদুনা মতোন নীঙ্খায়খ্রবা চীংদুমগুম মকোক কায়দুনা লৈমায়দা তুখ্রে। অঙকপা থৌওংসি উবদা গন্ধর্বশিংনা ঈশৈ শকখি, অপ্সরানা জগোই শাখি। মুনিশিংনা স্তব হৌনখি অমদি দেবতা, সিদ্ধ অমসুং চারণশিংনা মবুক পেন্না লৈগী নোং চুথহল্লকখি।

কোক-বিকোক শিবদু উবদা কবিনা হরাউদুনা অমসুং থৌনা হাপকত্তুনা লাইগী খুৎলাইনা শগোন-শামু কোন্ননা অকনবা মহারথী লীশিং তরা মথন্তনা হাৎখি।। লানফমসিদা প্রাজ্ঞনা লাম্মী লক্ষ অমা হাৎখি। সুমন্ত্রগী মখূত্তসু দোলাই তোংবা লাম্মী লীশিং কুন্মঙা শিখি। অসূম্না গর্গ্য ভর্গ্য, বিশালনচিংবা অকনবশিংনসু শাউদুনা ম্লেচ্ছ বর্বর অমসুং নিষাদশিংবু হাৎখি।

অসূম্না কল্কিনা নিংথৌশিং লোয়ননা য়েক্ল-তেঙ্গোন পূম্বা পূন্না মায়থীবা পীরগা শয্যা কর্ণনা পানবা ভল্লাট নগর জয় তৌনবা যাত্রা তৌখ্রে। অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোল ইবুঙোগা লোয়ননা খোঙশানখি। অয়াম্বা পূং-শেন কয়া য়ৈ, খূৎলাই মখল-মখা পায় ফিজেৎ লৈতেংলদুনা মীয়াম্না মখোয়গা লোয়ননা চৎনখি। বাহন মখল-মখা কয়াসু। মায়গৈ মরিদা চামর থৌগন তৌখি।

# নিপানশুবা অধ্যায়
## শশিধ্বজ অমসুং কল্কি লান্মীগী লান

উগ্রশ্রবানা হায়খি— নারাযণ কল্কি প্রভুনা খূত্তা থাঙ পায়দুনা লান্মী ময়াম লোয়ননা শগোন তোংদুনা ভল্লাট নগরদা লেঙখি। যোগী ভল্লাটেশ্বরনা কল্কিবু জগৎপতি বিষ্ণুনি খঙনা মবুঙোগা লান শোক্লনবগীদমক লান্মীশিং লোয়ননা শাংদারকখি। হরাওজবনা মশা অপূন্বা তুজুংখি। মহাক কৃষ্ণ ভাব নারায়ণ ওইরম্মী, লৌশিং চেনবা, শ্রীমান ওইবা, মরেপ ৱাংবা অমসুং অথোইবা মতীক মঙান্না থনবা ওইবম্মী। মাগী মিং শশিধ্বজ অদুগা মাগী নুপীগী মিংনা সুশান্তা কৌরম্মী। নুপীদু মহাদেবীনি অমসুং বিষ্ণুদা মায় ওনশিনবীনি। সুশান্তা মপুরোইবনা কল্কিগা লান শোক্লনবা থৌরাংবদু উবদা হায়জরম্মী— ইবুঙো মহাক্তি জগৎকী মপু অমসুং পূম্নমক্কী অন্তর্য্যামী প্রভুনি, সাক্ষাৎ নারায়ণনি। অসিগুম্বা কল্কিবু ইবুঙোনা কমদৌনা হাৎকদৌরিবনো?

শশিধ্বজনা— সুশান্তা! ইবুধৌ ব্রহ্মানা মসিমক ধর্মনি হায়না লেপ্লিরম্মী মদুদি লানফমদা হরিগুম্বা, গুরুগুম্বা নত্রগা শিষ্যগী হকচাং ফাওসু পূম্নমক্তা হাৎপা

য়াই। হিংলিঙৈদা রাজ্য ভোগ অদুগা শিরগা স্বর্গদা নুংঙাইবা ভোগ চাজে। মরম অদুনা লান্দা জয় অমদি শিবা হায়বসি ক্ষত্রিয়শিংগী মফমদা চপ মান্ননা নুংঙাইজে।

**জীবতো রাজ্য ভোগঃ স্যাৎ মৃতঃ প্রমোদতে।**

**যুদ্ধে জয়ো বা মৃতুর্বা ক্ষত্রিয়ানাং সুখাবহঃ।।**

সুশান্তানা হায়জখি— বিষয় পান্বা অমদি বিষয়গী অপাম্বা অদুতদা ময়াই কানা ঙাওরবা মখোয়দুতনা লান জয় তৌরগা লৈবাক ফংবা অদুগা শিরগনা লাইগুম ওইবা অদুতবু নিপা থোকপনি খন্নে। অদুবু কনাগুম্বা হরিপদসেবা তৌজবা মহাক্কুগী মফমদদি অনীমকসি সূপ্লে লৈতে। মশাদি সেবকনি, মহাক্না ঈশ্বরনি। মাদি অপাম্বা লৈতবনি, অদুনা মহাক মহৈঃ পীনবগী মপু ওইদে। ফিভমসিদা অনীমক লানগী মওং ওইবা, শুদ্ধাৎপা মতৌ ওইবা থবকসি কমদৌনা ওইবা য়াগদগে?

শশিধ্বজনা হায়খি— ঈশ্বরগা মনাইগদি অৱা-নুংঙাইনচিংবা পূকচেন অনী লোঙবগী ৱাংমদনি। অনীমক শারোয়নগে হায়দুনা মায়ানা দ্বন্দ্ব হায়বসি পোকপনি। মরম অদুনা লান হায়বসি ঐঙোন্দদি লীলাগী মতৌগুম সেবানি হায়না শীংথাগনি। হকচাংদা ফিংগৎপনচিংবা ঈশ্বরগী মায়াগী শরূক ওইবা, অপাম্বগী মতৌ ওইবা হকচাংগী গুণনা করিগুম্বা মাগী মথক্তা থোঙ্গৎলবা তারবদি কাঙলুপ্তুনা করিগী মায়াগী বিষয় পুরোইদগে? ঈশ্বরদি ব্রহ্মগী মতৌ ওইরিঙৈদা ইবুংঙো মহাক ব্রহ্মনি, মীরল্লেনগী হকচাং পুবিবমতৌ ওইরিঙৈদা মীরল্লেন্দা পোকপা ওইবিবনি। মনাই ওইবদুগী খেন্নবা ৱাখল য়াওদবা মহাক্কুগী মপোক্তি মাঙ-তাকপা অমসুং শেমগৎপসু অমত্তগুম্বনি। মপু অমসুং মনাই হায়বসি ভাব অমসুং সেবানি। মসি তশেংবা বিষ্ণুগী মায়ানি। সিগুম্বা অনী লোঙদবগী থৌরাংসি সাধুশিংগী নাকন্দা ধর্ম-অর্থ-কাম হায়বা কাঙলূপ অসি পোকহনবনি। চান্নরবী, অসিননি ঐনা লাম্মী পুদুনা কল্কিগা লান শোক্লবা চৎকে হায়রিবসি। ঙসি নহাক প্রভু কমলাপতি বিষ্ণু পূজা তৌজৌ।

সুশান্তানা হায়খি— ইবুংঙো, ইবুংঙোনা বিষ্ণুসেবা তৌদুনা বিষ্ণুদা তিল্লে হায়বসিদা ঐহাক তৌজমন ফংলে খঞ্জখ্রবনি। মপোক খূদিংমক বিষ্ণু নত্তনা অতৈ পাম্বে অমা লৈতে।

সুশান্তানা নোল্লুক্লা ৱা অসি হঙ্গৎপদা শশিধ্বজ মিৎলু পিরাং ঈহৌনা বিষ্ণুবু নীংশিংজে। মশাবু অথোইবা বৈষ্ণবনি খঞ্জে। মতুংদা থম্মোয় নুংঙাইনা রাণীবু

চেজেৎ কোনবিরগা শ্রীহরিগী মূর্ত্তিদা চঙজদুনা, হরিনাম শোল্ল-শোল্ল, অকল-অথৌ কয়া লোয়ন, লান যাত্রা তৌখ্রে।

কল্কিগী তেঙ্গোন ময়ায়দা চঙশিন্দুনা শশিধ্বজনা কল্কিগী মকোক ওইবা লাম্মী কাঙলূপ থুগাইখি। মহাবীর সন্নদ্ধ, শয্যাকর্ণখোয় খূজূ-খূৎলাই থৌরাং তৌনদুনা মাগা লোয়ননা লাম্থেংনখ্রে। কন-থৌরবা অথোইবা লীরুং পায়বা, অথোইবা বৈষ্ণব শশিধ্বজগী মচানুপা শ্রীমান সূর্য্যকেতু সূর্য্যবংশগী নিংথৌ মরুগা লাম্থেংনখ্রে। সূর্য্যকেতুগী মনাও বৃহৎকেতু মশক - মতৌ ফজৈ অমসুং কোকিলগুম মখোন নুংশি। মহাক গদা-লান য়াম্না হৈরম্মী। দেবাপিগা মাগা পাদুনা শোক্লখ্রে। নিংথৌ বিশাখযূপ শামু তোংদুনা খূজূ-খূৎলাই কয়া লোয়ন, শশিধ্বজ নিংথৌগা লাম্থেংনবা হৌখ্রে। শগোল অঙাংবা তোংবা মখূৎ তেনবা লীরুং পায়বা, থৌনা লৈবা ভর্গ্য কূণ্ডলবা তেল্লক্তা লীরুং পায়বা শান্তগা লাম্বা তৌনখ্রে। অসূম্না তাপাক, প্রাস, গদা, তেন, শক্তি, ঋষ্টি, তোমর, ভল্ল, থাঙপাক, ভুষুণ্ডি অমসুং কুন্ত পায়দনা লান থেংনখি। নিংথৌগী থৌগন পোৎ ফিরান-ফিনা, চূঙ-পে, তোমর, চামর অমসুং হুমাইগকা ময়ামসিনা লানফম ময়ায়দু পূণ্ডমম মন্নল্লী। লাইয়াম্না নোংগী মরুমদা থৈজনবোই লান য়েংনখি। গন্ধর্বশিংনা সাধুগী মতাং হৌর, নুংশিবা শৈরোন শকখি। লোক পূম্নমক অঙকপা লান অসি য়েংবা লাক্লখি। মোইবুং-দুন্দুভিগী খোঞ্জেন, অকনবগী খোল্লাউ, শামুনা খোংবা, শগোন্না খেক্পা অমসুং খূৎলাইশিংনা থেঙ্গাইনবগী মখোন্না পূম্নমক ব্রা ঙাংদনা লৈখ্রবোই নীঙই। লানফমদা কনাগী ব্রা তানরমদে। দোলাই তোংবগা দোলাই তোংবগা, খোঙ্মীগা খোঙ্মীগা, শগোন তোংবগা শগোন্তোংবগা অমসুং শামু তোংবগা শামু তোংবগা লাম্বা থেংনরম্মী। থায়নঙৈদা অদুঙৈ লাইহিংচাবগী লাঞ্জাও হৌখিবা অদুগুম্না, লানসিদসু যমনিংথৌগী প্রজা মশীং হেনগৎখি। শশিধ্বজ অমসুং কল্কিগী সেনাপতিশিং অমদি অতৈ লাম্মীশিংসু মপাম্বোম তৎপা, মখোঙ তৎপা অমসুং মঙক তৎপা য়াও লৈমায়দা প্রো-প্রোপ্ তুনরম্মী। চৈনা ফংদুনা চেন্নবা য়াওই। কনানা লাউই, কনাগুম্বনা খোনফম কায়না অব্রা-খোঞ্জেন্না লাউরম্মী। কনাগুম্বদি মশা অপূম্বা ঈনা ওরোরো চেম্থবা য়াওই। কনা-কনাগুম্বশিংনা মরোনমরোন লোম্নদুনা লৈমায় পুঙ্কপ কুপ্পমখৈ তাদুনা লৈরম্মী। কনানা শগোন-শামুগী মখোঙ নত্রগা দোলাই চাকা নোইদুনা খাঙনৈ। অসূম তৌনা লাঞ্জাও অদুদা অকনবা কোটি লীশিং অমা তুখি। লানফমদু ঈগী তুরেন চেনখি। ঈগী ঈচেন্দুদা হরাউনরম্মী-হিংচা-য়াইতম্বা,

লমহূয়, লাঙজানচিংবা জীবশিংনা। ঈয়ায়দা তাউবা কোয়য়েৎপু কাংঙগুম, শামুবুনা তেনগুম, দোলাইনা হিগুম, পাম্বোম-খোঙ্ অতৎপশিংনা ঙাগুম অমদি থাঙশাংবুনা সনা অতোইবা মানবা লৈঙোয়গুম খল্লম্মী। লানফমদু অকিবগী মশক ওইবা তুরেল অমা হৌরকপগুম ওইখি।

কল্লবা সূর্যকেতুগা মরুগা লানশোক্লরম্মী। কালগী মতৌগুম তমথীরবা সূর্যকেতুনা মরুদা তেন্না থারম্মী। মরুসু তেন তরা সূর্য্যকেতুদা ফরং কাপশিনখি। মরুগী তেন্না পান্দুনা বীর সূর্য্যকেতু খাঙ্ঙমদনা শাউনা মরুগী শগোন পূম্নমক তুম্না হাৎখি অদুগা দোলাইমখৈ মখোঙ্না কাওথেক্তুনা পূমতোই তোইহনখি। অদুগী তুংদা মথবাক্তা গদানা ধঙ লাউনা ফূজনখি। মরু ৱাম্থদুনা তুখ্রে। ধর্ম খঙবা মাগী সারথীনা মবুংঙো মরুবু অতোপ্পা দোলাই অমদা হাপকৎলগা ইরেন্ পুখি।

মপাঙ্গল কল্লবা বৃহৎকেতুনা দেবাপিবু তেন্না পুঙ্কূপ কূপশলহনখ্রে। নুমিৎপু লৈচিন্না খঞ্জিনবগুম তেন্না কূপখ্রবা দেবাপি লীরুং পায়দুনা তেনগী নোং চুশিল্লকপদু মাগী তেন্না ঙাকথোক্লম্মী। অদুগী তুংদা নূংদা ফেঙ্লবা থৌরবা তেন খুবাম কয়ানা বৃহৎকেতুদা কাপশিনখি। বৃহৎকেতুনা উরে, মাগী তা ফাওবা থুদেকপিখ্রে, মদুদা লীরুং অমা তাপ পায়খৎ, লীরী-তেঙ্গা থোং, সনানা তেন্নীংচন, লাঙজামতু থেৎপা, তেঞ্জিন য়োখৌ শঙবা নিশিত কৌবা তেন্না দেবপিদা ফরং কাপশিনখি। দেবাপিনা থৌরবা তেন্না বৃহৎ কেতুগী লাইগী লীরুং থবৎ ককখি। লীরুং ককখ্রবদা বৃহৎকেতু দেবাপি হাৎনবা থাঙ তাপ্ পায়খৎখি, দেবাপিগী শগোন-শামু খ্যাউ। দেবাপি লীরুং শৎ লংশেকখ্রগা য়েক্লবা বৃহৎকেতুদা খুপ্পাক্লা শেৎ অমুক্তং থাজল্লগা মপাম্বোম অনীনা করক লাকশিন্দুনা নুংশি হৈতবা মতৌদা চপ্‌খায়রম্মী। চহী চানিপান শুরবা বৃহৎকেতু অৱা-চৈনা ফং, ৱাম্থদুনা শিবগা মান্ননা তাখ্রে।

সূর্য্যকেতু মনাওগী দশা উবদা দেবাপিগী মকোক্তা খূত্তুম্না পোপ্ দেবাপিসু ৱাম্থদুনা লৈমায়দা তুখ্রে। দেবাপিগী য়েক্লবা সূর্য্যকেতুনা দেবাপি ৱাম্থখিবদু উবদা য়াম্না শাউনা মাগী লাম্মী তেঙ্গোনগী মথক্তা নুংশি হৈতনা তকখায়রকখি।

অসোমদা শশিধ্বজ নিংথৌনা লানফম ময়ায়দা কল্কিবু মাঙওইননা উখি। নুমিৎকুম লং, কুচু মুবা কল্কি ভগবান ব্রহ্মাগুগী অমত্তা ঙায়রবা তূঙ্নফম্নি। ইবুংঙোগী মিৎলু অনীদো থম্বানগী মতৌনি। পাম্বোম অনী নোয়-নোয়, সনা ফিগে থোনবা অদুগা নিংথিবা মুকুট। অয়াম্বা মণি-মুক্তানা লৈতেংবা শ্রীঅঙ্গগী নীংথিবদো, ইবুংঙো মানা লোক পূম্নমক্কী মিৎফম অমসুং থম্মোইগী অমম্বা খিবিক

কোকহনবিবনি। ইবুংঙোগী মাযগৈ মবিদা বিশাখযূপনচিংবা নিংথৌশিং অমদি ধর্ম অমসুং সত্য যুগনা ইবুংঙোগী পূজা মপূং ফানা তৌবম্মী।

# মাপনশুবা অধ্যায়

## ধর্ম, কল্কি অমসুং কৃতযুগ পুরকপা

উগ্রশ্রবানা হায়খি— শশিধ্বজ নিংথৌনা নীংথিবা শগোন তোং, খুত্তা থাঙ পায় মপৃং ফানা লাঙঙোনবা কল্কিগী থম্মোয়দা পৃক্লিং লৃপথনা খন্থবা মতৌদু উবদা খনখি-জগৎকী মপু ওইবা মহাক অসি লীরুংতেন কয়া লোয়ন, নিংথিজবা ফিজেৎ-লৈতেংবা শ্রীঅঙ্গ লৌবিদুনা পাগকী মৈচাক কোকপিগে হায়না লাঙবিরবনি। মশা তুজুং পোক্লা, পরমাত্মা ওইবা ইবুঙো মাগী মফমদা হঙ্গৎখি— ইবুঙো, কমল নেত্র! থাবিয়ু ননাইগী থম্মোয়দা। তেন কাপ্লা চিংনবিরগা শূক্লা মল্লবা ননাইগী থম্মোইদা লেঙশিনবিয়ু। গুণ লৈতবা ওইদুনসু গুণ খঙবিবা, অনী লোঙদবা ওইদুনসু খুৎলাই থাবা ঙম্বিবা, অপাম্বা লৈতবা ওইদুনসু জয় তৌবা ঙম্নবা লাম্মীনা মতেং পাংবা, পরমাত্মা ওইবা ইবুঙোগা ঐহাক্কা রথী অনীগী লান থেংনগে। খ্বায় পৃম্বা য়েংনসনু। ইবুঙো নহাক্তি বিভুনি। ঐনা ইবুঙোবু শোয়দনা হাৎনবা হোৎনজগে, হাৎনবা হোৎনবসিদা করিগুম্বা বুদ্ধি শেরান্নদুনা ঙমজদবা থোক্লগদি, মহাদেব অমসুং বিষ্ণুগী খেন্নবা ৱাখল পুবা লোক্তা চৎকদবা ওইবা লান্দা ঐসু লোক অদুদা চচ্চবা

ওইজগে।

খূৎলাই পায়বা, য়েক্লবদা অৱাবা পীবা ঙম্বা নিংথৌ শশিধ্বজগী ৱাসি তাবদা তাইবংগী মশক ওইবা কল্কিনা শাউদ্রবসু শাউবা শা, মঙোন্দা তেন ফরং কাপশিল্লকখি। শশিধ্বজ নিংথৌ কাপ্লকপা তেন্দুবু কাপ্লকপনি লৌদ, থোইনদুম চীংথক্তা নোং হৈথবগুম খূৎলাই মখল-মখা কয়া হৈথখি। তেন ময়াম হৈথরকপা অদুদা দেহ পূম্বা পূমতৎ-তৎ, কল্কি থোইনা শাউখি। মথংদা লাইগী খূৎশু-খূৎলাইনা মখোয়নিতগী অকনবা লান থেংনখ্রে। ব্রহ্মাস্ত্রবু ব্রহ্মাস্ত্রনা, চীংগী তেনবু নুংশিৎকী তেন্না, নোংগী তেনবু মৈগী তেন্না, গরুড়াস্ত্রবু পন্নগাস্ত্রনা য়াঙ্খায়খি। অসূম্না কল্কিগা শশিধ্বজগা অয়াম্বা দিব্যাস্ত্রনা অমনা অমদা থাজন্নরম্মী। লোক অমসুং লোকপালশিং পূম্নমক্না থোইনা ঙক্লখি। প্রলয়গী মতম য়ৌরমালে খন্নখি। লাল অদু য়েংহৌনবা লাইয়াম্না অতিয়া লম্বেন্দা থোক্লরকখি। মখোয়না তেনগী মৈখেংদুবু কিনরম্মী।

লাইগী খূৎলাই শীজিন্নবা কান্নদ্রে খল্লক, কল্কি অমসুং শশিধ্বজ অনীনা খূৎলাই থাদোক্লদুনা অমগা-অমগা পাম্বোম লান থেংনখ্রে। খোঙপাক্লা কাওশন্নৈ, খূপ্পাক্লা-খূত্তুম্না থাজন্নৈ। অনীমক অকনবা অমসুং লালহৈবা ঙাক্তনি। অদুনা অমনা অমগী লাল্লোং উনবদা হরাউনখি। লৈশেম্বা হৌরকপদা বরাহনা পৃথিবী থাংগৎপা মতমদা থোকখিবা খোঞ্জেনগুম কল্কিনা শশিধ্বজদা খূপ্পাক্লা পাক্ থাজনববু! নিংথৌ ৱাম্বদুনা তাখ্রে, অদুবু খুদক্তা ফূক হৌগৎ শাউদুনা লৈজবী থা, বজ্রগী মতৌগুম্বা খূত্তুম্না কল্কিগী দেহদা দাং-কল্কি ৱাম্বদুনা লৈমায়দা তুখ্রে।

জগদীশ্বর কল্কিনা ৱাম্বখিবা উবদা ধর্ম অমসুং সত্যযুগ মবুঙোবু পুথোকখিনবা নাক্তা য়ৌশনখি। শশিধ্বজ নিংথৌনা মখোয়নীবু শেগা অনীদা চপখ্রে অদুগা কল্কিবু মথাদা কোন্দুনা, নুংঙাইজরেদা খন নিজগৃহ কোনুংলোমদা হনখ্রে। মানা খল্লম্মী-কনাগুম্বা নিংথৌনসু মচানুপা অনীদুবু মায়থীবা পীবা ঙম্মরোই।

মতৌ অসূম শশিধ্বজ নিংথৌ লাইয়াম খিবিকমক্কীসু মপু কল্কিবু লান্দা মায়থীবা পী, ধর্ম অমসুং কৃতযুগবু শেগা অনীদা চপ্পুনা হরাউনা থম্মোই মকা লাম অমসুং মশাদা হরাউ তুজুংপোক, লাম্মী ময়াম নৈহৎ, অমুক্তং চাইখায়রল্লগা ময়ুম শঙ্গায় কোনুং য়ৌশিল্লকপদা থেংনরম্মী- মহারাণী সুশান্তানা হরিমন্দিরদা লৈরম্মী অদুগা বৈষ্ণবীশিংনা মাগী মায়গৈ মরিদা হরিগুণ শক্ শোল্লম্মী। রাণীগী নীংথিবা মায়থোং উবদা নিংথৌনা হায়খি— লাইয়াম্না প্রার্থনা তৌদুনা শম্ভলগ্রামদা পোকপিরবা

ইবুংঙো মহাক্না মহৈ তন্নগা অমসুং লুহোংলগা ম্লেচ্ছ অমসুং পাপীশিং মাণ্ডহনগ্রবনি। সুশান্তা, অসিগুম্বা কল্কিনা ঐগী থম্মোয়দা লেঙশিনবিরে। ঐগী ভক্তি চাংয়েংবিগে মায়া তৌ, ব্রাহ্মশন্না মফম অসিদা য়ৌরক্লিবসিনি। য়েংউদো, ধর্ম অমসুং কৃতযুগসু ঐগী শেগা অনীদা য়েপ্লিবসে। নহাক মখোয়বু পূজা তৌজৌ।

নিংথৌগী ব্রা তারগা সুশান্তা থোইনা হরাউজখি, লোয়ননা শ্রীহরি, ধর্ম, সত্য অমসুং মপুরোইববু খুরুমজরবা তুংদা ইকাইবা থাদোক্লুনা লোয়নবীশিং পূন্না হরিগুণ শক শোন, জগোই শা, প্রদক্ষিণা তৌখি।

# তরাশুবা অধ্যায়

## কল্কি-রমা লুহোংবা

সুশান্তানা হঙ্গৎখি— শ্রীহরি, ইবুঙোনা জয় ওইবিয়ু। হে ইবুঙো, মহামতি! থাদোকপিরো ইবুঙো শুদ্ধৎপা ৱাখন্দো। সাধুনা লুনা নীঙ্ঙনবা, অমবগী মপু ওইনা সেবা তৌনবা ইবুঙো, লৈতেং খিবিক লৈতেংবা চরণ থম্বান্দু ননাইগী আসনদা লেঙশিনবিয়ু। ইবুঙোগী শ্রীঅঙ্গ জগৎকী মশক ওইবা বৈভবনা থনবা, বৈষ্ণবকী পূক্লিংদা লেঙশিনবা অমসুং রতিপতি কামদেবমকপুসু শুদ্ধৎনীঙাই ওইবা মশক্লি। হৌজিক ননাইগী অপাম্বা সিনা থুংগনি হায়বদুক থুংহনবিয়ু। ইবুঙোগী মিংচৎনা জগৎকী অৱাবা কোকচৈ। ইবুঙোগী থোৎনা মেঙবা অমৃতগী ৱারীনা পেন্নঙাই ওইবা, থাগুম্বা মায়থোং, মোমোন মিনোক অমৃত শিন্থবা! হৌজিক্তি জগৎকী মঙ্গল ওইনবা তৌবিগে নীংবা তৌবিরো। ননাইগী ইপুরোইবদি পুম্নমক্লা জয় তৌবা ঙমদবনি। ইপুরোইবনা ইবুঙোদা করিগুম্বা লঙখিবা লৈরবসু য়েক্ল-ৱাখল থাদোকপিদুনা ননাইবু কৃপা তৌবিয়ু। নত্রবদি লোকনা ইবুঙোবু থৌজানগী মশক ওইবা ঈশ্বরনি করম্না হায়নগনি? ইবুঙোগী প্রকৃতি-জায়াদগী

মহত্তত্ত্বনচিংবা পঞ্চতন্মাত্রনা হকচাং শেমখিবনিদো। ইবুঙোগী অনীংবা অমসুং লীলানা ব্রহ্মাগী কল্প অমগী জগৎ শেম্বিবা, লেঙহন-পালহনবিবা, প্রলয় ওইহনবিবনি। হে জগৎকী মশক ওইবা! হকচাংসি অমহিক্তা ইন্দ্রিয়গী চঙজফম ওইবসি লৈপাক, ঈশিং, নুংশিৎ, অতিয়া অমসুং মৈশা হায়বা পঞ্চভূত পোৎলম মঙা তিনবনা অমদি ইবুংঙোগী গুণ অহুমগী মশক ওইবা মায়ানা মরম ওই, নঙগী সেবা নিজবশিংবু থৌজানবিয়ু। সংসার মৈনা চাক্লবা কনানা কলিগী পাপ মাঙহনবিবা, সংসারগী অকিবা ঙাকপি-শেনবিবা, লোইবা নাইদবা গুণনা তিনবা ইবুঙোগী থোইনা লান্নফম ওইবা নাম্বু শক-শোঞ্জবদা, মহাক সংসারসিদা অমুক পোক্লরোইদবনি। ইবুঙোনা অবতার তৌবিবনা জগৎকী লেমজফম হেনগৎলি, ব্রাহ্মণগী শাগে থোক্লকই অমসুং লাইয়াম খিবিকপু য়োকপি। সত্যযুগকী খুভম হঞ্জিলহনবী, ধর্ম চাওখৎহল্লি অমদি কলি-শাগে মাঙহল্লি। হৌজিক ইবুঙোনা লেঙশিনবিবনা ননাইগী মঙ্গল ওইজগে। ননাইগী গৃহদা ইপুরোইবা, ইচা-ইশূ, অতৈ শগোন-শামু, ফিরান, চামর, লন-থুম অমসুং মণিগী আসন লৈজে। অদুবু, ইবুঙোগী পাদপদ্ম পূজা তৌজদ্রবদা করম্না পূম্নমকসি ফজফম ওইগনি? হে জগৎকী থৱায় ওইবা! নীংথিজবা মোমোন মিনোক, খোল্লোয়, ফজনা নিন্‌বা ইবুঙোগী মায়থোংনি। করিগুম্বা ইবুংঙোনা ননাইগী পামজবা থৌরাংসি পাঙহনবিদ্রবদি ননাই হৌজিকমক শিজগনি। ইবুঙো! 'শগোন্দা লেঙখৎপিদুনা কোয়না লেঙবিয়ু, অকিবা মাঙহনবিয়ু। ব্রহ্মা অমসুং মহাদেবগী চঙজফম ওইবা! তমথিরবা তেন্না পাঙ্গন তরা নৈহৎপিরো, য়োকখৎপিরো লান্দা হাৎপিদুনা অকনবশিংবু। নঙগী নাম্না সংসার অকিবা কোকই। থা চামনা তিনবগুম ঈংনা নুংশিবা মায়থোংনি।'

**হয় চর ভয় হর কর হর শরণ**

**খর-তর-বর শর দশবল মদন।**

**জয় হত পর ভর ভবভর নশন**

**শশধর শত সমরস ভর বদন।।**

সুশান্তাগী ঈশৈসিদা পেনবিদুনা কল্কি রণশয্যাদগী লান পাম্বা অকনবগী মতৌগুম ফুক লেঙখৎলকখি। সুশান্তানা মাঙওইনা, সত্যযুগনা ওইওইনা, ধর্মনা য়েৎওইনা অমদি শশিধ্বজ নিংথৌনা তুংওইনা, য়েংবদা কল্কি ইকাই-লুরুক্লবা মায়থোং ওই, হায়রম্মী— হে মিৎ থম্বাল মানবী! নহাক কনানো? করিগীদমক ঐগী সেবা থৱায় য়াওনা লাঙবনো? মহাবীর শশিধ্বজনা করিগী ঐগী তুংদা

লৈরম্বনো? হে ধর্ম, হে কৃতযুগ! করিগীনো ঐখোয়না লানফম থাদোক্নুনা য়েক্লবগী কোনুংদা চণ্ডশিল্লম্বা? ঐদি য়েক্লবনি। য়েক্লবগী নুপীনা করিগী ঐবু মবুক পেন্না সেবা তৌরিবা? ঐহাক ৱাম্বুরুরে, অকনবা শশিধ্বজনা ঐবু করিগী হাত্তবনো?

সুশান্তানা হঙ্গৎখি— স্বর্গ-মর্ত্ত্য-পাতালদা কনাগুম্বা লাইনা, হিংচাবনা, লিন্না অমসুং মীওইবনা নারায়ণ কল্কিগী সেবা তৌদবা কনা য়াওবগে? জগৎ পুম্বা ইবুঙোগী সেবকনি। ইবুঙোদি পূম্নমক্কী মরূপ্পি, ইবুংঙোবু দর্শন তৌজবদা য়েক্ল-ৱাখন কাউই। কনানা ইবুঙোদা য়েক্লবা ঙমগনি? ইপুরোইবনা করিগুম্বা য়েক্ল ৱাখন্না লাম্থেংনগে খল্লবদি করিগী ইবুংঙোবু কোনুং তান্না পুরক্কনি? ইপুরোইবদি ইবুঙোগী ননাইনি, ঐসুনি। হে মহাভুজ, ননাই ঐখোয়গী ইফমদা পেনবিবনা ইবুঙোনা মফমসিদা লেঙশিনবিরকপনি।

ধর্মনা হঙ্গৎখি— হে কলিবু মাঙহনবিবা! ননাই ওইবা অনীসিনা ইবুঙোদা ভক্তি কচ্চ্রিবা নাম কীর্ত্তন অমসুং স্তব অদুক তৌজবসি উজবদা ঐহাক ওম্থোক্লা পেনখ্রে, পেনখ্রে।

কৃতযুগনা— ঙসি ননাই ঐহাক্লা ইবুঙোগী ননাই ওইবা মহাকসি উবদা সত্যযুগ ওইরমালে, শীংথারুরে। ইবুঙোসু ননাইসিগী মঙান্না ঈশ্বর অমসুং জগৎপুণ্য ওইরে।

শশিধ্বজনা— হে বিভূ! লান্দা ননাইনা ইবুঙোগী অঙ্গদা খূৎলাই খনখ্রে। ইবুঙোদি ননাই ওইবা ঐখোয়খিবিক্কী আত্মানি। অদুবু, ননাইনা অপাম্বা অশাউবনচিংবা ৱাখন্না থূম্নৎখিদুনা ইবুঙোগা য়েক্লরুরে।

ৱাদু তারগা কল্কিনা মোমোন নোক, মায়থোং মকাফন, হন্ন-হন্না তাকপিখি— নঙনা ঐবু জয় তৌখ্রে।

মতুংদা শশিধ্বজ নিংথৌনা মচাশিংবু লানফমদগী কৌহল্লুরে, অদুগা সুশান্তাগী মবুক খঙবীরদুনা মচা ইবেম্মা রমাবু কল্কিগী খুত্তা দান কৎখ্রে।

মসিদা মরু, দেবাপি, বিশাখযুপ, রুধিরাশ্ব মখোয়সি শশিধ্বজগী বার্ত্তন ফংদুনা লানফমদগী নিংথৌ শর্য্যাকর্ণগা লোয়ননা ভল্লাট নগরদা লাক্লখি। মশীং লাকঙমদ্রবা লাম্মীনা কোনুংদু পৈবা হৌরম্মী। শগোন-শামু-দোলাই-খোঙমী অমসুং ফিরান লৈনাতনা কল্কি-রমা লুহোংবগী উৎসব মপূং ফাহনখি। খ্বাই খিবিক হরাউনা লুহোংবা য়েংগদবগী ইচং থৌনা বাহনগা লোয়ননা অরৎপা লৈত

লাক্লখি। শঙ্খ-ভেরী-মৃদঙ্গ অমসুং পূং-শেন কয়াগী খোঞ্জেল্লা, জগোই ঈশৈ হৌদোক্কুনা অমসুং কোনুংগী ইবেম্মশিংনা মঙ্গল-ঈশৈ শক্তুনা লুহোংবদু ওম্থোক্লা নুঙাইখি।

নিংথৌশিংনা মখল-মখা-মথেনগী অচা-অথক্লা লুনা-চান্না তৌবা, সভাদা লেঙশিনখি। ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয়-বৈশ্য-শূদ্র অমসুং অতৈ জাৎকী মীওইশিংনা অঙকপা কয়া লৈতেংদুনা অমসুং মখল-মথেনগী অচা-অথক থুংদুনা কল্কি-দর্শন তৌনবা সভাদা ফম্লবম্মী। কমললোচন কল্কিনা সভাদা ঙাম্থোইবম্মী। থরাগি ম্রচাকশিংগী মরক্তা পূর্ণিমাগী থাগুম্না নিংথৌশিংগী মপু ওইবা কল্কিনা পূম্নমকপু শুম্নাৎখি। থম্বাল লৈকা মান্ন নুংশিবা মিৎলুনা নীংথিরবা কল্কিনা সভাদা লেঙশিনবদু উবদা শশিধ্বজ নিংথৌ ভক্তিনা তিল্লবা থম্মোইনা ইবুঙো মাবু মমাক ওইজরে খন্না সভাদা লেঙশিনখি।

# তরামাথোই শুবা অধ্যায়
# মপোক নীংশিংবগী ৱারী

উগ্রশ্রবানা হায়খি— ভক্তিগী ঙমখৈ শক্ল-শোন্ন মতমদা তিল্লবা নিংথৌশিং, অথোইবা বৈষ্ণব অমসুং ভক্ত শশিধ্বজ নিংথৌ ধর্ম অমসুং কৃতযুগকা লোয়ননা সুশান্তাগা পূল্লপ লৈরম্বদু উবদা মহর্ষিশিংনা হায়রম্মী - মহারাজ, হৌজিক তশেংবা নারায়ণগী মকু ইবুংঙো ওইরে। মসিদা ঐখোয় নিংথৌ, ঋষি, ব্রাহ্মণ অমসুং বৈশ্যনচিংবা সাধারণ মীয়াম্না মহারাজগী ভক্তি পাকশনবসি উবদা ঙক্লে। মহারাজনা সিগুম্বা পরমাত্মাগী বিষয়দা ওইবা ভক্তি হায়বসি কদাইদগী ফংবনো? মসি খঙজনীংই। হে নিংথৌ, ভক্তিসি কনাগুম্বদগী তম্মুব্রা নত্রগা মহারাজগী মহৌশা ওইবা ভক্তিরা? মহারাজগী মফমদগী ঐখোয়না হরি-ভক্তিগী মরম খঙনিংলিবা ৱারীসিমক তাজবদসু মরোল অহুমগী মীওইনা শেংজবা ওইগনি। মসিনা সংসার-মায়াগী মচৎ মরু-ফূক্লা মাঙহনগনি।

শশিধ্বজনা— হে পাপ্ চেন্দবা থৌনা লৈবা নিংথৌশিং, ঐখোয়নীগী নুপা-নুপী ওইবগী মপোক-কর্মনচিংবা ওইখিবা অমদি ভক্তি অমসুং স্মৃতি পোক্লকখিবদু

লীজগে, তাসি। যুগ লীশিং অমগী মমাঙদা ঐহাক অপুম্বা-শদূমচাবা লাঙজা ওইরম্মী অদুগা ঐগী চান্নরবী শান্তানা লাঙজা অমোম ওইরম্মী। অনীনা বনগী মনুংদা চাউরবা উজাউ অমদা মহুম শারম্মী। বন অমসুং উপবনগী শোঙ্লবা মফমদা কোয়নীংবদা কোয়রম্মী। ঐখোয়নী অশিবা জীবগী নমথীবা শদূম্না পুন্সি লেন্দুনা লৈরম্মী। নোংমদি তমথীরবা শাদানবা অমনা ঐখোয়নীবু ফাগে তৌরম্মী। ঐখোয়বু ফাননবা ময়ুমদা য়োকপা লাঙজা অমা থাদোরকখি। মতমদু ঐখোয় য়াম্না অরাম-খৌরাংনা লৈরম্মী। অয়োকপা লাঙজাদু উবদা থাজরুদুনা শদূম পাম্বদগী মাগী নাক্তা পাইশিল্লুই। ঐখোয়বু ফাবা উবদা শাদানবা হরাউনা চঙশিল্লক্তুনা ঐখোয়নীগী খৌরিসি কন্না পায়রম্মী। মদুদা ঐখোয়না মঙোন্দা চীন্না লৈজবী থাদুনা হল্লম্মী। অদুবু শাহিং পাম্বা শাদানবনা ঐখোয়নীবু পুরগা গঙ্গা মপান্দা গণ্ডকী তীর্থগী নূংমায় অমদা হাইহৎপদা ঐখোয়নীগী কোকসি পুমতোই তোইখিবোই! গঙ্গাদা অমসুং চক্রলৈবা নূংমায়দা শিজবদুনা ঐখোয় খুদক্তা পাম্বোম মরি পানবা মূর্ত্তি লৌদুনা পূল্লং লংবা দোলাইদা স্বর্গনা পূজা তৌনবা বৈকুন্ঠধামদা চচ্চখি। যুগ চামা বৈকুন্ঠদা লৈরগা ঐখোয় ব্রহ্মালোকতা লাকখি। মফমদুদা যুগ চামা নুংঙাইনা লেল্লবা তুংদা, মতম্না থুংলবনা যুগ চামরি দেবলোকতা স্বগগী নুংঙাইবা লৌরম্মী। অদুগী তুংদা ঐহাক মর্ত্ত্যলোক্তা পোক্লম্মী। অদুবু হরিগী থৌজান্না অমসুং শালগ্রাম চক্রগী মফম লৈবা, পূম্নমকসিনা ঐগী নীংশিংলম্বেন্দা মীকপ থোক্লা লৈজখি। গণ্ডকী তোর্ব্বান্দা শিজবদা অদুক অঙকপা মপোক্তূ নীংশিংজবা অদুদি করি অমুক হায়গনি। মাগী জল অদু শোকচবতদা অঙকপা থোইদোকপা অমনি। শালগ্রাম চক্র শোকচদুনা শিজবদি, মহেঃদু ফংজবদা ভগবান বাসুদেবগী সেবা তৌজবা, করি মহেঃনো হায়ঙমদে। অসি খন্ন ঐখোয়না হরি পূজাদা পূক্লিং চঙ্না লৈজদুনা করিগুম্বদা হরাউনা জগোই শাজখি, করিগুম্বদা হরিগুণ শক-শোঞ্জখি, করিগুম্বদা ভক্তি ভাবতা থরো-থরো ওঞ্জখি। অসূম্না ঐখোয় মতম লেল্লকই। কলি হাৎনবগীদমক নারায়ণ অংশনা কল্কি অবতার তৌরক্কনি হায়বসি ব্রহ্মাগী মুখদগী তাজদুনা খঙহৌই। ইবুঙো মাগী মতিক মঙানগী ৱারী ঐহাক নীংথিনা খঙই।

মহারাজ শশিধ্বজনা সভাদা মশাগী ওইরকপা মরমদু লীরদুনা, রমানাথ কল্কিবু লুন-চান্ন তৌ, শামু লীশিং তরা, শগোন লক্ষ অমা, দোলাই লীশিং তরুক, লৈশাবী অউন্নাই চামা অমসুং মমল য়াম্বা মণি-মুক্তা কয়া লোয়ননা কত্তূনা মরূপ-

মপাং কযা খিবিক্কা, মশাবু তৌজমন কান্ন-মহৈঃ ফংজরে হায়না খঞ্জখি। সভা মীয়ামসু নিংথৌগী নহান মপোক্কী বিবরণ তাবদা পূক্নিংদা ওন্থোক্লা ঙক্লা, নিংথৌদা অৱাৎপা লৈত্রে হায়না খন্নখি অমদি পূন্নমক্লা কল্কিবু স্তব ধ্যান অমসুং প্রশংসা তৌনখি।

অদুগী তুংদা ময়াম্না শশিধ্বজ নিংথৌদা ভক্তি অমসুং ভক্তগী লক্ষণ হংনখি। নিংথৌশিংনা হংখি— ভগবদ্ভক্তি কদায়বু কৌবগে অমদি কনাবু বিধিখঙবা ভক্ত কৌগদগে? ভক্তনা করি মথৌ তৌবনো, কবি চীঞ্জাক চাবনো, মফম কদাইদা লৈবনো অমসুং কমদৌনা ঙাঙ-শকপনো? হে রাজন্, পূন্নমক খঙবিবিবনি। পূন্নমকসি নীংথিনা তাকপিয়ু।

নিংথৌশিংগী ৱাহংশিং তাবগা নিংথৌগী পূক্নিং মকা লামখি অমদি সাধুগী মতৌনা মখোয়গা ৱারী শাদুনা মপোক খঙনবা মতৌ ওইবদু ব্রহ্মাগী মফমদগী তাহৌবা কৃষ্ণ নামনা জগৎ শেংই হায়বগী ৱাবী লীবা হৌবকখি। শশিধ্বজনা হায়খি— ঙসি ময়াম খ্বাইনা হংলিবসি অদুঙৈ ব্রহ্ম লোকতা ব্রহ্মাগী সভাদা তিনখিবা মহর্ষিশিংগী মাঙদা সনকনা নারদদা হংলিঙৈদা ঐহাক য়ৌকবোইনা, মখোযগী কৃপানা ৱাবী পূম্বা তাহৌই। হে পাপ কোক্লবশিং, ঐনা তাহৌবা ৱাবীদো খ্বাই মযামদা লীরগে, তাবিয়ু। সনকনা হংখি— হে মহর্ষি নাবদ, হরিবু কমদৌনা ভক্তি তৌবগা সংসারদা পোক্লরোইদবা অমসুং ভক্তিবু কমদৌনা থাগৎনিংঙাই ওইবা অদু লীবিয়ু, ঐখোয় চেৎনা তাজগে।

নারদনা— লোকতন্ত্র খঙবা, মীথোই-মীহেনবনা পূক্নিং অমসুং ইন্দ্রিয় তরুক লাকশিন্দুনা অথোইবা জ্ঞানদা চঙজদুনা গুরুদা ইশাসি কথোক্কনি। গুরুনা পেনবিরগা ভগবান হবিনসু পেনবি। গুরুগী য়াথংনা প্রণব অমসুং মৈ লাৎপশিংগী মরক্তা নমঃ হায়বা ময়েক হায়বদি ওঁ নমঃ স্বহা হায়বা মন্ত্রসি পূক্নিং লোঙদনা নীংশিংগদবনি। শিষ্যনা তুংদা পূক্নিং চেৎনা পাদ্য অর্ঘ্য আচমনীয় অমদি স্নানগী ওইবা আভরণ, লৈতেংনচিংবনা বাসুদেব হরিগী চরণ থম্বান্দা পূজা কৎকনি। মথংদা থম্মোই থম্বান ময়ায়দা লেঙশিনবা, মপূং ফানা ফজবা, নীংথিজবা বাসুদেবগী ধ্যান তৌগনি। ধ্যান তৌদুনা জ্ঞান লৈবা অমসুং ভাব খঙবা মীওইনা ৱাঙাং পূক্নিং বুদ্ধি অমসুং ইন্দ্রিয়গা লোয়ননা মশাগী আত্মাবু শ্রীহরিদা কৎশনগনি। দেবতা অতৈগী মূর্ত্তি, কল্কি-মূর্ত্তি পূন্নমক অনন্ত ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী অঙ্গ স্বরূপনি। নাম পূন্নমক ময়াম্না খঙবিরিবদুনি। অসি নত্তনা অতৈ করিসু ওইদে। কৃষ্ণ হায়বসি

সেবা তৌজফম্লি অদুগা ঐনা সেবা তৌজবা মনাইনি। জীব পূম্নমক কৃষ্ণতগী আত্ম-মূর্ত্তিনি। জ্ঞানীশিংনা হায়রম্মী— পূম্নমকসে অবিদ্যা মায়াগীদমক ওইনা পোকহল্লম্বনি। ভক্তদসু সেব্য সেবক্কী মওং অনী লোঙ্‌না দ্বৈতভাবসি থোরকখিবনি। মহৈঃদি হরি সেবা নত্তনা অতৈ কদায়দা করিসু ওইদে। ভক্তনা হরিবু নীংশিংজৈ, হরিনাম শক শোঙৈ, হরিগীদমক ওইনা কর্ম তৌই। মসিতনা মাগী নুংঙাইজবা হরাউজবা ভক্তনা মশা খীংনা জগোই শাই, কপচৈ-নোকচৈ, মপূক্লিং চঙনা চচৈ, মশাবু কাউথোক্ত্না লৈমায়দা থরো-থরো ওঙৈ অমদি করিগুম্বদা খেন্নবা সূকউ উদে। সিগুম্বা হৌনলীচৎ কায়জদ্রবা ভগবদ্ভক্তিনা লাই হিংচাবা অমসুং মীওইববু শেংদোকপি। অরেপ্পা ওইবী প্রকৃতি অমসুং ব্রহ্মগী নুংঙাইবদা লেপ্লবা কনামক্লা ভক্তিগী মওং ওইনা ফোংদোরকই। ভক্তিদি বেদনচিংবগী মনুংদা অথোইবনি, ভক্তিদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিবগী মশক্তি। দ্বৈতজ্ঞান লৈবা কনাগুম্বনা মশাদা সত্বগুণ লৈজবনা ভক্ত ওইবনি। কনাগুম্বা রজোগুণ চেনবদনা ইন্দ্রিয়গী অপাম্বদা লৈজবনি অদুগা তমোগুণ পোকখ্রবদি তমথীবা থবক্তা তৌদুনা লৈগনি। সংসারদা মপু-মনাই হায়বা জ্ঞান মপূং ফানা লৈবা মহাক অদুদা সত্ব গুণ চেল্লগা গুণ লৈতবমতৌ ফংজৈ, রজোগুণ চেল্লগা মায়াগী নুংঙাইববু মিহৌবা পোকই অদুগা তমোগুণনা হেল্লবদি নরক তাই। কনাগুম্বনা ভক্তগী অরেম্বা প্রসাদ, অথোইবা অদুতবু পামজবা অমসুং শেংলবা বিষ্ণুগী নৈবেদ্য প্রসাদ ফংজবা অদুবু সাত্ত্বিক আহার কৌই। মহাক অদুনা ইন্দ্রিয়গী অপেনবা পোকপা, পাঙ্গন-ঈ হাপ্পা অমসুং পুক্সি হেন্না শাংবা, মদুনা হকচাং নাদবা অদুগুম্বা অওইবা চীঞ্জাকপু রাজসিক আহার কৌই। সিগী তুংদা তামসিক আহারগী ব্রা হায়জগে। মহাক অদুনা অখা-অয়াক, মোরোক শাবা, অশীনবা, মৈগী অশাবা, প্রোক-প্রোক চাকপা, নমথীবা অমদি চজিক অরেম-অপা চাবা অদুনা তামসিক আহার। মসি তমগুণ চেনবা মীতনা পামজৈ। কনাগুম্বা সত্ত্বগুণ ইন্না চৎপনা বনদা লৈজৈ, রজোগুণগী তুংইঞ্জবনা খুঙ্গংদা লৈজৈ, তমোগুণগী মতুংইনবনা জ্বার শান্নফমদা নত্রগা য়ু য়োনফমদা। হরিনা মখূৎনা কনাদা করিসু পীদে, সেবকনসু হরিগী মফমদা করিসু নিবা তৌদে। অদুম ওইনমক মখোয়সিগী মনুংদা থোইদোকপা প্রেম কায়দনা উবা মহাক অদু খজিক-খরাক ঙকপগী থৌওং ওইরোই। থম্মোয় শেংলবা দেবর্ষি সনকনা ঈশ্বর ওইবা বিষ্ণুগী গুণগী ব্বারী তাবদা নোল্লুকপা বচননা স্তুতিপাঠ তৌদুনা ইন্দ্রলোক্তা হনখি।

# তরানিথোইশুবা অধ্যায়
# ভক্তি-ভক্তগী থোইদোকপা

শশিধ্বজনা হাযখি— হে লৈঙাকপশিং! ইবুংঙো মাগী অচেৎপা সেবা কর্ম নাম কীর্ত্তন তৌব-হৌনবা অদুগুম্না ভক্ত অমসুং ভক্তিগী থোইদোকপা শক শোনখ্রে। মথং কবি তাকপিগদবা তাকপিযু।

নিংথৌশিংনা হায়খি— মহারাজ, মহারাজদি অথোইবা বৈষ্ণবনি, জীবপূম্বগী মঙ্গল ওইনবা থৌরাং তত্তনা তৌবনি। অদুবু করিগী অদোম্না হিংসানচিংবা দোষ লৈবা লান্নচিংবা থবক্তা চঙশিনবনো? ঐখোয়না উই, সাধুদি মহৌশানা মথ্বায় মবুদ্ধি মরল অমসুং ব্রাঙাংনা বিষয়দা লূপ্পা জীবশিংগী ফনবা থৌবাং তৌদুনতা লৈ।

শশিধ্বজনা— সত্ত্ব রজঃ তমঃ হায়বা গুণ অহুমগী মশক ওইবা প্রকৃতিদগী দ্বৈতভাব ফোংদোকখিবনি। প্রকৃতি হায়বীসিমক কামগী মশক ওইবী হায়বদি সঙ্কল্পাত্মিকানি। প্রকৃতিদগী বেদ পূম্বা অমসুং মরোল অহুম পোকখিবনি। বিষয় ফংনীংবা অপাম্বা ব্রাখন চেনবা মীনা বেদনা মরম ওই, মখোয়গীদমক মরোল

অহুমগী ধর্ম লিংখৎলকপনি অদুগা ধর্ম লৈতবা মাঙহন্দুনা ভক্তি পোক্লকপনি। বেদ লোইনা খণ্ডবা ব্যাৎস্যায়ননচিংবা মহর্ষিশিংনা অমসুং মনুশিংনা বেদবাক্য মতুংইন্না ঈশ্বর ভগবানগীদমক বলিদান তৌরম্মী। ঐখোয়না মখোয়দুগী মতুং ইন্দুনা ধর্ম-কর্মদা পূক্লিং চণ্ডজরগা লান তৌরুবনি। ঐখোয়না বেদগী অচেৎপা ৱা ইন্না লানফমদা য়েক্লবশিংগী মথ্বায় মাঙহনবনি। বেদপূম্বগী অর্থ খঙ্লবা বেদব্যাসনা হায়রম্মী— হাৎলোইদববু হাৎপা পাপনি। হাৎকদববু কন্দুনা থম্বসু পাপনি। মসি খঙ্না চক্তবদি য়াম্না কুইনা পাপ ফংই, মদুগী কোক্লবা লৈতে। মরম অসিনা ঐনা লান তৌদুনা নিংথৌময়াম্না জয় তৌবা ঙমদ্রবা লাম্মী হাৎলগা ধর্ম, সত্য অমসুং কল্কি পুদুনা লাক্লিবা অসিনি। ঐগী ৱাখন্দা ভক্তি হায়বসি হৌনশা ভক্তিবুনি। ৱাফমসিদা অদোম্না করি খনবিবগে তাকপিয়ু। বেদবাক্যগী মতুংইন্না খুমজগে। বিষ্ণুদি মফম পূম্নমক্তা লৈ হায়বা ৱাখল্লোনসি করিগুম্বা চুম্লবদি কনানা কনাবু হাৎকনি? হায়বদি কনানা হাত্তে, কনাসু শিদে। হাৎলিবা মহাক্তু বিষ্ণুনি, শিবা হায়বদুসু বিষ্ণুনি। অদুনা কনানা কনাবু হাৎপনো? থোইদোক্লা বেদনা তাকপা লৈ মদুদি লান অমসুং যজ্ঞ মফমদা হাৎপদি হাৎপগী মনুং চন্দে। মহর্ষিশিং অমসুং মনু তরামরিনা মসি হায়রম্বনি। অসূম্না ঐখোয়সু লান্দা অমসুং যজ্ঞদা বিষ্ণুগী পূজা তৌরি। ভগবানগী মায়াগী মতেংনা-বিধিচুম্না সেব্য সেবক্কী ভাবতা পূজা তৌজবা সাধকনা নুংঙাইজৈ। অতৈ ৱাখন্না নুংঙাইজবা ঙমজদে।

নিংথৌশিংনা— রাজন্, মহারাজ নিমিনা মাগী গুরু বশিষ্ঠগী শাপ্তগী হকচাং থাদোকখি। অদুবু রাজভোগ চাবা হকচাংদুনা মঙোন্দা কমদৌনা বিরাগ পোকখিবনো? হায়বদি যজ্ঞ লোইরগা লাইয়াম্না হরাউনা মাবু হিংগৎহন্দুনা হকচাংদু লৌ হায়বদা, মাগী থাদোকখ্রবা হকচাংদু করিগী মানা লৌ হায়বা য়াখিদবনো? তাখি, মহর্ষি বশিষ্ঠসু শিষ্য অদুগী শাপনা হকচাং থাদোকখি, মহাক্তি অমুক হন্না হকচাংদু লৌশিনখি। ভক্তদি মুক্তি ওইরবনি। মরম অসিনা মুক্ত ওইরবা মীনা অমুক কমদৌনা পোক্লক্কদৌরিবনো? মসিদা ভগবানগী মায়ানা জ্ঞানীশিংবুসু জয় তৌবা ঙমদে। মায়া হায়বসিনা মখল-মখা অয়াম্বা মিত্রংগী মতৌগুম সংসারবু শুম্হাত্তুনা থমই।

নিংথৌশিংগী ৱাদু তারগা ৱা লোইশিনবা হৈবা শশিধ্বজ নিংথৌনা ভক্তি চেনবা থম্মোয়না অমুক মখা তারকখি— তীর্থ দর্শননচিংবগী মহৈঃনা মপোক কয়াগী তুংদা লাইগী কৃপানা জীবনা সাধু সঙ্গ ফংজৈ। সাধু সঙ্গদুদগী ঈশ্বরবু তরংনা

উজৈ। তুংদা বিষ্ণু লোক্তা চচ্চদুনা চেৎনা ভগবানবু ভজন তৌজৈ। অসূম্না জীবনা অথোইবা ভোগ চাজদুনা সংসারদা ভক্ত ওইজৈ। কনাগুম্বা রজোগুণগী মতুং ইনবনা তত্তনা কর্ম তৌজদুনা, মতম চুপ্পা হরি পূজা তৌজদুনা, হরিনাম শক-শোঞ্জদুনা অমসুং হরিগী রূপ নীংশিংজদুনা মমায় ওনশিন্না লৈজৈ। মখোয়না ভগবানগী অবতারগী মতৌ তমদুনা একাদশীনচিংবা পর্বদা, ব্রত মহোৎসব ভক্তি অমসুং পূজানচিংবা কর্মদা হরাউনা মপূক্লিং লূপ্না লৈজৈ। ভক্তশিংনা চানঙাই মহৈঃ শোয়দনা থোরক্কনি হায়না অরান-খুবম নিজদে। ভক্তশিংনা স্বর্গভোগ চারবা তুংদা পোক্লক্তুনা হরিগী ৱাখল ফোংদোকপি। মখোয়দু হরিগী অওনবা মশক্তি। মখোয়না লাইফম অমসুং তীর্থনচিংবা শেংদোকই অমদি ধর্ম-কর্মদা মপূক্লিং চঙনা লৈ। মখোয়না কান্নবা-কান্নদবা পূম্নমক খঙই। মপু অমসুং মনাই হায়বা শকফম অনীদা মখোয় লৈজৈ। কৃষ্ণনা অবতার তৌবিবা অদুগুম্না মনাইশিংসু মতম-মতমদুগী মিত্তা মিকূপমুক উহল্লস্বদু মাগী লীলাখক্তি। বশিষ্ঠনা মুক্ত ওইরবসু, মশাগী হকচাং লৌবদা উহৌরিবা অদুসু অসিননি। হে নিংথৌ খিবিক, ঐনা ময়াম খ্বাইগী মফমদা ভক্তি অমসুং ভক্তগী মাহত্ম্য শক-শোনখ্রে। মসি তাবদা মীওইবগী পাপ পূম্নমক খুদক্তা কোকই। মসিদগী হরিভক্তিসু চাওখৎচৈ। ইন্দ্রিয়গী মপু ওইবা লাইশিংগী হরাউ নুংঙাইবা হেনগৎলি। কাম রাগনচিংবা দোয কোকই অমদি মায়া মোহসু ঙাকথোকই। বেদব্যাসনচিংবা মরোল অহুমগী ৱাখন লৈবা মুনিশিংনা বেদ পুরাণ অমসুং অয়াম্বা শাস্ত্রশিংগী মক্তুবা ব্যাখ্যাগী অমৃত সমুদ্র নৈজরগা সংসারগী অফা-অপুন কোকপা অচীকপা ৱাখল্দা ত্রিভুবনদা কৃষ্ণগা মান্নবা ওইজখি।

# তরাহুমদোইশুবা অধ্যায়
# চক্রনা হাৎপগী ৱারী

উগ্রশ্রবানা হায়খি— মহারাজ শশিধ্বজ মবৃক্লিং নুংঙাইনা সভাদা তিল্লিবা মীয়ামদা মশাগী বৃতান্তসি ফোংদোক্তুনা মখূৎ লোন্ন, কঙ্কিদা হঙ্গৎখি, হে হরি! ইবুঙোদি মরোল অহুমগী মপুনি। নিংথৌ ময়ামসি ইবুংঙো নঙোন্দা চঙজবা ঙাক্লি। মখোয়গা ঐগা ইবুঙোগী য়াথং ঙাকচবদা মায় ওনশিঞ্জরি হায়না খনবিগনি। ঐহাক হৌজিক মুনিশিংনা পাম্নবা হরিদ্বারদা তপস্যা তৌবা চৎলগনি। ইচা-ইশূশিংসিসু নঙোন্দা চঙজবা ঙাক্লি। ইবুঙোনা মখোয়সে য়োকপিহৌবা তারে। হে সুরেশ্বর, ঐহাক্কী চাউরাকপা ৱারী ইবুঙো নহাক্লা খঙলিবনি। নহানমুক্কী মপোক্তা ইবুঙোনা অদুঙৈ জাম্ববান অমসুং দ্বিবিদ কৌবা য়োংবু হাৎখিবদু নীংশিংবিরিনি।

অসূম্না হায়দুনা শশিধ্বজ নিংথৌ রাণীগা লোয়ননা চৎকে তৌরবদা কঙ্কি ইকাইনা, লু লুকথখি। নিংথৌশিংনা মদুগী মরম খঙ্নীংদুনা হংখি। হে নাথ, মহারাজ শশিধ্বজনা হায়রিবসি করিনো? তারগা ইবুঙোনা করিগী বদন

লূকপিবনো? মদু তাকপিয়ু, ননাই ঐখোয়গী চিংনবসি কোকহনবিয়ু।

কল্কিনা— হে নিংথৌ খিবিক ! খ্বাইনা শশিধ্বজ নিংথৌদগী পূন্নমক অদু খণ্ডবিরো। মাতনা নখোইগী চিংনবদু কোকহনগনি। মাসি থোইদোকপা জ্ঞান লৈবা অদুগা ঐঙোন্দা মশাগী অচেৎপা ভক্তি লৈজবনি।

কল্কিগী ৱাসি তাবদা নিংথৌশিং চিংনবা পোক, শশিধ্বজ নিংথৌদা অমুক হংখি। হে শশিধ্বজ, মহারাজদি নিংথৌ অমসুং পণ্ডিতনি। অদোম্না হৌজিক করি ৱানো হায়বিখিবদো, মদু তারগা কল্কিনা লু-লূকখিবদো?

শশিধ্বজনা— মমাঙ্ঙৈ রাম অবতার মতমদা লক্ষ্মণনা ইন্দ্রজিৎপু হাৎখি। মদুদা তমথীবা হিংচাবা ওইবদগী ইন্দজিৎ মুক্তি ফংজে, অদুবু মৈহৌবুংদা ব্রাহ্মণ হাৎলুবদগী লক্ষ্মণগী হকচাংদা নোংমগী অরুম হৌই। মদুদা লক্ষ্মণনা হোমনচিংবা তৌই। অশ্বিনীকুমারখোয়গী বংশদা পোকপা মাইব-অথোইবা দ্বিবিদ কৌবা য়োং অমনা লক্ষ্মণগী য়াম্না ৱাবদু উবদা মন্ত্র অমা তাহনখি। মন্ত্রদু ইদুনা খুদক্তা বামগী মাঙদা অৱাংবদা থম্লগা লক্ষ্মণদা উহনখি। পত্রদু উবগা লক্ষ্মণ অরুম কোকখি অমসুং মপাঙ্গন কনখৎখি। মমৈদা লক্ষ্মণনা দ্বিবিদতা হায়খি— হে য়োং, নহাক বর নিজৌ। দ্বিবিদ মদু তাবদা মবুক হরাউনা লক্ষ্মণদা হায়জখি— ননাইনা প্রার্থনা তৌজবি মদুদি ইবুঙোগী খূত্তা ননাই শিবা ওইজগে, মদুনা ননাই য়োংগী মতৌদগী লাম্থোকচগে। লক্ষ্মণনা হায়খি— মথংগী মপোক্তা ঐহাক বলবাম ওইনা অবতার তৌগনি। মতমদুদা ঐগী খূত্তা নঙগী য়োং ওইবা মতৌ কোকচগনি। সমুদ্রগী অৱাংথংবা তোর্ব্বান্দা দ্বিবিদ কৌবা য়োংসি লৈবনি। দ্বিবিদনা ইবা মন্ত্রদু য়েংবদা লক্ষ্মণগী নোংমগী অরুম হৌবদু কোকখি। কোনা মনাদা মন্ত্রসি ইরগা থোঙদা থেৎলগা য়েংলবদি নোংমগী অরুম হৌবা ফৈ। দ্বিবিদ লক্ষ্মণগী মফমদগী বর ফংদুনা মশা কন্না পুন্সি শাংনা লেনখি। মতম কুইরবা তুংদা বলরামগী খূৎলাইনা মশাদা থাবদা মহাক মুক্তি ফংজখি। মাগী অনীংবা মতুংইন্না নৈমিষ্যারণ্যদা বলরামগী খূৎলাইনা সূতমচা লোমহর্ষণ হাৎখি। নিংথৌ খিবিক, মমাঙৈদা বিষ্ণুনা বামন অবতার তৌবিবা মতমদা চরণ অহুম্না লোক অপূম্বা খুদুম চনখিবা মতমদুদা জাম্বুবাননা ইবুঙোগী থকলোমদা থাবা খোঙফমদু পরিক্রমা তৌখি। ভগবান বামনদা নীংজবা থম্না যাঙ্ন চেনবদু উবদা ঙক্লুনা তাকপিখি— হে শওম অথোইবা ! নপাঙ্গল কনখ্রে, নথৌনা লৈখ্রে, নহাক ঐঙোন্দগী বর অমত্তং নিজৌ। ব্রহ্মাগী অংশনা পোকপা জাম্বুবাননা ৱাদু তাবদা মায়থোং মকা লাম্না

হঙ্গৎখি— ননাইদা বরসি পীনবিয়ু, ইবুঙোগী চক্রনা ননাই শিবা ওইজগে। বামন ভগবাননা ৱাদু তাবদা তাকপীখি— ঐনা কৃষ্ণ ওইনা অবতার তৌরক্কনি, মতমদুদা ঐগী চক্রনা নঙগী নঙক কক্লগনি অদুগা নহাক মুক্তি ফংগনি। মতুংদা কৃষ্ণ অবতার তৌরবা মতমদা ঐহাক সত্রাজিৎ কৌবা নিংথৌ ওইখি অমসুং নুমিৎপু আরাধনা তৌরম্মী। মতমদুদা ঐগী মণি অমগীদমক কৃষ্ণগা ৱাথোক ওইনখি। ঐগী ইনাও অতোম্বদুগী মিং প্রসেন কৌই। নোংশা অমখক্লা মণিদুগীদমক মাবু হাৎলবদা অমুক্কা নোংশাদো মণিদুগীদমক জাম্বুবানগী খুত্তা শিখি। মপান নাইদা মঙান্না থনবা কৃষ্ণনা ৱাথোক্কুগী কিবনা মণিদু থিরকখি অমদি গুহা অমগী মনুংদা জাম্বুবানগা কৃষ্ণগা লান শোক্লখি। জাম্বুবান প্রভুবু খঙবা ঙমখি, কৃষ্ণ-চক্রনা মাগী মঙক ককখি। লক্ষণ তিনবা মবুঙো কৃষ্ণবু দর্শন তৌজ-তৌজ জাম্বুবান প্রাণ থাদুনা মুক্তি ফংজখি। অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী অনৌবা তিংথৌগী মতৌগুম শংবানবা মূর্তি দর্শণ ফংজবদা জাম্বুবান মণিগা লোয়ননা নিজকন্যা জাম্বুবতীবুসু সম্প্রদান কৎখি। কৃষ্ণনা দ্বারকাদা অমুক লেঙঙক্কুনা সভা ময়ায়দা ঐবু কৌখৎপীখি অদুগা মহর্ষিশিংমক্লা ফংঙমদবা মণিদু ঐঙোন্দা পীনবিখি। মতমদুদা ঐনা তত্তনা ইকাইদুনা মণিদুগা লোয়ননা ঐগী ইচানুপী সত্যভামাবু কৃষ্ণদা কৎখি। অনীমক্কী ফজবদু উবদা কৃষ্ণনা অনীমক লৌবিখি। নুমিৎ খরনিগী তুংদা কৃষ্ণনা ঐগী ইফমদা মণি থনম্লগা সত্যভামাবু পুদুনা হস্তিনাদা লেঙখি। কৃষ্ণনা লেঙখ্রবা তুংদা শতধন্বা কৌবা নিংথৌনা ঐবু হাৎলগা মণিদু লৌখি। অদুনা নহানমুক্কী মপোক্তা কল্কিনা অদুম-অদুম তৌখিবা পূম্নমক্তো ঐনা খঙবা লৈ। ঐনা কৃষ্ণদা মীনম্বা ৱাথোক ওইখিবনা মপোকসিদা ঐহাক মুক্তি ফংদ্রি। মপোকসিদা ঐনা কল্কিগী মশক ওইবা পরমাত্মা কৃষ্ণদা ঐগী সত্যভামাগী মশক ওইবী ইচানুপী রমাবু দান কচ্চদুনা অফবা লম্বেন ফংজরিবা অসিনি। ঐনসু পামজরকই মদুদি সুদর্শন চক্রনা কক্কুনা ঐ শিজবা। লান্দা শিবদি মুক্তি ওইগনি খঙদুনা ঐনা মসি পামখিবনি। জগদীশ্বর কল্কিনা মকুবোক হাৎলি হায়বা ৱারীসিদা ধর্ম কায়বগী কিবনা অমসুং ইকাইবনা লু লূকখিবনি।

অসিগুম্বা মাঙদা থোকখিদবা অঙকপা অমসুং পূক্লিং হূবা ৱারীসি তাবদা সভাদা তিল্লিবা নিংথৌশিংদো ঙক্লখি। ময়াম পূম্বা হরাউনখি অমদি মহর্ষিশিংবু কল্কিগী গুণনা চিংশিনখি। শ্রীমান ভূপতি শশিধ্বজনা লীবা ৱারীসি কনাগুম্বনা তাজবদা, মহাক নুংঙাইজগনি, মঙ্গল ওইগনি, থোইনা মিং চৎচগনি অমসুং অরান-খূবম ফংজগনি।

# তরামরিশুবা অধ্যায়

# বিষকন্যা লাঞ্জবা

উগ্রশ্রবানা হায়খি— অসিগী তুংদা মতীক মঙাল লৈরবা কল্কিনা অঙকপা ৱাঙাঙ-ৱাতা ফজবনা মকু-ইবুঙো শশিধ্বজবু পেলহল্লগা নিংথৌশিংগা লোয়ননা হনখ্রে। মহারাজ শশিধ্বজসু কল্কিগী মফমদগী পামজবা বর কায়দনা ফংজদুনা, মহেশ্বরী মহামায়াগী স্তব তৌদুনা মায়াশাপতগী লাম্থোক্লগা প্রিয়াগা লোয়ননা বনদা চৎখ্রে।

কল্কি লাম্মী তেংগোল পুরগা কাঞ্চনপুরীদা লেঙখ্রে। পুরীসি চীংনা লানবন ওইনা কোয়শিল্লি অদুগা মহূ কল্লবা লিন ময়াম্না লানবন্দু ঙাকই। কল্কিনা তেন কাপশিন্দুনা মহূ কনবা লিনশিংদু হাৎলগা লাম্মীশিং লোয়ননা কল্লবা লানবন থুগাইদুনা কোনুংদা চঙশিনখি। মদুদা অয়াম্বা সনা-লুপা মণি মুক্তানা লৈতেংবা অমসুং মফম খূদীং লিন-লৈশাবী ময়াম লৈরম্বা থেংনখি। মরক মরক্তা কল্পবৃক্ষসু হৌরম্মী। অদুবু মী কনা অমফাও লৈরমদে।

অঙকপা থৌওং কয়াসি উবদা কল্কিনা মোমোন নোক নিংথৌশিংদা

হায়রম্মী— য়েংউ, কয়াদা ঙকখ্রবা! মসিদি লিনশিংগী কোনুংনিদনা। য়াম্না ফজখ্রে, অদুবু মীওইবগী নাকন্দদি য়াম্না কিনিঙাই ওই। থাঙ্গেশেংবা মফমসি লিন নৈশাবী ঙাক্তা লৈ। মখোয়সিগী মরক্তা অসুম চঙশিনগদ্রা, ময়াম হায়য়ু।

রমানাথ হরি অমসুং নিংথৌশিংনা মফমদুদা কমদৌসিগে হায়বা লেপ্লা ঙম্নদদুনা চিন্তা তৌনরিঙৈদা আকাশবাণী লাউরকখি— কোনুং অদুদা লাম্মী পুশিন্দুনা চঙবা য়ারোই। মরমদি বিষকন্যানা য়েংঙকপদা কল্কি নত্তনা অতৈ পূম্নমক কালগী খুদুমদা তাগনি। অকাশবাণীসি তাবগা কল্কি থাঙ পায়দুনা শগোন তোংদুনা মতোমতা তেনৱাগা লোয়ননা প্রপ-প্রপ লেঙশিনখি। খরা শাংনা চঙলগা কল্কিনা কনাগুম্বী কন্যা অমা লৈরম্বা উরম্মী। মাবু উবদা অশিংবমকসু মপূক্লিং তপথবা ঙম্লোই। কন্যাদুনা শকহেনবা, থোৎ-নৌনা চংখোনবা, রমাগী মবুংঙো কল্কিবু উবদা হায়রকখি— জগৎসিগী থোইনা কন-থৌবা নিংথৌ চা কয়া অমা অমসুং মীওইবা কয়া অমদা মীৎনা য়েংবদা মশা তুমদুনা অশি খায়াত্তা তাখ্রবনি। অদুনা ঐহাক য়াম্না ৱাজৈ। লাই, হিংচাবা নত্রগা মীওইবা কনানসু ঐবু নুংশিবিগনি হায়বগী ওইথোকপা লৈজদ্রবীনি। হৌজিক্তি ইবুংঙোগী অমৃত ওইবা মিৎয়েংনা ননাইদা প্রেমগী ঈথক হৌখ্রে। শ্রীচরণদা ননাইনা ভক্তি কচ্চরি। সংসারসিদা ঐহাক্কী হূ চেনবা মীৎয়েং অসিনা ঐহাক তোল্লবী অমসুং থোইনা লাইবক থীরবীনি। অদোমগী মিৎয়েংদু অমৃতগুম খঞ্জে। ননাইনা করি তপস্যা তৌজরকপননো, ইবুঙোগী দর্শন ফংজররে।

কল্কিনা— হে খ্বাং চেংনা নিংথিবী! নহাক কনানো? কনাগী মচানো? কমদৌনা নহাক্কী ফিভমসি ওইখিবনো? নঙনা করি কমদৌরুদুনা নমিত্তা হূ চেনখিবনো?

বিষকন্যানা— মহামতি! ঐহাক চিত্রগ্রীব কৌবা গন্ধর্বগী নুপীনি, ইমিং সুলোচনা কৌই। ঐনা ইপুরোইবগী মবৃক হরাউনবা হোৎনজরম্মী। নোংমা ঐহাক ইপুরোইবগা লোয়ননা বিমান তোংদুনা গন্ধমাদন চীংজাওগী কুঞ্জবন অমদা নূংপাক অমগী মথক্তা ফম্লগা হরাউ-নুংঙাই শান্নরম্মী। মতমদুদা ঐনা মদুদা লৈরম্বা যক্ষ মুনি অমা ফিবম কায়না অমসুং ৱানা লৈরম্বা উরুবদা মীৎচিনা লৈনা য়েংল, মাবু নোক্লরম্মী। ইচীন্দগী হৌনদবা নুংশিদ্রবা করেম-কথাইনবা ৱাদু তাবদা মহর্ষিদুনা শাউদুনা ঐঙোন্দা শাপ তৌরম্মী। শাপ অদুদগী ঐহাক হূ চেনবা মীৎয়েং ওইদুনা লৈখিবনি, অদুগা কাঞ্চনী কৌবা লিনগী লৈবাকসিদা লিন অমোমশিংগী মরক্তা

লংশিনবীরম্বনি। ঐনা হেক য়েংখিবদা হূ ফ্রি-ফ্রি হেক্তা কাপ্পি। অদুনা ঐহাক মফমসিদা লাইবক থীবী, ইপুরোইবা লৈজদ্রবী ওইদুনা ইতোমতা কোয়চৎ চত্তুনা লৈজরম্লিবা অসিনি। খঙবা ঙমজদে, করি তপস্যা তৌজরক্তুনা ইবুঙোবু দর্শন ফংজররিবা! ইবুঙোবু দর্শন ফংজবদগী হৌজিক ননাইগী মীৎয়েংদা অমৃত কাপ্লে। হৌজিক্তি ননাই ঐহাক ইপুরোইবগী নাক্তা চৎচরগনি। কয়াদা ঙকখ্রবা! সাধুনা নুংশিনা দর্শন তৌবিবদা শাপ কোকচবা উরেদনা! মরমদি ঋষিনা শাপ কোকপিরবা মতমদা ইবুঙোগী চরণ থম্বান দর্শন ফংজবোই।

অসি হায়দুনা বিষকন্যা নুমিৎকুম মঙান শন, বিমান তোংদুনা স্বর্গ কাখি। কল্কিনা মহামতি কৌবা নিংথৌবু কাঞ্চন পুরীগী নিংথৌ ওইহনখি।

মহামতিগী মচানুপা অমর্ষ, অমর্ষগী মচানুপা লৌশিং চাউবা সহস্র। সহস্রগী মচানুপা ওইনা পোকখিবনি অসি কৌবা অফাওবা নিংথৌদো। মাগী শাগৈদা বৃহন্নল কৌবা নিংথৌ অমা পোকখি। হে লৈবাক মপু ! থৌনা লৈবা মরুবু অযোধ্যাগী নিংথৌ হাপ্পীরল্লগা হরি মুনিশিংগা মথুরাদা লেঙখ্রে। মতুংদা ইবুঙোনা মতীক মঙান লৈবা নিংথৌ সূর্য্যকেতুবু মথুরাগী নিংথৌ হাপ্লগা বারণাবততা লেঙখ্রে। মফমদুদা দেবাপিবু নিংথৌ হাপ্তুনা, মঙোন্দা অরিস্থল, বৃকস্থল, মাকন্দ, হস্তিনাপুর অমসুং বারণাবত লৈবাক মঙাসিগী মপু ওইহল্লগা ইবুঙোনা শম্ভল দেশতা অমুক লেঙখি।

অদুগী তুংদা মচীন মনাও লুনা তৌবা হরিনা কবি, প্রাজ্ঞ অমসুং সুমন্তদা শৌন্ড, পৌণ্ড্র, পুলিন্দ সুরাষ্ট্র অমসুং মগধ লৈবাকশিং পীরম্মী। ইবুঙোনা শাগৈ-নাতৈশিংদা কীকট, মধ্য, কর্ণাট, অন্ধ্র, ওড্র অঙ্গ অমসুং বঙ্গ লৈবাকশিংসি পীরম্মী অমদি নিংথৌ বিশাখযূপদা কঙ্কক অমসুং কলাপ দেশ পীরগা ইবুঙোনা শম্ভল গ্রামদা লৈবিখি। কৃতবর্মনচিংবা মচাশিংদনা ইবুঙোনা দ্বারকাগী মনুংচনবা লম চোল, বর্বর অমসুং কর্বদেশ পীখি। মপাবুংদসু কল্কিনা থোইদোকপা ভক্তিগা লোয়ননা মণি-মুক্তা, লন-থুম কয়া কৎখি। অদুগা লৈবাক প্রজা ময়ামদা থাজবা পীদুনা ইবুঙোনা যুম্বানবগী আশ্রমদা লৈবিদুনা পদ্মা অমসুং রমাগা লোয়ননা নুংঙাইনা মতম লেনমিন্নখি।

মরোল অহুম্মক সত্যযুগ মপূং ফাখ্রে। ধর্মগী মখোঙ মরি চোংথোরকখ্রে। লাইয়াম্না মতীক চানা মহে পীনরবা পৃথ্বী অপূম্বা কোয়ন-লেঙখি। পৃথিবীগী মহে-মরোং খিবিক মরীক চূমখ্রে অমদি লোক অপূম্বা লৈরিক-লৈরা থনবা হৌরকখি।

হূরান-চীষ্টীবা, ওইদ-পাদবা ৱা অমসুং লমচৎ-লায়না-লায়থুং পূম্বা খিবিকসু কোকখ্রে। ব্রাহ্মণশিংনা তত্তনা বেদপাঠ তৌনখি। নুপী ওইবীশিংনা মঙ্গলগী থবক খরা তৌদুনা হৌন-লীচৎ কায়দনা ব্রত চেৎপা, পূজা হোমদা পূক্নিং চঙবা অমসুং মপুরোইবগী ধর্মদা মায় ওনশিনবা ওইখি। ক্ষত্রিয়শিংনা যজ্ঞনচিংবা তৌনরম্মী, বৈশ্যনা বিষ্ণু পূজা লুনা তৌদুনা ধর্ম কায়দনা পোৎলম চৈরম লৌন-ওন্না পুন্সি লেন্নরম্মী। শূদ্রশিংসু ব্রাহ্মণ সেবা মায় ওনশিন্না হরি-সেবা অমসুং কথা কীর্ত্তন তৌদুনা মতম লেনবা হৌখি।

# তরামঙাশুবা অধ্যায়

## মায়া স্তব

শৌনকনা হায়খি— হে সূত! মহারাজ শশিধ্বজনা মায়া স্তব তৌরগা কদায়দা চৎখিবনো? মুনিদি অকৃপ্পা খঙবিবনি। মরম অসিনা মায়া স্তুতিগী মরমদু তাকপীয়ু। মায়াগী ব্বারীগা বিষ্ণুগী ব্বারীগা খেন্নবা লৈতে হায়বা অদুসু মুনিনা তাকপীয়ু।

উগ্রশ্রবা সূতনা হায়খি— মুনি খিবিক, মহর্ষি মার্কণ্ডেয় মুনিনা হংজবদা শেংলবা আত্মা ওইবা শুকদেব মুনিনা থোইদোকপা মায়াস্তবসি তাকপীখি। ঐহাক মুনি খ্বাইদা লীবক্কে, তাবিসি। ঐনা অদুক তাহৌবা তমহৌবদো তাবদা মীওইবগী অপাম্বা খিবিক থুংজে অমসুং পাপকী মৈচাক কোকচৈ হায়বা মায়াস্তবতু লীরক্কে, ময়াম তাবিগনি। শশিধ্বজনা হায়খি— ইবেম্মা মানা হ্রীঁ হায়বা বীজ স্বরূপ ওইবা, শেংলবী অমসুং সত্ত্বগুণগী মশক ওইবী, ব্রহ্মানচিংবগী মমা ওইবী, বেদ খঙবী, নিংথিজবী অমসুং অথোইবী ওইবী, মঙোন্দা পঞ্চভূত হায়বদি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, পৃথ্বী, আকাশ অমসুং পঞ্চ তন্মাত্র শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস, গন্ধ হায়বসিগী লৈফম ওইবী, দেব-গন্ধর্ব অমসুং সিদ্ধশিংগী নীংফম ওইবী ভগবতীবু ঐনা বন্দনা

তৌজে। লোকাতীত ওইবী, দ্বৈতভাব নিংথিনা চেনবী, ব্যাস, শততপনচিংবা মহর্ষিশিংনা মাবু বন্দনা তৌনবী, অদুগা পণ্ডিতশিংনা স্তুতি-পাঠ তৌনবা, মতমগী ঈথক-ঈপোম্না হাই-হুমহনবী, ইবেম্মা মাগী অপাঙ্গ লীলানা জীবশিংবু সংসার সমুদ্রদা থাদবিবা ইবেম্মবু ঐনা স্তব তৌজে। ইবেম্মদি মহাভাবকী ফংনফম অদুগা দ্বৈতগীসু ফংনফম্নি। ইবেম্মনা চঙজরকপা মনাইশিংবু য়োকপী। মহাক্তি লৈশেমগী অহৌবা, ময়ায় চনবা অমসুং অরোইবা মতম পূম্নমক্তা লেঙদনা লৈবীনি। ইবেম্মনা লাই, শা-উচেক, মীনচিংবা অয়াম্বা মশক কয়া ফোঙদোকপীরি অমসুং পূম্নমক্কী তৃংফম ওইবীনি। অদুগুম্বী ব্রহ্মগী মশক ওইবীবু ঐনা খুরুমজে। ইবেম্মা মহাক য়াওদনা মরোল অহুম্না পঞ্চভূতনা মরম ওই-ঙাম্হোকপা ওইবা, অদুগা মঙাল অদু য়াওদনা কাল দৈব অমসুং কর্মনচিংবা করিগুম্বা মশক মঙাল অমত্তা ঙাম্হোক্তবা, অদুগুম্বী অথোইবী ভগবতীবু ঐনা খুরুমজে। ইবেম্মগী মীৎকী মশক ওইবী মঙান্না লৈপাক্তা মনম, ঈশিংদা মহাও, মঙান্দা মশক, নুংশিত্তা শোক্ন-পন্নবা অমসুং আকাশতা শব্দনচিংবা ফোঙদোকপা ঙম্বা ওইবী, জগত্তা কৃপ্ন-লেঙশিনবী তাইবঙগী মশক ওইবী ভগবতীবু ঐনা খুরুমজে। ইবেম্মা নঙদি ব্রহ্মাগী সাবিত্রীনি, ভুবনেশ্বর মহাদেবগী ভবানী দুর্গানি। অদুগা শ্রীবিষ্ণুগীদি লক্ষ্মীগী মশক ওইবীনি। ইবেম্মা নঙদি স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রগী মহারাণী শচীগী মশক ওইবীনি। নঙনা মায়াতনা তাইবঙ ওইনা থম্বীরি। নহাক্তি অঙাং ওইবদা নুপীমচা, মথোৎ কারকপদা লৈশাবী অদুগা অহল ওইবা মতৌদা হনুবীনি। নঙদি মতমগী মশক ওইবীনি, কামগী মশক ওইবীনি অমসুং জ্ঞানগী ৱাংমদা লৈবীনি। অয়াম্বা যজ্ঞ-যাগনা নঙবু উপাসনা তৌনৈ। নঙদি অথোইবী, পীনহৈবী, অপাঙবা পীনবনি। নঙদি মঙ্গল ওইবী, জগৎনা সম্মান তৌবী, চণ্ডী, দুর্গা, কালিকা, মহা কালিকা হায়বা মিংনা মফম কয়া শক্লোন কয়া অমসুং ফিজোন কয়া পুথোক্তুনা ঙাম্হোইবীনি। তাইবঙগী অহানবী দেবী, কনাগুম্বা লাইনচিংবনা খুরুম্নবী নঙগী পাদ-পদ্মদা প্রেমভক্তি মপূং ফানা চিন্তা তৌনৈ, অমহিক্তি নহাক্কী নামবু কনানা নাকোং থূম্না তাজবদা মাগী ধর্মগী লন ফংজবা অমসুং পূম্নমক পাঙজবা ঙমজবসু ওইজে।

শুকদেবনা সিগুম্বা শেংলবা মায়া স্তবসি কীর্ত্তন তৌখি। মহারাজ শশিধ্বজ মহর্ষি মার্কণ্ডেয়গী মফমদগী মায়াস্তবসি ফংহৌদুনা সিদ্ধি ফংখি। মহাক্না বন মনুংদা লৈবা কোকামুখ কৌবা মফমদা তপস্যা তৌনা হরি ধ্যান তৌজবদা সুদর্শন চক্রনা হাৎলবা তুংদা বৈকুন্ঠদা চৎখি।

# তরাতরুকশুবা অধ্যায়
# বিষ্ণুযশানা মোক্ষ ফংবা

উগ্রশ্রবানা হায়খি— হে ব্রাহ্মণ খিবিক! ঐনা সভা মযামগী মফমদা শশিধ্বজ নিংথৌনা অবান খুবম ফংখিবগী বিবরণ লীখ্রে। হে পণ্ডিত ওইবশিং! অসিগী তুংদা কল্কিগী ৱারী অমুক লীরক্নে, তারসি। কল্কিনা নিংথৌ ওইববদা বেদ ধর্ম কৃতযুগ দেবতা লোক অমসুং অচৎ-চত্ত খিবিক নোয়-পেন, হরাউনবঙাক ওইনখি। মাঙলমচৎ মতমদা লাই সেবা তৌবা ব্রাহ্মণশিংনা অয়াম্বা ফিজোন লৈতেং কয়ানা লৈতেংবা লাই মূর্ত্তি পূম্নমক ওইদবা মিত্রংগুম খন্নবম্বদো, হৌজিক খন্নখিদ্রে। হৌজিক্তি অতৈ করিগুম্বা মফমদসু মায়ানা শুমজনবা, লৈতেং তান্নবা, সাধু লৌনম্বা পাপচেনবা কনাসু লৈখিদ্রে। কল্কিনা নিংথৌ ওইরবা তুংদা পূম্নমক্না চন্দন থিন্নখ্রে। অসুম্না কল্কি পদ্মা অমসুং রমাগা লোয়ননা শম্ভলগ্রামদা লৈরকখি। নোংমা মপাবুং ইবুংঙোনা কল্কিদা হায়খি— লাইয়াম্না জগৎকী ফনবা থৌরাং লাঙ্‌ঙিবমক্নি। লাইয়ামগী উদ্দেশ্যদা যজ্ঞ লিংখৎলু।

মপাবুংগী বাক্য তাবদা কল্কি থোইনা পূক্নিং মকালাম, নোল্লুক্না ভক্তি কৎনা

হঙ্গৎচৈ— ধর্ম-অর্থ-কার্ম-সিদ্ধিগীদমক ঐহাক রাজসূয়, বাজপেয়, অশ্বমেধ অমসুং মহানঘ অসিনচিংবা কর্মকাণ্ডগী মনুং চনবা যজ্ঞ তৌদুনা যজ্ঞপতি হরিগী পূজা কচ্চগে।

তুংদা ইবুঙোনা কৃপ রাম ব্যাস বশিষ্ঠ ধৌম্য অকৃতবর্ণ অশ্বত্থামা মধুচ্ছন্দ মন্দপাল অসিনচিংবা মহর্ষিশিং অমসুং বেদ লোইনা হৈরবা ব্রাহ্মণ মহাত্মাশিংবু পূজা কত্তুনা গঙ্গা যমুনা ময়ায়দা যজ্ঞ কৎলগা দীক্ষা ফংদুনা স্নান তৌরগা দক্ষিণা কৎখি। অদুগী তুংদা ইবুঙোনা মখল মখা অয়াম্বা শায়দুনা চাব, চূপ্তুনা চাবা, লেক্তুনা চাবা, থক্কদবা, মালপোয়াতল, উমদুনা চানবা, ফৌ, য়ু, শা, হৈ-রা, মরু-মতা অমসুং মখল মখা অযাম্বা পোৎচাক-পোৎচঙ কয়া লাঙ, ব্রাহ্মণশিংদা হৌনবী চুম্না উৎসব কৎখি। যজ্ঞগী পাঙ্গদবা থৌ মখে ঙম্না লোইনা মপূং ফাখি। মৈনা তুন্নবা, বরুণনা ঈশিং পীবা অমসুং নুংশিৎনা যজ্ঞদুগী য়েনবগী থৌবু ওইখি। কমলপত্রাক্ষ কল্কিনা যজ্ঞ খুদিংমক্তা অপাম্বা অথোইবা খূৎশু-খূৎলাইনচিংবা অমসুং জগোই-ইশৈ যন্ত্রনচিংবা লাঙদুনা হরাউ-কূম্মৈ চাউনা তৌ, পূম্নমক্কী হরাউবা হেঙ্গৎহনখি। ইবুংঙোনা নুপী-অঙাং হনু-হনা পূম্নমক্তা মতীক চানা লন-থুম দান তৌখি। রম্ভানা জগোই শাখি, নন্দীনা তাম্থা য়ৈদুনা পূঙ য়ৈখি, গন্ধর্ব হূহূনা ইশৈ শকখি। জগদীশ্বব কল্কিনা ব্রাহ্মণ অমসুং মতীক চাবদা লন-থুম য়েন্দুনা মপাবুংগী য়াথং লৌরগা গঙ্গা মপান্দা লৈরকখি।

অসোমদা বিষ্ণুযশাগী সভাদা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা মাঙদা হৌখ্রবা নিংথৌশিংগী ৱারী তাদুনা নুংঙাইনরম্মী অমসুং নোক-খেনা হরাউনরম্মী। মতমসিদা দেবর্ষি নারদ অমসুং তুম্বুরু মফমদুদা থুংলখি। মমিং চাউনা চৎলবা বিষ্ণুযশা পূক্লিং পেন্না মহর্ষি অনীদুগী হৌনবী চুম্না পূজা তৌখি। নিংথৌনা নিংথিনা মখোয়গী পূজা তৌরগা নোম্লুকপা থম্মোইনা বিষ্ণুভক্ত, বীণাপাণি, মহামুনি নারদদা হরাউজবগা লোয়ননা হঙ্গৎখি— নিংথৌ ঐগী লাইবক কয়াদা ফখ্রবা! করম্বা অঙকপা ঐগী মপোক চামগী লৈজরকপা লাইবক ফবনো? মুনিশিংদি মপূং ফারবনি, ঐগী মুক্তিগীদমক অদোমগী দর্শন ফংজরে। ঙসি অদোমগী দর্শন অমসুং পূজানা ঐগী পিতৃগণনা পেনবিরে। মৈদা ঐনা হোম অদুক কচ্চখিবদো মহৈ য়াল্লে। ঙসি লাইয়াম্নসু পেনবীরে। পূজা কচ্চবদা বিষ্ণুপূজাগা মান্নবা; দর্শন ফংবদা অমুক পোক্লক্ত্রবা, শোকচবদা পাপ কোকচবা অদুগুম্বা সাধুনা লেঙবীরকপা কয়াদি চাওখৎলবা ! সাধুগী থম্মোয়দি ধর্মনি, মখোয়গী ৱাঙাঙনা সনাতন

দেবতানি, মখোয়গী কর্মনা কর্ম তৌদবগী মরম ওই। মরম অদুনা সাধুদি হরিগী মূর্ত্তিনি। ফত্তবা তাম্থোক্লবগীদমক কৃষ্ণ অবতারদা কৃষ্ণগী অরেপ্পা হকচাংদু ভৌতিক ওইদবগুম, মরোল অহুমসিগী বৈষ্ণবকী হকচাংসু পঞ্চভূতনা শাবা নত্তমালে হায়না খল্লি। মায়াগী সংসার সমুদ্রসিদা বিষ্ণুভক্তিনা হি ওই, অদোম্না লাম্থোক-লানশিনগী হিরোয়নি। অদুনা মুনিদা করিগুম্বা খরা হংজগে। হে জগদ্বন্ধু! করি কর্মনা ঐনা অৱাবা কোন অসিদগী লাম্থোকচবা ফংদুনা মঙ্গলগী থৌরাং ওইবা অথোইবা অরান খুবম ফংজগদবা অদুদং তাকপীয়ু।

নারদনা— উম, মায়াগী ৱাদি করি হায়গনি! পূম্নমক্কী য়ৈখায়-থুগায়বী অদুগা অফ-শাবীনি। বিষ্ণুনা ইবুঙো মাগী মমা পাবুং ফাওববুসু মায়াদগী লাম্থোকপা ঙমহন্দে। মপূং ফাবা নারায়ণ জগৎকী মপু কল্কিবু মচা ইবুংঙোনি হায়রিবা বিষ্ণুযশানা ঐগী নাক্তা মুক্তিগী আশা তৌররি।

ব্রহ্মাগী মচা ইবুঙো নারদনা ৱা অসি ময়েক শেংনা হৌদোক্লুনা ব্রহ্মযশাগী মচা ইবুঙো বিষ্ণুযশাবু অচীকপদা ব্রহ্মজ্ঞান তাকপীনবগীদমক হায়রি— হকচাং মাঙখ্রবা তুংদা জীবনা অমুক হন্না হকচাংদা চঙশিনবা পাম্বা উবদা মাযানা হায়খিবদু ঐহাক লীরক্কে তাসি। ৱারী তাবদা মুক্তি ফংই। বিন্ধ্য চীংজাওদা মায়ানা মশাগী অনীংবনা তনৌবী নুপীগী শক্তম লৌদুনা হায়খি, ঐহাক মায়ানি। ঐনা নঙবু থাদোক্লবনি। নহাক কমদৌনা পুন্সি লেনবা পাম্বগে?

জীবনা— হে মায়া, ঐহাক পুন্সি লেন্দ্রি, হকচাংতনা পুন্সিগী চঙফম্নি। ঐ হায়বা নাপনসিনা খেন্নবা ৱাখন থাদোক্ল, কমদৌনা হকচাংদা লৈবা য়াগনি।

মায়ানা— হকচাং পুবগা মাগী মরীদা খেন্ন-ৱাখল খল্লকপা বুদ্ধিদুবু কমদৌনা নঙগী ওইগদৌরিবনো? হোৎনবা হায়বসি মায়াগী মখা পোন্ননি। হৌজিক মায়া থাদোক্লগা নঙনা কমদৌনা থৌরাংগদৌরিবা?

জীবনা— মায়া, ঐ য়াওদনা নঙগী হৈশিংবা শাবা মতৌদু ফোঙদোকপা অমসুং বিষয় পাম্বা ওইবা য়ারোই।

মায়ানা— মায়া ঐনা মরম ওইদুনা জীবনা খৃৎলাইগী মতৌগুম থবক অমসুং থৌরাং তৌই। মায়ানা মরম ওই, পুন্সি লেল্লি। শামুনা চাবা হৈগ্রিগুম মচি য়াওদ্রবসু মচি য়াওবগুম খল্লি।

জীবনা— অপঙ, নঙ ঐগা লোযনরগা পোক্লুনা অয়াম্বা মিংথোন কয়া পুরিবদুদি! ওক্তবী নুপীনা মপুরোইবা নিন্দা তৌবগুম করিগী ঐবু নিন্দা তৌরিবা?

নুমিৎনা থোরকপদা অমম্বা লৈতবগুম ঐ য়াওদবদা নঙগী অৱাৎপা ওইদুনা লৈগনি। ফৃয়না হৌবা নোংনা নুমিৎপু খঞ্জিনবদা ঙানবা মঙানগুম নঙসু ঐবু খঞ্জিল্লগা নিংথিবা মতৌ ওইরিবদুনি। মায়া, নঙসি লীলাগী মরু অমসুং মতোংগী মশক্তি। নঙগী শক্তোন কয়া থোকপা মরম্না নঙনা সংসারসিগী অহৌবা, অরোইবা অমসুং ময়ায়দা মিত্রংগী মতৌগুম নিংথিরিবদুনি।

অসুম্না বিষয় লল্লোনবা য়াওদনা লেপ্লবা, পূক্লিং লল্লোনবা য়াওদ্রবা, ভূতদেহ ওইদ্রবা, পুন্সি নাইদবা হকচাং উবগা মায়াদি মদু থাদোকই। ঐবু থাদোক্লগা মায়ানা শাপ তৌরম্মী, “হে নুংশি হৈতবা, হন্দক মপোক্তা উকংলাইগুম নঙগী ফিবম কৈদৌনুংদসু হকথেংননা ফংলরোইদবনি”। নচা ইবুঙো জগৎকী থৱায় ওইবা মপু কল্কিমক মায়াদুনি। মায়াবু খণ্ড-উনা হরিদা থৱায় কখোক্লগা চৎনিংবা কোয়না চচ্চৌ। মহৈ পাম্বা য়াওদনা, নুংশিবা লৈতনা, ঈংনা অমসুং মখল খুদিংগী ভোগ পাম্বা ওইররোইদবনি। জগৎসি বিষ্ণুদা তিনবা ঙাক্তনি। অদুগা বিষ্ণুতনা জগৎসিদা চঙবিদুনা লৈবিবনি হায়বা জ্ঞানসি ফংগদবনি। মতুংদা জীবাত্মাবু পরমাত্মাদা তিঞ্জবগা কর্ম পূম্নমকপু থাদোরকপা ঙমগদবনি।

মহর্ষি অনীদু বিষ্ণুযশাগা লোয়ননা ৱারীসি শানদুনা কল্কিবু প্রদক্ষিণা তৌ, ভক্তি কৎলগা কপিলাশ্রমদা লেঙখি।

নারদগী মুখদগী বিষ্ণুযশা মচা ইবুংঙো কল্কিবু জগন্নাথ নারায়ণনি হায়বসি তারবা মতমদা মহাক সংসার আশ্রম থাদোক্তুনা বনদা লেঙখি। মহাক বদরিকাশ্রমদা চত্তুনা অকনবা তপস্যা তৌদুনা, আত্মাবু পরংব্রহ্মদা তিনশিন্দুনা মপূং ফাবা মশক ওই, মাগী পঞ্চভূতকী হকচাং থাদোকখি। পূকচেন শেংবী সুমতি শিরবা মপুরোইববু কোন্দুনা মৈদা চঙখি। লাইরৈবাক্তা লাইয়াম্না ফিজেৎ-লৈতেং, মাগী স্তব শক্লখি। মুনিশিংগী মুখদগী কল্কিনা পাবুং-ইমানা স্বর্গ কাখিবগী পাউদু তাবদা নুংশিবনা লাকশিন্দুনা মীৎকী পি ঈরোয়না শ্রাদ্ধ কর্মনচিংবা পাঙখি।

লৈবাক্কী চৎনবী অমসুং বেদগী চৎনবী পাম্বা ধর্ম চেনবা কল্কিনা লাইয়াম্মক্লা হায়নবা শম্ভলগ্রামদা লৈদুনা পদ্মা অমসুং রমাগা লোয়ননা লৈবাক ঙাক্তুনা লৈখি।

তীর্থবুসু শেংবীরম্বা পরশুরামনা তীর্থ কোয়বা লাকপদা মহেন্দ্র চীংজাও মতোন্দগী কূন্লক্তুনা কল্কি দর্শন তৌনবগীদমক শম্ভল গ্রামদা লাকখি। হৌন-খঙবা কল্কিনা পরশুরাম্বু উবমক্তা হরাউনা পদ্মা অমসুং রমাগা সিংহাসনদগী হৌগত্তুনা বিধি চুম্না পরশুরামগী পূজা তৌখি। ইবুঙোনা পরশুরামবু অয়াম্বা অহাউ-অথুম

অমসুং গুণ চেনবা ভোগ কত্তুনা হাহল্লগা মমল য়াম্বা লৈতেংগী শয্যাদা নুংঙাইনা পোখাহল্লম্মী। গুরুনা পোথারিঙৈদা খোঙ নোইদুনা নুংঙাইনা কল্কিনা নোল্লুক্না নুংশিবা ৱাঙাঙনা হঙ্গৎখি— গুরুদেব, গুরুগী কৃপাদগী ঐহাক ধর্ম-অর্থ-কাম হায়বা বর্গ অহুম সিদ্ধ ওইজরে। হৌজিক শশিধ্বজগী মচানুপীনা হায়জবা অমত্তং তাবীসি।

শশিধ্বজগী মচা ইবেম্মা রমানা মপুরোইবগী ৱাদু তাবদা থম্মোই নুংঙাইনা জামদগ্ন্য পরশুরামদা হংজখি— করি করম্বা যম নিয়ম জপ নত্রগা ব্রত তৌজরগা ঐনা পামজবা ইচানুপা ফংজবা ঙমগদগে?

# তরাতরেৎশুবা অধ্যায়
# রুক্মিণী ব্রত

উগ্রশ্রবানা হায়খি— জামদগ্ন্য পরশুরামনা রমাবু মচানুপা ফংনীংবা উদুনা অমসুং কল্কিগী অপাম্বদু খঙদুনা রুক্মিনী ব্রত তৌহনখি। সতী রমা ব্রতসিগী মপান্না মচানুপা পোকপী, লৈরিক-লৈরা থনবী অমসুং কুইনা নহা ওইবী ওইজখি।

শৌনকনা হায়খি— সূতমুনি, রুক্মিণী ব্রতগী নিয়ম করিনো? মহৈংনা করি? কনানা সিগুম্বা অথোইবা ধর্ম-ব্রতসি হৌদোক্লম্বনো, মদু ঐখোয়দা তাকপীয়ু।

উগ্রশ্রবানা— ঐহাক ৱারী পূম্বা ঙীগে তাবীয়ু। নোংমা বৃষপর্ব কৌবা হিংচাবা নিংথৌগী মচানুপী শর্মিষ্ঠানা পুখ্রিগী ঈশিংদা লূপথদুনা লৈরিঙৈদা সোমেশ্বর শিববু উবা ফংখি। মানা মতাশিং লোয়ননা দেবযানীগা অরেংখা শান্নরম্মী। মহাদেব উবদুদা মখোয়না কিদুনা ঈশিংদগী কাখৎ, খুদক্তা মফি-মরোল হোংদোকখি। মতমদুদা হিংচাবগী গুরু শুক্রাচার্য্যগী মচানুপী দেবযানীসু মফিদু থল্লম্মী। মাগী ফিদু ওন্নখিবদা শর্মিষ্ঠানা শাউদুনা হায়রম্মী— চাক্লিবী, নঙ ঐগী ফিদু পীরকউ।

মদুদা মনাইনুপী কয়া লোয়নরিবী শর্মিষ্ঠানা দেবযানীবু ফিনা পুনশিল্লগা গুহা

মনুংদা লংথরল্লগা ময়ুমদা হনখ্রে।

দেবযানী গুহা মনুংদা কপ্তুনা লৈরিঙৈদা নহুষগী মচা ইবুঙো যযাতিনা ঈশিং থক্কে হায়দুনা মফমদুদা থুংলখি। মদুদা মখূৎ পায়দুনা মাবু চিংখৎপীরগা হায়রম্মী— শকহেনবী! নহাক কনানো?

ইরাইগুরুগী মচা ইবেম্মা ইকাই-ইকাই, কিনা মফি-মরোন শেৎচিল্লগা নিংথৌগী মফমদা মীৎয়েং থম, শর্মিষ্ঠাগী ব্বারী পূন্বা তমখি। যযাতিনা দেবযানীগী পামজবদু খঙলদুনা মাবু লুহোংবা পামখি। অমুক খরা শাংনা মাগা চৎমিন্নরগা, মাবু থাজহল্লগা হলহৌই।

দেবযানীনা য়ুমদা হল্লক্লগা মপাবুং শুক্রাচার্য্যগী মফমদা শর্মিষ্ঠাগী মরমচত্তুগী ব্বাবোন পূন্বা তমখি। শুক্র মদু হেক তাবদা শাউদুনা ফূক হৌগৎখি। হিংচাবা নিংথৌ বৃষপর্বনা আচার্য্যবু থেমজিন্দুনা হায়খি— গুরুদেব ! কবিগুম্বা ঐঙোন্দা অদোম্না শাউবিবা ওইরবা, ঐহাকসি দণ্ডি ফংনীংঙাই ওইরবা নত্রগা অদোমগী মাঙনবা তৌবী শর্মিষ্ঠাগী মথক্তা শাউবিবা লৈরবদি পীবিনীংবা দণ্ডি পীবিয়ু।

হিংচাবা নিংথৌনা মপাবুংগী খোঙদা তুরবদু উবদা দেবযানীনা শাউনা হায়রম্মী— নচানুপীদু ঐগী মীনাই ওইহল্লু।

অশিংবা নিংথৌ ওইবনা লাইগী শক্তিগী ব্বা খল্লুদুনা মচানুপীবু ইরেন পুবক্লগা দেবযানীগী মীনাই থৌদাং য়াহল্লম্লগা নিজ গৃহদা হনখি।

সিগী তুংদা শুক্রনা নিংথৌ যযাতিবু কৌরুদুনা প্রতিলোম বিবাহ হায়বদি জাৎ অনেম্বগা-অব্বাংবীগা লুহোংবগী মতুং ইন, হৌনবী চুম্না দেবযানী লুহোংখি। দেবযানীগা লোয়ননা মনাইনুপী শর্মিষ্ঠাসু কৎখি। শুক্রাচার্য্যনা রাজকন্যা শর্মিষ্ঠাবু কৎলদুনা নিংথৌদা হায়খি— করিগুম্বা নহাক্না রাজকন্যাসিবু তূম্বদা কৌশিনবা থোক্লবদি, খুদক্তা নহাক হনুগনি।

যযাতি নিংথৌ শুক্রাচার্য্যগী ব্বাদু তাবদা কিদুনা দেবযানীগী মনাইনুবী মশক মতৌ চংখোনবী শর্মিষ্ঠাবু মীৎয়েংগী মরুমদা থম্বিখি। অব্বা-অনং অমসুং অকিবনা ব্বাজরবী রাজকন্যা শর্মিষ্ঠানা নুমিৎ খুদিং মীনাইনুবী চামগা লোয়ননা দেবযানীগী সেবা তৌরম্মী

নোংমা শর্মিষ্ঠানা বনদা গঙ্গা মপান্দা ফমদুনা কপ্লম্মী। মতমদুদা মহর্ষি বিশ্বামিত্রনা নুপী ময়ামগা পূন্না লৈরম্বদু উরুই। মহর্ষি মশামক ব্রত তৌদুনা মনম নুংশিবা লৈ-চন্দননা লৈতেংদুনা লৈরম্মী অদুগা পুণ্যগী মনম চেনবী, মশক মতৌ

ফজবী ইবেম্মশিংনা মুনিগী মায়গৈ মরিদা কোয়শিল্লম্মী। মুনিনা ধূপ-থাউমৈ, লৈ পরেং অমসুং মখল-মথেল অয়াম্বা অথেম্পোৎ কত্তুনা ইবেম্মশিংদু ব্রত তৌহল্লম্মী। মহর্ষিনা বেদীদা অষ্টদল য়েক্কুনা, চিথেক মরিদা লফূ পাম্বী মরি যুংলম্মী। ফিজং থাদরবা মণ্ডপতা সনাগী পীঠ নিংথিবা, মথক্তা অয়াম্বা মণিনা অমুক লৈতেংবা, নীংথিনা শেম-শারবা আসনদা বাসুদেবগী শ্রীমূর্ত্তি লেঙশিল্লম্মী। পুরুষ সূক্ত পাঠ তৌ, অয়াম্বা পূক্লিং হূবা চন্দন মহী, পঞ্চামৃত অমসুং পঞ্চগব্যনা ব্রাহ্মণনা মন্ত্র থীদুনা বাসুদেবগী স্নান কৎ, ভদ্রপীঠদা থমচেৎ-মমায়দা লেঙশিল্লগা, পঞ্চ, দশ অমদি ষোড়শ উপচার কৎ— "হে পরমেশ্বর! সিগুম্বা লম্বীগী অৱাবা কোক্লিংঙাই ওইবা, ঈংলবা, পূক্লিং হূবা, থোইনা নুংঙাইবা পোকপা পাদ্যসি লৌবিয়ু। হে প্রভো, রুক্মিণীগী মবুংঙো, ননাইনা চেকশিন্না থিজবা তিংথৌ-চন্দন অমসুং মনম নুংশিবা হাপ্পবা অর্ঘ্য অসি লৌবিয়ু, পেনবিয়ু। হে শ্রীনিবাস! অয়াম্বা তীর্থদা থোকপা সিগুম্বা মনম নুংশিবা অমসুং পূক্লিং হূরবা জল অসি ইবুঙোনা লক্ষ্মীগা লোয়ননা আচমনগীদমক লৌবিয়ু। হে সুরেশ্বর, অয়াম্বা মনম নুংশিবা লৈশিংনা নিংথিবা লংলাদা ফজনা লেংবা লৈ পরেং নিংথিবসি থবাক্কী লৈতেং ওইনবা ইবুঙোনা লৌবিয়ু। হে নিরাবরণী হরি ! লংহিংনা শাবা অশেংবা ফি অসি ইবুঙো-ইবেম্মনা লৌবিয়ু। হে দেবতা বাসুদেব! প্রজাপতিনা শেম্বা লুগুণ অসি ইবুঙোনা রমা অসুং রুক্মিণীগা লোয়ননা লৌবিয়ু। হে দেবেশ, অয়াম্বা মণিনা থাম্লবা, সনানা, মুক্তানা হৎলবা ফিজোনসি ইবুংঙোনা ইবেম্মগা লোয়ননা লৌবিয়ু। হে প্রভো, রুক্মিণীনাথ! ইবুঙো নহাক্না সিগুম্বা শঙ্গোম অফম্বা-অনৌবা, চীনী অঙাংবা, চাক, তনঙাং, লড্ডু অমসুং খণ্ডকনচিংবসি লৌবিয়ু। হে পীনহৈবা, চান্নবী বৈদভীগা লোয়ননা ইবুঙোনা থোইনা নুংঙাইবা পীবা কর্পূর অগরু অমসুং চন্দন ধূপসি লৌবিয়ু। হে বিভু! সংসারদা পূক্লিং থিংজিনবা ভক্তশিংগী অমম্বা কোকহনবিয়ু। জগৎপু মীৎয়েং তাবিনবা ইবুঙোনা থাউমৈ অসি মীৎয়েং তাবিয়ু। হে শ্যামসুন্দর, মীৎ থম্বান মানবা! সনা ফিগে থোন, পাম্বোম অনী লৈতেং ওই, লাইশিংগী মবুঙো, ময়েং তাবা লৈতবা! ইবুঙো নঙোন্দা ননাইনা চঙজবিএ। রুক্মিণীগা ইবুঙোগনা ননাইবু ঙাকপিয়ু।"

লময়ৌনা ৱারবী শর্মিষ্ঠানা ইবেম্মশিংদুগী ব্রতদু উবদা মহর্ষিদা খুরুমজদুনা মখূৎ লোন্নরা নুংশিবা ৱাহৈনা হঙ্গৎখি— ইবেম্মশিং, ঐহাক ইপুরোইবগা লৎনরবী লাইবক থীরবী রাজকন্যা অমনি। ব্রতসিগী মরম তাকপীদুনা ইবুঙো

খ্বাইনা ঐবু অমুক্তা কনবিয়ুগবা।

ঝাদু তাবদা ইবেম্মশিংদুনা নুংশিবিখি, পূজাগী থৌরম খর-খরা য়াওহন্দুনা মাবুসু চেৎনা-লুনা ব্রতসি তৌহনখি।

ব্রতসি তৌজদুনা শর্মিষ্ঠানা যযাতি নিংথৌবু মপুরোইবা ওইনা ফংজদুনা মবুক্লিং পেন্না মচানুপা পোকচদুনা লেপ্ন-মথোৎ কাবী ওইজখি। সীতানা অশোক বনদা সরমাগা লোয়ননা ব্রতসি তৌজদুনা হিংচাবা মাঙহনবা মপুরোইবা রাম ফংজখি। বৃহদশ্বগী প্রসাদনা দ্রৌপদীনা ব্রতসি তৌজদুনা মপুরোইবা লোয়নজ, অঝাবা কোকচখি অমসুং লেপ্ন-মথোৎ কাবী ওইজখি।

মতৌ অসুম্না রমানা বৈশাখ শুক্লা দ্বাদশীদা যামদগ্ন্যনা মরম ওই, চহী মরি ব্রত তৌজখি। খূত্তা ফিজেৎ লংশুং পুন্দুনা রমানা ব্রাহ্মণ কয়ামুক লূক ফংহনখি। মতুংদা মহাক্না মপুরোইবগা লোয়ননা অথুম-অহাউ, ক্ষীর-চরু চামিন্নদুনা ইমুং-মনুং মরী-মতাশিং য়াওনা পৃথিবী অপূম্বা লোইনা ভোগ তৌখি। মতম চানা শেংলবী পদ্মাগী গর্ভদা মচানুপা অনী পোকখি। অহানবা মচাগী মিং মেঘমাল অদুগা মথংদুগী মিংনা বলাহক। মখোয় অনীসি কল্কিনা চানবি, মরাইবক ফৈ, মতীক মঙান লৈ অমসুং মথৌনা য়াম্না মপূং ফায়। মখোয়নীনা যজ্ঞ-দান-তপস্যা অমসুং ব্রত তৌদুনা লাইয়াম্বু পেলহল্লম্মী। মীদুনা ব্রতসি হৌদোক্লুনা তৌজবদা মহাক লন-থুম খিবিক ফংজৈ। মাগী অথূপ্পা খণ্ডজ, মপোকসিদা মহাক পূজা তৌনীংঙাই অমসুং নীংবা খিবিক থুংজবা ওইজৈ। অসিদা নত্তনা হরিপাদপদ্মদা চীক্লা ভক্তি কচ্চবদা মহাক ব্রহ্ম খণ্ডবা ব্রাহ্মণমক্লসু ফংঙমদবা অণ্ডকপা উপায় ফংজৈ।

# তরানিপানশুবা অথ্যায়

# কল্কি লীলাগী ৱারী

উগ্রশ্রবানা হায়খি— হে ব্রাহ্মণশিং! ঐনা ব্রাহ্মণশিং খুদাইগী নাক্তা মরোল অহুম্না তানরবা রুক্মিণী ব্রতগী ৱারী লীখ্রে। অসিগী তুংদা কল্কি ভগবাননা তৌখিবশিংদু লীরক্কে তাসি। ইবুঙোনা মচীন-মনাও, মচাশিং, শাগৈ-নাতৈ, মরী-মতা অমসুং মরূপ-মপাংশিংগ লোয়ননা শম্ভল গ্রামদা চহী লীশিং অমা লৈবিরম্মী। শম্ভল অসি মীতিনফম, কৈথেন, য়াকাবুং অমসুং ফিরান লৈনানা লৈতেংদুনা অমরাবতীগী মতৌগুম্না ওহোক্লা ফজখ্রে। গ্রামসিদা তীর্থ মফম হুম্ফুনিপান লৈ। মফমসিদা শিজরগা কল্কি-চরণ ফংজদুনা পাপ পূম্বা কোকচে অমদি অরান খুবম ফংজে। অয়াম্বা লৈশিংনা কৃংনা শাংপা বন-উপবনশিংগী ফজবনা গ্রাম অসি পৃথিবীদা অরান খুবম ফংনফম ওইখি।

লৈম-শীজশিংগী মীংকী পেন্নফম ওইবা জগৎপতি কল্কিনা মফমদুদা পদ্মা অমসুং রমাগা লোয়ননা লীলা শান্নরকখি। ইবুংঙোনা ইন্দ্রনা শীরকপা চংনীংবদা চংপা দোলাইদুদা তুরেন, চীংজাউ, কুঞ্জ অমসুং দ্বীপ কয়াদা চত্তুনা পদ্মা রমানচিংবী

ইবেম্মশিংগা লোয়ননা কোয়ন-চৎমিন্নরম্মী। ইবেম্মশিংগা প্রেম-সম্বন্ধী অপাম-নুংশিদা হরাউ তয়াম্বিবা রমাপতি অহিং-নুংথিলগী ৱাখল চেনখিদ্রে।

অদুগী তুংদা নোংমা পদ্মাগী নিংথিবা মায়থোঙ থম্বাল লৈনম লৈহী চূপ্লিবা, নুংঙাইনা শান্নরিবা কল্কি ইন্দ্রনীলমণি কয়ানা লৈতেংবা চীংগী লোক্লুং অমদা লেঙশিনখি। থম্বানগী মতৌগুম, সনাগী কুচুনা লৈতেংবী পদ্মা অমসুং অমৃত পাত্রগী মতৌগুম্বা রমা মপুরোইবনা চীংগী লোক্তা লেঙশিনখিবা উবদা ইবেম্মা লীশিং অমা পুদুনা মফমদুদা চঙখি। মপুরোইবনা লোক্লুংদা লেঙশিনখিবা উবদা পূকচেল খঙবী পদ্মানা বিহার ওইরুগে হায়না ইবুংঙোগী তুংওইননা ইন্নরম্মী। রমাসু বিহারগী থোইদোকপা অপাম্বনা রমণীশিং লোয়ননা মখোয়গী তুংওইনা লোক্লুংলোমদা চঙখ্রে।

অদুগী তুংদা পদ্মানা উরম্মী মদুদি ইন্দ্রনীলমণিগী লোক্লুংদুদা ফৃয়না হৌবা নোংগী কুচুমানবা ভগবান কল্কি ইবুঙো মাগা মান্ননা নিংথিবী ইবেম্মশিংগা লোয়ননা লৈমিন্নরম্মী। মদু উরুবদা পদ্মা উং লাউখিদুনা উতৃপ তাগুম ৱাম্ফু, তাদুনা লৈখি। রমাসু মমান্নবীশিংদুগা লোয়ননা লাঙতক্লা মায়গৈ মবি য়েংলম্মী। থম্বান চামনিপানগী মতৌগুম নিংথিবী পদ্মাসু থম্মোই নুংঙাইত, ৱাখিবনা কুচু মকশিল্লম্মী। পদ্মাগী মীৎলুগী কাজলনা লৈমায়দা তৈরম্মী অমদি কল্কি অমসুং তেনৱাবু মাগী কুমকুম তৈরবা থম্মোইদা থম অমদি কস্তুরী চন্দন চাইরবা ঈরীক হৌরবা লৈমায়থক্তুদা তুশনখি। কামনা নৈহৎলবী অমসুং তেংথা-নাওইরবী রমানা মবুঙোবু থম্মোয়দা নীংজদুনা, থম্মোয়নুংদা লাৎচদুনা ৱাবনা খমথেং, মৈচাক পুদুনা লৈখি। মীকৃপমুক্কী মতুংদা মানা ফৃক হৌগত্তুনা ৱাহোংগী মতৌগুম খোঞ্জেল ৱাংনা কপ্পা হৌরকখি। মাগী থম্মোয়দা কল্কিবু কোঞ্জবা ফংদবনা অপাম নুংশিনা ৱাদুনা মবুঙোদা হায়জরম্মী— হে হরি কৌবা ইবুঙো! নহাক্লা পেনবীয়ুকো।

পদ্মাসু মশাগী লৈতেং থাদোক্তুনা উফুল মরক্তা থরো-থরো ওল্লম্মী। মাগী ঙকশমদা কস্তুরীনা শংহনবা অদুদা খল্লি— কামবু মাঙহন্নবগীদমক মহাক মহাদেবগী শক্তম লৌরমাল্লে। ৱারবগী মরূপ হরিনা অৱা মীৎয়েংনা চান্নরবী হরাউজবীশিংদুগা হরাউমিন্ননীংবদু খঙবিদুনা, মখোয়গী অপাম্বা মনীং থুংহনগে হায়না মখোয়গী মরক্তা লেঙশিনখি। শামু অমোমশিংনা শল্লুপ পুবগা লোয়ননা লৈমিন্নবগুম পূক্লিং হূরবী ইবেম্মশিংদুসু নুংঙাইনা, মক্তনা, পূকচেল তিংনা বন অদুদা লুনা-চান্না মবুঙোগা লোয়ন, লৈজদুনা মনীং থুংজখি। অদুগী তুংদা মঙান

চাউবা কল্কিনা রমণীশিংগা লোয়নননা অতিয়াদা পাইবা লংলবা দোলাইদা নিংথিবা লৈশিংনা ফজরবা বৈভ্রাজক বনদা কুবেরগী লৈকোন্দা অমসুং নুংঙাইরবা মন্দর চীংজাউগী লোক্লুংদা হরাউ-তয়াম শান্নখি।

পদ্মাগী মায়থোঙ থম্বানগী অমৃত থকপদা ময়াই কারবা, রমানা কোঞ্জবগী নুংশিবা মনম্না খোয়রাঙলবী ইবেম্মশিংগী কুচ কুমকুম্না ঙাংঙ্গানরবা কল্কি ওন্ন-তৈনবা রতি লীলাদা য়াওখ্রে। ইবেম্মশিংনা ইবুঙো মাগী চীম্বান্দা য়াতোন্না চীক, ইবুংঙোনা চান্নবীশিংদুগী মুখামৃত থক্লুবদা থোইনা হেন্না ঙাওখি, হকচাং ফাওবা শেমজন-তাশন ব্রাখল লৈখিদ্রে। শক হেনবা মান্নবী, নিংথিবী, অতপ্পী ইবেম্মশিংনা পুরুষোত্তম মবুঙোবু থম্মোয়দা হাপচ, প্রেমলীলা শান্নবা হৌরম্মী। মখোয়গী তুজুংলবা হকচাংদু অমগা অমগা শোক্লবদা মখোয় ময়াম্মক নোকমিন্নখি।

অদুগী তুংদা চোকথরবী ইবেম্মশিংনা বন মনুংদা শান্নরিবা চান্নরবা মবুঙো কল্কিগা লোয়নননা থীন্দনা পুখ্রি তান্ন চংনখ্রে। শামু অমোমশিংনা শল্লুপ পুবগী মশাদা ঈশিং চাইশিনবগুম, ফজবী ইবেম্মশিংদুনসু থোইনা হেন্না নিংথিবী পদ্মাগা লোয়নননা পুখ্রিদা কূমথদুনা কল্কিগী শ্রীঅঙ্গদা ঈশিং ব্রা-ব্রা চাইশিঞ্জখি। যুবতীশিংগা লোয়নননা লীলাদা থব্রায় য়াওবা দেবেশ্বর বাসুদেব লোকনাথ কল্কিনা জয় ওইবিখি। ইবুঙোনা শম্ভল গ্রামদা ইবুঙোগী চান্নবী রমা অমসুং নুংশিরবী যুবতীশিংগা লোয়নননা শান্নবিগে খনবা লীলানচিংবা কয়ানা হরাউহন্দুনা ময়াম পূন্নমক্তা তাকপিগদবা কয়া তাকপিরম্মী।

ব্রাখন লৈবা মীওইশিংনা পুরুষোত্তম কল্কিগী অমৃতগী মশক ওইবা চরিতবু চেৎনা লুনা তাজবদা, শক শোঞ্জবদা নত্রগা চিন্তা তৌজবদা, মখোয়দো সিগুম্বা মনাই ওইনীংবগী অপান্বসি থাদোক্তুনা নুংঙাইরবা অমৃত সমুদ্র ওইবা সংসারদগী লাঞ্জবা ফংদুনা নুংঙাইজখিগে হায়না মপূক্লিংদা খল্লরোই।

# তরামাপনগুবা অধ্যায়
# কল্কিগী অরোইবা

উগ্রশ্রবানা হায়খি— লাই অমসুং ব্রাহ্মণশিং হৌদুনা মনাই-মশন লোয়ননা দোলাই তোংদুনা কল্কি দর্শন তৌনবা লাক্লরম্মী। মহর্ষি, গন্ধর্ব, কিন্নর অমসুং অপ্সরাশিংনা মবূক্লিং নুংঙাইনা লাইশিংনা পূজা তৌনবা শম্ভলগ্রামদা লাক্লখি। মখোয়না সভাদা চঞ্চলরূপগা উরম্মী— মঙাক্না সমুদ্র ওইবা কমললোচন কল্কিনা চঙজরক্লিবা মীয়ামদা অকিবা লৈতবা মঙ্গল পীবিরম্মী। ইবুঙো মাগী মঙান্দি শংবানবা নোংগী মতৌগুম্মী। পুম্নুম শাংবা পাম্বোম অনী অদুগা পাঙ্গন কনবা, কোকথক্তা নোংথাং কুপ্পগুম ঙাক্লোনবা মচুগী লূহপ। ইবুঙোগী লংলবা মায়থোঙ, মণিগী কুণ্ডল নাইন্না লৈতেংবা, নুঙাইরবা বারী পূক্লিংমকা লাম্নবা অমসুং খোয়রুম মোমোন মীনোক্লা থুম্না দর্শন পীবিরিবা। ইবুঙোগী থৌজানগী মীৎচিনা য়েক্লবফাওবসু থৌজানবীনিংঙাই ওইরম্মী। ইবুঙোগী থবাক্তা পূক্লিং হূনা লীকফাংদা চন্দ্রকান্ত মণিগী থা মঙান মানবদুনা থরোশিংগী হরাউজবা হেনগৎলম্মী। থোক্লিবা সনা ফিগেনা লীরুং চূমথাং খানবগুম থোইনা হেন্না

নীংথিরম্মী অমদি শ্রীঅঙ্গদা মতম চুপ্পা নুংঙাইবা মপৈনা তিনবা রসদা হরাউ-তয়াম্বিরম্মী। ইবুঙোগী অঙকপা শ্রীমূর্ত্তি মখল মখা অয়াম্বা মণিগী মঙান মশেক্লা ইরং লংলম্মী। দেবতা গন্ধর্ব অমসুং অতৈ মীওই কয়ানা লাক-লাক্তুনা শ্রীরূপ দর্শন তৌনরম্মী। পুম্নমক্না থোইদোক্লা নুংঙাইবা মূর্ত্তিদু দর্শন তৌনখি। অমদি কল্কিগী স্তব তৌনখি।

লাইয়াম্না স্তুতি কৎনৈ— হে লাইগী মপু, তাইবংগী মপু, থব্রায় পানবগী মপু, অরোইবা নাইদবও! ব্রাখল পোৎচাক হায়না লৈরিবপূম্বা, ইবুংঙো নহাক্কী নুংদা লৈবঙাক ওইরে। ইবুংঙোগী শ্রীঅঙ্গদা থোল্লিবা মণিগী মঙান্না নিংথিরবা চরণদা অনন্ত শক্তিনা নোল্লুক্লিংঙাই ওইবিরি। হে ঈশ্বর, ইবুংঙোদি লোইব-নাইদ-অব্রাবা নারক শীঙলক্কী মৃত্তুবা মৈনি। ইবুংঙোনা জয় ওইবিয়ু। ইবুংঙো নঙোন্দগী তাইবঙ মালং অসি ফোঙদোকপীবনি। কুচু মুবা নহাক্লি, থবাক্তা কৌস্তুভ মণিনা নিংথিবা! পুম্নমকসি ওইবনা খঞ্জরে, অমুবা কুচুদো ফূইনা মংবা নোংগী মরক্তা পূর্ণিমা থাজনা ঙাম্থোইরি। ননাই ঐখোয়না নুপী-অঙাং অমসুং লাই মনাইশিং খিবিক পূম্বা ইবুঙো নঙোন্দা চঙজরি। হে বিষ্ণু, ইবুঙোনা ঐখোয়বু ঙাকপীয়ু। হে ঈশ্বর, ননাই ঐখোয়দা থৌজানবিরবদি অচুম্বা ধর্মবু অথিংবা লৈতনা ঙাকপীবা পৃথিবী থাদোকপীদুনা ইবুঙো বৈকুণ্ঠদা লেঙবিয়ু।

লাইয়ামগী ব্রাসি তারগা কল্কি হরাউবিখি অমদি পাত্র-মন্ত্রী খিবিক লোয়ননা ইবুংঙো বৈকুন্ঠদা লেঙ্লগে খনবিখি। অসিগী তুংদা ইবুঙোনা প্রাজাশিংনা লুনা তৌবা থোইনা ধর্ম চেনবা মপাঙ্গল কল্লবা মথৌনা লৈরবা মচা ইবুঙো মরি কৌখত্তুনা খুদক্তা রাজ অভিষেক তৌবীখি। মতুংদা ইবুঙোনা প্রজা পুম্নমক কৌখত্তুনা ব্রারোল খিবিক খঙহনখি। তাকপীখি— লাইয়ামগী ওইবা তঙাইফদবনা ঐহাক বৈকুন্ঠদা চৎপা তারগনি।

প্রজানা ব্রাসি তাবদা ইঙক-ঙক্লদুনা কপ্লবা হৌরকখি। মচা ইবুঙোশিংনা ঈশ্বর ওইবা মঙোন্দা খুরুমজরগা প্রার্থণা তৌনা হঙ্গৎখি— হে নাথ, ইবুঙোদি ধর্ম পুম্ন মক খঙবিবনি। ননাই ঐখোয়বু থাদোকপীরম্বা হৌনদেদা! ইবুঙোদি নুংশিবনা খুদুম চনবনি। ইবুঙোনা লেঙবদা ঐখোয়সু চচ্চগনি। জগৎসিদা লন-থুম, ইচা-ইশূ অমসুং ইয়ুম-ইংখোল মী পুম্নমক্লা পাম্নবা ঙাক্লি। অদুবু ইবুঙোদি যজ্ঞ পুরুষনি। ইবুঙোগী কৃপানা অব্রা-অনং খিবিক শান্তি ওইজে। মসি খঙজদুনা ঐখোয়গী থব্রায়সে ইবুঙোগী তুংইনবা ওইজব্রবনি।

প্রজাশিংগী ব্রাদু তারগা কল্কিনা ফজবা পাউতাক্লা মখোয়বু থেমজিল্লগা পূক্লিং লাওতক্লা ইবেম্ম অনীগা লোয়ননা বনদা লেঙখ্রে। মতুংদা ইবুঙোনা মুনিশিংগা গঙ্গাজলনা মপূং ফানা সেবা তৌনবা, থম্মোইগী চান্নরবা হিমালয়দা লেঙখি। মফমদুদা লাইয়াম্না পূল্লপ পুন, গঙ্গা মপান্দা লেঙশিল্লিবা অঙকপা পাম্বোম মবি থোনবা বিষ্ণু মূর্ত্তিদা ইবুঙোনা নুমিৎ লীশিং ঙানবগুম ঙাম্থোকপীরকখি। মঙাল পূম্বগী মশক ওইবা, খঙবী-উবিবগী মশক ওইবা লিরবা পরমাত্মাগী মঙাল ফাওবকখি। শ্রীমূর্ত্তিদু মখল মখা অয়াম্বা লৈতেংগী লৈতেং ওইবা শকফম ওইখি। ইবুঙোবু শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম-শার্ঙ্গনচিংবনা থৌগনখ্রে। নিংথিজবা থবাক্তা কৌস্তুভ মণিনা লৈতেংখ্রে। লাইয়াম্না ইবুঙোগী থক্তা মনম নুংশিবা লৈগী নোং চুহল্লকখি। মায়গৈ মরিদা দেবদুন্দুভি য়ৈরকখি।

কল্কিনা বিষ্ণুপাদদা চঙশিনখিবা মতমদা শক্রাইদবা অঙকপা রূপ-দর্শন ফংবদা অচৎ-চত্ত তাইবঙ পূম্বা শুমহৎখি অমসুং স্তব তৌনখি। পদ্মা অমসুং রমা পরমাত্মা ওইবা মবুঙো কল্কিগী অঙকপা মূর্ত্তি-দর্শন তৌজরগা মৈনুংদা চঙশিন্দুনা মবুঙো ফংজখি।

ধর্ম অমসুং কৃতযুগনা কল্কিগী য়াথং ইন্না মালেম লৈকোয় পূদা নুপী-অঙাং যাওদ, থোইনা নুঙাইনা মতম কুইনা পৃথিবীদা কোয়না চৎলকখি। মরু অমসুং দেবাপি কৌবা নিংথৌশিং কল্কিগী য়াথং ইন, প্রজা পালন তৌদুনা, লৈবাক ঙাক্তুনা লৈবকখি। নিংথৌ বিশাখযূপনা কল্কি-নির্বাণগী পাউসি হেক ফংবগা মচাইবুঙোবু নিংথৌ হাপ্পিবল্লগা বনদা লেঙখ্রে। অতোপ-অতোপ্পা নিংথৌশিংনা কল্কি কায়নবদা ব্রানখি। মখোয়না নিংথৌগী থবক-ইম্থাংদা পূক্লিং চঙনরক্তদুনা তত্তনা কল্কিগী নাম জপ অমসুং কল্কি ধ্যান তৌনবা হৌরকখি।

শুকদেবনা অসুম্না অনন্ত কল্কিগী জগৎ লানবিবা মরমসি লীদুনা নরনারায়ণ আশ্রমদা চৎখি। ঈংলবা গুণ চেনবা মার্কণ্ডেয়নচিংবা মহর্ষিশিংনা কল্কিগী মাহাত্ম্য তাবদা মবুঙোবু ধ্যান তৌনখি অমসুং মিংথৈ শক-শোন্নখি। অসুম্না কল্কিগী শাসননা পৃথিবীদা কনাগুম্বা প্রজা ধর্ম লৈতবা, পুন্সি তেনবা, লায়রবা, পাপ চেনবা অমসুং লৌনম্বা লৈখিদ্রে। জীব পূম্নমক লায়না-লায়থুং চেন্দনা, অৱা-অনা লৈতনা, কল্লক-মিহৌ চেন্দনা অমসুং লাইগুম্না মতম চূপ্পা নুংঙাইখি। অসিগুম্বা অথোইবা কল্কিগী অবতার-কথাসি ঐনা লীরল্লবনি। ৱারীসি তাবদা লন-থুম, মিংচৎ অমসুং পুন্সি চাওখৎলি, থোইদোকপা মঙ্গল অমসুং অরোইবদা স্বর্গ ফংজে। থোইদোকপা

ওইনা ৱারীসি তাজরবদি পাপ কোকচৈ অমসুং অৱাবা কোকই। কলি মতমদা পোকপা ফিংগৎপা ৱাখল মাঙহল্লি অমদি নুঙাইবা, অরানবা অমসুং কিদবা মহৈ ফংই। হন্দক মপোক্তা কিদবা মহৈ পীনবা পুরাণগী নুমিৎ থোক্তিবমখৈ, পৃথিবীদা অতৈ শাস্ত্রগী থাউমৈগী মঙাল্লা অদুক ঙাল্লম্বনি। ভক্তি পীনহৈবা কল্কিগী মক্তবা অবতার ৱারী তারগা ভৃগুবংশদা পোকপা জিতেন্দ্রিয় শৌনক মুনিশিংগা লোয়ননা হরাউ মপূং ফাজখি। মানা লোমহর্ষণগী মচা ইবুঙো উগ্রশ্রবাবু মপান্নাইদবা জ্ঞানগী মপৈনা শীনবা থুংই হায়না ফোঙদোকখি মতুংদা মহাক্না গঙ্গাস্তব তানীংদুনা অমুক হায়খি।

# কুনশুবা অধ্যায়

## গঙ্গাস্তব

শৌনকনা— হে সূত, নহাক্তি ধর্ম পূম্বা খঙবনি। নহাক্তা তাকপীখিবদাই, মুনিশিংনা গঙ্গাস্তব তৌজরগা কন্থিগী নাক্তা চচ্চে। হৌজিক গঙ্গাস্তব থীবিয়ু, মদু ভক্তি চেন্না তাজবা নত্রগা শোঞ্জবদা লাইবক ফবা ফংগনি অমসুং পাপ কোক্কনি।

উগ্রশ্রবানা— হে মুনিশিং, ঋষিনা হায়নবা, অৱাবা অমসুং শুমহৎপা কোকওম্বা থোইদোকপা গঙ্গাস্তব ঐহাক শোল্লক্কে, ময়াম তাসি। ঋষিশিংনা হায়খি, অদুগুম্বী লাইগী তুরেন ওইবীদুনা পূম্নমকপু সংসার-সমুদ্রদগী লান্থোকপি, হরিগী চরণ-থম্বান্দগী পোক্লকপীনি, মাবু খ্বায়না স্তব তৌনৈ। মাগী ঈশিংনা পাপকী লৈখোম চামথোকপি। ম্নজীং চীংদোনগী লাইয়াম্নসু গঙ্গাজলবু পাম্নজে। লাইবক ফবী ইবেম্মা মানা পেনবীরগা সংসারগী অকিবসু কোকচে। ভগীরথগী তুংইল্লকপী গঙ্গানা শোবাবেনগী শামু ঐরাবতকী নাপন মমূ য়েথেকপিখি। মহেশকী মুকুটকী মণ্ডাল, চীংমদোনগী অঙৌবা ফিরান, লাই, হিংচাবা, মী, লিন অমসুং ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বরনা মাবু স্তব তৌনৈ। গঙ্গাদি পাপ কোকপী অমসুং মুক্তিগী মহে

পীনবীনি। মাদি ইবুধৌ ব্রহ্মাগী কমণ্ডলুদা লৈবী, মুক্তিগী মক্ল ওইবী উরীনি, শ্রুতি-স্মৃতিনচিংবা ব্রাহ্মণশিংনা মাবু কোয়শিল্লগা স্তব তৌনৈ। ইবেম্মা মানা স্নজীং মতোন থিংগাইদুনা চেষ্টরক্লগা মরোল অহুম শীনবা থুংখি। ইবেম্মা মানা অফবা ধর্মগী মহৈ য়ানবী অমসুং নুংঙাইবা মনা পানবী ওইদুনা ঙাম্বোইবীরি। মাগী মত্রুবা ঈশিং দর্শন তৌজরগা, মাবু খুরুমজরগা অমসুং মাগী গুণ শক-শোঙ্গরগা জগৎকী অৱাবা পূম্বা কোকচৈ। মাগী তোর্ব্বান্দা অমসুং ঈয়ায়দা উচেকশিংনা কোয়না শান্নৈ। মাগী মপান্না সগরগী লৈখা তারবা শাগে মুক্তি ফংখি। জহ্নুমুনিগী শকহেনবী কন্যা, নিংথৌ শান্তনুগী পত্নী, লাইরৈবাক্তা মানা মন্দাকিনী কৌদুনা মমিং চৎপীনি। হিমগিরি চীংদোম্না মাগী থীক-থানি, কোঙ্গোন থোকপা ঈশিংনা মাগী মীনোক, অঙৌবা কাংঙনা মাগী খোঙচৎ, ঈথক-ঈপোম্না মাগী খুৎনি, ফৃগায়না শাৎপা থম্বালনা মাগী লৈ পরেংনি। রস চেন্না হরাউনা ইবেম্মা মানা সমুদ্র তম্না চঙশিল্লি। করিগুম্বদা মানা ভ্রোং-দ্রোং লাউনা চেল্লি, করিগুম্বদা কুম্ভীরনচিংবা ঈশিংগী জীবশিংনা কোয়না চাই, করিগুম্বদা মুনিশিংনা মাবু স্তব তৌই, করিগুম্বদা অনন্তনা মাবু পূজা তৌই। করিগুম্বদসু মহাক চাইথ-হুম্থ চেষ্টবগী অৱাবা, করিগুম্বদনা মীয়াম্না স্নান তৌনবা! জয় ওইসনু, অসিগুম্বী সতী ভীষ্মগী মমা ইবেম্মনা। ভাগীরথীবু খুরুমজবা মহাক অদু মঙ্গল ওই, চেৎনা-লুনা জাহ্নবীগী নাম জপ তৌজবদা মহাক অথোইবা তপস্বী ওই। মন্দাকিনীগী নাম নীংশিংজবদা মহাক পুরুষোত্তম অমদি গঙ্গা-সেবা তৌজবদা মহাক মায় পাকচৈ অমসুং মপু ওইজৈ। হে ঈরোং অহুম চেনবী! করম্বা নুমিত্তা ননাইনা ইবেম্মা নঙগী লুরবা ঈশিংদা লূপ্লিবা উচেক-ৱায়া, লমহূই অমসুং ঙাদা ঈৱায়-ঈফূনা তয়াং-তশোয়বা ঈথক্তা নোম-নোম কাবা নিংথিবা তোর্ব্বানগী লৈনাং তৈজরবা ইশাসি উজগবা অমদি লাই, মী অমসুং কাংঙশিংনা ঐবু স্তব তৌনগবা! হে গঙ্গা! কৈদৌঙেদা ঐনা নঙগী তোর্ব্বান্দা লৈজগবা, স্নান তৌজগবা! নঙগী লূরবা ঈয়ায়দা লৈজবা অমসুং ঈশিংদু য়েংজবা ফংগবা! নঙগী নাম নীংশিংজগে অমসুং নৈনজগে, নঙগী শেংলবা অবতারগী ৱারী লীজগে! অমত্তা ঙায়রবা নহাক্কী সেবাতদা পূক্লিং চঙনা লৈজগে অমদি চেৎনা নঙগী স্তব তৌজদুনা পাপ কোকচদুনা, নুংঙাইজদুনা অমসুং থম্মোই ঈংনা পৃথিবীদা কোয়না চৎচগে।

ঋষিনা শোনবা থোইদোকপা গঙ্গাস্তবসি পাজবা তাজবদা স্বর্গ ফংই, মিংচৎ শন্দোকই অমসুং থোইনা পুক্তি শাংই। অয়ুক্তা, নুমিৎ য়ুংবদা অমসুং নুমিদাংৱাইদা

পাঠ তৌজবা অমসুং তাজবদা গঙ্গাগী নাক তত্তনা নকচৈ। পাপ পূম্বা কোকচৈ অদুগা পাঙ্গল অমসুং পুক্নি চাওখৎচৈ।

ঐনা শুকদেবগী নাক্তগী ভার্গবগী ৱাবীসি তাহৌবনি। মসি পাজবা অমসুং তাজবদা পুণ্য ওই। লন ফংজৈ অমসুং মিং চঠৈ। অসিগুম্বা থোইদোকপা অণ্ডকপা মহাবিষ্ণু কল্কিগী অবতাবগী বিববণ ভক্তি চেন্না পাঠ অমসুং শ্রবণ তৌজবগা অমঙ্গল পূম্বা কোকই।

# কুন্মাথোইশুবা অধ্যায়
# অরোইবা ৱারী-ৱাখোম

উগ্রশ্রবানা হায়খি— কল্কি পুরাণসিদা অহানবদা লৌশিং চেনবা মার্কণ্ডেয়গা শুকগা ৱারীনবা, মথংদা অধর্মবংশগী ৱারোন, মতুংদা কলিগী মরম লীখ্রে। পৃথিবীগা লোয়ননা লাইয়াম্না ব্রহ্মলোক্তা চৎপা, ব্রহ্মাগী পার্থনানা বিষ্ণুযশাগী গৃহদা বিষ্ণু অবতারগী ৱারী, শম্ভলগ্রামদা সুমতিগী গর্ভদা বিষ্ণু-অংশনা মচীন মনাও মরি পোকখিবা, মতুংদা মপা-মচা ৱারীনবা। কল্কিগী লুগুণ থাংবা, খুৎলাই তম্বা অমসুং শিব-দর্শন, কল্কিগী মহাদেব স্তব, শিবগী মফমদগী কল্কিনা বর ফংবা, তেনৱা ফংবা, মতুংদা কল্কিনা শম্ভলগ্রামদা হল্লকপা, শাগৈ-নাতৈগী মফমদা শিব-বরগী মরম লীবা, অদুগী তুংদা বিশাখযূপ নিংথৌনা হৌদোকপদগী কল্কিনা ইবুঙোগী শ্রীমূর্ত্তি বর্ণনা তৌবা অমসুং ব্রাহ্মণশিংগী থোইদোকপা ৱারী, মতুংদা তেনৱা হল্লকপা, তেনৱাগা কল্কিগা ৱারীনবা, তেনৱানা সিংহল বর্ণনা তৌবা, শিবগী বরনা পদ্মাগী সয়ম্বরদা নিংথৌশিংনা নুপী ওনবা, পদ্মাগী অৱাবা ৱারী, কল্কিনা লুহোংনবা থৌরাং, মতুংদা তেনৱাবু পাউ পুবগী থবক তৌহনবা, পদ্মা

তেনবা উনবা, শুকগা পদ্মাগা খঙনবা, মতুংদা বিষ্ণু পূজাগী ৱারম, বিষ্ণুগী চরণদগী কোকথক ফাওবা শীংথাবা, পদ্মানা তেনৱাদা লৈতেং দান, মতুংদা কল্কিগা লোয়ননা অমুক হন্না লাকমিন্নবা, পদ্মা লুহোংনবা কল্কিনা যাত্রা তৌবা, অরেংখা শান্নরিঙৈদা পদ্মা-কল্কি উনবা, তুংদা লুহোংবা, কল্কি দর্শন তৌজবদগী নিংথৌশিংনা নুপা ওণ্ণবা ফংবা, মথংদা অনন্ত লাকপা, সভাদা নিংথৌশিংগা অনন্তগা ৱারী শানবা, অনন্তনা ষণ্ড ওইনা পোকখিবগী ৱারী, শিবস্তব, অনন্তগী মপাবুং লৈত্রবা তুংদা বিষ্ণু ক্ষেত্রদা মায়া উনহনবা, অনন্তগী ৱারী, অনন্তগী জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্য-বৈভব, নিংথৌশিং হন্নখিবা, তুংদা পদ্মাগা লোয়ননা কল্কিনা শম্ভলগ্রামদা হল্লকপা, মতুংদা বিশ্বকর্মানা শম্ভলদা কোনুং শেম্বা, অদুগী তুংদা কল্কিনা পদ্মা, ইমুং-মনুং শাগে-নাতে, মচীন-মনাও, মচাশিং অমসুং লাম্মীশিং লোয়ননা বিশ্বকর্মানা শাবা কোনুংদা লেঙশিনবা, মতুংদা বৌদ্ধ-দমন তৌবা, বৌদ্ধ-নুপীশিংগী লান যাত্রা, মতুংদা বালখিল্য-মুনিশিং লাকপা অদুগা আত্ম বেদনা তৌবা, মচাগা কোন্ননা কুথোদরী হিংচাবী হাৎপা, হরিদ্বারদা লেঙলকপা, কল্কিগা মুনিশিংগা উনবা, তুংদা সূর্য্য অমসুং চন্দ্রবংশগী ৱারম, সূর্য্যবংশগী মতাংদা রাম চরিত লীবা, লানগীদমক মরু অমসুং দেবাপি লাকপা, মতুংদা য়াম্না তমথীবা কোক-বিকোক হাৎপা, কল্কিনা ভল্লাট-নগর লেঙবা, শয্যাকর্ণনচিংবগা লান শোক্লবা, সুশান্তাগী ভক্তি কীর্ত্তন, অদুগী তুংদা লানফমদগী কল্কি ধর্ম অমসুং কৃতযুগ পুরকপা, সুশান্তানা কল্কি স্তব তৌবা, মফমদুদা কল্কি রমা লুহোংবা, সভাদা শশিধ্বজগী মাঙলমচংকী ৱারী লীবা, মানা লাঙজা ওল্লস্বগী মরম, ভগবান কল্কিগী নাক্তা ভক্তি প্রার্থনা তৌজবা, শশিধ্বজ মোক্ষ ফংবা, অদুগী তুংদা বিষকন্যা লাঃণ্ণবা, নিংথৌশিংগী অভিষেক, মতুংদা মায়াস্তব, অদুগী তুংদা শম্ভল গ্রামদা মখল-মখা যজ্ঞ লিংখৎপা, নারদগী নাক্তা বিষ্ণুযশা মোক্ষ ফংবা, সত্য ধর্মগী লমচৎ, রুক্মিণী ব্রত কীর্ত্তন, অদুগী তুংদা কল্কি লীলা, কল্কিনা মচা-মশূ পোক্লম্বা, তুংদা শম্ভলগ্রামদা দেবতা অমসুং গন্ধর্বশিং লাকপা অমসুং মতুংদা ভগবান বিষ্ণু কল্কিনা বৈকুন্ঠ লেঙখিবগী ৱারী লীগ্রে। পূম্নমকসি লীরগা শুকদেব হনখিবা অদুগা তুংদা পুরাণসিদা মুনিশিংনা য়ানবা গঙ্গা স্তব হায়গ্রে।

কল্কি পুরাণসিদা সর্গ, প্রতিসর্গ, বংশ, মন্বন্তর, বংশ অনুচরিত মওং মঙাসিনা তিনবা অমসুং জগৎকী নুংঙাইবা মপৈনা তিনবনি। কলিগী পাপনা মপূং ফারবা মীদুনা পুরাণসি তাজবদা মহাক সিদ্ধি ফংই। পুরাণসিদা শ্লোক লীশিং তরুক চামনি,

মসি শাস্ত্র পূম্বগী অর্থ-অথূপ্পা কয়াগী মচিনি। মসি হেক তাবদা মীওইবনা পূক্লিং হূনা নুংশি। হায়নবা লৈ মদুদি কল্কি পুরাণসিদগী চতুর্বর্গগী মহৈ: ফংজে। প্রলয়গী অরোইবদা পুরাণ অসি শ্রীহরিগী মুখদগী শিন্থরক্তুনা জগত্তা শন্দোকখিবনি। ভগবান বেদব্যাসনা দ্বিজ ওইনা পৃথিবীদা অবতার তৌদুনা পুরাণ অসি শক-শোল্লম্বনি। মসিদা বিষ্ণু ভগবান কল্কিগী প্রভাব লেংই। মীদুনা পুণ্য ক্ষেত্রদা, পুণ্য তীর্থদা, পুণ্য আশ্রমদা নত্রগা সাধু সমাজদা, লুন-চান্না ব্রাহ্মণদা ষণ, শগোন, গধা অমসুং সনা দান তৌজদুনা ফি-রোল লৈতেং পোৎলম্না বিধি চুম্না ব্রাহ্মণবু পূজা তৌজদুনা, ভক্তিনা থনবা বিষ্ণুগী ৱাখল্লা শিন্থরক্লবা, সিগুম্বা নিংথিনা লূরবা পুরাণসি শোঞ্জবা নত্রগা তাজবদা, মখোয়দু মীওইবগী মরক্তা অথোইবা অমসুং মোক্ষপদ ফংজবা য়াবগী অধিকারী ওইরে। কল্কি পুরাণসি বিধিচুম্না তাজরবদি ব্রাহ্মণনা বেদ লোইনা হৈজবা ওই, ক্ষেত্রিয়না নিংথৌ ওইজে, বৈশ্যনা ইনাক খুঞ্জে অমসুং শূদ্রনা মহাপুরুষ ওইজে। কল্কি পুরাণবু পাঠ নত্রগা শ্রবণ তৌজরবদি মচা পাম্বনা মচা ফংজে, লন পাম্বনা লন ফংজে অদুগা বিদ্যা পাম্বনা বিদ্যা ফংজে।

লোমহর্ষণ মুনিগী মচা ইবুঙোনা ভক্তি লৈনা মহর্ষিশিংগী শেংলবা ৱারীশিংসি তাবগা তীর্থ কোয়বা চৎখি। যোগ শাস্ত্র হৈরবা, ধর্ম খঙবা মহর্ষি শৌনকনা মুনিশিংগা লোয়ননা উগ্রশ্রবাগা ৱারী শানদুনা শেংলবা নৈমিষ্যারণ্যদা শ্রীহরি ধ্যান তৌদুনা ব্রহ্ম ফংখি।

ঐনা পুরাণ পূম্বা খঙবা যতব্রত ব্যাসগী শিষ্য মুনি অথোইবা লোমহর্ষণগী মচা ইবুংঙো সূতবু খুরুমজে। শাস্ত্র পূম্নমক নৈনদুনা, বিচার কয়ামুক তৌনদুনা লেপকদবসিদা লেপ্লে মদুদি মতম লৈবা খিবিক্তা নারায়ণবু কাউরোইদবনি। বেদ, রামায়ণ, ভারত অমসুং পুরাণদা হৌবা-লোইবদা অমসুং ময়ায়দা মফম পূম্নমক্তা অসিগুম্বা হরিনামসি কীর্ত্তন তৌই। ফূইনা হৌবা নোংগী মতৌ মান, অঙ্গকান্তিনা তিনবা, নুংশিৎকী মতৌগুম য়াঙবা, শগোন তোংবা, খৃত্তা থাঙশাং পায়দুনা লোক পূম্বা ঙাকপীবা, কলি লাম্মী হাত্তুনা সত্য ধর্ম লিংখৎপীবা, কল্কিগী রূপ লৌবীবা ভূপাল ইবুঙো মহাক্না ভাবুক বৈষ্ণব ভবন্ত খ্বাই খিবিকী ফ্রনবা তৌবিসনু।❑

কল্কি পুরাণ মতোংশ লোম্মে।



- শ্রী মথুরাবাসী ময়ুম নন্দকিশোর শর্মা (১৯৪১)
- য়াইরিপোক বিষ্ণু নহা, থৌবাল জিলা, মণিপুর।
- অপোকপা ৺থানিল শর্মা অমসুং অপোকপী ৺রোহিনী দেবী।
- ওজা ওইরম্মী, পো থারে।
- **ফোঙলবা লাইরিকশিংঃ**
    - (১) থম্বালনু শৈরেং - (১৯৬৬)
    - (২) একাদশী মাহাত্ম্য - (১৯৮৪)
    - (৩) নুংশি লম্বী চৎপা (অনুবাদ) - (১৯৯৫)
    - (৪) লীক্লাং পরেং (শৈরেং) - (১৯৯৮)
    - (৫) শ্রীগীতা মহিমা - (২০০৩)
    - (৬) কল্কি পুরাণ - (২০০৬)
- **ফংলবা এৱার্ড শিংঃ**
    - ‘সাহিত্য সেবক, ইবোতোম্বা এৱার্ড’ মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা, ৱাংজিং।
    - ডাঃ অম্বেদকর ফেলোশিপ্প এৱার্ড, নয়ী দিল্লী।
- **সাহিত্যগী সেবাদাঃ**
    - ‘য়াইরিপোক থম্বালনু সাহিত্য মরূপ’ কী ফাউণ্ডর প্রসিডেন্ট ওইরম্মী।
    - ‘সী ৱেবস, মণিপুর’ গী প্রসিডেন্ট ওইরি।
    - ‘মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল’ গী লাইফ মেম্বর ওইরি।
    - ‘মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল’ গী ভাইস প্রসিডেন্ট ওইরি।
    - ‘মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মশা, ৱাংজিং’ গী ট্রেজরর ওইরি।
    - প্রোগ্রেসিব রাইটর্স এসোসিএসন, মণিপুরগী মেম্বরনি।